# হাজারী

এলাংবম সোনামণি সিংহ

মনজিৎ পব্লিকেসন্স
মোইরাংখোম লোক্লাওবুং

মঞ্জিং পব্লিকেসন্স মোইরাংখোম লোক্লাওবুং ইম্ফালগীদমক এলাংবম কমলাসনা রাজকুমারীনা ১৯৯৮ ইংদা অহানবা ওইনা সুচেতা প্রিন্টিং রাক্স মোইরাংখোম ইম্ফালদা কোপী ৫০০ থক্তুং নম্মগা ফোঙবা।

মথুম—শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা।

মমল— লুপা ১০০ (চামা) থক্তনি

HAZARI, a Novel by Elangbam Sonamani Singh, Published by Kamalasana Rajkumari for Manjit Publications, Moirangkhom Loklaobung Imphal 795001 Printed at Sucheta Ptg Works Moirangkhom Imphal

1st Edition—1998, 500 copies.

Price—Rs 100 (Hundred) only.

হায়জনিংবদি---

রারী অসি ইং ১৮৯১ দা খোংজোমদা লান থেংনখিবা অমসুং মণিপুরনা ব্রিটিশকী মখুত্তা মায়থিখিবা অমসুং মণিপুরগী সাসন মণিপুর মণিপুর মহারাজ সার চুরাচান্দ সিংহদা ইং ১৯০৭ তা শিন্নখ্রিঐ মমুং চহি ১৫ রোমগী থৌদোক্কী। ইতিহাসকী থৌদোক অমদি মীওই খরগী মিং শিজিন্নদুনা থোকখিবা থৌদোক খর তশেংনা থোকখিবগুম উচ্চরি— অওইবদি মসিদা য়াওরিবা ঐতিহাসিক নত্তবা মীওইশিং রাখলনা শেমজবা রারীনি। মতম অসিগী থৌদোক রাথোক কয়া চৈথারোল কুম্বাবা অমদি পণ্ডিত শ্রীযুক্ত নিংথোখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ পদ্মশ্রীনা খোমজিন্নগা ফোংবা লাইরিক Documents of Anglo Manipur War 1891 (part I) গী মতেং লৌজে—মসিগীদমক পণ্ডিত খেলচন্দ্র অমদি চৈথারোল কুম্বাবদা লাচনবশিংগী মফমদা তৌবিমল খণ্ডবা উচ্চরি।

রারী অসিমক্তি চানমক্না থোকখিবদি নত্তে অহুবু ঐনা চহি খরসিগী মমুংদা থোকখি হায়না নীংজবতনি।

মে ১৯৯৮ ইং

সোনামণি

# হাজারী

—*—

## ( ১ )

তং ১৯৭১, ডিসেম্বর, অয়ুক—ইম্ফাল

“নুংতন খ্বাইদগী হেনবনি
ঐগী চান্দনি কনা লৈতে
নাচান্দগী হেনবা মালেমদা :
লৈনুং-মাংদা চেংনা
থিকচুংস্থু ফংলরোই
নচুংস্বা থরায়না তাজবা।
নংদি থরায়নি ঐগী
হকচাংনি রাখলনি
নংনা ঐগী পূন্নমকনি
নংতনা খ্বাইদৈ হেনবনি
ঐগী চান্দা লৈতে অতৈ কনা
নংগুম্ন নুংশি চাওবা
নংতনা ঐগী থরায়নি.
ঐনা নংগী নামনি ॥

লোথরবা খোঙ্গেনান নারা নীরা। শক্লকপা ওল্লবা অয়ুক অতুদা চৈরোক মপান্দা শাবা তুকান খমগী পাক্লবা মাঙ্গোন মচী অমদা চহি ৭৭/৭৮ লোন শুরবী হন্নরবা মুঠী, মপোক্লা চাউ চৌনা চোরবা, মস্বাস্থু তেক্লবী, মখ্বাং কোল্লবী মমায় খুইরবী অতুনা মনাক্তা তুমলিবা হন্নুবা চহি ৮০ হেল্লবা, মমায়

ইং ১৯০১, ফেব্রুয়ারি—লাইশ্রম কোম্জিন।

লান কায়রুবা মতুং য়ুম য়ুংদা হল্লিন্নরকপা ফং কুইরেং—চহি তরামুক তুরবনি। মণিপুর মীথা পোল্লে। ব্রিটিস সাসন লোপদা য়ুমদ চুড়াচান্দ মহারাজনা পাল্লবা নীংতম্বা মতুংগ্রবা মণিপুর—গী মীওইনদা থক্কংনবদি লৈরে—সাধারন প্রজাগী পুন্সিদা মহাও হাওদ্রুন্সু তুংতবা শক্তি ওইনা থিংবা হাম্বরকত্তনদি এত্রে।

চাওরাক্তানা নমুমনা লৌট্রি-শীংট্রি তৌত্তুনা লৈরম্রি মাথায়গী কেল্লুপতা 'লাইশ্রম কোম্জুপ' হায়না খইত্রিপাক তুম্ন্হলদা শীংথানবিবা কেল্লুপনি লাইশ্রম কোম্জিন হায়নসু খঙনৈ। চাওরবা ইংখোল অমত্ত মখা-মনীং-অবা দা থোকপা ভুরেম্বা কেম্বশিনবা, খাইত্রিপাক ওয়াথেনা নুম্বগী নোংচুপ্তা থোকপা ভুরেল মপান্দা চৎলিবা লম্ব অদুতনি লাইশ্রম কোম্জিন থৌনবা লম্ব মায়গৈ অহুমদা ভুরেলনা কেম্বশিনবা চাওরবা ইংখোল অদুগী মম্বাংদা খুম-জাও অলুম থাব্রাংননা শাই। মমাংদা চাওবাশংলবা মমাংউ শাক্নাই অচৌ পাবং শানা লে - অরাং শাক্নাই, মথা শাক্নাই ইংখোলগী অরাং অমসুং মথাদ ল ইংখোলগী অকে য়ন্দা রাংলবা লৈপল অমদি শনৈবী রাংকনা অমুক্কা কুংনা মাংলেং পাক লাংশিনবা মাদনা লৈরি।

মমায় থংবা য়ুমত্ত মাল্লে—চহি ১০০ হেল্লবনি অদুবু মশাংদ থাংলি মতম চানা য়ানবা কংলবা ঈশিং তাঁংলবা শম্বি কুহিনা মাথাংড ওইবা থাড জিনা খাচবু খাওল লোয়খাও ওইবা সনা হম্বী হাপ্পা, ঈতাংলবা উতং রানা লুমদাং য়ান, ঈতাংলবা শনৈবী রাচেংনা উরা থা, অথম্নবা তুমনৌ নাবুম্বানা ইথা থাদুনা নীংথম চংলকপদা য়ানবা রাজং রাগী শুম-তাও চাদবা পম্বানা পরৈ লাক, খাইবী লীরেম্বা পুন্দুনা মতম মদা মমিং চৎনা ফাওরম্বা লৈশাংথেম শৈলনা কুপথিবা য়ুমনি। অথম্নবা শাংউৎ নাকুম্বীনা ফক্লাং থারবা—রাই

হাজারী মাম্বকৈ অদোমদা মীনা কিনা ব্যবহার তৌনবা মীশক্নী। কোয়রেং যুবরাজনা লাইশ্রববু লাম্মী লৌশিং অমগী লুচিংবা হাপখি অহুনা ম'বু হাজারী হায়না খঙনৈ।

সনা কোম্বরেংনা পাখং ফারকপা মতমদা মপা ইবুঙো মহারাজ স্যার চন্দ্রকীর্তি সিংহনা লম চেল্লী হায়দুনা খান্নদা মতম খর লোই থাবা মতমদ লাইশ্রবা মাগী পোগন ওইনা খান্নদা মতম খর লৈখি

খাঙ্গ চাংগী চাং নিংথৌগী লাইকোন্দা নিংথেংচা কোয়রেংগা লাইশ্রবগা মখোয় অনি চীকপক্ক য়ারী শাখি। মখোয় অনিমক ইনখৎসল্লিব পাখঙ ভাকুন লাইশ্রবনা কোয়রেংদগী চহি অহমলোমদি হল্লি

"ভাদা লাইশ্রবা।"

"অঙ্গা! মজাইবুঙো!"

"য়েংউনসে - মখোয় ফিরিঙ্গী শিংসিন ভৌরিসে! কয়া উশিংলিনো হায়বা! পাবুংখাদা হায়জিন হায়জিন্দুনা লৈবাক্কী রায়েন-থৌদা কাওব মখোয়না লোইনা পায়শিল্লকলে। ঐখোয় কনামক্ত্রা ইনীং-ইখা তম্ম লৈবা য়ারক্লে।"

"চুম্মী মজাইবুঙো।"

"উরেদনা মাগী জেন্সাটোন হায়বসিনা হায়জিন্দুনা কৈগু লেতবা অমগীদমক ঐবু সিদা লোই খারল্লিবসে সিবু মীয়াম মাঙদা ঐবু ইকায়বা পীবা নত্রো?"

"অংইবনি মজাইবুঙো! মরম মরৈবাকেস্মু নত্তবা মফমসিদা মখোয়না খাদৈ-খারা শারহুনা য়ুমদাংবনা কৈ-না-বা হায়বহু ভৌরবনি"

"এখোয়গী মরক্তা মখোয়দা নপচরুবা থরম্মু য়াওরিনে — অহুনস্মু মখোয়সে মখোই কারে।"

"চুম্মা মজাইবুঙো! মখোয়দো মরৈবাকপু মীরায়বা মশাগীতা য়েংবা ক চবুনি।"

"নত্তে তা-লাইশ্রবা! নীংতম্বমুক মুভাইববু কদায়দৈ লৌরুদাগে? মীনায় ওইনা চৎি চামা হিংদৌ শরুক নীংতম্না নোংমতং হিংবনা ফত্রা? ঐখোয় পাবুং স্নাখ্বানা থুপখ্রবা তুং ঐখোয়গী মতম লাকপা কান্দদি ফিরি-ঙীশিংসে লোয়না তাম্থোক্‌না ইরৈবাকপু মপুংফানা নীং-তমহনসিকো।"

"মানি মজাইবুঙো মতুমক তৌগদবনি মতুগীদমক ননাই লাইশ্রবা লৈজরি।'

"ইরৈবাকপু মনীংতম্না থম্বা ঐখোয়গী তৌদবা যাদ্রবা ইথৌনি। লল্লোনবা লাকপা মখোয়না হৌদোং লম্বোইবগুম্না—করিগীনো লৈবাক ৱায়েন-খৌদা চুপ্পা পায়শিল্লক্লীবা?"

"মজা ইবুঙো!"

"মসি ঐখোয়বু উশিক্তবনি—উশিক্তবা অসে নোংমা নোংমা হেঙ্গংলক্লী। ঐখোয়গী লক্তা লৈবা খরনা থৌদোংলুবদগী ঐখোয়বু মী ওইনা উরক্তবগী ৱানি। অহূনা লাইশ্রবা! তঙ্গা হেক ফংবগা মখোয়গী মমি ফাওবা মুখৎকদবনি।"

"চুম্মী মজাইবুঙো! মহ্ ঐখোয় পূম্বনা তৌফম থোকপনি। মনীংতম্বা পাম্বা জাতি খুদিংমক্কী তৌফম থোকপা মথৌনি।"

"মখোয় লল্লোনবা লাকপা—থবক শুব লাকপা কাওবু মখোয়দি—লল্লোনবগী থবক, শুনোম্বগী থবক অহুম তৌতুনা লৈফম থোকপনি। মতুদা মখোয়বু কনানম্ম য়েংলোই অকায়বা পীরোই—অহোয়নতুম খ্বায়গী মতেং ফংলিবনি। করিগী মখোয়না ইমুং-মম্নুংগী ৱা ফাওবা যাওশিন্দুনা লৈবাক অসিগী মীশিং অসি তোথায়-থোখায় তানবা করিগী শীল্লিবনো। যাওশিন্দুনা খাবৈ-খারা শাবতা নওন। ঐখোয়গী ইরক্তা অহূন-অরান লেপ্পা, বিচারপতী ৱায়েন মপু ফাওবা ওইনারবে। মসিবু কয়া কুইনা খাঙতুনা লৈখিগদাগে?"

"মজাইবুঙো! ঐখোয়গীম্বু নতম লাকখিনি।"

“লাইশ্রবা—ঐথোয়গী মতম লাকপদা মথোয়সিগুম্বসি মরু কৌরুনা ভান্দোক্লবা হোংনবদা নং চোল্লাইকো।”

“চেনবদি লম্বরতুনা মখুজিন থানা চঙশিঙগনি—নায়রেং হানি থরায়না পোম্থা ওইরফাও হৌরোই।”

“অতুদি লাইনীংথৌ চৌংনিংথৌনা শাক্কিনিকো!”

অসি হায়রগুনা মখোয় অনি চাংনিংথৌ, ইরেম অনিগী লাইমংদা থাঙ চৌতুনা রাশন্নখি। থাঙ্গরাকপা নশাইকে নঙ চঙহনা ভরি-নামুং শাক্কি ওইহনখি

নুমিং অতংগী হৌনা লৈইশ্রবা কেয়রেগী অচানবা মনাই লোয়নবা ওইখি মখোয় অনিগী পুম্মক নোংতম্বগী মেরি মকা লাম্না চাকথংপা হৌখি। মবুক মরুক নীং ভম্বগী—ফিরঙ্গী ওথোকপগী থোখলগনা থনখি। □

# ( ৩ )

## নুংথিল পুং মঙামথায়।

শুমাং মতোন হোজং ময়াদা অঙাং খর শান্নরি। মখোয়পুম্ব লাইশ্রম কোঞ্জিনগী অঙাং ঙাক্তনি।

অঙাং অমনা মচীন্না খোংলকই —

"কাক কাক।"

"মহোয় পাবা! হৌগংলো নোংঙাল্লে। কাক খোংলে। লৌকুম্বা থেঙথ্রনি।"

তান্দ-মান্দে হৌগংলি— তীংলি-হাঙলী, মহ'দা পয়া মাতক অনা লৌহুনা ময়া থিল্লি। মপা শাবা অঙাং নুপামচাহুনা হায়বকই—

"কদায় ইবেম'মমা: চীন তেংনবা ঈশিংদে।"

"হো সিদা লৈরে।"

"কংক্রেতু খর য়েমশিল্লু হিদাক খরগা। ঐ ফি শেংলুখিগে"

"অঙাংশা! হে তোম্বা, য়াইমা, ইবেন হৌগংলো নোংঙাল্লে।"

"ঐ চংলেহে ইবেমমা! সে পু-লাঙ্গোলদু কদোমদনো? যনগী দানাড় খর থোংলম্মু।" হায়না হায়না মপা শাবা চডুং অহু থোরকই। মচীন্না—"হে নহে, অরব তিতি তিতিনহে" হায়দুনা মপান্দা থোকখিবা শাড়ুনা নাকন অমদা তুমিন্না লৈখি। ইমা শাবা তুন মচাড়ুনা—

"ইবেম্মা হৌগংলো। ইমুং-মাঙ্গোল ৱাই শিংচিল্লু তুলশীবুং ৱাই তৈরম্মু; সূর্য্যদেব নুমিত্তা ধূপ থাওমৈ কংলম্মু ঐ তুরেন্দগী ঈশিং শোকলুখিগে।" হায়দুনা পুনা অমা পায়দুনা থোকখি।

নুপীমচা অমনা শুমজং পায়দুনা ৱাই শাংল—তুলশীবুং ৱাই তৈ অহুগা ধূপ থাওমৈ কংলি পুন্নমক শান্নফমদা শেম্বা মফম মকন্নি, তুলশীবুংনি।

মমা শাবী নুপীমচাও পুন কংনানবদা ঈশিং শোক্লবা শাহনা চৎলকই ঙাঙেন-ঙাঙনা—

"ইস ঐখোয় লৈরাইসে চন্মল্লে রাংগ্রে বাংগ্রে—হৌরেন নাহোই পারা লাল্লগা হিদেন ভাফম কুমথফমদু খর শেম্মু হায়বু ইরেম্মা নচৈন-ননাও ফৌবী ফাঙ্ত্রোকউ অদুগা চেংদুস্ত খর চেৎইথোরকউ—ঐ ইংখোলদগী মনা মশীং খব হেকউথিগে।"

নুপীমচা অনিস মখোয়গী শানফম ফৌশুগেন্দা শানবগী শুক চমমম থাযদুনা ফৌ শুখি ফৌশু ঈশৈ শক-শকা—

"হো ইমা ঐস্লু লাকে
নাং চুই লাকন্নু
যেম্পাক ভূপ্তুনা মবাকে
লম্বী নাল্লি লাকন্নু
চৈশু শুদনা মরাকে
লৈথোম থোকই লাকন্নু
নৈনা হায়েং চাওরগা
চাউব-যাঙ্গোন ফারগা
থুগ্রাং তোংহুনা মরাকে
হো ইমা ঐস্লু লাকে।"

অস্নুম্ন অমনা ঈশৈ হন অমনা খুন তৌহনা শুম্বন অদুদা ফৌ শুমিন্নে—ফৌনি ফাংলি—য়াংকোক্লা খপতোকই—চেঙ চোইমিন্নে চেঙ খপ্লগা থুমোক্ত হাপ্তুনা মখোয় অনিমক ইমুংদা চৎলকই।

মতমসিদা মমাশাবী নুপীমচাহনা মকাংকোনবী শান্নবিবা নুপামচা অনিহু য়েংলদুনা, মনা-মশীং মরোয় মপাং খব পায়না পায়না চঙলক্লগা হায়রকই—

মথোম্ম পূম্বা ময়ুম ময়মদা চংনখি। চাওতোনগী মচা নিমাই চহি নিপান শুরে। মুপীমচা তোম্বী—চাওভলগী মচানুপীনি চহি তরেৎ শুরে।

*  *  *

মপা লাইশ্রবগী খল্লুবদা চাওতোন মমিত্তা মপি শিন্থরকই। ওযা শিবম্বা শঙ্গাই রাচেং পায়না প য়না উথোকতেন্দা ভাতুনা লৈ। রাখলনা উংতুনা মথুং-মশা লেংদে—র খলদি খো জোম যৌগে।

ইং ১৮৯১, শক্তিবু—মিয়ান হেংকুঃ।

ইং ১৮৯১, মার্চ্চ তাং ৩১ দা ব্রিগেডিয়ার জেনেরেল টিঃ গ্রাহাম, মাগী মিয়ান হেড কাটরদা হার মাজেষ্টি গবর্ণমেণ্টকী হুকুম চে অমা পাদুনা লৈরম্মি। মাগী মনাক্তা মরুওইবা অফিসার খর কম্নদুনা মাগী ওর্ডর ভাইদুনা লৈরি।

ভাইহাক লৈরগা জেনেরেল গ্রাহাম্না হায়রকই—"জেণ্টলমেন মার্চ্চ তাং ২৫ দা টুমুদগী ফংবা পাওগী মতুংইন্না টুমুদগী মাইল ২৫ চংখৎলগা টেলিগ্রাফ রায়ার ককখৎত্রে মণিপুরদা লান হৌদুনা আসামগী চিফ কমিসনর মণিপুর দরবারন ফাদুনা বন্দি থমখ্রে। বন্দিশিং অদু কন্নবা টুমুগী কমাণ্ডিং অফিসার লেফটিনাণ্ট গ্রাণ্ট ১২ শুবা মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী সিফাই ৫০ অমদি ৪৩ শুবা গুর্খা রাইফলসকী সিফাই ৬৫ গা লোয়ননা মার্চ্চ তাং ২৮ দা টুমু থাদোক্নুনা মণিপুর তম্না চঙশিনখ্রে।

ওসি—মার্চ্চ তাং ৩১ মুমিংসিদা মণিপুরদা লান্দানবা হার মাজেষ্টি গবর্ণমেণ্টকী হুকুম কংলে। মায়কৈ অহুমদগী লান্দাগদবনি—হায়বদি টুমু শিলচর, অমদি কোহিমাদগী লাম্নী তেঙ্গোল অহুম পুন্না মণিপুর তাম্না চঙ-শিনগদবনি। মতম অমওদা পুন্না মায়গে অহুমদগী লান্দাগদবনি। টুমুগী তেঙ্গোন এনা কমাণ্ড তৌগনি।

জেণ্টলমেন টমুগী তেঙ্গোন অসিদা য়াওগদবদি রোয়েল আর্টিলেরীগী নম্বর ১ শুবা মাওণ্টেন বেটরীগী তোপ মরি, নম্বর ৪ শুবা বাটালিয়ন কিংস রোয়াল রাইফলগী হেড কার্টস অমসুং রীং, ২-৪ শুবা গুর্খা রেজিমেণ্ট অমসুং ১২ শুবা (বম্মা) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিনি অদুগা ৩২ শুবা (বর্ম্মা) মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিনা টুমুদা রিজার্ভ ওইনা লৈগনি।

ফোর য়োব ইনফোর্মেসন—শিলচর কলম কোলনেল রেম্নীরা কমাণ্ড তৌগনি অদুগা কোহিমা কলমনা জেনেরেল কোলেটনা কমাণ্ড তৌগনি।

"কেপ্টেন প্রেসগ্রাফ !"

"য়েস সাব !"

"সিফাই থরদং পুডুনা চওখিবা লেফটিনান্ট গ্রান্ট হৌজিক খোঙ্গলদা মণিপুর লান্মীনা কে য়শিন্দুনা লৈখ্রে। অদুনা সিফাই ১০০ পুডুনা ওসিমক মণিপুর তান্না চংকদবনি। লেফটিনেন্ট গ্রান্টপু মতেং পাংবিডুনা নখোয়-নিমক পুন্না টুমু তান্না হন্দোরক্কদবনি। মমিং মও নিগী ড্রাই রেসন পুথে।

টমু কলমগী অপূনবা জেঙ্গোন অসি এপ্রিল তাং ২১ দা টমুদা পুন্নগা মণিপুর তান্না এডভান্স তৌগনি। মণিপুর যৌবগা তা, ১৭ তা কোহিমা অমসুং শিলচরদগী লাকপা জেঙ্গোনগা পুন্নপ পুন্না লান্দাডুনা য়েরুবা মণিপুরীশিংবু ময়থিবা পীগদবনি। লমন খুমগদবনি।"

* * *

৪ (১) অয়ুক—সনাকেন্থং—ইম্ফাল।

অয়ুক অঙনবদা লেণ্ডথংলগা চাইথরবা তুংদা আনিক ভজন লোইবদা তুংদা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী শৃঙ্গার আরতী দর্শন তৌকরে স্না-সঙ্গাইদা হল্লক্লগা সঙ্গাই মাঙ্গোলদা ফরাংজি থক্তা ফিডো থারবা খুদদা লেণ্ডশিন্দুনা পোং-থারিডৈদা মনাওইবুডো যুবরাজ টিকেন্দ্র লেণ্ডশিল্লকুনা খুরুম্মে--

"কোয়রেং করি পাও ?"

"য়াম্বং—নোংচুপলোংদা লান তানবা ইপু থঙ্গালগা লোয়ননা য়োয়াং-তেক ফাওবা য়োজকই মণিপুর সিমা লান্না কাছার কাওবা তাম্বোক-খিনবা লৈতান মেঙ্গরনচিংবদ হায়রম্নগা হজ্জরকপনি। ওয়াং কংবা পাওদা

য়েক্নবা ফেরিঙ্গী কাচায় তম্পাক তাখ্রে—লান লৈত্রে হায়দুনা ইনাও সেনা-পতিখোই হল্লকলে।

"অরাং লমদা লান তানবা চংখিবা লাইশ্রবা মেজরনা খুল্লক্কী সিফাই কয়া ফাদুনা কৈশুমশঙদা থম্মখ্রে। ওসি ফংবা পাওদা মানা মাও য়োরবদা খঙহৌদনা ফেরিঙ্গী লাম্মীনা লান্দারক্নুনা মাও লানবন লৌখ্রে হায়; অনৌবা লাম্মী থোমজিনবা তাই।

"নোংপোক্নমদা লান তানবা চংখিবা য়েনখোইবা মেজর তেংনৌপল য়োক্নরে। নোংপোক্নমদা চেনখিবা কাঙবুদুনা লাওথেলদগী মুপা য়াংখৈ ফাদুনা বেগারী ওইনখি হায়। লাঙ্গাবা চংখিবা অশাংবা সুবিদার ম'ইব্যা জমান্দারনচিংবা মঙা অমম্ম ফাদুনা পুখি হায়। য়েনখোইবনা তেংনৌপলদা লৈরিঙৈদা নোংপোক্নমদগী লান কারকপা গীর'ন সাহেবনা তকশিল্লকপদগী পালেলদা হন্দোক্লকই। লান তকশিল্লক্নুনা পালেলদা য়াম্লবদা ঐখোয়গী মী কুনমুক শিখ্রে—লাম্নীং হল্লক্নুনা থৌবাল য়োরে। সাহেবনা তকশিল্লক্নুনা হৌজিক সাহেবকী লাম্মী অথোকপম লৌরায়দা তেজোন শাদুনা লৈরে হায়না হৌজিক পাও থুংলে। অসোমদা লম্মী খর থোমজিন্দবা য়াদ্রে অজ্ঞা।"

"কনা লৈ—ইপু থঙ্গাল—ইনাওইবুঙো সেনাপতিনচিংবা কৌরু।"

"অজ্ঞা ননাই ঐখোয় লৈজে" হায়দুনা অকানচা মখোয় অহুম থোরক্নুনা শ্রীযুত্তা খুরুম্নগা কৌবা চংখ্রে।

"কোয়রেং লানসি লেপকদ্রা হায়বু লেপ্লোইদৌরি! ঐখোয় করি তৌসিগে?"

"য়াম্মুং করিমত্তা মুংশা থীবিমু। ননাই ঐনা লোইনা শীজখ্রে। লম খুদীং থাদুনা—ইমা লৈবাক মণিপুরগী নীংতম্বা কম্নবা সাহেবকী লাম্মী থেংননবা লান নাকে নাকে হায়বা অথৌবা কয়া থোমগংনবা মায়কৈ মরিমক্তা শগোল পাও থাগ্রে। মমা লৈবাকীদমক অথৌবা কয়া হৌজিক মা কোমুং-

তম্না লাক্লুরে, ননাই চোংথামিয়াগা পাওনাগস্থ শ্রীযুৎকী স্না য়াথং মেঙ্গর ফম থিন্দোক্লুনা মখোয়গী সেবক শাখা অথোবা কয়া খোমলুনবা হায়জগ্রে—মখোয় মথং মথং লাক্লুরনি।

ইপু থঙ্গালগা লোয়ননা লানগী শীন্দোক-শীঙ্গিন তৌনবা তোপ গারোংতা লানগী লোইশঙ লিংখত্তুনা থমজরে। স্না পূক্লিং করিস্থ মুং-নাংবীগনু।"

মতম অসিদা থঙ্গাল জেনেবেল, অঙৌ সেনাপতি মাইপাকস্না, রাং-খৈরাকপা, ইবুংসি দলাইরোই হঙ্গবা, ইবুংসি হাওজৌ যাইস্কুল লাকপা, অয়াপুরেন মেঙ্গরনাচিংবা লাক্লুনা শ্রীযুৎপু থুকম্নগা মাগী মাগী ফমফমদা ফম্নখি। শ্রীযুৎনা হায়রকই—

"ইমা মণিপুরগী মচা অথৌবা পূম্বা! হৌজিক ইমা লৈবাক অরাবদা তারে। যেরুবা ফেরিঙ্গী লান্মীনা তকশিল্লকুনা থৌবাল অথোকপমদা তেঙ্গোল শাহুনা লৈরে হায়—য়েঙ্খোইবগী লান্মী কয়া মখোই খুত্ত শিগ্রে—য়েক্লবা তাম্থোক্লুনা ইমা লৈবাক কনবা নখোয়'খুত্তা লৈরে—য়েঙ্খোইবগী মতেং থুনা পাংবা তাই।"

"অজ্ঞা—ননাই ঐখোয় পূম্বা ইমা লৈবাকাঁদাক লানগী লাইরেম্বীদা থরাই কচ্চরবনি, স্না য়াথংতা তাকপীয়।"

"অদুদি কোয়রেং কনা কনা থৌপাল তম্না চংকনি?"

"অজ্ঞা—ইনাও সেনাপতি, রাঙ্খৈরাকপা, য়াইস্কুল লাকপা, দলাইরোই হঙ্গবা অমদি অয়াপুরেন মেঙ্গর—সিফায় চহুম পুহুনা ঙসিমক থৌবাল তাম্না চঙশিনবীয়।

অরাংলোমদা লাইশ্রবগী মতেঙ পাংনবা স্নাখ্য খুরাইলাকপা, শামু মেঙ্গরগা লোয়ননা সিফায় চনি পুতনা মাও তম্না চঙশিনবীয়।"

"সনা য়াথং কিগাও শানা য়াজরি—জয় জয় শ্রীগোবিন্দগী জয়—জয় জয় মণিপুর মাতাগী জয়-জয় জয় মণিপুরেশ্বর মহারাজ কুলচন্দ্রগী জয়।"

হায়না লাওরক্লনা লাগী তেঙ্গোন অনিমক খোঙশানখি। থৌরাঙ্গমদা চংপা তেঙ্গোনগী মনাওইবুংো সেনাপতি, মচাইবুঙো য়াইস্কল্লাকপনা লিলোংদা তেঙ্গোন শাহনা লৈহৌই—অয়াপুরেন মেজর, চোংথা মেজরনা থৌবাল য়ৌনা চঙশিনখি। [ ]

* * *

৪ (২) লুমিং অসিগী লুংথিল—য়াইরিপোক।

"লৈবাক মচাশা! য়েক্রবা য়েঙ্গচনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দারক্লে। টুমু, কোহিমা, শিলচর য়ায়কৈ অহুমদগী মশীং লাকচমদ্রবা ফেরিঙ্গী লাশী মণিপুর কোমুং অমা চঙশিল্লক্লে। মা লৈবাক মণিপুরগী নীংতম্বদা শীংনরক্লে। তাবীয়ু লৈবাক মচাশা—ইমা লৈবাক মণিপুরগী লৈবাক প্রজাগী নীংতম্বা ভাক্তবা, য়েক্লবগী খুত্তুগী ইমা লৈবাক কল্লবা—ইমাগী মচা অথোবা কনা কনা লৈ চোংথোরক্লো—থীল্লে—চংসি থেংনরুসি য়েক্লবা—ইমা লৈবাক কল্লবা লানফমদা!

পাঙ্গেং ফিরান থেং, খামেন চংপা শেং, রেশম ফুরিং, সনা খুজি তাল—পামদরা লানফি? পানদরা মরৈবাক নীংবা মচানি শোল্লবা? থোরকউ লাও অকনবা, থোরকউ লাও থৌনা ফবা, থোরকউ লাও মমা নীংবা! ইমা লৈবাকীদমক প্রজাগীদমক—নীংতম্বা ভাক্লবগীদমক য়েক্লবা পুম্বা তাম্থোকলুসি—য়েন্দম থরাক শোইবগুম লানফম য়ায়দা শোইদংলুসি—থোরকউ লাও অফংবা খুংলাই পায়দুনা। ইমা লৈবাক্তা কৌরে মচাশিংবু, থোরকউ লাও অথোবা!

নিংথেমগী সনা য়াথং লাওথোকপা শগোল পাওজেল—য়াইরিপোক লখীরোমদা লাকুনা য়াইরিপোক বাজারদা পুং থীন্দুনা লাওথোকখি খ্বাই প্রজা খঙহনখি। য়াইরিপোক তুলিনহা লানশঙদৈ লাইশ্রবা হাজারীনা লান য়াওননবা অথোবা কয়াবুম্ব তত্তুনা কৌরক্লী। মথুত্তা থাঙ চুঙ্গাই

প যববা পাথৌ কয়া মথং মথং তুলিনহা লানশঙ তম্না মবা মরী লারুবি। মখোয়গী মবক্তা চাওতোনগী মরুপ অচৌ যাওবি। চাওতোন্দি হান্ননা মপাগী মনাক যৌগ্রবনি।

অচৌ লুহোংবা বুইদ্রিবনি। চহি অতুগী য়াওশং থাবল চোংবদা থেংনকৃবী, খুজেং পালোইননা থাবল চোংমিন্নখিবী শকহেনবী থম্বাল যাওশং মতুং বাকনী কাকবা হল্লকপদা ময়মদা পুরকখি। চাওনা লুহোংখি।

মুংশিনা লোইনজবী থম্বাল—মশম নৈশাবম্বগী তুগৎপদা মঙাযবি। শাবী-শানৌ লুহোং মতুং খম থেংনা চান্নবকপা তাঙ্গান। মুংশিবী থম্বালগী নাক্তগী হেন্দোক্লীংদবা মতমনি। অতুবু মণিপুর ইমানা পৌবক্লে। ইমা লৈবাকী নীংতম্বা খুদোং থীবক্লে—য়েক্লবনা লাংপোই চনশিল্লকলে। য়েক্লববু তান্থাক্তনা ইমা লৈবাক নীংতম্না থম্বা মচা খুদিংগী মথৌনি। মথৌদং পাঙথোরবা মুংশিজববী থম্বালবু মতম খবদং থাদোকপা তারি।

মুখিং অতুদা অচৌন মাগী থাঙশংদু ফেওলুবগা থাওখুমদা হাপচিন্দুনা চুংখোযগী মনক্তা থগ্নগা চেং-থোইদিং কতুনা থাঙগী পুক্তা তৌবা লোইরে। শাফি-লানফি শেংলে—থম্বালদা চিংনা যেংলগা মুংশিনা হায়রকই—

"থম্বাল। ইথৌনা ঐবু কৌবে। ইমা লৈবাক মণিপুরগী নীংতম লান য়াওকবা তারে—ঐহাক ওঝা ল ইশ্রবগী থৌগল তৌদুনা লান থেংনবা চংলগনি—তারেদনা শগোল পাওজেল অসি। ঐনা ভাইজরকপা মুখিং অদু যৌরকলে। লানফমদা চঙলবদি জয় পরাজয়—লাইবক্না তৌনি শিবা হিংবা। করিগুম্বা ঐনা লানফমদা থরায় মাঙখিবা তারবদি ঐগী নঙনা পোক্তদোরিবা ইচা অসি মী ওইনবা শেম্বদা নহাক য়াম্না রাগনি। অতুবু ইচাবুদি নঙনা মী ওইনবা শেম্বা তাই। অতুনা ইচাতবু মুংশিবীবা, শেম্বী-গদবা নংবু মুংশিবা মুপা অমদা অমুক নম্বম পাম্মু—মাবু ঐমক্তী থম্মু কবি অমত্তা চিংনগম্নু। ঐগী আশাদি নঙনা মুঙাইনা হিংহৌবা অমদি ঐগী ইচাবু মী অম্না ওইনবা শেম্বনি।"

মহু তাবদ খোন থোক্লুনা কপ্লিবী থম্বালনা ইক'ই-ইকি পুন্নমক নমহত্তুনা অশুম অশুম লুকথরক্লুনা অচৌগী মপোংও কোনখি! পিরাংনা মখোঙ শেংদোকখি—অহুগা হায়রকই মতুং মতুং—

"অহুম্না তাকপীন্নু। লানফমদগী য়েরুববু ভূমদুনা মায় পাক্লা হনবী-রকউ, তোল্লবী থম্বালবু অমুক হন্না নথাদা চেংনা কোন্দুনা থম্বীরখো।

নঙগী পোক্কদোরিবা ইচা অসে ইথম্না য়োকপা ভাগ্রেই। এখোয় অনি চড়হুনা য়োক্কদনি, শেমগদনি

মায় পাক্লা হনবীরকউ ইমা মণিপুরগী নী তম্বা কনবীয়ু প্রজাগী য়াইফনবা শীনবীয়। নচনা হল্লক্লিনা ফাওবা খোঙান্দা নঙবু একুবা চাইজবরমগে।"

"মুংশিরবী থম্বাল! কয়িংত্তা চিংনগন্নু এগীদমক নঙগী নহা ওইরিবা নপুন্সি ঈনখংলক্লিবা মতমদা অরেম্বদা মাঙহনগন্নু। এনা লৈখিত্রবদা এগীদমক নপুন্সি কেমহনগন্নু মুত্থাইনা পুন্সি লেল্লু—ইচাবু ফক্তনা য়োকউ। হৌজিক হাংথোনা এবু কোয়ে।"

"অতম্না থক ? কপীগন্নু—এহাক চাইহি। ওইখিগনি নঙনা হল্লক্লি-ফাওবা।"

অসি হায়দুনা মমিত্তা মণি ওবো-রো তানা অচৌগী মায়থোং অমুক্কং চিংনরেংলগা পিনা থল্লবা মিং অনি লোয়ননা চিনবান কাংলপ মোমোন নোক — শাক্তি-লানফি শেংলবা মপুরোইবদা থাঙ চুক্কোয় লানশিল্লী। নোংপোক নিংথৌ, পান্থোইবী কংলুরবা প্রসাদি অচৌ খুত্তা শিন্নজে। মরাই-বক্তা সিন্দুরত্তু নম্নগা নিম্মল্য লৈগী পারেংচু মঙক-শম্দা হক্লগা থুরুম থুরুম্না হায়রকই—

"লেপ্পমক মঙ্গল ওইবীরকউ—য়াইফবা পীনসম্নু লাইনীংথৌনা। তু নাম্বা তেক্লনা হনবীরকউ।"

অচৌ তপ্না-তপ্না মাঙোলদগী কুমথরে। আরাম্বাই তেন্দোং য়াল্লবা, তা, থংনিংতা নাকন্দা থেংলবা লাঙোই থক্তা কাথংলে—ওইথাঙ য়েংথাঙ

য়াম্লবা অচৌ শগোল চুপ্পী থাবংদাই—মায় লৈশীন মাগী মুংশিজরবী থম্বালবু অমুক্তং চিংনা য়েংলম্লগা শগোল থুকপ খোংথ।

থম্বালগীদমক্তদি মতুনা মপুরোইবগী মুংশি মায়থোং উজবা অরোইবনি। □

* * *

৪ (৩) এপ্রিলগী অহানবা চয়োল—থৌবাল।

কেপ্টেন প্রেসগ্রাফনা থৌবাল য়োনকপা মতমদা মৈতৈ তেঙ্গোনগী মাওজিন থংবা চোংথা মেঙ্গুরগী কাংবুগা অথোকপমদা লৈবা সাহেবকী লাম্মীশিংগা কাপ্পরম্মী। কেপ্টেন প্রেসগ্রাফকী ফিরিঙ্গী লাম্মীশিংনা চোংথা মেঙ্গুরগী মথক্তা ভূংলোমদগী লান্দারকই। পুং খর অরোং থোংদা অকনবা লান থেংনখি। চোংথা মেঙ্গুরগী লাম্মী ২০ হেন্না শিবে। নাকল অনিমক্তা লাম্থেংনবিবা চোকথরবা চোংথা মেঙ্গুবগী মৈতৈ লাম্মী, কেপ্টেন প্রেসগ্রাফকী লাম্মীনা তকশিল্লকপদা থাডবা ভুমদতুন নৌংহম্মরক্লে। কেপ্টেন প্রেসগ্রাফ চোংথা মেঙ্গুরগী লাম্মী তানথাইরম্লগা অথোকপমদা গ্রাণ্টকী তেঙ্গোনগা পুনখ্রে।

অরোং লানফমগী পাণ্ড তাবদা লীলোং লানবন্দগী থোমজিল্লকপা মনাওইবুঙো সেনাপতি অমস্তং মচাইবুঙো য়াইস্কল লাকপগী লাম্মী থৌবাল কৈথেন্দা তেঙ্গোন শাতুনা লৈরম্লে। মাইস্না কৈরুংবা অমস্তং নারেংবা লাল্লুপচিংবনা তোমজিং চীংথক্তা বমদিয়ার তোপ পুথতুনা অথোকপমদা সাহেবকী তেঙ্গোন্দা তোপ কাপশিল্লি। সাহেবকী লাম্মীনস্থ হুম্ম নোংমৈ কাপ্লকপদা নারেংবগী মখোঙদা নোংমৈ মরুনা পাল্লি—শিদি শিদে। কেপ্টেন প্রেসগ্রাফনা পুরকপা জেনেরেল গ্রাহামগী ওর্ডর ফংবদা নোংমৈ মরু লৈরক্ত্রবা, চানিঙাই লৈরক্ত্রবা লেফটিনেন্ট গ্রান্টকী লাম্মী হুরাওজরে। অদুবু মৈতৈ লাম্মীনা কোয়শিন্দুনা লেপনা মপান্দা হাইদারকপদি ভুমনরে।

থৌবাল কৈথেলগী নোংচুপ রাইথোম ইংখোলদা লৈবা মৈতৈ তোঙ্গোম্মা অথোকপমগী য়ুম তুম্মা মৈ থাদোকপ্রে। অতুবু মৈতৈ লাম্মীনা চঙবস্তু ঙমদে, ফেরিঙ্গী লাম্মীনা তকশিল্লকপস্তু ঙমদে। অস্নুম্মা লৈনরে। লাঙ্গাবা মশেলদি য়াম্না কাপনৈ। মৈতৈ অথোবা লান নাকে নাকে হায়বা লাম্মী ৫০ মুক্না নোংপোক কাংলোমদগী চঙশিন্দুনা কাপ্লকই অতুবু সাহেবকী তেঙ্গোন কায়বা ঙমদতুনা হল্লকই। মখোয়না ইংখোলদা কোম তৌতুনা লৈবনা মৈতৈ লাম্মীনা কোয়শিন্দুনা নোংমৈ কাপশিল্লবস্তু মরু অমত্তা মখোয় য়োৎ লৈতে। সাহেবকী তেঙ্গোম্নদি মরু য়াম্না কাপথোরকই। অদুবু মখোয় থোরকপদি ঙমদে, অরুবা লানফম ওইরে। পাঙ পায়দুনা খুংনা ফংনা য়াম্নরসি লেপ্পদুনা মৈতৈ অথোবা ময়াংচুং হাইস্কুল লাকপা অমদি মাগী মচা সনাহলনা লুচিংদুনা অথোবা লাম্মী কয়া থাঙ পায়দুনা তাং ৬ কী নুংথিল সাহেবকী তেঙ্গোন্দা চাংশিনখদুনা খুংনা ফানা য়াম্নরে। মহা হাইস্কুল লাকপা মপা-মচা সাহেব ৩ গা খুংনা ফানা য়াম্নদুনা মখোয় মঙামক শিমিন্নে নুমিৎ তারেপদা ৩.৩০ দা হৌদিন্নে মৈতৈগী থৌনা উবদা নুংশা থিবা চানিংঙাই-পঙ্খিঙাই লৈরকপা, মরু চাংলক্লবা সাহেবকী তেঙ্গোন অহিংদা লোম্না চেনখি। তাং ৭ কী অয়ুক্তা সাহেবকী লাম্মী পূম্বা চেনখি হায়বা খঙখি। লান লৈত্রে হায়দুনা মন ও ইবুঙো সেনাপতিনচিংবা মহা কোম্নুংদা হল্লখি। চাংদা মেজরদি লান হাপবা নোংপোক্লম্দা চঙশিনখি। লান তানবা কাঙবুদুদা হাজারীগা লোয়নন্না অচৌ, চাওতোনস্তু চঙশিনখি।

* * *

৪ (৪) এপ্রিল তাং ১৩—মিয়ান হে. কু:—অয়ুক।

কনফারেন্স লোইশিল্লকপদা জেনরেল গ্রাহাম্না হায়রকই—

"মেজর সার সি, এইচ, লেসলীনা মাগী ২—৪ গুর্খা রেজিমেণ্ট পুত্তুনা থুনমক মণিপুর তাম্না চংলগা পালেল থুদুম চনগদবনি। পালেলদা থৌবালদগী

হুন্দোরকপা কেপ্টেন প্রেসগ্রাফ, লেফটিনেন্ট গ্রান্টক লেম্বননা নহেন্দ রিপোর্ট তৌগনি। পলেল ফিল্ড হেড ক'টর ওইগনি টুমুদগী লাম্মী পুম্ব তাং ২৫ দা থোরক্লি ফাও রিকোনাইসান্স পেত্রোলীং তৌহুনা য়েরুবগী পাও খোনজিন্দুনা ভাইরমগদবনি।

কেপ্টেন রাণ্ডেল, কেপ্টেন দ্রুরী কেপ্টেন কার্নগী, লেফটিনেন্ট গ্রান্ট অমদি লেফটিনেন্ট কোক্স— ! জেন্টলমেন নখোয় পুম্নমক মেজর লেসলীগী মতেং পাংগদবনি। লেফটিনেন্ট গ্রান্ট মণিপুরগী লম্মিং-তুমিং খরমখৈ খঙহ-নিনা মতেং য়াম্না ওইগনি।

অহুমকপু জেন্টলমেন। ঐখে য় হৌজিক লান চঙলববনি। নোংপোক ভারতকী খ্বাইদগী হেন্না মরীল লৈববা লিরবা জাং অমগা লান তৌবিবনি অহুনা য়াম্না চেকশিনবা তাই। থেইদোংক্লা য়েরুবগী লমদা এডভান্স তৌশিল্লবনি লম্মিং-তুমিং মুন্না খঙদনা, চীং-জঙ্গোলনা থল্লবা, য়েরবা কদাইদা লৈরমগদগে, কয়া য়াম্না লৈবগে খঙদবা মফমদা চংলিবনি। অহুন মায়কৈ অহুমদগী চঙশিল্লকলিবা ঐখোয়গী লাম্মী তেঙ্গোনশিং অসিনা মণিপুরদা পুন্না য়োরক্লিফাওবা ফাইটিং পেট্রোল থাদোক্তুনা য়েরুবগী মণীং, লৈফম, খুংলাই পুন্নমক্কী পাও লৌগদবনি অহুগা অকনবা পেট্রোলীং কুংনা থাদোক্তুনা "নো মেনস লেণ্ড" ঐখোয়গী খুত্তা খুদুম চন্দুনা থম্মগদবনি মথংগী ওর্ডর ফংদ্রিফাও পালেলদা ভাইরমগদবনি। অহুগা প্রোগ্রেস অফ এক্সন তত্তুনা রিপোর্ট পীরক্কদবনি।"

অসি হায়রগা কনফরেন্স অহু লোইশিনখি মেজর লেসলীনা মাগী রেজিমেণ্ট পুহুনা তুমিং অহুমক্তদা খেঙশানখি। এপ্রিল তাং ১৮ অয়ুক্কা পালেলদা থুংখি। মথংগী অমক্তা মেজর লেসলীনা গুর্খা সিফাই ১৫০ অমসুং শগোল লাম্মী কয়ামুক পুহুনা পালেলদগী মাইল ৫ লাপ্না লৈবা মফম ককচিং খুহুম চনখি। □

৪ (৫) এপ্রিল ১৭, মনা কোম্নুং তোপ গারোং—অয়ুক।

হুমাংনা পুমচোং চোংলবা উরুল-রাইফুল তৈরবা শগোল তোংবা লাম্মী অনিগক মনা কোম্নুং তোপ গারোং ওন্না থুরুপ নচা থোক্লনা চঙশিল-লকই। তোপ গারোংকী হোজংদগী শগোলদগী কুমথরে, শগোল অনিমক শকমদা পুনশিল্লগা হোজং মনুংদা সম্রি মিশেং থাংবত্নদা মশা মশাগী মশক তাকচরগা থুনা চঙখিদুনা কোয়রেং যুবরাজদা থুরুম্মী।

থুরুম্বা ওক্লগা কোয়রেং যুবরাজনা হংলকই— "অচৌ, চাওতোন! নখোয় অনি কদায়দৈ লাকই—করি পাও, হাজারীদি কদায়দা লৈরোই?"

"অজ্ঞা! ননাই ঐখোয় ওঝা হাজারীগা লোয়ননা থৌবালদগী চেনখিবা সাহেবকী তেঙ্গোল ওন্নদা য়াওরুই। চোংথা মেঙ্গরগী অচৌবা তেঙ্গোম্না ভুংদা তাম্নরিউদা ঐখোয়না লম্বীদা থংসি হায়দুনা ওঝা হাজারীনা ঐখোয় শগোল লাম্মী ৩০ পুদুনা অশম্বা চিংলম্বীদা চত্নুনা কাথাদা ইরাই য়ুমিত্তা থুংই। ননাই ঐখোয় সিতা চীংদা লুমহুনা য়ুমিং হুন্নী ভাইরে—থৌবালদগী চেংখিবা ফেরিঙ্গী লাম্মী অম ফাওবা য়োরক্রে—চোংথা মেঙ্গরগী মৈতৈ লাম্মীস্নু উদ্রে; অয়ুম্না লৈরিডে—নিংথৌকাবগী অয়ুক্তা টুমুরোমদগী সাহেবগী লাম্মী লিশিংগী মথক শগোল লাম্মী, খোঙমী, তোপ য়াওনা সিতা চীংজিন্দা লাকপা উরে। ওঝা হাজারীনা ননাই ঐখোয় অনিবু য়াত্থাদা পাও হঙ্ংনবা, থুনমক সিফায় তেলান থোমজিনবীরকুনা য়েরুবনা পালেল য়োত্রিউ থংপীনবা হঙ্ংলকই—ওঝা হাজারীনা হঙ্গচ-রকই—য়েরুবনা পালেল থুড়ুম চনবা হানগ্রবদি মখোয়বু থিংবা লুগনি, লান ভাকপা রাগনি হঙ্ংলকই! ননাই ওঝা হাজারী সিতা চীংদা লৈরোরী—লাম্নীং হল্লগনি হায়রোই অজ্ঞা!"

"ফরে ফরে, নখোয় অনি পোথাজরুরো।"

"অজ্ঞা ননাই ঐখোয় ওঝা হাজারীগী নাক্তা থুনা হঙ্খিগে—পালেলদা ঐখোয়বু ভাইরমগনি।"

"চৎকনি! মখোয় অনিমক মেজর পাওনাগা লোয়ননা হয়েংমক— ঙসিদি পোত্থারুবো।"

কোইরেং যুবরাজগী য়াথংনা অকা মচা অমনা মখোয় অনিবু লমজিং-ডুনা পোত্থাফমদা লৈহনখি। মতম অসিদা অরাংলম কোহিমা অমদি নোংচুপলম কাছারদগী য়েরুবা সাহেবকী মশীং থীঙমদ্রবা লাম্মী লানকারক-পগী পাও তোপ গারোত্তা য়ৌরকখি।

অসুম্না ফেরিঙ্গীশিংনা মায়কৈ অহুমমক্তগী লান কারক্লবদা টুমুয়োমদগী লাকপা লান ঙাক্লবা শ্রীযুৎ মহারাজ কুল্লচন্দ্রনা নোংপোক্লমদা য়াংখৈরাকপগা য়েংখোইবা মেজরগা সিফায় ৭০০ কা লোয়ননা থুমিং অহুমক্তদা লান ঙাক্লবা থাখি। মৈতৈ তেঙ্গোল থৌবালদা থুংডুনা—মতুদা লানবন শাহনা লৈখি। মথংগী থুমিত্তা শ্রীযুৎনা পাওনা ব্রজবাসি অমসুং চোংথামিয়া অনিবু মেজর হাপ্তুনা সিফায় চামরাগা নোংপোকলমদা থোমজিনখি। পাউনাগী তেঙ্গোন্দা অচৌ চাওতোনসু য়াওখি। □

* * *

৪ (৬) এপ্রিলগী তাং ১৮, থুমিদাং—পলেল।

মেজর সার লেসলীগী ফিল্ড হেড কার্টর দম্বুর মনুংদা লাংলাক্তা থাউমৈ অমা থাল্লি। কেম্পতা শিজিন্নবা ফোলদিং টেবল অমগী মথক্তা ইননবা অহাংবা চে কলম পেন্সিল লৈ। টেবল মনাক্তা ফোল্ডিং চেয়ার থর থারি। টুমুদগী লাকপা ব্রিটিশ তেঙ্গান পলেলদা থুংলরবা মতুংদা অফিসার অমসুং সিফায়শিংগী লৈফম-চাফম শিনবা লোইরগা দিন্নর চাব লোইবত্তা ঙাউরি। মফম চানা চানা শক্তি ছাটি দিটেল তৌখ্রে। চৎপদা য়ারবা সিফায়শিং লোইনা পোত্থানখ্রে। থৌবালদগী হন্দোরকপা লেফটিনেন্ট গ্রান্ট অমসুং কেপ্টেন গ্রেসগ্রাফ য়াওনা অফিসার পুম্বা মেজর লেসলীগী অফিসত্তা ফমডুনা মথংগী থৌরমগীদমক লেসলীগী হুকুম ঙাইডুনা লৈরি।

মেজর সার লেসলী কেম্পকী লাইন ইন্সপেক্সন লোইরগা মাগী এডযুটেণ্টকা লোয়ননা মাগী হেড কাটর অফিসতা চঙলকই। অফিসার পুম্বা হোৌগত্তুনা সলাম তৌই। মেজর লেসলী—“গুড ইভনীং জেণ্টলমেন, ফম্বীয়ু।” অফিসার পুম্বা ফমলে। মেজর লেসলীসু মাগী চৌকিদা ফমলে।

মতম অদুদা টুমুদগী ফংবা সিগনেল অমা এডযুটেণ্টনা মঙোন্দা লানশিল্লই। মদু পাবা লোইরগা মেজর লেসলীনা হায়রকই—

“জেণ্টলমেন, জেনেরেল গ্রাহামগী ইন্সট্রক্সন মতুং ইন্না ঐখোয়গী ভেঙ্গোন অসি কোহিমা অমসুং শিলচরদগী লাকপা জেঙ্গোনগা পুন্না মণিপুর কোন্নুংদা লান্দাগদবনি। ভেঙ্গোন অসমসি এপ্রিল তাং ২৭ তা পুনবা য়াই। অদুনা টমুদগী মপুং ওইবা ভেঙ্গান তোপকা লোয়ননা থুংলত্রিঙৈ অকনবা রেকী পেট্রোল—দরকার লৈরগনা ফাইটিং পেট্রোল থাদোক্তুনা য়েক্কবগী লৈকম, লানবন, মপাঙ্গল, থুজু খুংলাইনচিংবগী পাও লোইনা খঙদোকপা তাবনি। হৌজিক ঐখোয় য়েক্কবগী লমদা য়োরক্লবনি। অতুনা লমদমসিগী লম্মিংতুমিং খর খঙবা, মীগী মীওং শাক্তং-লাকচং হায়না খর খঙলবা, হুন্দক্তা ফাগ্রবা অফিসারশিং কম্নবা লাংলুবা অদুবু য়েক্কবগী লাম্মী য়াম্মনবনা টুমু তম্না হুন্দোরকখিবা লেফটিনেণ্ট গ্রাণ্ট অমসুং মাবু মতেং পাংবা চংলুবা কেপ্টেন প্রেসগ্রাফ অনিদগী মখোয়না থেংনরকপত্ত অমুক্তং রিকেপিচুলেস্সন তৌসি—লেফটিনেণ্ট গ্রাণ্ট—।”

“সার, মণিপুর দরবারনা লান হৌদুনা চিফ কমিসনর কুইণ্টনচিংবা অফিসারশিং ফাগ্রে তাবদা মখোয়বু কম্নবা ১২ মাদ্রাজ সিফায় য়াথৈ অদুগা ৪৩ গুর্খা সিফায় কুন্থ্রামঙা পুদুনা টুমুদগী মার্চ ২৮ দা মণিপুর তান্না চংলি। তাং ৩১ দা পলেলদগী মাইল ১৪ রোম বর্মা লম্বীদা চংলগা লৈবা থৌবাল য়োরকপদা য়েক্কবগী লাম্মী ৮০০ লোম্না ঐখোয়বু থিংলম্মী। ঐখোয়না মখোয়গী মথক্তা লান্দাদুনা তানখায়খি। য়েক্কবগী লাম্মী ৫০ মুক শিখি। অদুবু ঐখোয় অমুক চঙশিনবা ওয়মদে অদুনা থৌবাল খুন্দা ট্রেঞ্চ তৌদুনা ডিফেন্সিভ পোজিসন লৌদুনা লৈখি। মণিপুর লাম্মীনা থৌবাল বাজার

অমদি তোমজিংদা তেংজোন শাত্থনা কোয়শিন্দুনা লৈ। মরক মরক্তা ক'ৈ, ন্থমিং হুমৗগী তুংদা কেপ্টেন প্রেসগ্রাফকী কাঙবু থুংলখি। ন্থমিং অত্থদম্থু অরোং থোংদা অকনবা লান থেংনৈ। কেপ্টেন প্রেসগ্রাফনা মখোয়বু তান্থোকখ্রগা ঐখোয় কেম্পতা চঙলকই। ঐখোয়গী মরু লোইশিল্লক্লগা চানিঙাই লৈরক্লবদা কেপ্টেন প্রেসগ্রাফ য়ৌরকপা ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। ন্থমিং হুমৗগী তুং এপ্রিল তাং ৬ তদি য়েক্লবা লাম্মীশিংনা কেম্প মন্থুংদা চোংশিল্লক্তুনা খুংনা ফংনা য়াম্নে। ঐখোয়গী সিফাই খর শি অত্থবু য়েক্লবশিংত্থ তান্থোকখি। ঐখোয় কুইথনা লৈবা য়াম্রত্থনা জেনেরেলগী হুকুম মতুং ইন্না তাং ৬ কী অহিংদা ঐখোই রিট্রিট, তৌরকপনি। কেপ্টেন প্রেসগ্রাফ লোয়নত্থনা ঐখোয় টমুরোমদা লাক্লে অত্থগা সাবগা থেংনবি-বসিনি। য়েক্লবগী মোরেল য়াম্না রাংই থৌনা ফৈ ঐখোয়গী লাম্মী মশীং য়ামদ্রবদি মখোয়বু লাকচবা লুগনি।

"কেপ্টেন প্রেসগ্রাফ!

"সার, ঐহাক্না ১২ মাদ্রাজগী সিফাই ১০০ গা লোয়ননা থৌবালদা য়েক্লবা মণিপুরী লম্মীনা কোয়শিন্দুনা লৈখ্রবা লেফটিনেন্ট গ্রান্টপু রিলিফ পীরগা টমুদা হল্লক্লবা চংলি। থৌবাল য়োবদা অরোং থোংদা মণিপুর লাম্মী থেংনৈ। মখোয়বু মাযথীবা পীরগা লে: গ্রান্ট অমস্থুং কাঙবু রিলিফ পীরগা তাং ৬ কী অহিংদা টমুরোমদা রিট্রিট, তৌরকই। লম্বীদা এরুদর ফংত্থনা পলেললোমদা অমুক হল্লি পলেলদা গ্রান্টপু তান্নরকপা মণিপুর লাম্মী ৩০০ লোম থেংনৈ-অকনবা লান থেংনরগা মখোয়বু মায়থিবা পীত্থনা তান্থোকখি। লানফমসিদা লেফটিনেন্ট গ্রান্টকী শগোল নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। ঐখোয়না য়েক্লবশিংত্থ নপুং ফানা মায়থীবা পীগে হোৎনরকপদা নোংপোক থংবা চীং লোমদগী শগোল তোংবা ৩০ মুক্লা দার্ট (তেন্জৈ) কয়ামুক লংশিন্দুনা শগোল থৌজিললকই—তেন্জৈশিং অত্থনা ঐখোয়গী লাম্মী কয়ামুক শোকখি। অমুক্লা য়েক্লবশিংত্থ বল্লগা তেন্জৈ কয়ামুক লংনা লংনা শগোলশিংত্থ

হৌজোকখি। অয়েং থোংদা লেংনবা, খোঙাল লম্বদদা মঙুংদা যাম্বা, পালেলদা লেংনদগী মণিপুরী লম্পৈশিং লৌনা যাম্না কে নবীন লৈ হায়বসি খঙই হৌজিক্কি অনকপা যাইদা য়েক্নবা অংবা লৈরে। 'সনগী নাইল ও রোম লাপ্না লৈবা ককচীং খুলগী মীশিংদি যাম্না ক্রেন্দগী ৫ই—চান-থক্নবা মরং কায়না ফংই। নহা'ন কাবা বন্দি অতুনা হায়বদি মেজর মিশ্র অমদি মেজর পাউনাগী মখাদা মণিপুরী লাম্মী চাম্বরী পালেল লোমদা চংখি হায় অতুবু কদাই যৌরক্লনগে হায়বদি খঙদ্রি।

ঘা পূম্বসি ভারবা তুংদা মেজর সার লেসলীনা হংখি—"জেন্টলমেন; জেনেরেল গ্রাহাম্না হায়খিবতু নি ঐখোয় নোংপোক ভারতা মশাগী সভ্যতা লৈনা যাম্না লিরবা মরীল লৈবা জাতি অমগা লান থেংনরিবনি—লে: গ্রান্ট কেপ্টেন প্রেসগ্রাফ নখোয়না থেংনরিবা মণিপুরী লাম্মীশিংগী মোরেল কমদোই?"

"সার মখোয় যাম্ন ব্রেভ ওইবা জাতিনি, লান্দগী করিগুম্বা কায়তুনা চেল্লবসু মখোয় মশা মশাগী খুংলাই অমুক্তা থাদোক্তে বম্মীজশিংগা শুকমান মাম্নদে।"

মেজর লেসলীনা মখা তারকই—"ঐখোয়না হৌজিক লৈরিবা মফম—পলেল অসি য়েক্নবগী লমনি—কম্মিং তুম্মিং মপুং ফানা খঙদ্রিবা চীং জঙ্গল মোংশোংনা থল্লবা মফমনি। অতুনা ঐখোয় একটিভ পেত্রোল্লীং তৌতুনা য়েক্নবগী মরম পুম্বা মুম্না খঙবা দরকারনি। পাউনা অমসুং মিশ্রাগী লাম্মী জেপোল পলেললোমদা চঙশিনখি হায়বতু কদাইদা লৈবগে খঙবা তাই অতুনা কেপ্টেন রুনদেলগী ডিরেকসন মখাদা পেত্রোল পার্টি মরিথক—কেপ্টেন ক্রুরী, কেপ্টেন কার্নাগী, লেফটিনেন্ট গ্রান্ট, লেফটিনান্ট কোম্বনা পার্টি অমমম লূচীংতুনা ওসিগী পেত্রোল্লীং চৎকনি।

পেত্রোল্লীং—ফাইটিং পেত্রোল

য়াওগদবা— অফিসার ১ সিফাই কুল্লা পার্টি থুদিংমক।

পেট্রোল্লীং তৌগদবা এরিয়া—ককচিং, বাপাম, লাঙথেল, থৌবাল কাওবা
বর্ম্মা রোড, নাক ওই য়েং অনিমক

ওবজেক্তিব— (১) য়েক্লবগী পাও লৌবা—মক ওইনা য়েক্লবমা কনসেনট্রেসন তৌবা মফম, মশাং, খুন্নু খুৎলাই অমদি মোরেল য়ারগদি য়েক্লবগী সিফাই অমা/অনি হিংনা ফারকপা অমদি য়েক্লবশিংনা লৈরি লৈরিবা মফমদগী লেঙহন্দবা।
(২) নো মেন্স লেণ্ড কনট্রোল্ তৌবা
(৩) য়েক্লবদা পাও খণ্ডহন্দবা

ইকুইপমেন্ট—অফিসারগী কম্পাস, বাইনোকুলর, মেপ অমদি স্মোল আরমস অতুগা রেঙ্ক খুদিংমক হেভরসেক, নোংমৈ রাইণ্ড ৫০—ড্রাই রেসন মুমিং নিনিগী

মরক্কী রিপোর্ট—মক ওইবা পাউ লৈরবদি মরক্কী রিপোর্ট মুমিং খুদিং মুংদাং পূং ৮ তাবদা য়ৌরক্কদবনি।

চৎপা হৌবা মতম— ওসি মুংদাং পূং ০১০০ তাবদা

হল্লিল্লকপামতম—তাং ২১ নুংদাং পূং ২০০০ তাবদা
পাস রার্ড—প্যলেল
এনি কুয়েসনস—?

পেট্রোল ওরদর পিরম্নগা মেজর লেসলী মাগী লৈফমদা চঙহনা সেণ্ড মোদেলহুদা য়েংহুনা মথংগী থৌরাং তৌননবা রাথল থল্লি অমদি অন্নৌবা সিগনেল ডাইরী। ডাইহাক লৈরগা মাগী ওরদর্লী কৌরগা হায়খি—

"আলী ঐহাক পোখারগে মরকসিদা এড্জুটেণ্ট লাক্লবদি ঐবু হৌদোরকউ। ☐

৪ (৭) এপ্রিল তাং ১৯ থৌবাল লানশণ্ড—

পলেলদগী লান্নীং হল্লকপা মৈতৈ লান্মী অমুক অঙনবদা থৌবাল লানবন য়ৌরকখি—লানজীং পুরেন ওইক্লিবা ম্না রাংখৈরাকপনা অশোক অনা

য়াওয়কপশিংছু লাইয়েংথীরুম্মী--অহিংচুপ্পা য়ানা লাক্লবা লাম্মীশিং পীজ-পীথক তৌয়গা পোথাহনখি লাঞ্জাবা থাদোকুনা পাউ লৌরি। লাম্মীং হনখিবা হাজারীগী কাংবুদি য়ৌরক্ত্রি।

মুংখিল মুমিং তারমদাইদা ইম্ফালদগী থোমজিল্লকপা মেজর পাওনা অমদি মেজর চোংথা মিয়া সিফাই ৪০০ গা লোয়ননা থৌবাল য়ৌরক্রে। থৌবাল লানবন চঙতুনা ঈপাও লৌনরগা পাওনা ব্রজবাসিনা সনা য়াংখৈ-য়াকপদা হায়খি :—

"মচা ইবুঙো য়াংখৈয়াকপা, ইবাই য়েংথোইবা মেঙ্গুরন'চিংব' লৈবাক অয়াম্বদি থৌবান্দা তেঙ্গোন শাতুনা লৈবীও। ইশেন চোংথা মিয়া মেঙ্গুরগা ঐথোয় অনিদি লান নাকে মাকে লেপ্পবা সিফাইশিং অসিগা পলেন তান্না চঙশিনগগে তোপ অমদি পীয়ো।"

য়েংথোইবনা খুমখি "ইশেন মেঙ্গুর পাওনা, মেঙ্গুর মিয়া হায়রিবছু য়াম্না চুম্মী—পলেনলোমদা থুনা চঙশিনবীয়ো। অহুবু চীন থংবনা তোপ পুবদি হৌনদে।"

সনা য়াংখৈয়াকপনমু হায়রকই—"চীনথংবা লাম্মীনা তোপ পুবা হৌনদেদা মেঙ্গুর পাওনা।"

"সাহেবকী তেঙ্গোলদি তোপ পুহুনা চঙশিল্লক্লী তেপ অসি ঐথোয় পুখিগে" হায়না তোপ মেঙ্গুরনা হায়রবদমু য়াংখৈয়াকপা অমমুং য়েংথোইবনা য়াখিদে পীখিত্রে।

পাউনা ব্রজবাসিনা হায়খি—"ফরমু ফত্রবমু অহু মঙায়রে। মৈয়াবা পোইলা নঙনা সিফাই ৩০ পুহুনা ককচীংলোমদা চংখংলো।"

অসি হায়হুনা মুমিং অহুগী অহিং নোংয়াইদা পাওনা ব্রজবাসি, চোংথা মিয়া, য়াংখৈ মৈয়াবা পলেন তন্না চঙশিনখি। পাওনা ব্রজবাসি পলেনদগী নীংহন্নরকপা লাঞ্জাহুনা লৈরুবা হাজারীগা অথোক-

পম ময়াদা উনখি। হাজারীসু মচাগা মাগী সেবক অচৌগা পাউনা মিয়া মেজর অনিদা শিন্নখি। সাহেবকী লাঞ্জাবা কাণ্ডবুনা লাউথেল, সাপম, বন্মা রোড থন্না লৈখিবগী পাও মেজর অনিদা খণ্ডনখি। অসুম্না মেহুকী লাঞ্জাবা কাণ্ডবুনা খুবক হাংদনা লৈরম্বনা পাউনা মিয়া পলেন য়ৌবা ওমখিদ্রে খোংজোমদা লানবন শাহ্নুনা লান ডাক্লবা শেন শাহ্নুনা লৈদ্রে। লাঞ্জাবা থাদোক্লুনা য়েরুবগী পাও খোমলি। লাঞ্জাবা কাণ্ডবুগী লুচিংবা হাজারীনি। □

* * *

৪ (৮) তাং ২১ নুংদাং পলেন—

নুংদাং পুং ২০০০ তাবা মতমদা সন্ত্রিনা লাওবকখি—হোল্ট— হু কম্‌স দিয়ার ?

খুম্নকখি—ফ্রেণ্ড।

"পাসৱার্ড ?"

"পলেন।"

"পাস।"

মথং মথং চঙলকখি পেট্রোল পার্টি। ক্বার্টর মাষ্টরনা মখোয় খুদিংমক চা মগ অমমম পীথক্লগা মাগী মাগী পোখাফমদা ভাইহাক পোখাহল্লে। ভাইহাকী তুংদা ইণ্টেলিজেন্স অফিসারনা পেট্রোল কমাণ্ডরশিংবু দিব্রিফিং তৌরম্মী। ফারকপা মৈতৈ লান্মী অমহুদা হং-খোংলবা তুংদা কমান্ডিং অফিসার মেজর সার লেসলীদা পেট্রোল রিপোর্ট পীশিনখি—

"সার, পেট্রোলগী ইন্টেরিম রিপোর্ট মতুংইন্না মণিপুর ভেঙ্গোল রাংথৈরাকপা অমদি য়েখোইবা মেজরনা লুচিংবা লান্মী ১০০০ রোম থৌবালগী লানবনদা লৈরি। মেজর পাওনা মেজর মীয়ানা লুচিংবা লান্মী ৪০০ রোম

পালেনলোমদা এডভান্স তৌখি হায় অহুবু হৌজিক ফাওবদি থেংনদ্রি পাও অমনা নৈবাবা পোষ্টল গী মখাদা লম্মী ১০০ রোম ককচীং লোমদা চংখি হায় মতুম্মু কদায় যৌথ্রবগে খঙদ্রি। হৌজিক কেপ্টেন কান্দেলনা লাণ্ডংলালোমদা, লেফটিনেণ্ট গ্রান্টনা ইন্দে বর্মা লম্বীগী নোংচুপ বাপাম লোমদা অতুগা লেফটিনেন্ট কোনা ইন্দে বর্মা লম্বী বীন্দা অরাং পাংনা অকনবা পেট্রোলীং তৌরি।"

পাও অসি ফংবদা মেজর লেসলীনা হাযখি "ঐহাক লেফটিনেন্ট কোক্কী শগোল লাম্মী ৩৫ গা ২ ৪ গুর্খা রাইফল ১৫০ পুন্থনা ককচিং চংলে—থবাজেণ্ডিব—মণিপুর লম্মী লাকপা মাঙহনবা—ককচিং খুত্থম চনবা।"

মহাক্না থবদব অসিমম্মু তৌখি:—"অকনবা পেট্রোলীং তৌতুনা যেক্লবগী খবব কূপ্পা লৌগদবনি। লেফটিনেন্ট গ্রান্ট, কেপ্টেন ক্রুরীঅনিমক কেপ্টেন কান্দেলগী লুচীং মতুং ইন্না লম্বীগী নোংপোক্তা নৈবা চীংতুমশিং লাণ্ড খেল ফাওবা কাণ্ট্রোল তৌতুন থমগনি। কেপ্টেন কান্দেলনা ২ শুবা মাউন্টেন বেটারীগী তোপ অনি, ১২ মদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী শগোল লাম্মী ৩৫, ২/৪ গুর্খা রেজিমেনটকী সিফাই ২৫০, ১২ মাদ্রাজ ইনফেন্ট্রিগী সিফাই ৫০ পুন্থনা চঙশিনগদবনি। তোপ অনিদু লাণ্ডখেল চীংথক্তা মফম চাবদা খিল্লগা নোংচুপ থংবা মায়কৈগে বাপামদগী হৌনা থৌবাল যৌবা ফাওবা যেক্লবনা নৈরম্বা যাবা লম পুম্বা কোভব তৌগদবনি। অকনবা পেট্রোলীং কূপ্পা চতুনা পালেন চংখি হায়বা পাওনা মিয়াগী লাম্মী কদাইদা নৈবগে লোকেট তৌরগা মফম লেঙহন্দনা থমগদবনি। "নো মেনস লেণ্ড" খুত্থম চেংনা চনগদবনি- লাণ্ডখেল চীংথক্তা লৈবা তোপ জেরোয়িং তৌতুনা যেক্লবগী অথণ্ডবা পোজিসনগী অথাপ্পা খঙগদবনি পেট্রোলগী অকুপ্পা রিপোর্ট তাং ২৩গী মুংদাং ঐনা ককচীংদগী হেক হল্লকপদা পীগদবনি। মথংগী ইনষ্ট্রক্সন্ ভাইগদবনি। ব্রিগেদিয়র জেনেরেলগী মাথং নখোয় পুম্বনা ফজনা ভাকদবনি।"

অশুম্না দিটেল ওরদর পীরম্নগা মেজর লেসলী ককচীং চাম্না চংখি মথংগী অয়ুক্তা য়োহুনা ককচীং খুহুম চনশিল্লগা মৈরাবগী মৈতৈ লাম্ন খুংলবা ডাইহুনা লৈখি। ☐

*  *  *

৪ (৯) তাং ২৩ অয়ুক, ককচীং মনাও চীং।

অহিং নোংয়াইদগী লেপ্তনা লাকখিবা মৈরাবা পোইলা অমম্ভুং লাম্না কাঙবু অপনবা অথিংবা লৈতনা অয়ুক তু উরকপদা ককচীং য়োরে লম্বীদা ককচীংদদি ফিরিঙ্গী লাম্নী য়াম্না য়োহোরে হায়বা পাও ফংখি।

মাস্তুক চীংমৈ য়োরকপদা রাংখৈ মৈরাবা পোইলানা হায়গি—

"লৈবাক মচা অগোবা পূম্বা! ইমা লৈবাক মণিপুরগী নীংতম্বা চাক্রবা ঐখোয়গী তৌফম খোকপা ইথৌ তৌনবা তাঙ্গা য়োরে। মশাং য়াম্নবা খুংলাই ফর-ফরবা পায়রবা য়েক্লবা ফিরিঙ্গীবু ময়থীবা পীবা অরায়বা নত্তে। অহুবু হনবা নাইদ্রবা থৌনা অমদি ইমা লৈবাক্কীদমক মথর ই কংপা ঙম্বা মচা মশীং লাকঙমদনা লৈ হায়বসে মালেম থুংনা খঙহনগদবনি। ঙসি চঙলিবা লানফমদা নীংহন্নদনা য়েক্লববু য়েন্দেম থরোম শোইবগুম শোইদকুনা মায়থীবা পীগদবনি—ঙমদ্রগা থব্রাই থাদোক্লুনা সনাতন ধর্ম্ম তানগদবনি।" লাও ঐখোয় পূম্বা লানফমদা নীংহন্নদনা লান তৌসি" হায়হুনা থাও চিক্লুনা রাশক্লখি।

অসি হায়হুনা মৈরাবা পোইলানা লুচিংবা মখোয় অগোবা ৩০ ছু থাও চিক্লুনা রাশক্লখি "জয় জয় ইমা মণিপুরনা জয় ওইরে। শ্রীশ্রী গোবিন্দনা জয় ওইরে।" হায়বা লাল্লাওনা মাস্তুক চীংমৈ নীকখি।

ককচিং য়োরে। ককচিংগী মীশিংদা পোইলানা হংখি :—

"কদাইদা লৈ ফিরিঙ্গী লাম্না?

ককচিং-গী খুংখি—"মনাও চৌংদা।"
ককচৌংনা খুম্বা লোকচাউবদা য়ুমকুগী ফিরিঙ্গী লান্মীনা পুল্লপ হৌত্তুনা নোংমৈ কাপশিল্লকখি।

হান্নবা লুমহৌনা কৈনম্বা সাহেবকী লান্মীনা মফম ইথত খঙহৌদনা মখোয়গী মথক্তা লান্দাবক্লবদা মৈরাবা পোইলানা থাঙ শত্তুনা "জয় জয় মণিপুর ইমাগী জয়, জয় জয় শ্রীগোবিন্দনা জয় ওইরে" হায়না লাওত্তুনা মখোয় কুম্ভামক য়েক্লবগী মক্তা চো শিংখিত্তুনা খুংনা ফংনা য়াম্লখরে; য়েক্লবা কয়া হাংলম্লগা মনাও চৈংগী চীংজিন্দা মৈরাবা পোইলানা হুকথেংনবা লান-ফমদা মমায় ওন্দনা মথংদাই থাগ্রে। মখোয় কুম্ভাগী মমুংদা ১৭ শিরে অনি অমন ফাগ্রে ১০ না কায়ত্তুনা চেনখ্রে মশীং য়াম্লবা ফিরিঙ্গী লান্মী মথুক্তা মৈতৈ লান্মী চা তাকখরে। মেজর লেসলীনা লানফমসিদগী নোংমৈ ৯ গা মৈরাবা পোইলাগী ফজবদা থাঙ অত্তগা লানগী ট্রোফি ওইনা থোমখি।

মৈরাবা তুখিবগী পাও খিন্দনা খোংজোম লানবন য়ৌখি। □

* * *

৪ (১০) মুরিং অসিগী মুংথিল—লাঙথেল চীংদোনদা কেপ্টেন কন্দেলনাগী মখাদা লৈবা কম্পনী কম্মাণ্ডরশিংগা রারী শারম্মী—

"ঐখোয় ফন-যাম্না চঙশিল্লক্লু অত্তুব হৌজিক ফাওবা য়েক্লবা মৈতৈ লান্মী থেংনদ্রি। টুমুদগী তকশিন্দুনা কোঙ্গাল থানা থুগাইরবা তুংদা পালেলদা লেফটিনেন্ট গ্রাণ্ট তান্নরকপা য়েক্লবা মণিপুরী লান্মীশিং মায়থিবা পীখিবদগী ওসি ফাওবা মাইকৈ অশোমদা পাথেং থেংনদ্রি, য়েক্লবা লাঞ্জাবা কাওবু অমা ফাওবা ফাবা, ওমদ্রি। ফাইটিং পেট্রোল চংখিবশিংগী রিপোৎ ফংলবরা ?"

কেপ্টেন কন্দেলগী ৱা তারবদা কেপ্টেন ক্রুনা হায়রকই :—

"ঐখোয়গী ফাইটিং পেট্রোল নোংপোকলোমদগী লম্বীগী নোংচুপলোমদা

মুমিং নিনি শুরে পেত্রোল্লীং চংলিবা য়েক্লবা লাঞ্জাবস্থু থেংনদে লানর্মী খুংপু অতৃস্থু থেঙনদে অহাংবা লমহাঙ ঙাক্তা ওইনা উই।

মতমতুদা ইউনাইটেড মেসেঞ্জর অমা পাংলদগী থুংলে। মেজর লেসলীনা থারকপনি "ককচীংদা মৈবাবগা লোযননা য়েক্লবা কুন শিরে। অনৌবা পাও করি লৈ।"

মতম অতুদা পেত্রোল পার্টি পুম্না হঞ্জিন্নবকই লেফটিনেন্ট গ্রান্টনা রিপোর্ট তৌই। "মফংসিদগী নোংচুপ্তা গজ ১০০ খক্ক লাপ্পা মফং বাপামদগী গজ ২০০ বোম অরাংদা পোকেদ অমা লৈবা নাল্লি, তাংদাংবদি খঙদ্রি মতুরাইদা য়েক্লবগী লাঞ্জাবা শগোল লানর্মী খর থংনে নোংমৈ অমুক অনিবক কাপনৈ অতুদগী মখোয়তু থিবা অতুম খঙদ্রে হল্লকপা মতম য়ৌরতুনা এখোয় হল্লক্রে মফং অতুবাইতু হন্দুনা বিকি নত্রগা মাইটি পেত্রোল অকনবা থাবা দরকার ওই।"

"অতুনা ঙসি অহিংমক ক্রুবা গ্রান্ট কোম অতয়া লুচিংদুনা পেত্রোল্লীং চংতুনা অকুপ্পা পাও লৌবা তাই।"

পলেলদগী লাক্লিবা মেসেঞ্জর অতুদা তৌজিক ফাওবগী রিপোর্ট থাখ্রে। অফিসারশিং পেত্রোল্লীং চংখ্রে। কেপ্টেন কন্দেলনা মাগী তোপ অনীতা মফম চানা খিল্লে অতুগা লাঞ্জাবা থাদোক্লনা য়েক্লবগী লৈফম থিদোক্লনা শেং শারম্মী।

তাঞ্জাসিদা মখল মখাগী রিপোর্ট পালেলদা য়ৌবকথি খরনা হায় মণিপুরীশিং লান তৌনিংদে—খরনা হায় কোন্নুং য়ৌবা ফাওগী মন্নুংদা ইঞ্চি অমগী লম ফাওবা লেন্না থারোই। ☐

* * *

৪ (১০) তাং ২৫ অগুক খোংজোম লানথন—

ঙসিং অহু চাওতোন খোংজোম লানবনগী নোংপোক থংবা চৎকমদা মাগী মরুপ অচৌবা মখোয় অনি লোইচৎক কৈশিন পুরম্মী। হৌমিন কাংমরবা চহি লেপ্লানি। ওঝা গুরু অমত্তুদা খুৎলাই তম্মিন্নরকপনি। মপা লাইশ্রবা হাজারীনা হায়রবা মতুং ইন্না শক্তিবুগী ১১ নিংথানবদা মণিপুরগী মপা কোম্বুংগীদগী মানগী যাত্রা তৌরকপনি মমা লৈনক মণিপুরগী নীংতম্বা ডাক্রবা লান্দাগরক্রিবা তক্রবা ফিরিঙ্গীশিংগা লান্থ নগে খন্না অশ চাওনা লানফমসিদা লাকখিবনি মপা হাজারী নহাক লাঙ্গবা খোংখিবদগী হঙ্খিল্লক্রি করি কমদোরংগদাগে খননদা থম্মোইদা নিংকোক নিংকোক তৌরম্মী—তুংশা মপী শাগনা হায়রকই—

"অচৌ—এখোয় থবা নহান সাঙ্গবা খোকখিবদগী ওসি ফাও হল্লক্রি করি খোকলমগনা।"

"ভায় চাওতোন! খোইনা বাক্রম্ম শ্রীগোবিন্দনা তম্না লৈরমগনি। অসি হায়বরম্নগা অচৌ খিক্তুং চথোক্লগা অনকপা নোংশোং মনাক্তা চঙশিন্দুনা মপান খোক্রম্মী। নোং ডানফুং ডানফুং তৌরকপা তু উরকপা মতম অহুদা অচৌনা তুমিন্না চেকাম্ম কলাওদনা তুমিন্না ফমতুনা লৈবা মকমহুদগী পাঙলাপ লাপ্তুনা লানবনগী অকোয়বদা লৈরিবা থাঙ্গপাং অতুগী ঙাংমদা মোংশোং মরক্তা মী থর চংপগী শামিন ফংখি। লেপ্লপা মৈটৈ লোন নক্তবা লোম্না বা খর ডাওখিবা শেংফাক্তনা তারম্মী। মহাক থুনা যাঙনা মোং হাদনা হঙ্খিল্লক্লগা চাওতোন্দা থাওহু তম্লবা তুংদা লানবন অহুদা লৈবা লাঙ্গিং পুরেন অনি পাওনা মেঙ্গর মিম্না মেঙ্গর মনাক তাম্না চংখি।

* * *

"ইশেন ফিরঙ্গী লানমীশিং কদায় কদায় যৌরক্লে হায়গে।?"

"টুমু লানশিল্লক্তুনা কোঙ্গোন থানা থুগাইখ্রে পলেন যৌখ্রে। ওয়াং লাকপা মৈহম মোয়োক তুং ইম্মা ককচীং ফাও পামশিনখ্রে হায়।"

"ঐখোয়গী লান্মী ৩০ মৈরাবা পোইংন লুচিংহুনা চংখিবতু কমদোংগ্রে পাও তাবরা হ্রশেন।"

"মৈরাবা পোইলা ককচীংদা মনাও চীংজিন্দা ফিরিঙ্গী শিংগা লান্থং-নহুনা বৃন্দাবন প্রাপ্তি ওইখ্রে।

"করম করম তৌবা ?

"উরাং ফংবা পাওনি ঐখোয়না খর খীনহোরে। মৈরাবনা ককচীং যৌরগা "সাহেবকী তেঙ্গান্দু কদায়দনো হংবদা ককচীংনা "চীংদা লৈবা অসিনে" হায়না খুম্রকখি। অতুগা সাহেবকী সিফাইশি ককচীং খুম্লক্লা থুপ্লমহুনা খুন হোতুনা মখোইগী মথক্তা নোংমৈ কাপ্লকখি। রাংথৈ মৈরাবা পোইলা মখোয় লান্মী ৩০ গা লোয়ননা নায় ওন্দনা ফিরিঙ্গী সিফাইগা খুংনা ফংনা য়ান্নরে; মশীং য়াম্রবা থুংলাই কর ফরবা পায়রবা ফিরিঙ্গী লান্মী মমাঙদা খঙহোদনা লুমহুনা লান্দাবীরবা পীক্লবা মৈতৈ লান্মী মচানা কয়া কুইনা থাঙ্গনি। রাংথৈ পোইলাগা লোয়ননা লান্মী ২০ লানকমহুদা শিংগ্রে অনিনা ফাখ্রে—অতে লেমহৌবশিংদু কায়হুনা চেন্লকপদগী মখোয় অনি যৌরক্লনা পাও তয়বদা ঙাইরি। য়েক্লবগী মীশু য়াম্না শি হায়।

মখোয়না তম্বা পাওগী মতুংইন্না য়েক্লবনা সাপম খুতুম চনখ্রে য়েক্লবা লাঞ্জাবা কাঙবু কাঙবু ঐখোয়না লৈরিবা লানবন অসি যৌরে হায়!"

"অতবু ঐখোয়গী লাঞ্জাবা চংখিবা কাঙবু অমতম্বু পাও হক্তিল্লক্কে-করম তৌরি জাংনো? য়েক্লবগী লাঞ্জাবা কাঙবুদি খুরক হাংদনা লৈরে।"

"লাইশ্রবা হাজারীহুবু লান্মী ২০ গা লোয়নন নহান লাঞ্জাবা চংখিবতু কমদোংগ্রে পাও ফংলাক্কবরা? তোপ কাপ্পগী মখোনম্বু নক্লা তারি মসিনা কদায়দনো?"

মরক মরক্তা নোংমৈ কাপ্পগী মখোলম্বু তায় য়েক্লবগী লাঞ্জাবা কাঙবুগা মখোয় মশেল কাপ্পরম্বা ওইব, তাই।

"হল্লকফম থাক্রবা লাঞ্জাদা কাডবু য়োংক্তবা সিনদি মখোয় শিঞ্জবরা ফাগ্রবরা অমদি তৌরগা তারে অনৌবা লাঞ্জাবা কাডবু অমা চংসি থাদবা য়াম্রে কনা থাসিগে ?"

"য়েক্লবগী লাঞ্জাবশিংনা লানবনগা অকোয়বা লোইনা থনবগুম উরে করম তৌসিগে ?"

মতমসিদা অচৌ চঙশিল্লকুনা পাউনা মেজরদা খুরুম্মী—

"করি পাও অচৌ"

"ওঝা ইবুঙো ননাই এইখাক লানবনগী নোং পাক থোঙ থোডাক শৈশিন তৌজনি। য়াম্না নক্না থাম্পাং য়াংমদা ফিরিঙ্গী লাম্মী অমা মখোয়গী যন্ত্র মচাদা থম্রগা রা ডাউবা তাজরকই লানবনসি কোয়শিনগ্রবরা করি তৌরক্ত হায়রগে।"

"উম খাঙেও মিং না মিং না চেকশিন্না থোঙডু ডাকউকো— মহাং হুকুম ডাইখো।"

তাঞ্জা অসিদা খুৎলাইনা শেল্লবা মৈতৈ লাম্মী অনিথক মুংশা থবেং হোল্লা চঙশিল্লকুনা পাওনা মেজর নিয়া মেজর অনিদা খুরুম্মী—

"করি পাও"—চেংথা মেজরনা হংলম্মী।

"ননাই এখোয় লাইশ্রবা হাজারীগা লোয়ননা লাঞ্জাবা চংচবনি। এখোয়না লাডথেল চাংমৈ য়োরকপদা ফিরিঙ্গীগী অচৌবা তোপ অহু লাঙ-থেল চাংদোল তম্না ঈনখংলকপা থেংনৈ। মসিগী পাওসিগা লোয়ননা য়েক্লবগী লাঞ্জাবা কাডবু কাডনু খুরক হাউদনা লাংথেন, সাপম লম্বীগী য়েং এই কয়াদা লৈরম্ব ; কাডবু অমগা খুং থোক্লবদা ফিরিঙ্গী লাম্মী মডা তরুক হাংলম্লগা এখোয় লানবন তম্না লাকপদা খেবু চাংজিন্দা ডাইহাক্তং ফমদুনা থোখারম্মী, খঙহৌদনা ফিরিঙ্গীগী তোপ কাপ্লক্তনা মফমদুদা এলীনা পান্দুনা

লাম্মী অনি শিখ্রে। খুংলৈ থুনা চাইথোরক্লনা চেম্থোরকপ মক্তদা ফিরিঙ্গী লাঞ্জাবা ৪০ মুক্কা থেংনতুনা খুথেংননা য়ান্নবদা ঐখোইগী লাঞ্জাবা ১৫/১৬ শিখ্রে। ঐখোয় অনিনা শাথিনা শোক্তনা অরেংনবা লম্বীরোমদা চেল্লকপনি লাইশ্রবা হাজারী শিবমক্তি উরক্তে অতুবু মহাক্না অতোপ্পা লাম্মী অনিতুগা কদোম পাঙখ্রবা খঙদ্রে অথৌবা।"

"উম—ম্লেছগী লাম্মী লাঙথেল চীংথক য়েৌরবা। তোপ কয়াদি উরকই?"

"অজ্ঞা তোপ অনিদি ফজনা উজরকই। লাম্মীস্তু লিশিং অমরোম ওইগদ্রা খঙ্গে।"

"অতৌবা ম্লেছ কয়া য়াওই?"

"ননাই ঐখোয়না থেংনবদি ১৫/১৬ লোম ওইগদ্রা?"

"গীরান সাহেব য়াওবা উবরা?"

"ননাই হাজারীনা হায়বদি ম্লেছ লাঞ্জাবা কাঙবু মী ৫০ রোমদি গীরান সাহেবনা লুচিংই হায়।"

"উম অতুনদি কুইররোই লানবনসিদা শোয়দনা লান্দরক্লগনি।"

হায়নরিঙৈ তাঞ্জাংমক্তদা ফিরিঙ্গীগী তোপকী গুলী অনি অহুম খোংজোম লানবন য়ায়দা মথং মথং য়েৌবক্লে। গুলীনা পান্দুনা মী অমনিস্তু শিরে শোক্লে। তোপকী গুলী য়েৌরকপদা লান্দারক্লে খন্দুনা মৈতৈ লাম্মীনা নোংমৈ কয় কাপ্পী—য়েরুবগী লাম্মী য়েৌবদি ওমদে লানবন্দুদ লাম্মী লৈ হায়বতা খঙহল্লি।

মুমিং নিনি শুরে মিয়া মেজর পাওনা মেজর অনি তানতুনা খোবাল লানবন অচৌবদগী লাম্মী খোমজিল্লরকবা অমদি তোপ পীররকবা পাউ থাখিবা স্না কোম্মুংদস্তু তোপ শাবিররকবা হায়জখিবা, ওয়াংতস্তু হায়জখি—। অহুম্নক হন্না হায়জরফাও অমস্তুস্তু য়েৌরক্তে। য়েরুবগী মকনদি য়েৌরে ঐখোয়গী

মরুনদি য়োৌন্রে – য়েরুবগী লাণ্মীনা শকক ও হেন্না চঙ্শিল্লক্রে—হৌজিক কাওবা তেংপসু পীরক্তে নৌসু থোমজিনবীরক্তে। য়েরুবনদি লাঙ্গোই চম্রে চৈরকসিদা তোপ কাপ্পা তেংকাখ্রে—মতম থরদং চেক মোক লাওখিরে, মিয়া মেজর পাওনা মেজর তানতুনা অবোইরা পুইনা থোৌবাল লানবন অচৌবদা পাও থাখি—তোপ পীররুব লাম্মা থোমজিল্লরুবা। □

*                *                *

৪ (১১) তাং ২৭, অহেংবা অযুক—লাঙথেল চৌংদোন।

তাং ২৩ গী নুংদাং ফাওবা খোঙাদাকপা মক পুইবা পাও লৈরমদে। অদুগা তাং ২৪ গী অযুক্তা বিকোনাইসা ৫ নুবা লেফটিনেন্ট গ্রান্টনা পাওদম লৈ—সাবপলেনদগী মাইল তরুকলোম অরাংলোমদা লাঙথেল খুন্দগী পাঙলাপ লাপ্পনা অহাঙবা লমপাক অসিদা লম্বীগী পুইরোমদা গজ ২০০ মুক্তা লাপ্পা মফমদা য়েরুবনা লেবা লৈবাক্তা লৈরং নাথংপা মোচা অমা লৈ। মতুদা থুংলাই পায়বা য়েরুবা ৩০০ লোন কুক কুক ইন্নরা লৈ। লৈবাক্তা লৈরঙ তাথংলবা লানবন অসিগী য়েংলোমদা গজ ৫০০ রোম লাপ্পা লম্বীগী য়েন্তা চাংতুম মচা অমা লৈ মসি লম্বীরোমদা হাইথবকপা অনেম্বা চীং পারেংসিদগী মাইল অমগুম্বা লাপকনি। মোচা অসিগা মায়োক্লবদা লৈবা চাংতুম মচা অসিদসু য়েরুবগী লাম্মী কাওবু অমসু লৈ। ঐনা ঐখোয় থর শগোলদগী কুমথরগা মনাক নকপা চাংতুম মচা অমদা কাথত্তুনা য়েরুবগী লৈফমশিংদু হেংলুই। মতুদা য়েরুবশিংনা নোংমৈ কাপ্লকই—অদুবু থাপমনবনা মক য়োৌবা ঙমদে। মখোয় নোংমৈ জিনগাল পায়।

পাও অসি তাবদগী তোপ অত্ত জেরোয়িং তৌদুনা কেপ্টেন রুনদেলগী তোপ খিল্লিবা মফমদুদগী য়েরুবগী লৈফমদু য়োৌরে খঙবদগী মেজর সার লেসলীনা মুমিং অত্ত মরুদা য়েরুবগী মথক্তা লান্দানবা জেনেরেল অফিসার কমাণ্ডিংদা য়াথং নিরকখি। জেনেরেল গ্রাহামনা মহাক মশামক ৬০ তবা

কিংস রোয়াল রাইফলসকা লোয়ননা তাং ২৫ গী অয়ুক্তা পলেল য়োরক্লি-কাও ভাইরম্মু হায়রকখি। মুদিং অসিনক্তদা জেনেরেলগী মিয়ান হেড কার্টসতগী থারকপা ১২ শুবা বন্মা হেড ক্বার্টসকী লাম্মীগা লোয়ননা মাউন্টেন গন তোপ ২ অমস্থু লেফটিনেন্ট পার্সেগা লোয়নন৷ পলেলদা থুংলখি। জেনেরেল গ্রাহাম্না তোপকী খিনফম মফম চাবা মফম খল্লম্মু অতুগা চেকশিন্না রিকোনাইসান্স তৌদুনা য়েক্লবগী লৈফম তাং ২৫ গী অয়ুক্তা ফজনা খঙলম্মু হায়না য়াথং পীরকখি। ☐

* * *

৪ (১২) তাং ২৫, খোংজোম।

খোংজোম লানবন মমুং মৈতৈ লাম্মীমচা অয়ুক্তা হৌনবা ইরু-মাইথজবা লোইদুনা চাক-ঈশিং চা-থক্লগ৷ শাফি-লানফি শেংনররক্লম্মী। মেঞ্জর পাওনা মেঞ্জর মিয়া অনিমক থৌবাল লানবন অচৌবদগী তোপ য়োরক্লনি—লাম্মী থোমজল্লকনি, থুনমক য়োরক্লনি আশা তৌরম্মী। লাম্হোং শিন্দুনা য়েক্লবগা থেংননব৷ শেম-শারম্মী। লাম্মী পুম্বা পুক্নীং থৌগত্নুনা ইমা লৈবাক্কী নীংতম্বা মণিপুরগীদমক অরোইবা ত্যাগ তৌগদবনি—থুনা অচৌবা লাম্মী থোমজিত্নুনা মখোয়গী মতেং পাংলনি হায়রম্মী। লাম্মী পুম্বা মথল্লাই লুগুাইনা লৈরম্মী।

অশোমদা তাং ২৫ গী অয়ুক নোং হেক ভানবদা অনৌবা থোমজিল্লকপা লাম্মী থুংলরবদা জেনেরেলগী য়াথং মতুং ইন্না মেজর লেসলীনা য়েক্লবগী লানবন্দা লান্দানবা য়াথং পীখি। অস্থুম্না নোং হেক ভানবগা অগুনবা অয়ুক অতুদা কেপ্টেন ক্রুরী অমদি লেফটিনেন্ট গ্রাণ্টনা ২-৪ শুবা গুর্খা লাম্মী ৫০ গা ১২ শুবা বর্মা লাম্মী ৫০ গা লেফটিনেন্ট কোম্বনা শগোল লাম্মীগা লোয়নন৷ থৌবাল লম্বীরোমদা হাইগংলক্লে। লেফটিনেন্ট কোম্ব ওইরোমদা হাইথ-জিন্না খোংজোম লানবনগী নোংচুপ থংচিনগ্রে। ক্রুরী অমসুং গ্রাণ্টকী

খোংমীনা চীংয়া নক্লা চংখিত্নুা য়েক্লবগী নোংপোক্কী নাকন থংখ্রে। কেপ্টেন ক্রুরীনা লাম্মী পো. জিনবীরক্লা হায়রকপদা জেনেরেল গ্রাহাম্ন কেপ্টেন ক্রুরীগী মতেং পাংনবা কেপ্টেন রুন্দেলগা লোয়ননা কেপ্টেন কার্নাগী অমম্বং ২-৪ শুবা গুর্খা লাম্মী ১৭০ লেফটিনেন্ট পার্সেগা লোয়ননা তোপ অনি থোমজিল্লকলে।

তোপশিং অত্ন য়েক্লবগী লানবনগা মায়োক্লনা লৈবা চীংত্নমশিংত্নদা থিল্লগা লাঙথেল চীংদোন্দগী তোপ কাপথবা হৌরক্লে। অথাপ্না রেঞ্জ খঙননবা তোপকী গুলী মথং মথং কাপ্পবা তুংদা মৈতৈ লাম্মীগী লানবন মন্নুংদা তোপকী গুলী ৪৭ মথং মথং কাপশিল্লকখি। লানবন মন্নুংদা অমাঙ অতা কয়া থোকহনখি অত্নবু থোনা ফরবা মৈতৈ লাম্মী মচি লেংদে।

খোংজোম লানবন মন্নুংদা পাওনা মেঞ্জরনা থাঙ শত্নুনা তেঙ্গোন ময়াংয়দা কোয়না চত্নুনা লাওরকখি—"য়েক্লবগী মরুনদি য়ৌরে, ঐখোয়গী মরুনদি য়ৌদ্রে ; তোপ পীরক্লবা, লাম্মী থোমজিনবীরক্লবা হন্না হন্না হায়জখিববু হৌজিক কাওবা তোপশু পীরক্তে মীশু থোমজিনবীরক্তে—য়েক্লবগী লাম্মীনা শরুক ৩ হেন্না চঙশিল্লক্লে—য়েক্লবনা লাঙ্গোই চনখ্রে। ইবাই য়েংথোইবা মেঞ্জরনা মবুক্তা ফত্তবা খল্লমাল্লে।"

"লৈবাক মচাশা ! ইমা লৈবাক মণিপুর কন্ননবা, নীংতম্বা ঙাক্লনবা লৈজবা থিবিক কাথোকপগী তাঞ্জা লাক্লে। য়েক্লবগী নোংমৈ মরুদি য়ৌরক্লে ঐখোয়গীদি য়ৌবা ঙমদ্রে, চেন্দুনা শিবদি যত্তে। নীংহন্নদনা মাহ্মরোং মাবা লান্দা থরাই থাহ্নন স্বর্গ ফংবনা অথোইবনি। মীখা পোন্দুনা মীনাই ওইনা হিংবদগী নোংমতং নীংতম্না লৈরম্নগা শিবনা হেন্না ফৈ। ঐদি লানচেন মী ওইনিংদে, হকথেংননা লাম্বেংনত্নুনা সনাতন ধর্ম্ম তান্নগে। ওম্নগা য়েক্লবা পুম্বা য়েল্লেম থারাম শোইবগুম শোইরগা লানঙম ফিরান পাবত্নুনা নীংতম্বী য়োমোন নোকপী ইমা মণিপুরবু উজগে ঙমজগা লানকন্দা থরাই থাত্নুনা মীনাই য়োক্লীংতদি পুনহল্লরোই। ইমাগী মচা অমোবা পুব', কনা কনা

লান নাগে নাগে হায়বমখৈ চোংথোরক্লা ইমা লৈবাকীদমক য়াইবী থরায় কংলসি !"

"রাসি তাবদা লানবন্দা লৈবিবা অথৌবা পুম্বা অমত্তা থাক্তনা--"ঐস্থ ঐস্থ" হায়না চোংথোরক্তুনা মখুত্তা অফং অফংবা খুংলাই পায়দুনা—"জয় জয় মণিপুর ইমানা জয় ওইবে —শ্রীশ্রীগোবিন্দনা জয় ওইরে" হায়বা খোল্লাওগা লোয়ননা পাওনা ব্রজবাসিনা মাঙ ানা চঙশিল্লকলিবা য়েক্লবা তম্না হোংচিনখি।

অনৌবা থোমজিল্লকপা কেপ্টেন কন্দেলগী খোংমীশিংনা খোংজোম লানবন্দগী গজ ৩৯০ লাপ্পা চীংতুম অমগী মথক্তা ফমতুনা লৈরম্বা মৈতৈ লাম্মী থর উরদুনা তোপ কাপশিন্দুনা মখোয়বু তাম্ভোকখি। অতুদগী লেফটিনেন্ট পার্সেনা ফুট ৫০০ রোম য়াংবা চীংতুম অমগী মথক্তা তোপশিংছু খিল্লগা গজ ১০০০ রোম লাপ্পা লৈবা মৈতৈ লাম্মীগী মথক্তা তোপকী গুলী মথং মথং কাপথরম্মী।

মতম অসিদা ড্রুবী অমস্তুং গ্রাণ্টনা গুর্খা লাম্মী অমদি মাদ্রাজ ইন-ফেনট্রিগী সিফাইগা লোযননা অরাংলোমদগী মৈতৈ লানবন তম্না তকশিল্লম্মী, কেপ্টেন কার্নাগীনা গুর্খা লাম্মীগা লোযননা মখারোমদগী তকশিল্লম্মী। মাঙলোমদগী তোপকী গুলীনা নোং চুবগুম কাপশিল্লম্মী।

অছুবু মণিপুবীশিংনা খোঙফম লেঙদনা মায়রোং য়াথি—ব্রিটিশ লাম্মীগী মথক্তা জিনগাল নোংমৈ কম্না কাপখি। ব্রিটিশ লাম্মীনা এসেমব্লী লাইন য়ৌরক্তুনা লান্দানবা এক্সটেন্দেদ লাইন ফোর্ম তৌরকপা মতমদা তোপ কাপ্পা লেপখ্রে। লান্দাবক্লিলা ব্রিটিশ লাম্মীশিং জমাদার এডযুটেন্ট কীর্তি গুরুংনা মাঙজিন থানা নোংমৈ চিন্দোনদা সঙ্গীন থেৎলগা নোংমৈ কাপ কাপ্তুনা লানগী লাল্লাওগা লোয়ননা চঙশিল্লকপনা লানবন য়ৌরম-ফাইদা ওসাইমখৈ নাপীনা কুপ্তুনা উরমদবা থাঙপাৎ অমা লানবনগী অকোয়-বম্না লৈরম্বা থেংনখি। থাঙপাতুদা য়ুংলম্বা শোনা খুদোং থিবা কম্না

থোকহনখি ! অসিগুম্বা খুদোংথিবনা করিমত্তা অকিবা পোকহন্দনা য়েছ লাম্মীশিং সঙ্গীন থেংলবা নোংমৈ পায়হনা লানগী লাম্লাও লাওহনা, থাঙ্গ-পাং লান্দুনা লানবন মশুংদা চোংশিন্দুনা মৈতৈ অথোবশিংগা খুৎনা ফংনা য়াম্লখি।

অহানবা চঙশিল্লকপা ফিরিঙ্গী লাম্মীনা কাপ্লকপা নোংমৈনা পান্দুনা মনাক্তা লৈরম্বা অচৌ মম ঙমকদা শিগ্রে। চাওতোম্না হন্দুনা নোংমৈ কাপ্তুনা ফিরিঙ্গী সিফাই অমা হাংলে, থাঙ চুঙোই পায়হনা য়েরুবা অমা অনি হাংলে। অহুবু অতোপ্পা ফিরিঙ্গী সিফাই অমনা ছঙ্গিম্না মবুক্তা থিনবদগী চাওতোম য়াম্থখি।

ছঙ্গীন য়াওদবা মৈতৈ লাম্মীশিংগী খুদোং চাদবা কয়া লৈরবসু থাঙ চুঙোই পায়হনা পাওনা মেজর, মিয়া মেজর, চিংলেনসা, পোইলা, হাজারী-নচিংবগী লুচীং মথাদা হনবা লৈতনা ব্রিটিশ অফিসার গ্রান্ট, ক্রুরী, কার্নাগী, কোজনচিংবগী লুচীং মথাদা চঙশিল্লক্লিবা ব্রিটিশ সিফাইশিংগা মায়য়োক্লখি, য়াম্লখি থিল্লখি লাম্থেংনখি। অকনবা লাম্থেংনবনি। অয়ুক অঙনবদগী সুমিৎ তাবা ফাওবা মৈতৈ লাম্মী অমত্তা ঙায়রফাও হনবা লৈতনা য়াম্লখি। নোংমৈ কাপ্লখি—ছঙ্গীন থিল্লখি—থাঙনা য়াম্লখি—নোংমৈ গুন্দানা থোম্লখি হাংনখি মখোঙ মথুং মঙক কক্লখি। মৈতৈ লাম্মীমচা মমায় লৈদনা লানগী লাইরেম্বীদা মঙক কত্তুনা স্বর্গ কানখি। মশীং য়াম্লবা খুৎলাই অফবা পাব্বরবা ব্রিটিশ লাম্মীগী খুত্তা হনবা নাইত্রবা মৈতৈ লাম্মী মচা তুমখ্রে। অয়ুক্কী থেংনরকপা লান সুমিৎ তারকপদা লোইশিনখি নাকন অনিমক য়াম্না শিনখি। ব্রিটিশকী জমাদার এডয়ুটেন্ট কিরি গুরুং লান্দা শিখি। ব্রিটিশ অফিসার গ্রান্ট, ক্রুরী, কার্নাগী কোম্ব শাখিনা শোকখি। মৈতৈগী লুচিংবা পাওনা মেজর, চীংলেনসনা লান্দা শিখি মিয়া মেজর শাখিনা শোকখি। অসুম্না লানবন অসিগী মতুংদা লৈরম্বা মৈতৈ লাম্মী পুম্বা লোইনা মথবাই থাখি। মী ৮ থক্তদি হিংহনা লাম্মীং হনখি—মাইথীবগী লাও জমর্দুনবা।

মুমিং তারক্লবদা ব্রিটিশ লাম্মী লুচিংবা রুন্দেলনা লান জয় ওইবগী পাও পালেলদা জেনেরেল গ্রাহামদা থাখি। পাওদুদা হায়খি—"লান্দি জয় ওইরে—য়েরুবা পুম্বা মাওহাল্লে অতুবু ঐখোয়গীসু অমাওবদি য়াম্না য়ামই; মী য়াম্না শিখি য়াম্না শোকখি।"

অসুম্না জয় ওইবগী পাও ভেরী লাইট কাপ্তুনা খঙহনখি। ব্রিটিশ লাম্মী অশোকপশিং পুহুনা ব্রিটিশ লানশং তম্না চৎখি। লানগী ট্রোফী ওইনা থাও চুঙোইনচিংবা কয়া খোমখি, মথং অমুক চওশিন্নবা শেম-শাখি। খোংজোমদা মায়থিখিবা অসিনা মণিপুরগী নীংতম্বা লোইখি।

* * *

৪ (১৩) মুমিং অসিগী মুমিদাং।

লান জয় ওইরবা ব্রিটিশ লাম্মীনা খোংজোম লানফম থাদোকপ্রবা তুংদা লানফমদা শাথিনা শোক্লবা রাম্বকবদগী জ্ঞান তারক্লবা মিয়া মেঙ্গর তপ্না লোম্না মুমিদাং অদুদা খোবাল লানবন তয়কই। অদুবু খোবাল লানবন পুমহাং হাওলম্মে। খোংজোম লানবাও তাবদা ওম্না লাম্নীং হনখ্রে। মথংগী অয়ুক্তা লানগারকপা ব্রিটিশ লাম্মীনা চৎপা ওমদ্রবা শাথিনা শোক্লবা মিয়া মেঙ্গর খোবাল লানবম্নুংদা থেংনহুনা ফাখি

মিয়ানা হন্দোকখিবগা লোয়ননা অশিবতনা থল্লবা খোংজোম লানবন-মুংদা অহিংবা অমাফাও লৈত্রে—উন-রাইমুক চীকখ্রে। অসুম্না তমথিনা চীক্লবা মম্লবা লানবম্নুংদা অথেংবা অহিংদা উচান মৈরা পায়হুনা নথক্তা কন্নি থিরি লাইশ্রবা হাজারী?

মচানুপা অতোনবা চাওভোন কদাইদনো? অশিবা মথং মথং হাই-দোকুন্না থিরকপদা হঙীন্না মবুক্তা থিন্দুনা শাথিনা শোক্লবা শিদি শিত্রিবা রাম্বুহনা তারিবা চাওভোন অশিবা মরক্তা থেংনখি। থুংলৈ পুন্না রাম্বত্রিবা

জান তাত্রিবা শাথিনা শোক্লবা চাওতোনবু মাগী শগোলথক্তা হাপ্লগা।—মমাল্লবা খোংজোম লান্দা হিংহোবা শাজৌনা মণ্ডেং পাংহনা লানবন্দগী মপান থোরকই। ঈন্না চেল্লবা মিং অনিহনা অশিবনা থল্লবা খোংজোম লানবন অমুক্ত' লৈহনা য়েংলম্লগা হ'জারী লানবন অহু থাদোক্লম্মী। মাগী সেবক অচৌগী অশিবা মশাদি থিবা খণ্ডথিদ্রে।

লোম্লা লোম্লা তপ্পা তপ্পা য়েক্লবদা নাশোন ফংহন্দনা পুহনা লৌবুক্তা নাকন্দা মোংশোংলক্তা চংখিহনা ফৌদেল য়ৌখি। নোং ভানফুং ভানফুং তৌরকপদা থাও হিদাক খিহনা চাওতোনগী অশোকপা মফমদা তৈহনা খোমহনা ঈ থোকপা থকহল্লে। খোংজোম লানগী ইনিল্লা মম্লম-মকৈ থাদোক্তুনা চেল্লগ্রবা হাওলবা খুল্লক ফাওহনা ফৌদেলদগী শমজিল্লক্তুনা থৌবাল তুরেন তোব্বানলোমদা য়াইখিপোক য়ৌখি।

অওনবা অম্লুক অহুদা ময়ুন য়াইরিপোক লাইশ্রম কোঞ্জিন্দা লান্দা শোক্লবা চাওতোনবু লাইয়েংনবা য়পোকপী মমাদা শিল্লরম্লগা টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজগী থাজরবা মনাই লাইশ্রবা হাজারী অমুক পোত্থাবা তৌদনা মনাই মীখুগা লোয়নলা মণিপুরগী মনাং তম্বগীদমক মথল্লাই কখোক্লবা খোংজোম লানফমদগী হিংহোবা অথোবা খোডংলাই থরগা শগোল তোংহনা অরোন অরোনবা লম্বীদা সনা কোম্লুং তম্লা খোংলৈ থুনা চংখি। আশা তৌথি যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমাদি থঙ্গাল জেনেরেল উনহনা সনা কোম্লুং কল্লবা অকনবা লান থেংনরুনি—য়েক্লবা ব্রিটিশ তুম্লা হাত্তুনা তাম্মোকখিনি—মণিপুরগী নীংতম্বা কল্লবা লান্দা মথল্লাই কখোকলুনি।

অম্লুম্লা কাওবু অহু অংথা পোইরৌ শমহনা ফুনান থনরোক শনরোক লম্বীরোমদা ইম্ফাল সনা কোম্লুং তম্লা হাইগংথি। ☐

ইং ১৮৯১, এপ্রিলগী অরোইবা চয়োল।

জিলা-কোয়রেং কোনুং লালহৌগী তুংদা মহারাজ শুরচন্দ্র জিলারোমদা কলিকত্তা থৌরে। মহারাণী প্রেমময়ীনচিংবী মনাও ইবেম্মশিং তম্পাকয়ুমদা থৈখরে। মহারাজগা পোকমিন্নবা মনাও ইবুঙো অহুম শ্রীযুৎকী থোগল ইনখ্রে।

শ্রীযুৎ মহারাজ শুরচন্দ্রনা মণিপুর রাংমা চত্রিঙৈ বড় সাহেব গ্রীমউদকী বাঙ্গলাদা লৈরিঙৈ অয়ুক অতুদা শ্রীযুৎ উনবা লাকখিবা থঙ্গাল জেনেরেল-খোয়গা লোয়ননা সুবদার মোইরাং তোঙ্গাওসু শ্রীযুৎ শুরচন্দ্র মহারাজ উনবা লাকখি।

শ্রীযুৎ শুরচন্দ্র মহারাজনা মঙোন্দা হায়খি— "তোঙ্গাও! নঙনা খঙলিবতুনি, ফিভম অসিদা জেনেরেল থঙ্গালখোয়না কোনুংদা হুজিনসি হায়বসে ঐনা করম য়ানীংগনি।"

বড় সাহেব গ্রীমউদকী মতেং ফংগদ্রা খল্লখ্রা নীংবা কায়রবা মহারাজ শুরচন্দ্র মণিপুর থুনমক থাদোক্লীংলহুনা মাগী থাঙ, কোকয়েং, নিংথৌগী পোৎলোই পুন্না হুক্তোক্তুনা— "ঐদি শ্রীধাম বৃন্দাবন্দা চৎলগে। ঐনা চৎখিবদা অপনবা পীরনু" হায়না কুলচন্দ্র টিকেন্দ্রজিৎতা হেক পীখিবা উবদা তোঙ্গাও মমিত্তা মপি তানা নিংথেমদা খুরুমহুনা হায়খি—

"শ্রীযুৎ ইবুঙো! ননাই তোঙ্গাওবু কাওবীনু, মীরায়বীগনু, লান্নু লৌবীনু। শ্রীযুৎকী নীংবা থুংনবা ঐগী থরাইমা লৈরিঙৈ মখৈ হোৎন-জগনি।"

অসি হায়রম্লগা জেনেরেল থঙ্গালখোয়গা লোয়নবা সনা কোনুংদা হুজিনখি। কম্না হোৎনহুনা নৌনা নিংথৌ ওইরবা কুলচন্দ্র মহারাজ,

যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ অমদি থঙ্গাল জেনেরেলগী থাজরবা মনাই—মরূপ ওইনা লৈখি। মহারাজ কুলচন্দ্র মরূা মাবু সুবদার কম পীখি।

অদুবু মাগী মবুরুরীংদা শ্রীযুৎ মহারাজ শুরচন্দ্রনা মণিপুর থাদোকখিবা কিভমতু শুককাও কাওবা লৈখিদে। করিগুম্বা অহিং অমদা মহারানী প্রেমময়ী উনবদা রাশকখি "তাবীয়ু মহারানী ইবেম্মা, খুদোংচাবা মতমদা মহারাজগী নীংবা থুংনবা শোয়দনা তৌজগনি।"

হৌজিক মতুগী তাঞ্জা লাক্লে। তাং ২৫ গী মুমিং তারকপদা খোংজোম লান লোইখিবা থৌবান্দগী মৈতৈ তেঙ্গোন নীংহন্নরকপা মুমিং অদুদগী হৌখ্রে মাগী থবক পায়থৎপা।

অওইবমকসু সনা কোমুংদা থঙ্গালগা লোয়ননা এজেন্ট সাহেবকী বাঙ্গলাদগী হল্লকপা মুমিত্তুদগী শুবদার তোঞ্জাও করম তৌরগা মবুঙোগী লমন থুমগদগে থনবা হৌখ্রবনি। পোখি পোরম য়াৎপা মনামনীন নাইদনা চেকশিন্না হৌখ্রবনি। মরম ওকপা থাজবা য়াবা মনাই ওইনা মহারাজ কুলচন্দ্রগী মনাক্তা লৈরক্লী। মশানা মবুক ফরবা মহারাজ কুলচন্দ্রদি মাবু চানমরুা থাজখি যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎতদি মাবু চানমরুা থাজবা ওন্নমদে।

মশীং লাকওমদ্রবা লাম্মী পুন্থনা ব্রিটিশ সরকারনা মণিপুরদা মায়কৈ অহুমদগী লান্দারকপা মতমদগী হৌনা যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎনা খঙখি—খুৎলাইসু হেন্না ফরবা পায়রবা মশীংসু থীঙমদ্রবা লাম্মীগা লোয়ননা লাঞ্জংলক্লিবা কল্লবা য়েরুবা ব্রিটিশ খুৎলাই অকবা অমাফাও লৈজদবা মশীংসু য়ামখিজ্রবা পীরুবা মণিপুর লাম্মীনা থিংলুবা ওইথোক্রোই—থিংবা ঙমলোই-শোয়দনা মায়থীগনি হায়বসি। অদুবু মণিপুরগী নীংতম্বা ঙারুবা থরায় কাওবা থাদোকপদি ঙম্মী অদুনা নীংহন্নদনা লান তৌনবা শেম-শাম্মী।

ব্রিটিশনা মায়কৈ অহুমদগী তকশিল্লকপা, জেনেরেল কোলেটকী মথাদা লাকপা কোহিমারোমগী লান্মীনা ময়াংখাঙ য়ৌরকপা. শিলচরদগী কারকপা কোলনেল রেনীক্লা লুচিংবা ব্রিটিশ লান্মীনা বিষ্ণুপুর য়ৌরকপা, টুস্মুরোমদগী লাকপা জেনেরেল গ্রাহামগী লান্মীনা পলেল ককচীং য়ৌথিদুনা খোংজোম য়ৌশিললকপা মুমিৎ অতুগী অহিংদা স্না কোন্নুংগী নিংথেমগী স্নাসঙ্গাইগী মন্নুং-চনবা কা অমদা মহারাজ কুলচন্দ্র, কোয়রেং যুবরাজ, মনাও ইবুঙো জিলাঙম্বা চিকপল্লা রারী শারন্মী। থঙ্গাল জেনেরেলস্নু য়াওই অরাবা মায়থোংনি চোকথরবা হুকচাংনি।

মহারাজ কুলচন্দ্রনা টিকেন্দ্রজিৎ য়েংদুনা তপ্না তপ্না হায়রকই—"কোয়রেং! করম ভৌসি হায়বা? মায়গৈ অহুমদগী লানগারকপা ফিরিঙ্গী লান্মী "ময়াংখাঙ, বিষ্ণুপুর, খোংজোম য়ৌরক্লে।"

"ময়ায়ুং মহারাজ! থরায়না হেক লৈরিমখৈদি মণিপুরগী নীংতম্বা ঙাক্লবা লান থেংনবা ত্তাই।

"অদুবু কোয়রেং মৈতৈ লান্মীদি মচানি মশীংস্নু খিল্লা খুৎলাইস্নু ফত্তে। ঐখোয়না অমুক্তং কাপ্পবা হোৎনরিবৈদো মখোয়গী মার্টিনী রাইফলনা তন্না-তন্না হেন্না কাপই—করম তৌনা লাম্বা তৌনি।"

"য়াম্বুং তাকপীরিবা স্নায়াথং অচুম্বনি। অদুবু থরাইনা পোম্বা ওইদুনা লাম্বাবা তাবনি, মীথা পোন্না চহিচা লৈদো শরুক মিকুপ মত্তং নীংতম্না লৈরম্লগা শিথিবনা হেন্না ফৈ।"

"চুম্নী কোয়রেং মহু ঐস্নু স্নাই। কোহিমা নাকল তোংজৈ মরীম' নাকল অয়াম্বা লাম্নীং হুক্লক্ল থুনা কোন্নুং য়ৌরকপা য়াই, খোংজোমতা ভায়রে কল্লা শিংজিবা। লৈরিবা খুজু খুৎলাই থর লাম্নী খিত্তং অসিনা ঐখোয়গী কোন্নুংসি কনবা ঙম্নগাল্লা? কনিঙম্বা ঐখোয়গী লানবনশিংসি কারক্লা—

খোংজোমদা মায়থীয়বা, নীংহন্নরক্লবা—ঐখোয় লানফমদা চোংশিন্দুনা থরাই থাদোকত্রা মন্ত্রগা লান্নীং হন্দুনা ঐখোয়গী খুদোং ঙাইগত্রা থন্নসি।"

"য়াম্মুং মহারাজ ! ভাকপীরিবা সনা য়াপং অহ্ অচুম্বনি। খুংলাইন্নু য়াওত্রবা মীম্মু য়ামত্রবা মৈতৈ লাম্মী মচানা মুমিং তাবা লৈত্রবা সাম্রাজ্য অমগী লাম্মীবু কয়াম কুইনা থিংবা ঙমগদগে ? ইপু থঙ্গাল জেনেরেলগী মোংতি কয়িনো ?"

"নিংথেম ঐনা খঙবদি--করিগুম্বা খোংজোম লানবন কায়রবা থৌবাল লানবন কায়হুনা লান্নীং হন্নরক্লবদি লাম্মী পুম্বা খুংলাই পুম্বা খোমজিন্দুনা মা কোম্নুং অসি নীংথিনা ঙাক্লুনা ফিরিঙ্গী লাম্মী মায়থিবা পীবা তাই অহুগা লানগী ফিভম য়েংলগা মতম মতমগী ফিরেপ লৌবনা ফগনি। হৌজিক সনা কোম্নুং চেকশিন্না ঙাক্লবা লানবনগী মফম পুম্বা য়েংশিনবা, তোপ নোংমৈ খুজ্ খুংলাই মফম চানা চানা থম্বা তঙাই ফদরে।"

"ইপু থঙ্গাল জেনেরেল, কোয়রেং নঙম্মু তাও ঐনা খনবদি-করিগুম্বা খোংজোম লানবন কায়হুনা লাম্মীশিং নীংহন্নরক্লবদি ফিরিঙ্গীশিংনা ভকশিল-লক্লবদি ঐখোয় লাম্নীং হন্নগা থাগী তান্না হন্দোক্লগা মতম খর মফমহুদা লৈহুনা খুদোং ঙাইবনা হেন্না ফগনি। ইপু মুম হায়না তৌসিনে।"

"নিংথেম লেপ্পীরিবা ম্নাবুদ্ধি অহ্ অচুম্বনি।"

"য়াম্মুং ম্নাবুদ্ধি অহ্ অচুম্বনি –য়াম্না ফবনি। অহুদা থাগী তান্না চংনবা লমজিংবা মীবু থিবা ফংগত্রা ?"

"কোয়রেং ননাই তোঙ্গাও মুবদার অসি লম্বী ফজনা থঙই। মাগী মঙেং পাংমবা কবো অমা পোং অমা থাগী অমম্মু লৈ। মখোয় হায়না চংখহুনা লৈফম চাফম মথং মথং শীন্নম্নগে—লমজীংবশিং মফম মফমদা ঙাইহন্নবা শীন্নে। করিগুম্বা লান্নীং হনবা তারবদি ইরিন মপান ফাওবা লাকপীম্মু ইরিন মপান্দা ননাই লমজিংবশিং ঙাইহন্নমগে হায়।'

"য়াম্বুং মহারাজ তাকপিরিবা সনা য়াথংদু অচুবনি—ঐখোয় খাইগী য়াইফনবনি। ননাই তোঙ্গাওদা সনা য়াথংদি করি করি তাকপীরবগে ?"

"মদু শীন্নবা ঐদি হান্না হায়রে। লম্বীগী শীজিন্নবা বোইনা ওইনা লুপা লিশিং অহুমগা ফিরোন্নচিংবা লোইনা শিন্নখ্রবনি। মাঙোন্দা ঐখোয় লাক্লগনি হায়বা রা হায়খিগদবতা মঙাম্বরে।"

"অদুবু য়াম্বুং! ননাই তোঙ্গাও অসিবু য়াম্বুং মহারাজ শুরচন্দ্রগী য়াম্না চানবা মনাইনিদো। য়াম্বুংনা মাবু চপচানা থাজবিরবরা ?

"কোয়রেং! ননাই তোঙ্গাও অসি য়াম্বুং শুরচন্দ্র মহারাজনা ইরৈবাক থাদোক্লনা লেঙখিবা মুমিত্তগী ঐগীসিদা লৈরক্লি। মাগী লমচৎ শাজৎ ঐনা য়াম্না মুন্না কুপ্না য়েংলবনি। থাজবা য়াবা ননাইনি অদুগা মানম্না ঐবু চপ চানা লুনা নীংবনি।"

"করে, য়াম্বুং মহারাজনা সনা য়াথং পিবিগ্রবদি অদু মঙায়দনা, করি হায়গে ইপু থঙ্গাল ?"

"য়াম্না ফবা সনা বুদ্ধিনি। অদুবু ননাই ইপুদি সনা কোম্বুং ঙাক্লনা অম্মুম লৈজহোগে।"

"কৈদৈনোদা ইপু জেনেরেল! ইপু থঙ্গাল য়াওদনা নত্ত ঐখোয়না করম্না অশুক লুম্নবা নীংতম্বৈ লানগী পোৎলুম পুবা ঙমগদগে ?" ইপুম্না ঐখোয়গা লোয়ননা লেঙদবনি। ননাই তোঙ্গাওদা পাও শীগ্রদোবনি।"

মথংগী মুমিৎকী অমুক্তা তোঙ্গাও সুবদারদা রা অসি থঙহনরে!

অওইবমকম্না মোইরাং তোঙ্গাও কুলচন্দ্র মহারাজতবু য়েংলুরবদি থাঙ্গৈ-শেম্না মতেং পাংনিংবনি। অদুবু কোয়রেং মহাকথকীদমক ভুংশিজরবা, ইনিংথৌ শুরচন্দ্রনা ইরৈবাক থাদোকখিবনি। থল্লুবদা যুবরাজগী মথক্তা শাজবা ভুকওম ঙম্মদে।

শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজনা শেম্ফ্‌ম ফিরোন পীরক্লুনা বারম অতমা শিন-রকপা মুমিত্তুদা মকোক নোম্না থুরমহুনা হায়খি—"সনা য়াথং ফিগাও শানা রাজরি। ননাইনা পূম্নমক ফনবা শীজরবনি !"

অহুবু মবুক্তদি থনখি —

"তস থঙগনিদো, হুন্দক্তি হৈনিংথৌগী লমন শিংনবা তাঙা চপ চারে "



# ( ৬ )

## ইং ১৯০১ ফেব্রুয়ারী সন্ধ্যা—লাইশ্রম কোঞ্জিন।

চাওতোন মাঙ্গোল উথোকতেন্দা ভাহুনা রাখলনা উংহুনা ফুমিল্লা ফম্লি। মথুন্তা পাম্নবা সঙ্গাই অমদি পম্না শিনবা রাচেং—মচী লেঙদে—রাখলদি খোংজোম লানবন্দা লৈরি। মমাঙদা অচৌ শিংগ্রে মহাক ছঙ্গীম্না থিন্দুনা রাম্নখ্রে। সন্ধ্যা রাচংবা মতম ওইরক্লে।

হোজং মনাক্তা শান্নরম্বা অঙাংশিং য়ুম য়ুমদা হুপ্পিন্নরক্লে। তোম্বী নিমাই রারী শানা শানা চঙলকই। নিমাইনা হায়— তোম্বী ঐখোয়দা ঙসি মুংদাং চাক চামিন্নসি।

"হোয় ঐগী চাক পুখমহু পুরকে।"

সন্ধ্যা ওইরক্লবদা লৈরিক ইমুংদগী কোল অমদা ঈশিং খর পুথোরকুনা তুলসিবুং মতেক অমা রাই তৈথোক্লে। মচা মুপা নিমাইদা থাওমৈ থাঙ্গৎলু হায়খি। থাওমৈ থাঙ্গৎলে। ফুঙ্গাদা থারম্বা তিকিহু চাক্লে। তিকি অমা ধূপ কম্বীদা হাপ্লগা ধূপ অশুবহু হাপ্লগা থাংমৈ অমগা নিমাইনা পুথোরকুনা তুলশিবোংদা ধূপ থাওমৈ কত্তুনা বৃন্দাদেবী খুরুম্মী।

লৈরিক্লা হিদাক ঙাম্বক অমা হাল্লগা হিদাকফুদা পাল্লগা চাওতোনগী মনাক্তা চংশিন্দুনা হিদাকফুহু থম্লগা হায়খি "রাচংলে—সন্ধ্যা ওইরে থবক পোত্থাবীরো লাইমুং খুরুম্বীরো।"

**লৈরিকী মখোল তাবদা চাওতোন খোংজোমদগী লাইশ্রম কোঞ্জিন্দা হুরক্লে মমিৎ পাঙথোক্তুনা লৈরিক্লা পুরকপা হিদাকফুহু পারহুনা প্রোক প্রোক চিংই—হুংলকই—"নিমাই হুপ্পিন্নরক্লবরা ?"**

"হজিল্লক্রে—লাইগী ধূপ কৎলি—

"সে পোংচৈশিংসি থমজিল্লু" হায়রুনা সংগাই রাচেৎ পয়া অশিবত্থু পুনশিন্দুনা লৈরিক্তা শীখি। অচুদগী হৌগৎতুনা সন্ধ্যাগী লাইশোন— "লালসা—"ধন মোরো নিত্যানন্দ শক্লুনা বৃন্দা খুরুম্মী। চাওতোন ইমুংদা চঙখিত্নুনা লাইনিংথৌ খুরুম্মী।

লৈরিক ইমুং চঙখিত্নুনা ইমুং রাইরম শিংচিনবা লোইরগা চাকথুম চঙব্রে—লৈরঙদা চফু থাঙ্গৎব্রে মচামুপা নিমাইনা মমাগী মতেং পাংলি— য়েনশাং নাপী শেম্বা মাওরি—হংলি 'করি ইন্সাংনো ইমা

"কাংসোইনিদা।

"তোম্বীসু ঐখোয়দা ঐগা চাক চামিল্লনি।"

"কৈনে কৈনে।"

চাক লোইরে খিদাক্রে—ইকোয় কোয়না থারে চাওতোন মখোং মখুং হায়দোক মচীন তেংথোক মাগী চাকলুক মনাক্তা থারিবা চাকচাফান্দা কয়ে—। লৈরিক্তা তোম্বী কৌরুগে হৌগংলকপা মক্তদা তোম্বী চাক পুথমত্থু পায়রুনা মমানা ওাংনা ওাঙনা খিল্লকই— "তোম্বীনা মবুংগা চাক চামিল্লনি হায়নে।"

"লাকও লাকও চামিনরো—ঐসু কৌবা লাকে তৌরম্মীবনি।"

"করি য়েন্সাংনো তোম্বী—"

"ঐখোয়দি ভৌথোং অমগা ইরোম্বগনি।

তোম্বী নিমাই কমিল্লরুনা চাক চামিল্লব্রে চাওতোনগী মুপী মমুমদা চংব্রে।

চাক চাবা লোইরুনা ফুঙ্গানাক্তা মপা চাওতোনগী নাক্তা ফক্তা ফমরুনা লৈ। মমানা কোল্লিক কেওবা লোইরুনা মখোঙ মখুং হায়গা মাগী ভুক্ষম কমুং ফাত্থুং শেল্লিজৈজো মপা চাওতোনগা রারী শাই— নিমাইনা হংই- "পাকা ঐখোয়গী ইপু হাজারী কৌবা অমা লৈ হায়—অমুক্তসু উদে কদাইদা লৈগে মাবু।

"লাম তৌবা চৎখি।"

"করিগী লাম্নো।"

'নীংতম্বগী লাম্নী—য়েক্লবা ফিরিঙ্গী তাম্থোক্লবা।"

"নীংতম্বা হায়বদি করিনো?

"মীপাল তাংদনা ছিংবা ইশানা ইরৈবাক ঙাকচবা—মীনা লোই চন্দবা অহুবুনি।"

"ফিরিঙ্গী হায়বদি করিনো"

"য়েক্লবা ব্রিটিশনি—মখোয়না মণিপুর জয় তৌখিবনি।"

"কদাইদা"—

"খোংজোম লান্দা।

"পাবা ঐখোই মণিপুরবু নীংতমব্রবরা?"

"তমদ্রে— ফিরিঙ্গীশিংগী মখাদা লৈরে মখোয়বু তাম্থোক্ত্রিকাও ঐখোয় মণিপুর নীংতম্বা ঙম্রোই—"

"অহুদি ঐখোয় অনীশু ফিরিঙ্গী তাম্থোকপা ইপু হাজারী নাক্তা চৎলুগে--

"হয়েং চাওর চৎকগদবনি—চংলো নখোঙ নথুং হামদোক্লয়ো ভুম্নবা।

তাঙ্গাসিদা লৈরিক্লা নিমাই তোম্বী অনিমকপু মখোং মথুং হাম্বীরে—অহুগা নিমাইগী কমুং শেম শাবীরম্মী। তোম্বীগী মমা মতমহুদা ইমুং চংলক্লুনা

"চাক চাবা লোইরবরা— চৎসি তোম্বী তুম্মুবসি।" হায়রকই

"ঐদি তা নিমাইগা তুম্মিন্নরনি—"

"মুঙাইরোইদা চৎসি লাকও—"

"চংলরোই ঐদি সিদা তুম্নি" হায়না শিখাং থাওলে।

চাওভোন লৈরিক্লা তুমজরসমু কৈদৌগে হায়রে। চাওভলগী মুপী চৎপ্রে।

নিমাইগা তোম্বীগা নিমাইগী ফমুংদা তুমখ্রে—ভাইহাক নৈরগা খো খো নাখোয়কই।

চাওতোন ভাইহ'ক মাগী মুপী লৈরিকা রারী রাতাই শারম্মী – হিদাক ভাম্বক অনিরোমগী ভুংদা চাওভল লাকুনা তুম্লিবা তোম্বাবু পুহুনা চংখি মমুমদা।

ভাইহাক রারী শানবগা তুম্মগে হায়না তৌবা মতমদা ' নিমাই মিকপ খোরক্লুনা হংলকই- ' ইমা তোম্বী কদাই চংখ্রে?"

"মমুম চংখ্রে— মাহায় মপানা পুখ্রে" হায়না খুম্লিউৈদা—মপান্দগী খোং থীল্লকই, খোং হাংদোক্লবদা চাওভলগী মুপীনা তোম্বী পুশিন্দুনা চঙলকই—

মবুংগা তুম্লগ করিগী পুরক্লিবনো হায়না নিঙাই খাঙবা ভংদ্রহুনা অমুক থিল্লক্লবনি।"

' ফরে ফরে—তুম্মিল্লরসমু"

নিমাইনা কৌরকই "লাকও তোম্বী'

তোম্বী চংশিন্দুনা হিপ্লগা "মখোয়না অমুক খাংদোক্কনবা ঐখোয় অনি কোনশিল্লহুনা তুম্মিল্লসি" হায়হুনা মখোয় অনি চেজেং কোনশিল্লহুনা তুম্মিল্লখ্রে।

চাওতোন লৈরিক ফমুং চংখ্রে। অরৈ লৈতপী রা—মচা নিমাইগী লাইরিক লাইও তমবগী রানিংবা ভাইহাক রারী শারম্লগা অয়ুক্কগী পোত্থাবা লৈতনা থবক নোয়কপী চোকথরবী লৈরিক নাখোক্লুনা তুমখ্রে।

চাওতোনদি নিমাইনা মপা হাজারীগী রা হংলকপদগী মপাগী মরমদা থনবদা তুম্বা য়ারমদে— মথং মথং নীংশিংলকখি— মমানা মতোন্দা লৌরম্বা খোংজোম লানগী মতুংদা মপা হাজারীনা তৌখিবা পুম্বহু—। ☐

ইং ১৯৮১ এপ্রিল তাং ২৭ অয়ুক

অহিং চুপ্পা পোৎথাদনা থোৌরক্লবা তুংদা তাং ২৭ কী অয়ুক অঙনবা তু উরকপা মতমদা কাইনা চীংগোন ফাওদাক্লুনা ফুনান চীংজিন লম্বীদা খুংলাই শুনা পায়রবা শগোল তোংবা মৈতৈ লাম্মী তরানিথোইথক খুরুপ মচা থৌদুনা চৎলম্মী। মাঙজিন থারিবা লুচিংবা অথৌবা অনি চিকপক্লা রারী শারম্মী।

"থৌবালগী লানবন কায়খ্রে হায়।"

"লান ইতৌ তৌদনা ফিরিঙ্গীনা লানশঙ অচু চাইথাখ্রে—লানশংদুদা চেল্লকপা খোংজোমগী অথৌবা শাথিনা শোক্লবা মিরা মেজরসু ফিরিঙ্গীশিংনা ফাখ্রে।"

অওইবনি—য়েংথোইবা অমদি রাংথৈরাকপা লাম্লীং হুনখ্রে সনা কোংম্লুংদা।

"নোংমৈ মরু অমফাও কাপ্পদনা ফিরিঙ্গীনা থৌবাল লৌখ্রে।"

"অদুদি ফিরিঙ্গী লাম্মী ইম্ফাল সনা কোম্লুং তমখ্রে।"

"সনা কোম্লুংদুবু নীংথিনা ঙাক্লিদ্রা"

"কল্লবা খুংকা খুংকা হুকথেংনবা লানফমদা ইমা লৈবাকী নীংঙম্বা কল্লবা মথরাই কংশ্রবা খোংজোমগী অথৌবশিংদু কয়াদা ময়ায়বক কশ্রবা!"

"ঐখোয়সু মথোয়গুম্না মণিপুর ইমাগী নীংঙম্বা ঙাক্লবা সনা কোম্লুং কংলা নমাওদা থন্নায় থাজবা কংলবদি কয়াদা মুঙাইগবা! চৎসি অথৌবশা! সনা কোম্লুং কম্লবা লান রাওকসি।"

"অওইবনি অথোপা লানফমত্থ্দা থরায় কচ্চবা ইগ্নাগী জয়নিকো।"

"চংসি থুনা লানফমত্থ য়াওবা ওপ্পা য়েংলুসি।"

কাঙবু অসিনা পনরোক সনরোক লাম্থোয়রকুনা পোংগ্রাংবী ছোরোক তারগা ইরিলবুং য়েরকপদা মকোক মরেংবান্দা পোং ময়োন অমমম পুরছ্না, থরনা পীক্লিনা অঙাং পনছ্না পোছ্না মথুংনা শমছ্না মী কয়ামকম—মুপা মুপী অঙাং কাঙলুপ অমা মখোয়না লাক্লিবা লম্বী অদোমদা চঙশিল্লকপা উরম্মী। মখোয় অত্থ হাথু হাথু লাকপনি। মমিং মনা তথক তথকই, অকি অথং নংলবা শকুম ঙাক্তুনি। মোনছা হম্বুবী কনানা মচা মত পোয়ী পমলি, অঙাংশিং অপীকপা থরনা কপ্লি: চেনবা চোংবা হৈরবা থর চাওরপ তৌরবা অঙাংনা নোক্না নোক্না লাওছ্না লাওছ্না মাঙ থাবা তাম্নরি চেনথংনরি।

শগোল তোংবা মখোয় তরানিথোইবু হেক উবমক্তদা মাঙ থারকপা কাঙবু কিবনা চপ চপ লেপই—কায়ত্থনা মফম মরাং থঙদনা চেনগদবা ফিভমত্থ উরবদা মাঙ থারিবা লুচিংবছ্না মখোয়বু থামছ্না ঈংনা তপ্পা হায়ররই।

"কিগম্মু পাথংকম্মু, ঐখোয় মৈতৈ লাম্মী ঙাক্তনি। খোংজোম লান য়াওকবনি। য়েক্লবা ফিরিঙ্গী লাম্মীনা খোংজোম লানকম ঙমগ্রে - মৈতৈ লাম্মীনা মায়থীরে। ফিরিঙ্গীশিং ইম্ফাল সনা কোম্নুং তম্না চঙশিনগ্রে খোংজোম লান্দা ছিংহোবা ঐখোয় সনা কোম্নুং কয়বা লান য়াওবা চংলিবনি।

ময়াম হৌজিক লাকপীরিবসি মফম কদাইদগীনো? লান চেনবম্মু মাম্নি। সনা কোম্নুংগী লানগী পাও থঙবা য়াওরবদি থর জাগীয়ম্মু।"

ময়ামমতুগী মরক্তা য়াওরকপা চীনদোন লৈতোন কবা বামন মচা অমনা থুমলকখি :—

"অথৌবা নহাকপু ঐখোয় মুন্না খঙজৈ ঐখোয় ইম্ফাল স্নাকোন্নুং মনাক্তগী লানচেনজরকপনি ; হৌজিক অমুক লেঙঙবগী কাম্নদ্রে। তোংজৈ মরীন লোমদা লাকপা ফিবিঙ্গী লাম্নীনা সনা কোন্নুং খুত্নুম চনখ্রে শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজ, যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ, থঙ্গাল জেনেরেল সনা কোন্নুং থাদোক্নুনা চেনখ্রে। মৈতৈ লাম্নী অমা ফাওবা থিবা ফংলরোই।"

"ও, মণিপুর মীখা পোল্লবা নীংতম্বা মাঙলবা ! ওম্মোকপনি মৈতৈগী লাইবক ! মীখা পোনবগী অরাবা ঙসিদগী হৌনা থাঙবা তারেদো !"

"শ্রীযুৎখোই, যুবরাজ অমদি জেনেরেল থঙ্গাল কাদোম্নদা লান চেনখি তাবিরগে ?"

"অথৌবা ! থাগী তম্না চশাদলোমদা চৎকনি হায়বগুম তায় "

"চসাদ নিংথৌহু য়াম্না মরৌ চাওবনিকো, কনানা লমজিংখি ?"

"মোইরাং তোঙ্গাও—"

মবুক্তা শনখি- মোইরাং তোঙ্গাওবু থাজবা য়াররবা ?—হায়রকই মাগী কাঙবদা—

"অথৌবশা ! ঐখোয় যুবরাজখোই উনবা ফংত্রা য়েংলুসি—চৎসি।"

অসি হায়তুনা থোঙ্গাংবী ছেরোক্তগী অম্ত্রা তাবা চীং লম্বীদা—তরেংখুন য়াইঙংলোকপী তম্না শগোল থৌখ্রে □

* * *

৭ (১) সুমিৎ অসিগী নুংদাংবাইরম— ইবিন মপান—

এপ্রিলগী তাং ২৬ নুমিদাংবাইরমদা সনা কোন্নুং থাদোক্লমবা মহারাজ কুলচন্দ্র মনাও ইবুঙো যুবরাজ টিকেন্দ্রজিৎ, সেনাপতী, শামু হজবা, জিলা-ঙম্বা অমদি অতম অথৌ– চীংঙাথম্বা, নোংথোম্বা, নাইস্না লুরাং নিংথৌ

চোংথা অয়াপুরেন মেজরনচিংবা মতুং ইনবা মুপা ১০০ রোমগা চসাদ লখী-রোমদা লাকখিবা অতু ভাং ২৭ তা ইরিন মপান রোখি। হ'য়নখিবা মতুং ইমা তাইরমগনি হায়বা খোইরাং তোপ্পাও লৈরমত্রে মুমিং হন্নৌগী মমাঙদা চৎখংপ্রবনি। তোপ্পাও মশা থিব, খংদ্রে। করিগুম্বা পাও লৈররা হায়না হংনরকপদা মুমিং খংবা মতুংদা সনামোহের চাক্তম নম্বা চে পায়রা মুপা অনি চঙশিল্লকুনা মহারাজ কুলচন্দ্রদা থুরমগা হঙ্গংলৈ —

'অজ্ঞা ননাই তোপ্পাওনা মহাক মশা লাক্রিক্কাও মকমসিদা কমদনবী-রম্মু হায়না হঙ্গংলু হায়রম্মী। মহাক থবক শীন্দোকপা লোইরগা শ্রীযুৎকী থোগন তৌনবা থুনা য়াঙনা লাকনি হায়রম্মী। ঐগা লোইনরকপা ননাই অসিনা শ্রীযুৎ লেঙশিনবা মুত্তাইনবা মরম পুম্বা শীল্লগনি। ননাই ঐবুনা শ্রীযুৎ অসিদা লেংলক্লে হায়বসে পাও পীরো হায়না ননাই তোপ্পাওনা ননাইদা তাকপীরম্মী।

"ননাই ঐহাক ননাই তোপ্পাও অমুক্তা কৌজরুখিগে"

কাঙবু অহু মুমিং তাবা কাও মকম অহুদা ভাইরে তোপ্পাওদি লাক্রে। মাবু কৌরুনি চৎখিবা মুপা অহুমু হল্লক্রে। বির টিকেন্দ্রজিৎ মবুক্তা চিংনরা অশুম অশুম হেনগংলকই খঙতৌদনা মাগী ফিমুংদা পোম্বা অহুমু নাবা থংহেন হেঙ্গংলকই। কোয়রেং যুবরাজ মবুক্তা মৎন মওন থনখি—"অনাবসি হেনগৎলক্লবদি থুনা চৎপা চেনবা চোংবা শাগোল তোংবা অমত্তা ঙমলোই-দোরী। থাগী তাম্না চৎকদবমু লমজাংবনা বিশ্বাস ঘাট তৌবগুম তৌরি। চৎপদা কাওহুনা চত্তবা য়াদবা চসাদ থুন ঐগীদি থুদোং থৌনিংঙাইনি। অহুনদি ইমা লৈবাক মণিপুরদা লোম্না মতম থরদং ঐবু মুংশিবীবশিংগী মনাক্তা লৈরগা অনাবসি ফবগা য়াম্বুংগী খোঙ্গুল লীবা মত্রগা য়াথল মাম্নবা জিংজেল লৈবা মণিপুর মচা ইমাগী নীংজম্বা কম্নীংবা কম্না অমা খোম্লগা অচৌবা লাম্মী শেমহুনা ব্রিটিশকা লাম্বেংনবনা কগত্রা।"

শ্রীযুৎকী মনাক্তা চঙশিল্লগা খুরুম্নগা হুরুংদি—"য়াবুং মহারাজ ! ননাই তোজাও হৌজিক ফাওবা লাংক্রি। মাবু কৌবা চংখিবা মুপাচুম্ন পাও অমা ফাওবা পীরক্রি। ননাওদি ননাই তোজাওসে কয়া পুক্নীং নুমক্নে। অতোপ্পা অমনা ননাইগী অনাবসে য়ায়া হেনগংলক্নী চংপা চেনবা ভমক্রবা শগোল তোংবম্ন য়াক্রবা ননাও ঐ য়াবুংগী খোঙচং অসিদা থুরৌ চেনবা শোয়দবনি। অচুনা মতম খরদংদি ঐহাক ইমা লৈবাক মণিপুরগী মনুংদা ঐবু মুংশিবিবশিংগী মরক্তা থুগ্নুনা অনাবা অসি ফক্রিবা ফাওবদং লৈজরু-খিগে। হেক ফবগা খাগী তাম্না য়াবুংগী খোঙ্গুল লৌজয়ে।"

"কোয়রেং ননাই তোজাওবু থাজদবা চুমদে। মহাক শোয়দনা লাক্তনি। মাবু ওসি ফাওবদংদি ওাইসি।"

"শ্রীযুৎ য়াবুংনা তাকপীক্লিব' সনা য়াৎং অচুম্বনি। ননা ওনা হুঙ্গচ্চবদি—অনাবা অসিনা শগোল তোংবম্ন য়াদ--চেনবা চোংবা চংপম্ন য়াদ—মীগী মতেং লৌতুনা শাংলবা লম্বী অসিদ' য়াবুংগী খোগন তুং ইনবা হিরম থুদিংদা থুরৌ চেনবা তাগনি। ননাই ননাও মতম খরদংদি অম্নাপসি ফক্রিবা ফাওবা লোত্নুনা লৈজরুখিগে।হেক ফবগা খাগী তাম্না শ্রীযুৎকী খোঙ্গুল লৌজয়ে।"

"ফরে ফরে শানৌতোন। অচুবু চেকশিন্নুকো হেক ফবগা তোজা ওনা থারকপা মীচুগী মতুং ইন ঐগী নাক্তা লাকউকো।"

"সনা য়াথং ফিপা ও শ'না য়াজরি।"

কোয়রেং যুবরাজ শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজ খুরুমচুনা চংনবা শেম-শারে। মনাই মীথু তোলেন কৌশিল্লগা লোয়া হায়খি :—

"মীথু. তোলেন ওাও। ঐ তোজাওবু চিংনদবা ওয়দে—নখোয় লোয়া লোয়া মোইরাং তোজাও কৌবা চংখিবা মুপাচুগী মতুং ইমু অহগা মখোয়না কনি তৌবা ঐতোন্দা ভক্নে। অহগা খোংজোম লানফমদা লাইরক হাজারী শিপ্রবা হিংলিবরা, হিংলগা হৌজিক কদাইদা লৈ--মতুগী পাও লৌরক্লই। লোয়া চেকশিন্না চংলু হৌজিক ফিরিঙ্গী লাঝীশিংনা ঐথোয়বু কোয়খি খিবা হৌরম্লনি।"

"কনি অজ্ঞা" হায়না থুরুম্নরগা মখোয় অনি চৎন্দ্র।

অসুম্না নিংথৌ মচীন-মনাও বিদায় তৌনরগা মনাই হকশেনবা মতুং-ইনবা মখোয় হুম্ফুমুকা ইম্ফালগোম্নদা মায় ওন্নরে। মচ্যা য়াচেত্নবগী মতুং মতুংদা য়াম্না চেকশিন্না চংলি – ফিরিঙ্গী লাম্মী অমদি মখোয়দা পাও পীবা মী অমা কাওবা থেংনদনবা। অনাবা অহু হেক্তিন্নকুনা লাইহৌ য়াওরকপদগী কোয়রেং হৌজিক মখোন্তনা চৎপা ওমম্রে শগোল তোংবস্থ য়াদরে। লাইহৌ কম্না হৌরকপদা কোয়রেং জ্ঞান ভারকরে। মনাইশিংনা দলাই ফিনা ইকোয় কোয়শিনবা অমদা হাপ্তুনা অহিং অহিং লাকুনা মুমিং হয়ীগী তুংদা থোকচোম লৈকায়দা অহিংগী অনিশুবা প্রহরদা থুংগ্রে। মখোয় পুম্বা পুম্না লৈরবদি মীগী মমিং চাওগনি থুংলাই পায়বা য়াথেদ্রু বিদায় তৌগ্রে। কোয়রেংনা লাইহৌ থাদুনা জ্ঞান থম্না ভারকপদা হায়খি "মুংশিন্নবা অথোবা পুম্বা নখোয়না ইমা লৈবাকপু মুংশিবা অহুমত্তনা ঐনা হৌজিক কাওবা হিংলিবনি। ইমা মৈতৈ লৈমা হৌজিক থুদোং থিবদা ভারে। অহুবু মসি মতম থরম্নীতনি মরৈবাক নীংবা মচা কনক্ত লৈবত্না লৈবাকী নীংতম্বা মাঙবা লৈতবনি। নখোয় অথোবা মরৈবাক নীংবা অত্তক য়াম্না লৈরিবা ইমা মণিপুর কবিগী য়ানিঙাই লৈগনি। মতম থরদং ঐগী অনাবসি ফত্রিবা কাওবা তুমিন্না য়েশিন্দুনা লৈখিসি। য়েরুবা ফিরিঙ্গীনা থাদোয়রকপা ঐখোয়দ্ থিবা মীশিং উদনবা হোৎনৌ—ময়ক ময়ত্তা উনসি, পাও ত্তনা য়ৌহন্নকউ ঐগী অনাবসি হেক ফবগা ঐনা হায়বা মফমচুদা ঐখোয় অমুক উনসি অহুগা য়েরুবা ফিরিঙ্গীগী মথক্তা লান্দাহুনা য়েরুবা পুম্বা লোইনা তাম্হোকুনা মণিপুর ইমাগী নীংতম্বা ঙাকদবনি। থুদোং চাবা মতম মফমদা ত্তনা উনগনি। নপোয়না লৈরুবা চৎলুবা মফমদা য়াম্না নাশোন পীক্না মীৎ-বা শিংনা লৈগদবমি—অনৌবা মরৈবাক নীংবা পাথৌ কন্না ঐখোয় লক্না পুশিন্নরুবা হোৎনগনি। চৎলো চৎলো"

"কনি অজ্ঞা"

থুরুম থুরুমহুনা অহিংগী অমম্বগা লোয়ননা লোইনা মাঙখ্রে। □

* * *

৭ (২) মথং মুমিৎকী মুংদাংরাই—

কোয়রেং যুবরাজগী ইঙ্গিত মতুংইন্না মহারাজ কুলচন্দ্রনা লৈরিবা ইরিন মপান যুমদগী থোক্লক্লগা মীথু অমসুং তোলেন মখোয়না শেংপা শাফি লানফি হোংদোক্লে। থুদৈ অমমম শেং ঙোবোং অমমম ইন মকোক্তা থুদৈ অমমম য়েংলহনা ছুরী অমমমদি মবুক্তা য়েপ অহুগা তখেন থাঙ অমমম য়াল্লহনা থাপুক্লা মোইবাং তোঙাও কৌবা চংলিবা মুপা অহুগী মতুং ইন্নরক্লি।

“মীথু ভরাংদগী লৌবুক শম-শমহনা লাকপনি ঙসিতা ছোয়োক উবা ফংলি।”

“হোয়নে তোলেন' তোঙাও মনাইসিবু পংথু থুনা চস্তেনহে। মসিবু মরক্তা তোঙাওকা উনগ্র জাংলা'।”

“ঐখোয়বু হৌজিক কদায় য়ৌরক্লগে?”

“অঙোম লরায়দি হেস্থরক্লে।”

“হায়—মসি ওই-য়েং তুং মাঙ য়ায়া তোয়না য়েংলকএনহে—মসি কদায়দনো চঙনীংলক্লমান্নে—সে স্বাইদা লুমহনা অমুক্তা য়েংসি—”

ছোয়োকময়াদা হৌরিবা খোংনাং বোট মরুমদা লৈহৌশিনখি। মীথু পরপ পরপ উহু কোন কোন্দুনা মথক্তা কাথংখ্রে অহুগা উনা অপুংবা উশা অমদা তোংহনা য়েংখিবদা উখি—“মুপা অহু লৈরক অমদা চঙখি' থোঙাল অমা অনি লানথ্রগা য়ুম অমদা চঙখি। ঙাইহাক য়েংলগা কুমথরক্কে তৌরকপা মতম অহুদা য়ুম অহুদগী মখোয় মুপা মরিথক থোরক্লগা লৈরক্লোমদা থোরকপা অহু উখি।

“তোলেন মখোয় মরিথক লৈরক্লোমদগী ছোয়োক অচৌবা ভয়া থোকখ্রে য়েংউ” হায়রগা মহাক মথক্তগী পরপ কুমথরক্তুনা মখোয় অনি মায়কৈ অজোমদা চৎখ্রে। □

• • •

৭ (৩) তোজাওবী—

মুপা অচ্চু পরপ পরপ চঙলকই থুরুম্মী। মাঙ্গোলদা কক অয়োনবদা কমচুনা ছিদাক থক্লিবা মুপা অচুনা হংলকই—

"নহাক লাক্লবরা—করম তৌরে ?"

"য়াম্বা অঙগা— মখোয় য়েীরকচৌরে মকম চানা হায়নবা য়ুমচুদা থমজরমলে।

"মখোয় অনিমক্লীকো"

"য়ানি অঙগা"

"সে নঙগী অৱামল—"

শেল মরেক্লা থম্না য়াওরবা থাও মচা অমা পীনা-পীনা মথা ভারকই—

"হৌজিক ঐখোয় মকমসি থাদোক্লুনা চংসি—থবক মথা পায়থনবা।"

মখোয় মরি অচ্চু মথং মথং নৌরক্লোমদা ছোরোক ভান্না থোকখি।

হৌজিক তোজাওবী মনীং থুংলে মানা থনখি—"হৌজিক কদোমদা লিংকনি টিকেন্দ্রজিৎ ? ☐

( ৮ )

১ জানুয়ারী ১৯৭২:—

ঐখোয়গী য়ুমদগী মক্তিনা লৌ হায়বা য়াদনা চৎখিবা মতুং মুমিং হয়বা শুবগী মুংদাং নোংয়াই মতুংদা ঐহাক্না অফিসার ক্লবতগী হয়রকপদা হয়ুবা হয়ুবী লৈবা মপা অহুরাইদা অকপা খোঞ্জেল অমা তাখি। উৎসব মুমিংতগী মকম অতুদা মখোয়বু উখিদ্রবনি—চৎপ্রবনি—। ঐনা অফিসার ক্লব চৎপা মতমদা কনাস্ু লৈহোদবনি। করম্না মপাসিদা অথেংবা অহিংসিদা অকপা খোঞ্জেল তারিবনো ?

ঐহাক চহি হোবগী বোল অমসুং দিনর য়াওরুই। অফিসারশিং পুলিস আর্মী অমসুং সিভিলগী মরু ওইবা অফিসার ওাক্তনি - মখোয় মখোয়গী মেম সাহেবশিংগা ক্লব অহুদা তিনবনি। অহিংগী অহানবা শরক্তা ওমুলাদা চহি হোবগী লাইবক য়েংবদা ফুল হাউল, পিরামিদ ফাষ্ট লাইরচিংবা অমা কাওবা ফংবা ওমখিদে—বম্পর প্রাইজ আইজিগী মেমসাহেবনা ফংখি। চিফ সেক্রেটারীগী মেম সাহেব ফুলহাওস ফংখি—আর্মী কাম্যাণ্ডরগী মেম সাহেবসু পিরামিদ ফাষ্ট লাইরচিংবা কয়া ফংখি। মুপা মথৈদি শুনা চৎখি। মুপাগী যুগ লোইশিল্লক্লবরা ? অহুবু কোকটেল রাউণ্ডদি তোকপা লৈতে। হায়কেৎ হায়কেৎ রা কল্লপ কল্লপ ওাওনৈ—মার থাবা থর থর হেনগৎনৈ।

বোল হোরে। রালস, টেঙ্গো, ফোর ট্রোট কয়া শামিল্লরে। সোসাইটি ইলাইট লেডিশিংগা। চহি হৌবনি—অরা অনা কাওহনা মুওাইনা চও-লল্লিবা অনৌবা চহি ওকদৌরিবনি—। মেয়কা লোইননা অমুর মহি চুপ চুপ্পুনা থকপনা ফুং ফুং কানরবা ওাক্তনি। মুংদাং পুং ১২ হেক তারপা সেকেণ্ড অমা হেক্লকপদা ভেরি লাইট কাওনা কাইয়ার রাম্‌' তৌহনা

অনৌবা চহি লাওখোকই—ঐখোয় অফিসার পূবা "হেপ্পী নিউ য়ার" লাওহুনা অমগা অমগা লেপ্নোম্নে খুৎ শোক্নে—অসিগী মতুংদা ঐখোয় অমনা অমদগী বিদায় লৌনহুনা মুন্ডাইবা য়াথলগা লোয়ননা য়ুম য়ুমদা হল্লখিবনি।

ঐহাক মহৌশা নত্তবা কোকটেলগী নিটসতা থর হেজিনখিবা অহুনা কোকম্নু হাইফেং লাকফেং লৈগুম ভৌই খোঙম্নু থর য়াংনা য়াংনা থাঙ্গুম ভৌই—মী কনা অমত্তা চৎত্রবা তোয়োক অহুদা মীনা ঐগী ফিভম অকায়বা উথিনি থম্না য়াম্না চেকশিন্না চৎলিবনি ফিভম কায়হন্দনা। অহুনা অকপ্পা খোজোল অতু পঙথন থনবা ঐগী য়াথলনা পঙতা তাবরম্নু থনুই। ভসাই কনাম্নু লৈহৌদবা মফমদগী অকপ্পা খোজেল লাকপহুনা শমম্নু খিজং য়ুংবগুম ভৌখি।

নত্তে—থাগৈশেংনা অকপ্পা খোজেলনি মপাহু য়োয়কপদা ভশেংনা খোজেলহু—"করি তৌরগে মঙদা অহুক শাখিনা কপ্পিববু?

ঐহাক নকক ভৌই থর হেন্না তানিংলকই—মায়কৈ অদোমদা থর চঙশিনবয়া?

"ঙসি মঙদা মতম কুইনা উথিত্রবা অনিহু উয়ম্মী—"

"কদোমদগী অহুক কুইনা শিঞ্রবহুবু"

"করি করি হায়রম্মী—"

"মঙহুদা নঙম্নু য়াওই—"

"কদাইদা"

"ঐখোয়গী য়ুম মনাক ভুয়েল ভোর্ব্বান লম্পাক্তা- ইপু হাজারীগীদা চৎকদৌরিবনি হায়না—

ঐনা চঙশিন্নকপগী ঐগী খোঙউপ মখোল তাবদা মখোয় অনি য়ায়ী শাবা থঙতোক তোকখি—তুমিন লৈরবা ঐগী ফুংথা থর তাররবা— মখোয় অনি য়ায়ী শাবা অহুম তোকখ্রে—ঐহাক তপ্না তপ্না খোঙ য়াংনা থাংহুনা য়ুম তপ্না চৎলম্মী। ডিসেম্বর জানুয়ারী লোয়রবগী ন্নোঙাল্লমদাইহুদা। □

* * *

৮ (১)— ইং ১৯০২ – ওক্তোবর ১৫ — লাইশ্রম কোজিন।

মুংথিল মুমিদাংরাইরমদা থৌবাল তুরেন মপান পান্নবা লম্পাক্তা অঙাং ময়াম শান্নরি। মুপা মচা মুপী মচা চহি ১২/১৩ দগী চহি ৭/৮ গী অঙাং ঙাক্তনি। মেয়া থাগী মুংথিলগী মেঙলবা মুংশা লক্তা মথল মথেল শান্নরি।

চাওম্নু চাওঙৌ তোম্বা মাঙজোং চোংলি মখোয় চহি ১৩/১৪ তুরবা পুংকক চাওরবা মুপা মচাশিংনি। চেনজোং চোংমখৈ চোংলগা তোম্বনা ইশান শাল্লে। থর মরৈ কনবা চাওম্নুনা হায়রকই--

"খোংয়াই ওইনা শানবা তানরসি"

"থুবৈম্নু তান্নমি—" চাওম্নুনা কেনজিন্নকই।

"হোয় হোয় তান্নসি – খোঙবী মাঙজোংম্নু"

খোংয়াই চোংবা হৌনখ্রে। তোম্বনা চোংলমদাইদা খোংকম থিজং চোংকমদা হেক্তিনবদা চাওম্নুনা হায়রকই—"খোঙকম হুরানগন্নু"

"কদায়দা হুরান্নিবা!"

"সিদা হেক্তিন্নিসিদি।"

"হেক্তিন্দে।"

"হুন্দকমুক চোংউ।"

"চোংলোই।"

অনি নিঙাই তৌনরকই—"ঙাইখো ঙাইখো—হুন্দমুক অহন্নক অহন্নক চোংনৌ—ঐনা ময়াই লেপ্পা ওইনি" হায়তুনা চাওঙৌনা ময়াই লেপ্পা ওইতুনা তোম্বগা চাওম্নুপা অহন্নক অহন্নক চোংনৈ। খোংয়াইদদি চাওম্নুনা তোম্বদগী থুদোল মরিয়োম হেন্না শাম্নুনা মানা থোইখ্রে।

থুবৈ অমুক তান্নরে—থুবৈদনা চাওঙৌনা থোইরে। অদুবু খোংবী মাঙজোংদদি তোম্বনা কনা থিনা হেনখ্রে অতৈনা তানবা ফংখিদ্রে। অদুনা মখোয়না চেজোং-মাঙজোং, খোংয়াই, থুবৈ, খোঙবী মাঙজোং তান্নরি।

লম্পাক্কী নাকল অমদা পুংকক চাওরবী লৈশাবী মুপী মচা চহি ৭/৮ দপী ১১/১৩ কাওবপী মুপী মচাশিং সেবতী কাওনরম্মী ভোম্বী, ভেম্বী, ইবেমহল, ইবেচা, চাওবীনচিংবা মখোয় ১১ | ১২ য়োমনি - সেবতী কাওনবদা তোম্বীনা থোই — । মখোয় "কাক কাক শান্নসি" হায়রদুনা ভেম্বীনা কাক শারে ইবেমহলনা মমা শারে চাওবীনা খোমদোন লংহুনা শান্নে।

"কাক কাক"

"করি কাক্কে।"

"মরাং কাকনে—"

"শোমদা চংকে"

"জিংখং লৈ।"

"শোমদা চংকে"

"চংকদে—খোংবাল লৈ"

"মথকতা চংকে"

"চংকদে—নবুঙো সোরায়েন লৈ"

"নচা খোমদোন লৈবরা"

"লৈতে -"

যা—

হায়রদুনা মমাওথংবা মুপীমচা ইবেমহলগা ভেম্বীগা ইন্নে—ইবেমহলনা লাওরকই—"ইচা খোমদোন চেংনা য়াম্লো—। য়ারা য়ায়া শান্নে—মসিগী মশান্নশি ভোম্বীদি কয়া হৈনদে। অদুনা মুপামচা থর চহি ৭ | ৮ দপী ৯ | ১০ কাওবপী কাণ্ডবু অমা শগোল ভোংবী শান্নরিবা অদোমদা চংখ্রে। মায় থুদৈ অমা ভনশেং শেম্নুনা য়েংদৌ লম অমা মথাইমুক শাংবা অমা পাবহুনা মহুনা শগোল ভোংহুনা মখোয় মরক্তা য়াওখ্রে।

য়েংদৌ শগোলগী লমজেন ভান্নরিবা মুপা মচাশিংগী মরক্তা নিমাই থিরেনহু য়াওরম্মী। মুপা মচা অমনা হায়রম্মী—"তোম্বী নও সোমদা করি য়াওররিনো— নমান্নবা মুপী মরাম শান্নরিবসি য়াও য়াম্রা—

"তোম্বীনা খুম্মী —"মখোয়মশান্নসি ঐ হৈনদে--" ঐমু য়েংদৌ শগোল লমজেন য়াওগে লাকইশিনি।

বিরেন নিমাইনা খুম্মী— য়াওজসনু— মাস্নু য়ান্না য়াংবনি।

অহানবা য়েংদৌ শগোল লমজেন্দু নিমাই বিরেন তোম্বীনা থোইরে। মথং অমুক তান্নবদস্নু মখোয় অহুম্না থোইরে। অসুম্না ঙাইহাক তান্নরগা শগোল কাওজে শান্নসি হায়দুনা অঙাংশিংদু কাংজলুপ অনি থোক্লা থায়দোকলে বিরেন্না নাকল অমগী পনঙাকপনি নিমাইনা অতোম্বা নাকলগী পনঙাকপনি। তোম্বীনা হুম্রে হুনবা - ময়াম লেপ্পনি।

নোংপোক য়েবা নোংচুপ য়েবা কাঙলুপ অনিদু মথুং য়েংনা য়াক কাংজে অমমম পায় মথুং ওইনা য়েংদৌ শগোলদু পায়দুনা লাম্বা লেমে— ময়ায়দা তোম্বীনা কাক্রম পায়দুনা হুম্রে হুল্লি। কাঙজেদুনা য়াক কাঙক্রমদু থোমদুনা শান্নে শগোল মমায় লৈনবদা য়েংদৌ শগোন মতোন মতোন কোংশিন্নদুনা তুনবস্নু কোঙ্গাইনি। পাঙল তয়েং তয়েং চন্নরে—সুমিং ময়ুম চঙদৌরে শান্নবা লোইরে অঙাং অতৈদি ময়ুম মযুম হন্মগ্র।

* * *

৮ (২) নিমাই, বিরেন, তোম্বী তোর্বান্দা কমদুনা ওহাক য়ান্নী শান্নী।

বিরেন— নিমাই ঐদি শগোলসি য়াম তোংনীংগ্রবু। ঐথোয় শগোল লৈরম্মী হায়—ঐথোয় পাবনা তোংদুনা খোংজোম লান চংলি হায়। ইমানা হায়বদি পাবদু খোংজোম লান্দুদা শিখি হায়। শগোলদুস্নু শিগ্রমারে— অমত্তা লৈরমগ্রে।

নিমাই— খোংজোম লান্দুদা ঐথোয় পাবস্নু য়াওরুই হায়— য়ান্না থিনা শোকুনা শিন্নমদৌরে হায়— হুজীন্না থিনথনেরে মনজন্দা থিনকনদু

অমহনা লৈ। ঐখোয়না শগোল যাম লৈরম্মী হায—হৌজিক্তি অমা কাও লৈতে -- ইস শগোল তোংনীংবদি।

তোম্বী—ঐস্থ য়াম তোংনীংই। অশেংবা শগোলদো য়েংদোগী নত্তবা।

বিরেন— ঐখোয় পাবক্ত নহোয় ইপু হাজারীগী সেবক্নি হায়। ইপুগী তুং ইন্না লান চংখিবনি। ইপু হাজারীদি শিদে হায়—মা হৌজিক কদাইদা লৈ ?

নিমাই— ঐখোয় পাবনা হায়বদি মা লান চংখি হায।

বিরেন— লাম্ফি খোংজোমদা লোইথ্রে হায়বদাইনে।

নিমাই— পাবনা হায়বদি লান লোইদে খোংজোমদা মৈতৈনা মায়খিখিবদগী মণিপুর লৈবাক সাহেব গোরানা খুতম চনখিবনি। মণিপুর হৌজিক মীখা পোন্নে। অহুনা মণিপুর লৈবাক মনীং তম্নবা গোরা সাহেব তাম্মোক্নবা লান তৌবা চংখি হায়। ইপু হাজারী শোক্লনা লান ওয়গনি—গোরা সাহেব তাম্মোকখিনি—মণিপুর মনীং তমহনগনি হায়রম্মী হায়।

বিরেন — ইমানা হায়বদি ঐখোয় পাবক্ত খোংজোম লান্দা সাহেব গোরানা হাংখিবনি হায় -ঐ পাবা হাংপগী লম্মন খুন্নী —গোরা সাহেব হাংকনি—মণিপুরদগী তাম্মোকনি। ঐখোয় পাবগী থাং লৈ— মহুনা গোরা হাংকনি—

তোম্বী — ঐগা তা নিমাইগা মণিপুর মনীং তম্নবা লান যাওবা ইপু হাজারী মনাক চংকদৌরি।

বিরেন - কৈদৌঙৈ চংকনি ঐস্থ যাওগে ?

নিমাই— ঐখোয় পাবনা হায়বদি চাওয় চংকদবনি। থাং তা হৈভবদি কয়ম লান তৌরনি।

বিরেন - ঐখোয় পাবগী থাওহ্ন য়াম্না লূম্নী হাববা থাজংপা ওমদে—থাও তা হৈয়বদি মহ্ন থাজংপা ওমনিকো। ঐখোয় পাবগী থাও তা ইমানা

পুজা ভৌই—নহোয়দি ইপু হাজারীগী থাও তা অমত্তা লৈত্রা ?

নিমাই— ঐখোয়দি ইপু হাজারী খিবা লাকপা গোরা সাহেবকী সিফাই-
শিংনা লোয়না খোমহুনা পুব্রে -ইপুগীতা নত্তে ঐখোয় পাবগীসু
য়াওব্রে হায়। ময়ামহু লোইনা খোমগৎলগা ভোপ গারোত্তা
লোয়না য়ৈথোকপ্রে হায়। ঐদি থাং তাহু য়ায়া পায়নীংবনি—
গোরা অঙৌবা হাৎনীংই—

তোম্বী— ঐসু য়ায়া পায়নীংই--

নিমাই— নহোয় পাবগী থাং অহু য়েংনীংই অমুক্তা য়েংসিদো—
"য়েংউসি—। মখোয় অহম চৎমিয়খি। □

• • •

৮ (৩) মুমিং তারবদা বিরেনখোয় য়ুমদগী নিমাই তোম্বী ময়ুমদা
হল্লক্রে। নিমাইনা মপা চাওতোন্দা হুংলকই—

"পাবা বিরেনখোই পাবগী থাও তা চুং—মমানা পুজা ভৌহনা থম্মী।
বিরেনগা ঐগা থাও তাহু থাজৎপা পাক ওমদে—পাবা নওগীদি থাও তা
অমত্তা লৈত্রিসি করিগীনো ?"

"ঐগীদি খোংজোম লান্দা ওয়া লৈহোরে।

"নহোয় বিরেন মপাগী থাও তা চুংহু উরুয়বরা ?"

"উরুরে - মমানা পুজা ভৌহনা থম্মী।"

"মহু মখোয়দা লৈ হায়হুনা অত্তৈদা হায়দোকউবুকো"

"করিগীনো পাবা ?"

"মীনা তাগ্রবদি গোরা সাহেবকী সিফাই লাকুনা মহু লোইনা মুন-
থিনি। ঐখোয়দেসু লাকুনা মুনশ্রিবহুনি।"

"নিমাই, তোম্বী,:— ওকহায় হায়দোক্রোই"

"ঐখোয় থাং তা পুখিবতু গোরা অংৗবনিকো"

"য়াদি"

নিমাই তোম্বী মবুক্তা শাওনাংখি। নিমাই হাচেংকী অশাবা থাওহু পাযরগা—

"গোরাদা মবুক্তা থাওসিনা লেঙে পাবা—ইপু হাজারী কৈদা লৈ--গ"

"উমুংগী লানশংদা লৈ—"

"তোম্বী ঐখোয়নিসু ইপু হাজারী নাক্তা চংকে, গোরা হাংকে, পাবা নওসু চংসিকো"

"উম চংকনি -নখোই খিতং চাংখো, থাও তাসু ফজনা তমখো"

"পাহ নওগী থাও চুঙ্গাই পোংজোমদা লৈহৌবতু লৌরুশি —"

"লৌরুবা যাদ্রে-- হৌজিক্কি লৈরম্লরোই গোরা সাহেবনা লোয়না খুন্দুনা পুরম্মনি।"

"গোরা সাহেবশিংসি তুম্না হাংসিকো, লোইনা তাম্বোকখিসিকো—"

"উম"

"পাবা ঐখোয় থাও তাসি থর তম্বীয়ু"

"হোয় হোয়—"

"বিরেনসু য়াওনি হাযবনি—"

"য়াওহনগনি"

"হয়েংদগী হৌসিকো"

"হোয় ঐখোয় হয়েং নখোয়গী থাং তাগী ওফাগী নাক্তা চংসি—ওয়া হৌগংলু। চাক চারগা তুম্মুরো"

অওাং অনি হয়াও হয়াও চাকথুমলোমদা চওখি—

• • •

চাওতোন নীংশিংলকখি —অহুৈ মহাক্তা অওাং ওইরিবৈদা অংসৌ মবারী—মপা হাজারীগী মমাওদা ওবা হাওবম শেলুংবনা অহানবা থাওগী

বাক ভম্বীখিবদো—খোঙকম অহুম নিপানগী। মতম অছূদা মখোয় অনি চহি ভরা ভরামাথোইরোম শুরে। মপা হাজারীগী অকনবা চৈরাক মথাদা মাগা অচৌগা মখোয় অনিনা অভৈদগী হেন্না থাং তা শিজিন্নবদা হৈথোই শিংথোই-রকপা আরাম্বাই হুনবদা খ্বাইদগী হেন্না খুৎচুম্বা. শানবা--শগোলগী লান্দা মীনা পাক লাকচবা ওমদবা মথং মথং নীংশিংলকখি। থৌবালগী লান্দা মপা হাজারীনা লুচিংজুনা অথোকপমদা লৈবা মলেছ লাম্মী থক্তা লান্দাখি—হুমিং অহু মুদাংরাংরুমনি মলেছগী লাম্মী থৌবাল অথোকপমদা লানশং শাজুনা লাল লুমজুনা লৈগ্রে। তোমজিং চাংদোন্দা মৈতৈ লাম্মীগী বমডিয়ার থিন্দুনা বোম কাপী। গোরা সাহেব ফেরিঙ্গী লাম্মীনা অথোকপম লাহুমফমদগী নোংমৈ মশাং নাইদনা কাপথোবকই। লানচেনগুবা অথোকপম থুন্দগী চেঙ চাক খোমজুনা মতু চাতুনা মখোয় কেংকমজুনা লৈগ্রে--থৌবাল অচৌ-বদা লৈবা মৈতৈ লাম্মীন করিস্থ তৌগা ওমদে। থৌবাল লান শওদা অমুক অহু লানজিং পুরেনশিং রা তারৈ

অঙৌ সেনাপতি মেজর য়েংথোইবা,—লানগী ফিভমসি করম লৈরি।

য়েংখোয়বা— অজ্ঞা সেনাপতি ননাইশিং ম্লেছশিংসি অথোকপমদা কেম্প শাজুনা লৈগ্রে। ঐখোয়গী লাঙ্গাবশিংনা কোয়শিন্দুনা লান্দারা-অরোং থোংলোমদা চোংথা মেজরনা লান্দারি তোম-জিংদগী বমডিয়ারস্থ কাপ্পী মখোয়গী রোমদৈস্থ নোংমৈ য়াম কাপথোরকই।

সেনাপতি — ঐখোয়না মখোয় হন্দোকখিনবা হায়খিবহু মখোয়না করি থুম্নকপাগে ?

য়েংখোইবা— মখোয়দি লান্দা হুনবা কাঙবূ রস্তে—ঐখোয়হুম হন্দোকগ্রো হায়রকই।

সেনাপতি — ঐখোয়স্থ হুনবা রাস্ত্রে—হৌজিক কমদৌসি হায়রবা ?

য়েংখোইবা — ননাই লাঙ্গাবা চৎখিবা হাজারী লাকপা মতম রোরে—

মতোন্দগী পাও অমঙং ভারগা। এ—ননাই হাজারীমু লা'ক্ল করি পাও হাজারী?

হাজারী — ঐজ্ঞা ফেরিঙ্গীশিংসিনা অথোকপ মদা কোম তৌতুনা লৈবনা ঐখোয়না কাপশিনবা নেংমৈদি অমত্তা পান্দরে মখোয়না কাপথোক্লকপা নোংমৈনদি ঐখোয়গী মী যাম্না শোক্লে ননাই চোংথা মেজরগী লাম্নী য'ম্না অরোং থোংদা শোক্লে।

সেনাপতি— হৌজিক করদোবা ত'ই?

হাজারী — ননাই ঐখোয় লাম্নীনা কোয়শিন্দুনা থম্ব—হেন্দোকহন্দবা—মরক অসিদা অথোকপম খুলগী যুমশিংসি নৈ থাদোক্লগা মখোয়গী লোংফম পীদবা—চেংচ'ক চানবা লে'য়না মাংহল্ল-বদি মখোয়গী চানিংভাই লৈরক্লবা, চরা হেল্লক্লবদি ননাইশিংসি অতুম্মক চঙজরকনি—

য়েংখোইব'— অত্তু হাজারী অপোকপম খুন মৈ পাদে'কপ সিদি করদোবা?

হাজারী — মতুগী দাই ননাই ঐগী'নে। ঐগী লাঙাবা কাওবুনা ওসি মতু পাংথোকচরগে।

হাউজোম্মা য়াইস্কুল লাকপা—মতুদম্ম মখোয়না চঙজরক্লবদি হেক্তা লান্দাতুনা থুংনা ফংনা য়াম্নতুনা ত'ম্থোকপা ভারে।

সেনাপতি — অতুদি থম্নরিবসি ওসি পাংথোকপা মতুদা মখোয়না চংজরক্লবদি ইভোন য়াইস্কুল লাকপনা হায়বগুম্না হুকথেংননা লান ভৌতুনা ফেরিঙ্গীশিংসি ত'ম্থোকপ' তাই।

অমুম লেপ্পয়তুনা হাজারী মাগী কাওবু মচা অতুগা লোয়ননা তুমিং তারমদাইদা থাংওবোক খুললোমদা চংখি।

চাওতোম্না নীংশিংলি— মপা হাজারীনা লুচিংতুনা মখোয় শগোল তোংবা তয়ানিথোই থকুং থাঙবোক খুনয়াই শমতুনা অরোং তুরেন মপানলোমদা

অথোকপম খুন তন্না চৎলম্মী—অচৌগা মাগা মাঙ থানা চংশিল্লম্মী—। মখোয় পূম্বা আরাম্বাই তেন পায়।
হাজারীনা হায়খি—

"নখোয়গী শগোল সোম থংবা তোর্বন্দা থনম্মু—শাজৌ নঙগা তোলেনগা নখোয় অসিনা শগোলশিং শঙলম্মু—য়ান্না চেকশিন্না মোং হাদনা লোন্না তুরেন লাম্থোকউ—সম্ত্রি থেংনবদি লোইথোকউ অহুগা মৈগী অরামবাইছু য়ুমশিংদা লঙশিল্লু।"

হাজারীগী লমজিং মখাদা লোন্ন' ইপোম নাইদনা অয়োং তুরেল লাম্থোক্লে অথোকপম খুল য়ৌরে। অচৌ চাওতোন মাঙ থংয় অতৈনা চাইথোকুনা চঙশিল্লি— তোর্বান্দগী হেক হাংবদা মখোয় অনিনা সম্ত্রি অনিথক অনকপদা শঙ্গীন থেংলবা নেংমৈ পায়দুনা লেপ্পা উই অমদি মক্রাংদা হোৎন-হোৎনা রা তপ্পা ভাঙবা তায়—"এখোয়বু কয়া কুইনা সিদা লৈখিনি।" অমনা ঈশিং চৎলম্মী। খুংলে থুনা অচৌগা মাগা অনি অহুদা শুনী শত্তুনা লংবদা অনিমক মখোইদা ফাওরেং ফাওরেং লেঙতুনা তুখি—তুবা মতমদা লাওরকপদা নুংদা নৈনা সিফাইশিং খোইরেন মশা পাইনখি। মতমতুদা মখোয় অতৈনা মৈগী আরাম্বাই নথং মথং লংশিন্দুনা অথোকপম খুজাওগী য়ুমশিং মৈ হোৎনা চাল্লক্লে। মতম অতুদা সিফাইশিং নোংমৈ কাপ্পা হোরক্লে। মৈগী আরাম্বাই হুজিল্লম্নগা মখোয় পূম্বা শোং পেক লাওদনা তুরেল খোংনুংদা কুমথত্না অমুক লাম্থোকখ্রে—অহুগা মশা মশাগী শগোল তোংতুনা তোমজিং তন্না চৌরকখি।

মতম অসিদা লৈরিক্লা "চাক থিরে অঙাংশিং ঙাইত্তনা লৈরে তাবিবরা" হায়না হায়রকপদা—চাওতোন অপাম্বা তোংজিং চৌংদোন্দগী ময়ুম য়াইরিপোক য়ৌরকখি। রাথলগী খোংথাং কয়া থুপ্রবা হৌখিবা মিকুপ অমদা শীঙ্গুংই—মতম-হৌখিনা লাকদবা নফম-অথাপ্পা অনকপা অমতনা পুরীংগী রাথল খোংথাংবু থিংবা ঙমদে। চাওতোন চাকশংদা চঙখ্রে। □

৮ (8) মথং মুমিংকী অমুক—

লাইশ্রম কোম্নিনগী চাওরবা ইংখোল চাইগোইমুংচুগী অরাং থংবা নাকল হৈনৌ পাম্বী যাম, পৈবোং, সোলোং চম্প্রা নবাব পাম্বী পরেং পরেং হৌবা হৈকোল অমা লৈ। হৈকোলসিগী ময়াই ওইরম্বা গজ ৩০ মুক শাংবা ২০ পাকপা লম্পাক অমা লৈ। লম্পাক অসিদ। মুপামচা অমগা মুপী মচা অমগা শান্নরি। মথুঙা শাইরোং অমমম পায়। মরুনা থল্লবা খাও অমমমমু শেগাদা থান্নি।

মুপামচা অচুনা শাইরোংনা নবাব অমা করুগা মচু অমুংবা চৈ অমদা হুকচিল্লগা গজ ২০ মুক লাপ্পা মফমদগী নিশান তৌচুনা শাইরোং মরুচু কাপ্লম্মী। মানা কাপ্পা থুদিংগী নবাব অচুদা পাল্লি মুপী মচা অচুনা কাপ্পদি অমত্তা পান্দে।

মুপীমচাচুনা হায়রম্মী

"নঙনা কাপ্পদি তত্তনা পাল্লি। ঐনা কাপ্পদি অমুক্তমু পান্দে কমদৌরিক্তাংনো—"

"নঙ হৈক্তত্রগা"

"অচু অমুক্তা তাকপিয় সে—"

"সাইরেংদো মুম হায়না পাম্বমু— পানফমশিদা মুম্না য়েংউ —মরুচুনা শুম্না পায়মু—লীরিচু শুম চিংউ অচুগা থাদোকউ।"

হায়চুনা মুপীমচা অচু মথুং পায়চুনা তম্বীরম্মী—অমুক অনিরক তম্বীরগা মুপী মচাচুনা কাপ্পদা মামু পাল্লে অমুম্না মথোয় অনিমক নোক নোক্তুনা "হুম্দকমু পাল্লে—হুম্দকমু শোয়ত্রে" হায়চুনা কাপুনা শান্নরম্মী—মুপা মচা অচুদি থুনা কাপ্পরমু অচুম পাল্লি—

মতম্মসিদা লৈকায় অচুগী মুপামচা মাগী লেংগা ৭ | ৮ লাক্লে বিরেনমু যাওরকই--মথোয় ওসি থৌবান লান শান্নগদৌরিনি। থৌবান লানগী মা

মপা চাওতোম্না লৌবিবনি। মুপামচাশিং অদু কাংবু অনি থোক্না খায়দোক্লে মুপামচা অমনা মুপীমচা অদুদা "নওদি মুপীনি মুপীনা লান চৎপা হৌনদে— নওদি য়াওবা য়ারোই" হায়রম্মী।

তোম্বীনা খুম্মী করি য়াদনি ঐস্মু য়াওনি-- ঐস্মু নীংতম লাম্মীনি। মণিপুর কন্নবা লান তৌগদৌরিনি। নীংতম লাম্মীবু মুপা মুপী খায়বরা ?

"চুম্মী চুম্মী—নীংতম লাম্মীদি নীংতম লাম্মীনি—মুপা মুপী খায়দে। য়াওসনু হায়না বিরেন্না হায়রকই।

তোম্বীনা— "ঐ সনাহল সেঙ্গোইস্না. শানি—"

বিরেন্না — "ঐনা হাওজোম্না য়াইস্কুল লাকপা"

"ঐনা পীয়ান সাহেব" হায়না নিমাইনা হায়খি—

শাননবা হোরে। নিমাইনা চিংদুনা মুপামচা মরিমণ্ডা—থোরকই— মানা লাওরকই।—

"বিলাটকী অথোবশা! ঐখোয়গী কমেশোন সাহেব মণিপুরনা ফাগ্রে—মণিপুরবু মায়থিবা পীদুনা বিলাটকী ইডিক খণ্ডহনসি চৎসি লাও অথোবসা—" মখোয় খর চৎলগা নিমাইনা অমুক হায়রকই—

"ভাইখো—লেপখো—ঐখোয় থৌবাল য়োঁয়কলে—য়েক্লবা মণিপুর লাম্মী য়াম্না লৈবা উয়ে—ঐখোয় মতম খরদ' লান লুমদুনা লৈসি অথোকপম খুনসিদা। চংশিন্নু—কোম তৌদুনা মদুদা লুমদুনা লৈয়ু।"

মথংদা থোয়ক্লে— মুপা মচা খর মশোয়গীলক্তগী অমনা লাওরকই— "চোংথা ঐগী তুংইনবা মৈডৈ পাথৌ অথোবশা লাও চওশিনসি অরোং থোং লোমদা য়েক্লবা ফেরিঙ্গী লান্দাসি, ইমা লৈবাক মণিপুর মনীং তম্বা মণিপুর য়েক্লবনা লান্দারক্লে—কাপশিন্নু নোংমৈ য়েক্লবা ফেরিঙ্গী মকোক কাওথহনগনু—"

[illegible] লৈরগা

"হু: কদাইদগী য়েক্লবা ফেরিঙ্গী লাম্মী মপেলো ঐখোয় ছু লোমদা লাম্নারক্লিবসি। য়েক্লবা ফেরিঙ্গীনা মাওম্ তুংম্ চপ্লে। ঐখোয়গী মী য়াম্না শোক্লে। অখোবশিং শিবা কিদনা লান তৌসি—অহুবু মতম থরদংদি লাম্নীং হনসি—

মখোয় হন্দোকখি।

থৌবাল কেম্প মৈত্তে লাম্মী লানশংদা লানজিং পুরেন মখৈ য়াত্তানবা তুংদা মচা ইবুঙো য়াইস্কুল লাকপ' হাওজৌম্নানা হায়রকই—

"লানসি থর লুরে--চেংথাম্ অয়োং থোংদৈ লাম্নীং হল্লে—হংজারীনা অথোকপম থুম্তাও তুম্না থাগ্রে—অহুমক্তদ ফেরিঙ্গী লাম্মী তাম্থোকপ। ওমজি হনগ্রো হায়বস্ যাদে। ওসি হুম্না শুরে কাপ্পরিবা নোংমৈ য়াম্না কাপথোরকই—মখোয়না কাপ্পকপ' গুলিদি ঐখোয় লাম্মীদা পাল্লি—ঐখোয়না কাপশিনবা গুলিদি মখোয়না কোম তৌহনা মথুংদা লৈবনা অমা কাওবা পাম্লে—থ'ও পায়তনা হকথেংননা য়াম্নবা তারে—পাথৌশা কনা কনা লান নাকে নাকে হায়বশিং চোংথোরক্লো—হকথেংননা য়াম্নরসি"

"য়াথ্বা—ঐস্ ঐস্ হায়দুনা মখোয় লোইনা চোংথোরক্লে—"

হাওজৌম্নানা হায়রকই—

"কৈদগী পাথৌ নখোয় লোয়না লাঙংলবদি লানশং কনানা ভাকহৌনি—ঐখোয় য়াথৈমুক্তনি লাঙংগদবা—

"অঙম্বী অয়োংগী তৌরো—"

"ঐখোয় য়াংখৈ লৈরে ঐজ্রা"

...."ইবুঙো সন্নাহল সেজোই নংদি লৈহৌবনা কৈ—"

সেজোইস্না শারিবা তোম্বীনা হায়রকই—"ননাই ঐ পাবুংবু থাদোকপা ওমজয়োই পাবুং থৌগল ইঙনি- সনালৈবাক মণিপুর মনীং অম্বা নচাম্বী থরাই পোম্বানি—ম্রেছ ফেরিঙ্গী তুম্না হাংচগে।

"ফরে ফরে নওনা মরেপ্পবদি--"

মুংখিল পুং মণ্ডা তারে য়াল্লসি—

মোং হাদনা লৈপলগী মরুমদা পাকথ পাকথ চৎলু মফম চাবদা ঐনা জয় ধ্বনী লাওরকপদা ময়াম চোংশিন্দুনা য়াম্লগদবনি —

"আ: গীরান সাহেব লৈরে মাত্তা হাংলগা লে'য়রে — জয় জয় দুর্গা মাইকী জয়—মণিপুর গোবিন্দনা য়াইফরে"

চোংশিনখিদুনা গীরান সাহেব শাখিবা বিরেনগা হাওজো শাখিবা নিমাইগা কল্লা নম্মরম্মী —

মতাং অসিদা লাশ্রম কোঞ্জিন চাওতোনগী য়ুম তম্মা সরকারগী সিফাই কাওবু অমা চঙশিল্লকলি। মমায় থুম্বা মুপা অমসু য়াওই। সিফাই নয়াম লাকপদু উবদা অঙাং মুপা মচা অমনা।

''সিফাই য়াম্না লাক্লে'' হায়না লাওরকই — নম্নবা তোকই। অঙাং পূম্মক সিফাই উবদা কিদুনা লোয়না চেনগ্রে। নিমাই তোম্বী বিরেন্দ্রা ওাইহোরে।

মথোয়না য়েংথোরকপদা লাইশ্রম কোঞ্জিন সিফাইনা কোয়শিন্দুনা লৈরম্লে। চাওতোন চাওভল চাওয়াইমত্ত' নত্তনা থংনবা য়ুম্নোম্নবা য়ুম মত্তা তরাগী মুপা মুপী পূব পূল্লপ পোম'জিন্দুনা চাওতোনগী শুমাংদা মুপা পূম্বা উপ্রাক্লা হিপ্পুত্তা লৈরম্মী। মুপী অঙাং'শিংনা তোঙাল্লা ফমদুনা লৈরম্মী। মমায় থুম্বা মুপাদুনা চাওতোনবু তাক্তুনা সিফাই মকোক অতুনা কপি কল্লিনো হংলি—থাপুক্লা ভাখি।

--হাজারী কদায়দা লৈ।" সিফাই থরনা ময়ুম ইমুং মমুংমচিংবো খিরুরগা থোরকুনা লৈতে হায়বগী রা সিফাই মকোক অমদা তম্বা মাল্লি। মতম অসিদা সিফাই অনিথক্লা নিমাই অমশুং তোম্বীনা লুনা তোজবা য়েম্বা অমগা য়েম্বী অমগা মথুত্তা পায়রদুনা থোরক্লম্মী। মদু উবদা নিমাই তোম্বী

শাওনীংবনা মতাম তোরম্মী। সিকাইশিংহুনা মীশিংহুবু ফুবা চৈবা উবদা খিরেনহু মখৈ লৈতনা শাওনীংলম্মী। অহন্মক চপ মান্নবা মখোয়গী শাইরোংহু পাবহুনা থুংলৈ থুনা শাইরোং মরু কয়ামরুম কাপখি। তোম্বী নিমাইগী শাইরোং মরুনা সিকাই অনি অহুগী য়েন পাইরিবা মথুক্তা থোক্লদা য়েন অনিহু থংথা থাদোকখি। য়েনশিংহু "চে চে" খোংহুনা চেনখ্রে তোম্বী নিমায় নোকই। খিরেনগী শাইরোং মরুনা সিকাই মকোকী মরাইবক পীক্তম মরাদা থোক্লদগী সিকাই মকোক অহু মথুংনা মমায় থুমহুনা হকুম লাওরকই। সিকাইশিং চাইথোক্তুনা থিরকই। সোমদা অঙাং অহম অহু য়েন্না চেনখিবা সিকাই মকোক্না মথুংনা মমায় পাবহুনা নূকথখিবা উবগা থুংলৈ থুনা অশবা তোর্বান তাবা লম্বীরোমদা অহুম থোকখ্রে। □

( ৯ )

ইং ১৮৯১ মেগী অহানবা চয়োল।

এপ্রিল তাং ২৬ কী নুমিদাংয়াইরম শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজনা সনা কোন্নুং থাদোকথবা মতুং ইকুই কুইদনা মৈনাগা শন্নবা মোংমৈ ছিদাক পোকথারক্লনা নোংমৈ কয়া থারকপদগী মৈ হৌত্নুনা সঙ্গাই বৈথোপ ছিঙ-শংনচিংবা য়ুম ভরামুক মৈ চাক্লকপা উবদা কিরিঙ্গীশিংনা কোন্নুং চঙথমারে থন্দুনা খ্বাই য়াইস্কুল থুরাই রাংথৈ লৈকাই মরি কারক্লনা চেন্নখি।

মথং নুমিংকী অয়ুক্তা শিলচররোম্নদগী লাকপা কোলনেল রেনিকী কাওবুনা ইছান হান্না মণিপুর কোন্নুং য়ৌখি। কোন্নুং অছু থুম্নাক লানশিরে। কোহিমা অমস্তুং টুমুরোমদগী লাকপা ব্রিটিশ লাশ্মীশিংস্থ অয়ুক পুং ১০ তাবদা মণিপুর কোন্নুং য়ৌরকখি। মণিপুর লৈবাক ব্রিটিশনা জয় তৌরে। মায়থীরবা মণিপুর করি তৌবা ওমগনি। মণিপুর মীখা পোল্লে। লান ওন্নবা ব্রিটিশ লাম্মীনা লৈকাই মরিমক্তগী ফৌ-চেং লন-থুম শা-যন পুম্বা লোইনা খোমগংখি—কোম্বৌজম য়ুস্কমদা থমখি। ব্রিটিশ অফিসার কোলনেল মেক্সরেলনা পোলিটিকেল অফিসার হায়বদি বড় সাহেব ওইত্নুনা নিংথৌ ওইরে। মৈতৈ অওবশিংগী থুংলাই পুম্বা খোমগংলগা থুদেক্কুনা গারোংতা থমখি।

বড় সাহেব কোলনেল মেক্সরেলনা টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ কুলচন্দ্র মহা-রাজনচিংবা কাবা অমদি কানবা পাও পীবা মীদা শেলগী মমা চাওনা পীগনি লাওথোকখি। শেল পাম্বা অমদি মমাতৈগী মোলোম লৈবা মণিপুরী মচা কয়া পাও পীগে হায়না চোংথোরকখি। মথোয়গী মরক্তা মোইরাং তোঙ্গাও অমস্তুং মাপী মী য়াওখি।

মহাক মণামক লেফটিনেন্ট গ্রাণ্টকী কেম্পতা লাকুনা শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজ-অমসুং টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ কানমবগী লমজিংবা ওইগে হায়রখি'। গ্রাণ্ট অমসুং শুগদার তোঙ্গাও হায়না খঙমখিবনি। গ্রাণ্টনা তোঙ্গাওবু বড় সাহেব মেক্কুরেলগী মকমদা পুশিনখি। মানা ভাকপা মতুং ইন্না মাগী মনাই অহুনা লমজিংলহুনা গ্রাণ্ট অমসুং মাগী শগোল তোংবা লান্মী ৮০ ইরিল-মপায়োমদা চংখি। অতম্না চয়োল অমগী মমুংদা মাবু থাজহুনা ভাইরিবা লান্দা মায়খীয়বা নিংথৌ শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজ—মকম তারবা নিংথৌ, মনাই-মশল অঙম-অথৌ পুম্বনা মথং মথং অমমতা ওইনা মাবু থাদোক্লমহুনা চেনখ্রবা নাইতোম তারবা মথম্মা ভায়রবা তৌফম খঙদ—চমম্বনা ইরিল তুরেল মপান্দা লু লুকথ—হঙ্গং হন্দা চতুনা লৈরিবা মহারাজ কুলচন্দ্র তোঙ্গাও মনাই অনিহুনা তাকুনা ব্রিটিশ লাশ্মীশিংহুনা কাহুনা পুরকখি, রাসমণ্ডলদা থমখি।

বিশ্বাসঘাট তৌবগী থবক মপুং ফারে। অহুব তোঙ্গাওদি নীংবা কাবরম্মী। মানা কাগে খল্লম্বা লমন খুমগে নৈংখিবা কোয়রেং যুবরাজ লৈরমদবা অমদি ফাবা ঙমদবহুদা তোঙ্গাও শাওনীংখি; মচীন্না খোক্লা হায়খি—"ওহোক্লা লাকচপ্রেদা অহুব মহাক কদাইদা লিংকনি। তোঙ্গাওগী লাংদগী নাম্বোকপা মতীক্লা? ঙসি হয়েংগী রাতনি। পেনবীয়ো হে মণিপুরেশ্বর মহারাজ-নঙগী য়েক্লবা অমদি ফারবনি মাগী মথক্তা লমন খুম্নবনি। নঙগী অথোইবা য়েক্লবা অহুম্ লিংপা য়ারোই। মতমগী রাতনি।"

* * *

অমুম্না মহারাজ কুলচন্দ্রবু ব্রিটিশনা ফাবদা হয়াওবা কাঙলুপ মণিপুর লৈবাক্তা মাগী প্রজাশিংগী মরক্তা লৈরম্মী। মথোয়না মরু ওইনা তোঙ্গাও অমসুং মাগী মীথিংবা মিকুপ নাহক শিন্না যুবরাজ টিকেন্দ্র, থঙাল অমদি অতৈ অতৈগী লৌকম্ রিম্ মরকাম্বদা পাও তাকনবা।

অদুবু মহারাজ কুলচন্দ্র কাবগী লুংখিনদা বড় সাহেব উনবগা খোরকপদা মাগী মনাই ইবিন মপান মহারাজ কুলচন্দ্রগী মনাক্তগী মাদু থিরুনি হায়দুনা চংখিবা লুপা অদু মশক খঙদবা থরনা হাংগ্রে হাবগা পাও তায়। অদুগা লুমিং অদুগী লুংদাং অদুমক্তদা তোঙাওগী খোঙান্দা মহারাজ কাবগী মনাগী পৈশা শরুক ফংলদুনা হুরাওনা খোরকপা কুলচন্দ্র মহারাজগী মনাক্তা লৈহৌবা ভোঙাওগী মনাইদুপা অদু মঙকা মশাগা তোঙান তোঙান তাদুনা শিদুনা লৈরম্মী, শেঙ্গুমু মখুত্তা অদুম পায়রম্মী—অশিবা মশাদা থেংলম্মী অইবা চে মচেং অমা—"মসিনি থাজবা মাঙহনবা মীগী মতীক চাবা মনা।"

মথংগী অয়ুক্তা অশিবা মশাদু থেংনরুবদা তোঙাও কিবা অমম্নং ভকপনা থনখি। থনখি—"কনানা তৌরিবা ওইরিগবা?" তোঙাও চেক-শিন্না লৈবা হৌখি। মরুওইনা ময়ুমদা ব্রিটিশ শব্রিনা শঙদুনা লৈবকাও কিরদুনা পোলিটিকেল অফিসারদা হায়জদুনা লাম্মী লৈবা কেম্পতা লৈখি।

হৌজিক সরকার অমম্নং তোঙাওনা মাগী মাগী মীশিং হাংলিবদু কনানো থিখি—যুবরাজ টিকেন্দ্রনা তৌরিবনি হায়না কন্না থাজখি। অদুনা কোয়রেং যুবরাজ কদাইদা লৈ হায়বসি হুম হুমদুনা কন্না থিবা হৌগংখি। অরাবনি নায়িবা টিকেন্দ্রজিং স্তান তাদনা লৈরি। কোইরেং যুবরাজ শিংজমৈ খোকচোম লৈকায়দা মনাই অচানবা অমা অনিজনা শঙলি। মাইবা থিরুদুনা লৌরুদুনা লোম্না লায়েংলি—খঙব্রে কয়া কুইনা মরৈবাক লুংশিবনা শেলগী অপাম্বা থিংবা ভমগদৌরিবা? মাইবা অদুবু তোঙাওনা মশক খঙলবরা? মহাকপু য়াম্নবা মনাগী শেল মিহ্রৌরমলোইব্রা?

* * *

৯ (১) মতমসিদা সনরোক চীংজিন্দা।

শ্রীযুৎ কুলচন্দ্র মহারাজ ইরিন মপান্দগী কাম্রে হায়বা লৈথাক পুম্বা তানব্রে। ইকুই কুইদনা লোয়্না নিনিগী লুংদা শ্রীযুৎপু হল্লোয়মদুনা লেপুবা

লোংথাইথেম্বা অতোম নিংথৌ, চিঙাখম্বা নোংথোম্বা, চোংথা অরাপুরেল, মেজর, মাইস্না ন্নুঙাং ব্রিংথৌনচিংবা মথং মথং কাপ্রে। কাওবা অনাল জেনেরেল, জিলাঙম্বা, অতৌ সেনাপটিনচিংবা মথন মথন্নতা সরকারদা সরেন্দর তৌপ্রে।

পাও অসি হাবদা লাইশ্রবা মথন্নাই ন্নুঙাইতনা লৈরম্মী সনয়োক চীংজিন্দা। মাগা লোয়ননা থোংজোমগী অথৌবা ১১ কময়্না ভাইহাক পোত্থারম্মী। মানা হংখি—

"কোয়রেং যুবরাজদি য়াওখিস্রিকো ?"

"যুবরাজদি তোপ্পাওগী থৌশিলদা চিংনবা পোক্তুনা হায়না চংগ্রে হায়।"

"মতমা লাইবক কবনি। যুবরাজবু অমুক্তং উনরবদি !"

"ঐথোয়না তাবদি যুবরাজ য়াম্না কন্না নারে হায়। কদাইদা লৈরম-গনি অজ্ঞা ?"

"মাবু মুংশিবা কনাগুম্বগী য়ুমদা। ঐথোয় য়াম্না চেকশিন্না অহিং অহিং চন্তুনা মাবু থিবা তাই, অমুক্তং উনতনা কুংগী পোরম য়াংনবা।"

"ইমা লৈবাক্কী নীংতম্বা মাঙবা য়ারোই।" মথোয় পুম্নমক চপ মান্ননা লাওখি।

"ইমা লৈবাক্কী নীংতম্বা মাঙবা য়ারোই—নীংতম্বা মৈতৈ ঐথোয়গী নু-তোংদা চেন্নিবা ঈনি পৃথিবীদা লৈবা শক্তি অমত্তনা মৈতৈগী নীংতম্বা মাঙহনবা ঙমলোই। ইরৈবাক্কী নীংতম্বা ঙাক্কবা অরোইবা কথোকপা মৈতৈ কনানা তৌদবা লৈনগে ? থোংজোমগী লান অরেম্বা নত্তে। মীথা পোনবা পুন্সি নঙগী নত্তে ; মিকুপতং নীংতম্বনা চহি চা কয়া মীনাই ওইকনী হেন্না কৈ।

লৈবাক অমগী নিংথৌবু মথুং হাতকত্না চন্দুনা পুন্নকপবু কেহ্নুনা লৈবা ওবা মৈতৈ মথোয়বু মৈতৈন্না ? মকয়াংদা মথুং লোনশিন্দুনা লৈরিবা

মশীংবা লাওব্রবা মৈতৈ মচা। নরৈবাক্তা মখা পোন্নকাওদ্রবা য়েক্লবনা লৈত্বনা শীজিন্নরফাও, নপোং নয়ন লোইনা মুনশ্রফাও, মকোক্তা নথুং হাওনা লেল্লিবসা--খোরকউ লাও নরৈবাকী নীংতম্লবা নজাতি মীনাই ওইকদগী কোক্লবা হোংনবদা থরাইনা পোন্থা ওইরম্ম অকিবা লৈতনা খোরকউ--ঐখোম লৈব্রি--ঐখোমদি ব্রত অসি কংলবনি রাশক্লবনি। থরাইগা হকচাংগা য়েক-কায়নদ্রিফাও ইরৈবাক্তা ইনীং তমদ্রিফাও য়েক্লবা মায়রোং য়াগনি--ইরৈবাকী নীংতম্বা ঙাকনি। লাও খোরকউ রাশক অসি লৌরো লাউ।”

লাইশ্রবা হৌজিক করম তৌরগা কোয়রেং যুবরাজ উনবা ফংগদগে থরম্মী। খোংজোমদগী হল্লকপদা শ্রীযুৎকা লোয়ননা যুবরাজ থাগী য়োনবা চশাদলোম পাংখি হায়ত্বনা অস্রো তরেংখুন শমত্বনা য়াইঙংপোকপীরোমদা হুন্দুং লম্বী তান্না থিকই অত্তবু শ্রীযুৎ অমসুং যুবরাজগী রা পাও-অমদি চংখিবগী নাশোন অমাফাও ফংদত্বনা অমুক হল্লক্তুনা মাগী লানশং থনরোক অমদি কাইনাদা য়োরকপা কুইদ্রিবনি।

লান্দা জয় ওইত্বনা মণিপুর কোন্নুং লৌথ্রবা ব্রিটিশপু কিবদগী ইম্ফালগী লৈকায় মরিগী প্রজা কয়া মুমিৎ পরদি কাংখোং চাইত্বনা মায়কৈ ফাংনা চেন্নরম্মী। মযুম মকৈ হুন্দোক্তুনা চেন্নরকপা মীচেন মরক্তা য়াওরকপা মাবু খিবা লাকপা মীথু তোলেন উনত্বনা মোইরাং তোঙ্গাওনা বিশ্বাসঘাট তৌবগী রারোল পুম্বা খণ্ডখি। কংলা কোন্নুংদগী মৈতৈগী নীংতম্বগী খুদম মুৎথৎনবা শীল্লবা ব্রিটিশ সরকারবু মখোয় থীংনা শাওখি। লমন খুমগে রাশকখি। থোইদোক্তা থাজবা মাঙহনবা বিশ্বাসঘাটক তোঙ্গাও অমসুং মাগী রীশিংগী মথক্তা লমন খুমগে রাশকখি।

মীথু অমসুং তোলেনগা লোয়ননা অহিং অহিং লাকুনা ইম্ফাল ঙম্বাক তারকখি-মুক্সাক কোইরেং উনবা। মরম অর্সিনা মণিপুরী লাঙবা কয়া তোঙ্গাওগী থুজিনলগী অথং মথং য়ানগৎলকপগী পাও তাখি। শ্রীযুৎ কুলচন্দ্রবু

হাকথেংননা ফাহল্লবা শীনখিবা লমজিংছনা চংলূবা তোঞ্জাও মনাই অনি লাইশ্রবগী মীগী থূত্তা মথরাই মাঙখ্রে। চেকশিন্না ব্রিটিশ লান্মীনা ঙাকথ্রবা সিফাইগী কেম্পত্তা লৈথ্রবা তোঞ্জাওগী মথক্তা লমন থূম্বা ঙমদবগী খোয়দৌ থীংনা লৈরি লাইশ্রবা। নাহুনা জ্ঞান তাদনা লৈরিবা কোয়রেং যুবরাজ উবদা মুংবংনথি লাইশ্রবা। মাগী থৌরম কয়া যুবরাজনা নাবশিন্নো গতি মচীন তেক্কুনা লৈরি। লোংলি ব্রিটিশ সিফাইনা থিবা ফংদনবা। □

মেগী ও শুবা চয়োল—ইম্ফালদা—

মহারাজ কুলচন্দ্র কাগ্রবা মতুং ৭ নি কোনবা মুমিংকী মুংদাং অহানবা মুথক্তা মথুক্তা খুংলাই শুনা পায়রবা কিমু শেংপা খদাংচেং লাকপা মুপা অহমথক শগোল অমমম তোংলহুনা ফুনান খনরোক চাংদগী শগোল খুরুপ থাহুনা ইরিলবুং লম্বীদা ইম্ফাল তান্না লাকখি। ইরিলবুংদগী কোংবা য়োবা মুংদাংগী মতম ওইবনা কনাসু থেংনদে—কোংবা তুরেল হেক লাল্লকপদা ব্রিটিশ সরকারগী সিফাই কাণ্ডবু কাণ্ডবু ছোরোক্কী লমতুপ লমতুপ খুদাং মরক মরক্তা হঙ্গং হুন্দা চত্তুনা লৈরম্বা থেংনৈ। মথোয় অহম খুরুপ মচা থৌহুনা লম্বী অচৌবা নত্তবা লৈরক কোন্সাং শম-শমহুনা চংলকপনা অহিংগী অনীশুবা য়ুথক য়োরকপদা শিংজমৈ য়োরে। অহুবু শগোল তোংহুনা শিংজমৈ থোং লান্দুনা চংপা অরায়বা ওইরমদে। সরকারগী নোংমৈ পায়বা সিফাইনা থোংহুদা সন্ত্রি তৌহুনা লৈ। হঙ্গংহুন্দা চংপা খুংলাই পায়বা সিফাই কাণ্ডবুনা মরক মরক্তা তত্তনা পেত্রোল্লাং চত্তুনা লৈরম্মী—অচং-অওক চেক তৌরম্মী। থোইদোক্লা মরু মরু ওইবা মকম মকমদা লম্বীদা সন্ত্রি তৌহুনা লৈরিবহু খণ্ডহন উহুন্দনা লাম্বোকপা ওইথোক্তে। রাখল মুন্না খল্লগা অথৌবা অহমহুগী লুচিংবহুনা লাইনীংথৌ তেম্বগী লাইকোয়ুং শুক্লবা উমং তন্না শগোল চুন্নী পায়হুনা চিংহুনা পুরক্লে। ছৌজিক কাওবদি কনাসু থেংনত্রি অহুবু মথংগী মিকুপ্তা কন্নি থোক্লগবা?

লাইনীংথৌ থাইদেম তেম্বগী লাইকোন্দা শগোল অহমহু পুনশিল্লগা অথৌবা অমদা লুচিংবা অহুনা হায়রকই—

"রাম্বা শাজৌ শগোলশিংসি থর য়েংলম্মু। ছিদাক ওাহক অনিমুকী মহুজো ঐথোর য়োরক্রবদি শগোলশিংসি পুহুনা অকামপাং সজাইপাং কাওহুনা য়োংলান য়োনবা চংখো।"

করিগুম্বা য়েক্লবনা থঙখিদুনা লান্দারক্লবদি থুনা য়াঙনা শগোলশিংসি থৌদোক্তুনা হন্দাক্লগা তেখাওপাং মতোন্দা ঐথোয়বু ঙাইরম্মু। নোং ঙাম্ফুং ঙাম্ফুং তৌরবা ফাওবা লাক্রবদি ঐখোয়গী মরু ওইবা লোইশঙ অমা থুনা য়াঙনা চংখ্রো।

"ফগনি অথৌবা" হায়দুনা খুরুমদুনা শাজৌ লেহৌই।

খুংলাই পায়বা মুপা অনিদু শোং পেক লাওদনা ইম্ফাল তুরেল তোর্বান্দা তোরৈ ইন্দুনা তপ্পা তপ্পা কারকপনা পেটিগ্রু স্কুল মপা য়ৌরকপদা তুরেল লাম্তোকখ্রে। তাপ্পা মুন্না য়েংদুনা শোং পেক লাওদনা তোর্বান্দা কাথংলগা স্কুলগী খাদা লৈবা যুম অমদা চংখি। যুম অদুদা লৈরম্বা মুপা অমনা নখোয় অনিবু মুন্না য়েংলবা তু' থোঙ হাংলবা ইমুংদা পুশিনখি।

যুমগী মপান্দা হোয়োক্ত', থিন্দনা সিফাইনা য়াউও চংপগী বুটকী মখোল তারি। ঙাইহাক লৈরগা অহিং অদু উন্‌গাইমুক চীকখ্রে। লৈকায় অদুগী মী অয়াম্বা লান চেল্লুবদগী হক্তিন্নরক্লে। মতম খর থুম্হাক-লানসিরুরবা লৈকায় অদু মী লৈরকপগী খুদম খর খর ফংলক্লে।

ইমুংদা চঙখিবা খুংলাই পায়বা মুপা অনিদুনা হিদান অমদা হিপ্তুনা লৈরিবা অনাবা অদুদা খুরুম্মী। লাইহৌ কন্না হৌদুনা জ্ঞান মাঙলুবদগী লাইহৌ থারদুনা হুমাংনা চোংলবা হকচাং অদু ফম্মাঙদা ফম্বী মুপী অমনা তপ্পা তপ্পা তৈথোক্লি। অনাবা অদু তপ্পা তপ্পা মমিং পাঙলগা খুরুম্লিবা মুপা অদু য়েংলদুনা হায়রকই—

"নহাক য়ৌরক্লবরা হাজারী?"

"অজ্ঞা। যুবরাজ সনা হকচাং কমদৌরিগে?"

"ঐহাক নঙবু উননীংবনা লাঙতক্লনা ঙাইরক্লি। ঐগী অনাবা ফগৎলকপগী আশা লৈতে। নঙ তারেদনা য়াম্বুং মহারাজ কাখ্রে হায়বা?"

"অজ্ঞা ননাই অঙোম নিংথৌ, অয়াপুরেল মেজর, মাইস্না শামু মেজর চিঙাখম্বা নোংথোম্বা খোয়মু ফাখ্রে। সনা হকচাং খিক্তং থুনা ফগৎলবদি।"

"নত্তে হাজারী—মথংদি ঐগী পালিনি। ঐবুস্থু শোয়দনমক থুনা ফারয়নি। অদুনা ঐ লৈত্রবা তুংদা নঙনা নীংতম্বগী মৈরা পায়দুনা লৈহৌগদবনি ; ইমা লৈবাক্কী কোটিন থুদীং চত্তুনা মমা নীংবা মচা কয়া খোমদুনা অচৌবা লাম্মী শেম্লগা য়েক্নবা ব্রিটিশপু মায়থীবা পীদুনা মণিপুর রাংমা লান্না তাম্বোক্কদবনি। অসিদসু নত্তে নঙগী দায়ি—ঐখোয় অনি অদুগুম্বা লোক্কাক ময়ায়দা লেপ্পখিবদো কাওরবরা ? ইমালৈবাক চানিঙাই থক্লীঙাই শেংনিঙাই রাত্তনা থময়গদবনি মীপান ভাংলোইদবনি। অচা অথক ফিজেং লাকচেংকী লমদস্থু মনীংতম্না লৈগদবনি। পুন্নমক অসি নহাক্কী নথক্তা ভারবনি।

আঃ অনাবা অসি নংলমদ্রবদি—নঙগা লোয়নননা শগোল থক্তা পাক্লবা লমহাং তুহাং চীং উমংদা অশেংবা মুংশিংলক্তা ইনীংতম্না হাইনা হুম্না চত্তুনা য়েক্নবা চামা চামগী লাল্লুম চোমাই লৌগদবনিকো।"

ব্রাহৈশিংসি হায়বগা লোয়ননা হুমাং চোংলবা মশাদু কমুং থক্তা তুম্বক তাপ্লে—য়া ঙাওখিদ্রে জ্ঞান মাঙপ্লে। মনাক্তা লৈবা মনাই অমনা মকোক্তা ঈশিং য়ৈরি।

জ্ঞান থর তারকপদা অমুক হায়রকই—

"চংলো হাজারী, ঐগীদমক থল্লুরম্মু। ঐখোয়না লেপ্পখিবদু পাঙথোক্লবা শীল্লু।"

"রাবিগম্মু অজ্ঞা! থুনমক হকচাং ঈবা ফবিরো। মাখ্বা যুবরাজ য়াওদবা ঐখোয় হিনাও শাবা য়াওদবা হিনি। ননাই ঐখোয় চংচরগে মুম্মিং ৪/৫ নিগী মল্লুংদা অমুক লাকচগে।" অসি হায়রগা মখোয় অনি থুরুম থুরুম মপান থোকপ্লে।

অহিংগী অহমগুবা যুথক য়ৌরকপদা মিং-না শিংনা লৈরিবা নিংথেম মনাইনা ভোর্ব্বান কাওবা থোক্তুনা য়েংলুম্বা তুংদা মখোয় অনি ভয়া শোংপেক লাওদনা চংখিদুনা তুরেল লানপ্লে। মথা পাংনা হাইথরক্তুনা থাইদেম ভেম্বা লাইকোন য়ৌরকপদা কারি উথি ?

মখোয়না থনম্বা শগোল অহুম অহু লম্বীদা সরকারগী সিফাইনা থুর্জ্জো পায়হুনা চিংহুনা পুগদবগী শেম শাহুনা লৈরম্মী। শগোল অহুমহুগী শগোল অমগী মথক্তা মখোং মথুং পুল্লগা শাথিনা ফুদংলবা জ্ঞান মাঙলবা শাজো বোরাথাওগুম শগোলদা য়াম্থহুনা পুল্লম্মী। নোংমৈ পায়বা সিফাই অহুম্না তুংদা অহুগা সিফাই অনিনা চিংহুনা মাঙদা সিফাইগী লুচিংবা হাবিলদার অহুগা নোংমৈ পায়বা সিফাই মরিনা মাঙ থাহুনা চংপা হৌগদবগী তৌরম্মী।

থুদক অতুমক্তদা হাজারীনা হুই খোঙহুনা কৌখি "অম্নাংবা" —লোয়ন লোয়ননা আরাম্বাই তেন্দোংদগী আরাম্বাই লংলকখি। হুইগী খোঞ্জেল ভাবদা থেক্লা ঙংনা খোংহুনা খোঙ্গাও অমুক্তদা মখোয়বু ফারিবা সিফাই-শিংহু কাওথুরম্লগা মথুং মথুক্তগী চৃপ্লীশিংহু থদংলগা হুই খোংলকপা মায়কৈ-রোমদা চেনখি। মতমতুমক্তদা শগোল ভাম্নরকপা সিফাইশিং মখোয়গী কমাণ্ডর নোংমৈ চীংহুনা শগোল কাপথুগে তৌরিবা পূম্বা আরাম্বাইনা ফাওরেং লেংহুনা হাংখি। মখোয়গী কমান্দর শিরবদা হিংহৌরিবা সিফাই মরি মঙাহু কায়হুনা চেনখ্রে। শগোল অহুম অহুগা শগোলদা পুল্লিবা শাজৌগা লোয়ননা হাজারী থুনা য়াংনা য়াংখৈ য়োংলান লম্বী পাংখ্রে।

হাজারী অমম্থুং মাগা লোয়নবা থুংলাই পায়বহুনা খোকচোম লৈকাইগী য়ুমদগী খোকখিবা অহু য়ুমলোম্নবদা লুমহুনা লৈরম্বা মুপা অমনা উখি। □

## ( ১১ )

মথং মুম্বিংকী মুংথিল মুমিদাংরাইরম—

কুংলা কোম্নুং মন্নুং মমাশিংজগী সঙ্গাইদা লৈরিবা বডসাহেবকা ভোন-জাওগা চীকপরা য়ারী শারি। মুমিং অহু মহারাজ কুলচন্দ্র ফাগ্রবা মতুং তম্বানি কোনবা মুম্বিং মুংদাংরাইরমনি।

সঙ্গাই শুমাংদা চৌকি অমদা ফম্লিবা মেম্বরেনবা লৈবাক্তা ফম্লিবা ভোম্বাও য়েংহুনা হংলকই .—শুবদার ভোম্বাও কয়ি পাও? হৌজিক ফাওবা সেনাপতি হায়বদি টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজগী লৈফম খঙঙ্গিবরা?"

"সাহেব চাওরাকপা অমদি খঙলে। চপচানা খঙলগা সাহেবতা হঙংকনি "

"নহান শিংজমৈদা ঐখোয়গী পেন্ত্রোম্নীং চংপা সিপাই থর হাংলম্বহু কনা-কনানো খঙবরা?"

"হৌজিক ফাওবা চপ চান খঙদ্রি। ঐখোইগী পাও পীবা মীনা হায়বদি মুমিং অহুগী মুংদাং পেটিগ্রু স্কুল মনাক্তগী থুংলাই পায়বা অনি অহুম তুরেল লাম্পুনা চংখি- মখোয়না চংখ্রবা মতুং ইকুই কুইদনা শিংজমৈ-রোমদা নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাখি হায় সা।"

"মখোয়শিং অহু কনাগী মীনো?"

ঐনা খঙবদি মখোয়হু কোয়রেং যুবরাজগী কাণ্ডবু ওইগনি। মখোয়না পেটিগ্রু স্কুলদগী থোরকখিবহু চিংননিঙাইনি। মকমহুদা মখোয়গী মী লৈরম্বা য়াই—সা।"

"মকম অহুরাইদা লৈবা মীশিংদো ঐখোয়না খঙবা অরাম্বনি। টিকেন্দ্র-জিৎকী মী মকম অহংরাইদা লৈরমগনি নীংদে। অহু নঙনা চিংনবগী ময়মগি করি?"

"সা, মহুগী পাও পীরবা দুপাহু ঐগীদগী থোকখিবদগী খিবা থওখিত্রে ; মশক থওদবা মী থরনা ফাহনা পুত্রে হায়। অহুনা যারবদি মকম অহুবাইদা পেত্রোল্লীং থর কুংনা চংহনবীযু।"

"অহুগীদি থোং থুদী'মক পূং ২৪ শম্রি তৌরি। পুংলাই শুনা পায়রবা সিফাই লমতুপ লমতুপ থুদীংদ' থম্রি। পানা মরিমক কুরুপ তৌহনা ফো-চেং যন ইরোই খে'মগং'দা নত্তন' লানহৌবা কদাইদা লোংলিবগে থিরি।"

"সা-ঐস্ত্র ঐগী মী থাদোক্নুনা কোয়রেং যুবরাজগী লোংকম থিরি।" মখোয় থাগী চংখিত্রবনি — ঐনা চত্তনবা শৈনত্রবনি। শীংজমৈ থোকচোম লৈকাই পেটিগ্রু স্কুল অহুর'ইহু থর কুংনা সিফাইগী পেত্রোল্লীং চংহন্নীযু।"

"হোয়, মহু ঐ শোয়দনা তৌগে। অহু রা অমা হংগে।"

"করি ওইরবানো সা ।"

"লম্বীদা করিদা মৈতৈ নিংথৌ থেংনবদা প্রজানা করম্না সনমান তৌই?"

"সা—নিংথৌ উরবদি মুপীনা মংকাক ফিনা থুম্লগা থুকমগনি। মুপানা নিংথৌ উনদা থুরু থুদক কুন্দুনা থুরুমগনি।"

"থুরুমত্রবদি করি দগি পী?"

"থুদক অহুমক্তদা লোয়নরিবা মনাইনা ফুবা, ফাবা, বন্দি থম্বা য়াই— মুপীশিংবু করিগুম্বা কান্দা ফাবগা মশন্ন ককথংপা ফাও তৌই?"

'সাহেবনা নিংথৌ ওইরবদি করম তৌবা তাই।"

"সা—সলাম তৌবা হায়হুত্তাইদনা।" —হায়রম্লগা মখোয় অনিমক ফাক ফাক নোকই।

"তোজাও। মৈতৈ নিংথৌশিংনা সনা কোম্মুংগী যুম শাবা, লম্বী থোং শেম্বা শাবা মতমদা থবক শুবশিং কদায়দগী পুরকই অহুগা করম্না শিজিন্নৈ?"

"সা- মণিপুরদা লাল্লুপ কাবগী নিয়ম লৈ। য়ুমথোঙ খুদীংগী মুপা অমা চহি অমগী মমুংদা অককনবা মুমিং থর সনা কোম্নুংগী লোয়শঙ কাগদবনি। পানা মরীমক্কী অসুম্না লাল্লুপ কাবা কাঙবু অহুনা সনা কোম্নুংগী থবক তৌই লম্বী শেমই থোং শাই। হায়বদি লৈবাক্কী ওইবা থবক পুম্বা তৌই-নত্রগা পানা পানা অহুগী মীশিং শীভিন্নহনা পাঙথোকই। মখোয়দা শেলনচিংবা খুৎশুমন পীদে।"

"অহুদি ফরে তোঞ্জাও —খেলেন্দ্র সুবদারগা লোয়ননা সিফাই পল্টন অমা পুহুনা লৈকায় মবিমক্তা লাপ্থোকউ সনা কোম্নুংদা থবক শুনবা মী চহুম লাক্লবা। মখোয়না ছোটো সাহেবকী য়ুম কেক্রুপন্দা অমদি সাহেব অতৈ অতৈনা লৈনবা য়ুম অঙোম নিংথৌনা লৈরম্বা মফমদা অহুগা মৈতৈনা মৈ থাদোকখ্রবা রেসিডেন্সি অমুক শাগদবনি সনা কোম্নুংগী লম তেমথোকপনচিংবা থবক তৌগদবনি।

অহুগা পানা মরিদগী মী চাতরুকথক খোমগৎলগা কৈথেলমানবীদা অমদি থিবোমৈ তাবা লম্বী শেম্বগী থবক তৌনবা কোলনেল মিৎচেননা পুহুনা চৎকনি।

মরক অসিদা নহাক্কী মী থাদোক্লুনা ব্রিটিশকী মরু ওইবা য়েক্লবা সেনাপতি টিকেন্দ্রজিৎ ফাননবা মাগী লৈফম লোৎফম অশেংবা চয়োল অমগী মমুংদা ঐঙোন্দা থঙহনগদবনি।"

অসি হায়রগা খেলেন্দ্র সুবদারবু কৌরগা হুকুম থঙহনখ্রে। অহুগা থানা চাবা চঙখ্রে। ☐

* * *

১১ (১) শীংজবৈ মথক -

লুকম'ই পানবী লুকমনী মৌ-নহা হল্লকপীনি। চহি ২৬/২৭ লোম শুরে। মশক থীদে কুচু পা-প্লি তক্ত তক্তই লু হেল্লী—মশা মউ কৈ, মীনা কল্লকনীডাইনি। চহি ১৭/১৮ চঙলকপদা মমা মপানা হায়বা ইন্দহুনা মাগা মুংশিনবা মুপা ধোজোদা চেল্লকপনি। ধোজো ইনাক কৈরাক খুল্লবা অসেম চাওবগী অমত্তা পোকচবা মচানি, মমা লৈমনা লুকমনবু কয়া পামত্রবসু অমত্তা পোকচবা মচানা পুবক্রবনি হায়দুনা লুহোংবিখি। তোনানবা ধোজো অয়াম্বা মত। জার শান্নহুনা খুমু তুনহুনা লেল্লম্মী! মশানা কয়া পামদবা মমৌ ওইবনা লুকমনীবু মনম মকুনা কয়া ৎংপীখি। মাসু ধোজোনা যাবিরি খল্লা চহি ৭ হেল্লা খাডলাক্ল ::না কয়াবক হুল্লা কৌধোক্লবা ফাওবা য়াদনা খাঙহুনা লৈবক্লি অচুবু :বায়বক থীবনা :মিত্তা মচা অমত্তা উদ্রি। মশু পামজরবা মনেম মকুনা মচা মুপাগী অতোপ্পা মুপী অমা থিনবা খল্লরক্লে। তাঙ্গাসিদা ঙাওশিল্লবা জারী ধোজো ওক্তবা মুপা ওইরক্লে— লুকমনীগী মন্দোম্না পোকপী মৌ হল্লকপী অমদা মীরোল্লী তাবদগী মখোয় অনি ওত্তনা খৎনরকখি-- ধোজো থেংনা থেংনা অহিংদা হল্লক্লগা লুকমনীবু ওৎ নৈবা হৌরকখি। মকু মনেম্না মচাবু য়ারকপীদে। অহোয়নহুম মচা মুপাগী মীচঙ চঙই। লুকমনী য়ারিমখৈ মখোয়না ওৎনৈবা খাঙহুনা লৈরম্মী। নোংমা অহিং মন্দোম্না পোকপী মনাও মৌ হল্লকপীহু ধোজোনা মমুমদা পুশিল্লক্লবদা লুকমনীগী অখাঙ কনবৈ ওমখৈ লানগ্রে—অহিং অহুমক্তদা মপামদা অহুম হল্লক্লে। ধোজোনা অমদি মনেম্না মাবু অমুক কৌরদ্রে। মন্নাবু খম্বনবদগী মাসু ঈরাং পুবী ওইরকখি। লৈশারিডৈদা কোয়ইন ইল্লবদা অমা অনিসু লুকমনীগী মনাক নকপা হৌরকখি।

লুকমনী মপামদা হল্লকপা চহি ফাত্রিডৈ খোংজোম লানগাইহুনা লৈবাক কাংখোং চাইবদা য়াইরিবোক লরাইদা মমাগী মপামদা থা খর লৈরুই। য়াইরিবোক্তা লৈরিডৈ মাবু লুনা জৌবীরম্বা মপা শিখি।

খোংজোম লান্দা মৈতৈনা মায়থিবা ফংগ্রবা মণিপুরগী নীংতম্বগী মুমিৎ তাগ্রবা তুং ব্রিটিশ সরকারনা কংলা কোন্নুং লৌগ্রবা তুংদা লৈবাক কাংথোং চাইরুবদগী বড়সাহেবনা "মণিপুর নখোয়বু কিবা তৌগনো নয়ুম নয়ুমদা হঞ্জিল্লো, কৈথেনম্মু কারো" হায়দুনা লৈকাই মরিমক্তা পাও চেন্দুনা হঞ্জিন্নরকপদা লুকমনী মমা মচাম্মু মখোয়গী য়ুম শীংজনৈ মথক্তা হল্লকখি অমম্মুং মাগী হান্নগী মশীন লুকমাই পানবগী থবক অমুক পায়খংখি।

মাগী পোৎ য়োনফমদি ময়ুমগী থোঙ্গান্দা শঙ মচা অমা শারগা মতুদা অচা অথক পান-হৈনা শিংজু-মুংজু অকে অমৌগী পোৎ লৈগুনচিংবা ফাওবা য়োল্লি পোৎ য়োন্না য়োন্না মাতা য়েংনা মপা চানা মানা ঙাঙবা রাঙাং মিংয়েং নায়েং তাগদগী য়েংগদগী নহা পাখং লৈশা মীয়াইদগী হন্নুবা মৌনগা লৈশাবী অন্নিবী কয়া মাগা পোৎফমদগী পানা লৈদুনা চায়ে— লৈশাবীনা শিঙ্গু, অঙাংনা হৈঙান— কনাগুম্মা পাখঙ লৈশানা ফজনা শেম্নবা লৈ নচোম লৈরে। লুকমনীগী থরো অঙাংবগী লৈ নাচোম ইশাল মহুরদা মমিং হাইফেং চৎলি। অমুম্না লুকমনীগী পোৎফম মী য়াম্না তিল্লি—ময়ুম অহুনা পাও ফংফম শীনফম, পাও শিন্নফম ওইবতা নত্তনা উনফম মরুওইনা মুংশিনবা লৈশা পাখঙ মৌ-নহা পাখঙ ছরিগী উনফম পাও ফাওনফম জাগানি।

লুকমনীগী পোৎফম মুংথিল মুংথিল মুমিৎ য়ুংবা মতুংদতা মুমিৎ খুদাংগী হাংই। অয়ুক্তা শীংজনৈ কৈথেল য়োইরাংথোম কৈথেন্দগী শিঙ্গুগী পোৎলম হৈ লৈ কবোক হৈবোরুচিংবা অমদি কা মনা লৈররগা ময়ুমদা শিঙ্গু শুনবা থোইদুনা শেম শাবা অরাথবী, বোরোই, হৈঙান শাবা চিনি চফু লৈবাক হরাই হৈঙান খোংনাং মনা, হৈতুপ লালুনচিংবা শেম শাবা অমদি লৈগী নাচোমচিংবা শেম্বা লোইরগা মুংথিলগী পোৎফমদা পুথোরুগা য়োল্লি।

লৈশারীগুদা লুকমনীগীদমক হিদায়বদা খোজোগী মখুত্তা মায়থীগ্রবা নাওরেম মীআও হৌজিক লুকমনী পোৎফমগী রেগুলার কন্তমরনি। চহি

৬০ ওয়ে। মী রাং চাওই হায়রুনা মীনা মাবু মীজাও কৌই—থাজেশংবা মমিংদি ব্রজ কৌবনি। রাঙাং শাঙাং হৈ-শিংই মীবু থাজহন্নবা ঙাঙবা ঙমই। লুকমনীনা লৈশাম্নিঙৈদা লুমজরম্বনি। থোজোদা চেনখিবদগী লোংনা তাহনা লৈহৌবনি। লুকমনীতদি মানা ঙাঙবা থাজহনবা ঙমখিদে। অার শাম্নবদি মাম্না পাম্বনি—শেনদি ফংগদ্দে, মাঙবনা অয়াম্বনি ,অচুনা হন্দক্তি শেলগী দরকার মাম্না লৈরবনি। শেলবু ফংনি হায়রবদি অচুম্বা চুমদবা থিদে—খুদোংচাবা অমত্তা নাম্বোকহন্দবনি। শেল পায়দে অহুবু লুকমনীগী পোৎ-ফমদদি গপ্ তৌবা থক তোক্কে।

ঙসিদি লুকমনীগী পোৎফমদা লৈশাবী মৌনহা মরি মঙা শিঙ্গু লৈবা লৈরম্মী। মীজাও উবদা মৌনহা অমনা হায়রকই—

"ত। মীজাও গুলা থর লৈবীরম্মু।"

"লুকমনী গুলাসি কয়াগীনো ?"

"লোইনমক—অয়েশেন্দেসে !"

"শেল লীশীং মঙাতনি।"

"সেসে।" হায়রুনা শেলতু পীরে—

"ইচনশা চায়ো।"

লৈশাবী মৌনহাশিংহুনা শিঙ্গু চাবা লোইবদা গুলা চারি। মীজাওনা মারী শাবা হোয়রকই।

"লুকমনী নহোই স্বাইদা সিফাই অশুক তোয়না চৎলিবসি করিগীনো ?"

"কনানা থঙজনো ? সাহেবনা লৌরবা লমনিনা মখোয়না অপাম্বা তৌজবনিমনা।"

"মখোই খাইদা কনা লৈগে হায়রনি ?"

"থঙজেদা কনাবু লৈরগনো ?"

মৌনহা অমনা মরক থৎনা হায়রকই—

"নহান শীংজৈন লাইনৌংথৌ ভেরগী লাইকোন মমাদা সিফাই মরি শিবা চুমিৎতুদৈ—সিফাইনা থয়ে খাইসি।"

"হৃমিত্তুদা শিজপামদগী খুংলাই পায়বা অনিথক থোকখি হায়।" মৌ নহা অমনা হায়রকই।

"মহুবু অচুম্বরনে?" লুকমনীনা মরক থংনা হায়রকই।

"হায়দি হায়নৈ অচুম্বদি খণ্ডদেদা।"

"শিজ পামদবু কনা লৈগে" মীজাওনা হংলকই?"

মতমহুদা মুপা অমনা কা মতপ অমত্তা পীয়ু হায়হুনা লুকমনীদগী কা মতপ অমা লৈরে। মথোয়না রারী শাবহুস্থ তাখি।

"খণ্ডদেদা কনাস্থ লৈতমাল্লেদা।"

"মমাসি অতোম্বীদি লৈদনা।"

"মী থোকখি হায়বদি কনানা হায়রিবা?"

"নহান মুপা অমা ঐখোই ইনেখোই য়েন্নখাদা লৈরম্মী হায়—মানা হায়রম্বনেয়ে।"

"নহোয় ইনে হায়বদি শিজপামগী খাদা লৈবা ইনে তোন্দোনলা?"

"মানে ইনে তোন্দোন্নে। নহান ঐখোয়দা লাকপদা মানা হায়রম্বনে।"

"মুপাহু কনানেগে?"

"মশক খণ্ডহোত্রেনে অহুম থোকপ্রেয়ে; অহিংহুদা ইনেনা মপান থোকপদা থেংনরুবনেয়ে। অহুদৈ ঐখোই স্বাইসে সিফাইনা ভাইহাক লৈতে চংলিবা।"

"ইচে নওবু কিজত্রাইমী।"

"চংচসস্থ কৈদৌগে? করিবু তৌজরগদগে?"

"মখোইবু কৈদৌ লাকঅম্বনেগে খণ্ড লাকপ্রা?" মীজাওনা হংলকই।

"কনানা খণ্ডজরুনো—লাকপ্রা লাক্তবরম্স্থ খণ্ডপোং নত্তে—সিফাইনা করিনা তাম্নরকপদা লোৎপস্থ ওইরম্বা রাই।" লুকমনীনা খুম্লকই।"

"হোয় মহুস্থ নাত্তে চায়।"

মতমহুদা পান লৈরিবা মুপাহুনা মীজাওদা হায়রকই—"তায় মীজাও চংসি লাকও, লাইণ্ডাং ফাবী ভাইহাকুং তকথংনরুসি।"

মখোয় অনি চৎখ্রে। মুপীমচা লৈশাবী মোনহাশিংমু চাবা থকপা লোইদুনা মহৈ মহৈ চঙনখ্রে। অহাঙবা মী লৈত্তবা তাঙ্গা অদুদা মুপা অমা থুনা চঙলক্লগা লুকমনীগা করি করিনো য়াগী থর শারি। লোইরগা কা মতুপ অমা লুকমনীনা লানবদু পায়রগা হংলকই—

"মীজাওগা তোঙ্গাও মনাই অসিগা স্বাইদা তোয়না লাকপরা ?"

"হন্দক মরকসি থর তোয়রি।"

"মীজাওসিবু নঙগা হায়া খঙনবরা ?"

"লৈশারিঙৈদগী খঙনরবনি।"

"উম।" মুপা অদু য়াথল তৌই।

"লুকমনীনা মখা তারকই—"

"তাদ থর থুনা থৈদোক্লবা তৌবিয়ু শোমদা থর মরাঙ মরাঙ তৌনরক্লি।"

তাঙ্গাসিদা সিফাই থর চঙলক্লুনা

"পান দে" হায়রে। লুকমনীনা পান খুদপ মরিথক তপ্লগা মখোয়দা পী। মখোয়না লুপা ময়েক অমা থাদরকই।

"সিদি চৎলোই" হায়দুনা লুকমনীনা লৌ হায়বা য়ায়মদে—"শেন চনি পীরকউ" হায়রম্মী।"

"ক্যা ক্যা"

য়া ফাওনরমদে। মুপা অদুনা

"লৌশিল্লু লুকমনি—মদু চৎনরক্লগদবনি।

সিফাই চৎখ্রে—মুপা অদুদা লুকমনীনা অমুকম্তু হায়খি—তাদ "খুৎলৈ থর থুবীয়ু ওনি নোংনিনিদৈ হেনবীয়ু।" □

* * *

১১ (২) শীংজমৈ মথক— মেগী অয়োইবা চয়োল—

লুকমাই পানবী লুকমনীগী য়াহু নীংশিং নীংশিং তোঞ্জাও মনাই, মীজাও মতুং থাপ্লপ্পা ইমহুনা নিপা অহু পরপ পরপ চংখৎলকখি। মখোয় অরাংপাংনা অশুম লাকপনা লোল্লাওবুং লাইরেম্বী মপা য়ৌরকপদা সঙ্গীন থেৎপা নোংমৈ পায়বা রাউণ্ড চংলিবা সিফাই কাওবু অমগা থেংনৈ। সিফাই মরক্তুদা য়াওরকপা কাছারগী খেলেন্দ্র সুবদারগা লাকমিন্নবা সাহেবকী মনাই মৈতৈ সিফাই অহুনা তোঞ্জাও মনাইহু কৌরকখি। মীজাও থনম্নগা তোঞ্জাও মনাইহু সিফাইহুগী মনাক্তা চণ্ডশিনখিহুনা চুরুট মচৈ অমমম লায়হুনা চন্না চন্না থর লোল্লপনা রারী শাখিবহু ভুংদা লাকখিবা মুপা অহুনা থাপুক্লা উখি। তোঞ্জাও মনাইহুনা হাইফেং নোক্তুনা শীংজমৈ থোকচোম লৈকায়-য়োমদা খুদোম্বী থিনখিবহু উবদগী মুপা অহু অমুক পম্নবা তৌদনা মখোয়বু হেন্দোক্তুনা পরপ পরপ চংখৎখি। মহাক থুম্নুথোং লাল্লগা রাংখৈ য়োংলান লম্বী তাখিহুনা কোংপান য়ৌরগা য়ুম অমদা চণ্ডখি। য়ুম অহুদা লৈরম্বা মুপা পাখং অমা উনরম্নগা অমুক হন্না থুম্নুথোংলোমদা শীংজমৈ মায়কৈ পাংখি।

মৈহুম মোরোক্লি। কোংপানগী পাখঙ পনবা তোদনা কাইনা য়ৌখি। কাইনাদগী লাম্মী অমনা কারোক লানশঙ য়ৌখি।

মুমিং অহুগী মুংদাংগী অনিশুবা য়ুথক্তা শগোলতোংবা খুৎলাই শুনা পায়রবা লাম্মী তরানিথোই য়াইরিপোক লম্বীদা খুরূপ থৌরকখি। অপনবা লৈতনা য়াইরিবোক থোং লান্দুনা অংথা কাইনা থনয়োক শম্নরোক শমহুনা নোংঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা ইরিনবুং লানথ্রে উচেকোন য়ৌবদা নোং ঙাল্লে। লাই মোরিবগী লাইকোন উমংদা চেক ম্রোক লাওদনা লৈহুনা চান-থরুবা শীল্লাংলি। লুচিংবগী য়াথংদগী মখোয়লক্তগী অমা লাম্মীগী পোষাক লোথোক্তুনা খুদৈ অমা শেং খুদৈ অমা কোয়েৎ য়েৎ ভোবোং অমা ইন্দুনা শীংজমৈ অমা ঈরাং য়েংবা হাইগৎলক্লি। কোংবা কৈথেন য়ৌবদা সঙ্গীন থেৎলবা নোংমৈ চীন্দোন লুক্তা ভেংথন্দা খুদোম্বী থম্না তৈরায়ীদা লৈবা

সিকাই কাণ্ডবু কাণ্ডবু কোংবদগী শীংজমৈ য়োবা লবীগী লমতুপ লমতুপ্তা লৈরম্মী। সিকাই কাণ্ডবু অমনা মখোয়গী অফিসার খেলেন্দ্রনা লুচিংহুনা লবীগী মাক য়েত্তা লৈবা য়ুমশিংদা চঙ চঙহুনা হংলি থিরি হায়ি। কিম্নবা খুজাশিং মুপী অঙাং অহল মুপা মুপী তুমিন তুমিন তঙক তঙক য়েং লৈরি। মুপা অহ থাংজম লৈকায়রোমদা চংখিহুনা থুমুখোং তাগ্রে।

শীংজমৈদগী মোইরাংখোম তাবা লবীসু থুয়ক হাণ্ডনা খুংলাই পায়বা সিকাই কাণ্ডবু কাণ্ডবু কোয়চং চং মকম মকমদা শক্তি তৌহুনা লৈরম্মী। মুপা অহ অপনবা লৈতনা থুনা চংখিহুনা লুকমাইপানবী লুকমনীগী য়ুমদা চঙহুনা মাবু উনয়রগা মুলগী অমাং থংবা লৈয়ত্তা হাইজিনখি। য়ুমলোন অমা অনি কাণ্ডগা মী উত্রিভেদা যঘন লিংশিনখিহুনা দেবানগী য়ুম য়োথি।

কমুংদা চেপ্তুনা লৈরিবা যুবরাজ লাইহৌ থায়কপদা উয়ে কম্মাংদা কয়বা হাজারী মনাই শাজৌ। শাজৌনা খুরুম্মী।

"শাজৌ! করম লাকই—ফিরিঙ্গী সিকাইনা লাঙ্গোই চনপ্রবা মকমসিদা। মকমসিদা কয়িগী লাকইবনো?"

"অমা! মনাই হাজারীনা ওসিমক মকমসিদৈ থৈদোক্নবা হন্দংলকই।"

"মহ ওইখোক্লরোই শাজৌ! ঐগীদমক অমুক থম্লুরম্নু হায়রু।"

"অজা! নমাই হাজারীগা লোয়ননা ঐখোয় ১২ মক খুংলাই তুনা পায়হুনা ইম্ফাল য়োয়ক্লে! ওসি মুংদাং অথেঙবদা য়াথ্বাবু লৌবা লাকনি হন্দংলু হায়হুনা হাজারীনা ননাই ঐবু থারক্লিবনি।"

"ঐগী ফিভমসিদা হৌজিক নখোয়গা লোয়নবা নখোয় পূবা অয়াবা ভাগদি। তৌগদবা থোরম পূবা হাজারীদা লোইনা শিন্নখবনি। চথলো শাজৌ হাজারীদা ভম্বু—মরৈবাক নীংবা মরৈবাকী নীংতম লান্দা মথরাই কৎলবা অমত্তা অরেপ্পা মরম চাবদা থবায় মাঙহল্লীগে। নীংতম লানগী মরৈবাক নীংবা মচাশিংনা তৌগদবা থবক মাত্রা লৈরি। রাজনৈতিক নীং-নীংতমজনা নীংতম্বা ওইরোই। সর্বনৈতিক নীংতম্বা লেৎপা চানা থীগায় তাঙবা পূরকপা তৌগদবা থোরম পূবা মতেঙনা লোইনা শিন্নখবনি।

হৌজিকী ঐগী ফিভমসিদা ইরৈবাকীদমক ঐনা করি তৌবা ঙমগনি। ঐগা লোয়নরগা মরৈবাক নীংবা কয়াগী থরাই মাঙনীংঙাইনি। হৌজিক ইরৈবাকীদমক ঐনা তৌবা ঙমগদবা অমত্তংদি লৈরি নঙনা ইত্তেং পাংবীরবদি।

"ভাকপীয়ু অজ্জা"

"নঙনা নত্রগা নখোইলক্লগী কনানো অমনা চত্থুনা সাহেবশিংদা ঐগী লৈফম ভাকউবা, ঐবু ফাহনবা অহুগা ঐবু ফাবদা পীনি হায়না লাওথোকখিবা মনা শেল অছুনা মরৈবাক নীংবশিংগী নীংতম লানগী লাম্মীশিংগী থুদু খুংলাই লৈবা—মসিমত্তং পাঙথোক্লবা নঙনা হৌজিকমক তৌ।"

"অজ্জা ভাকপীরিবা রাহু পূমওন ওয়রে। য়াথ্বা য়াওদবা ঐখোয় হিনাও শাবা য়াওদবা হিনি—ঈয়াযদা ঈয়াক্লরগনি। মহুমা ভাকপীগনু. তৌজবা শুকঙম ঙমজরোই। ঙসি অহিং অথেঙবদা শোয়দনা ঐখোয় য়োৗরকনি—খৈদোক্লবা তৌসি অজ্জা।"

"নত্তে শাজো, মহু ওইথোক্লরোই। ফিরিদী লাম্মীনা লাজোই চন্নবা ঐনি—ঙসি নত্রসু নোং নিনিতা ঙায়রে—মতম থজিক্লগী রানি—ঐবু ফাব্রদোবা। ঐনা হায়রিবসি নখোয়না তৌত্রবদি ঐনা লৈরিবা য়ুমগী য়ুমু দেরানবু তৌহনগনি—থরদং কায়জনবা ঐনা মখোয়দা ওৎ-নৈবসিগী লমন শিংবা ওইনা। ঐগীদমক রাক্লবসু শাজো—হাজারীদা ভম্মু নখোয় নীংতমদমক নীংতম লাম্মী অমত্তং সনা লৈবাক অসিদা লৈরিঙৈমখৈ ঐ হিংলি হায়না থল্লিবনি।"

"নত্তে অজ্জা! ননাই হাজারীনা হজচ্চবসে য়াবিয়ু। ঐখোয় অহিং অথেংবদা শোয়দনা য়োজরকনি—ঐ চচ্চরে" হায়রগা থুক্লরগা থোকখরে।

হুমিং অহুগী হুংদাংরাই হুমিংনা নোংচুপ চীংজোন্দা ঙাইহাক লেপ্লুনা মৈত্রবাকপু হন্না যেংলকপা মতমদা উথি—থেনেত্র মুবদায়না লুচিংবা সিকাই পল্টন অমনা দেবানগী য়ুম কোয়শিনপ্রে। সিকাইশিংহুনা লাও-থোংহুনা ইমুজো চত্তলকপমক্তদা লাইহৌ থাবগী জ্ঞান ভারকপদা ত্যয়রিবা টিকেন্দ্রজিৎ যুবরাজ থেনেত্র যুবদায়না কাপ্রে। রাণী হকশেনবা মবুঙো কয়া হোৎনবদা

মতীম্না মথুক্তা লেংহনা লেম্নানগী থোংজিন্দা শিহৌরে—সিকাই অমদি শাথিনা শোকখি, কারবা টিকেন্দ্রজিৎ মখোংনা মাইল তরুক কংলা তান্না থ্বাইগী মাঙদা পুখি। কোয়রেং যুবরাজ কারে হায়না লৈবাক হন্নাহনখি। কোয়রৌহনবন্দু মণিপুরগী অয়োইবা নীংতম মাঙখিবগী অরাবা পাও পুহনা মমুম চন্তখি।

হুমিং অসিমকী সন্ধ্যা হক মুক মতমদা যজেন থোং মনাক্তা সয়কারদা পাও পীরবগী মনা শেল য়েন্নরিঙৈ থঙহৌদনা শকথঙদবা থুংলাই পায়বা মরি মঙা চঙশিন্নকুনা শেল অহু মুন্দুনা পুখ্রে—শেল পায়রম্বা তোঙাও মনাই অহুগী থুক্তু থাংনা য়ান্নম্মে। মখোয় লাও লাওহনা পল্টন মপুংদা চেনশিনখি। তোঙাও বড়সাহেব অনিমক্তা ভান্নুই। বড়সাহেবনা সিকাই পল্টন অমা থাদোকুনা থিখি তান্নখি—থোইনা কান্নখিদে তোঙাও মনাই অনিহু সিফাইগী অনা লায়েংশংদা পুশিন্দুনা হিদাক লাংথক তৌখিখি লায়েংখিখি। তোঙাও মশামক হুংশা থিখি অহুবু মুঙাইবা অপেনবা অমসু পোকখি মথন্তা শোনখি—"নঙবুদি ফান্নেদনা লাইনীংথৌ ইবুঙো পেনবীয়ো ননাইনা লমন থুমজন্নবনি।" □

ইং ১৮৯১ গী অকোনবা শরুক—সনা কোয়ুং কংলা—

বুড় সাহেবকী য়াথং মতুং ইয়া ভোজাও অমদি খেলেন্দ্র জুবরাজনা শীন্দুনা মথংগী মুমিত্তা লৈকাই মরিমক্তগী মী ৩০০ খোমগত্নুনা সনা কোয়ুংদা থবক শুহল্লি—সনা কোয়ুংগী লম শেংদোকই সাহেবশিংগী য়ুম শাবনচিংবা থবক কয়া নমত্নুনা শিজিন্নরম্মী। পানাগী থবক শুবা মী চাওরকসু জুন থাদগী কৈথেল মানবীদা থবক শুবা--থিবোমৈ তম্মা লম্বী শেম্বদা শিজিন্নৈ।

অমুম্না লৈকাই মরীগী মী চহুম কংলাদা থবক শুবশিংবু পোখাবা নাইদনা থবক শুহল্লম্মী। থবক শুবদা য়াত্নুনা ঙাইহাক্তং লেপ্পুবদা সিকাই শক্রিশিংনা থিনা থিনা ঙাংলম্মী চৈরম্মী অমদি সরদার হাবিলদার অত্নুনা মথুত্তা পাম্বরিবা লীচৈ অত্নুনা ফুবনে চৈবনে ভৌরম্মী। অমুম্না ইকাইবা পীবা ফু চৈবা পুম্বা থাওখি। "ইরৈবাক্তা নিংথৌ পাত্রবনিনা ঐথোয়বু ওংপীরবনিকো" হায়ত্নুনা ময়ুম ময়ুম হল্লকপদা মথম্নাই শোক্না য়ায়ী শানরম্মী।

পাও অসি তাবদগী হাজারী অমসুং মাগা লোইনবা অথৌবা তম্নানিথোই অহিং অমা ইম্ফাল কায়ক্নুনা মহাবলী উমংদা শগোল অমদি খুজু খুংলাই লোংলম্মগা থবক শুবা মীগী ফীজোন শেত্নুনা চুরী অমমম ফিম্নুংদা ফুম্নগা থবক শুবা মীয়ামলক্তা য়াওরম্মী অত্নুগা য়ায়ী শাবা ওইনা থবক শুরিবা মীশিংদা—"মীথা পোনব। হায়বসে সিনিদো—হেক তাঙ্গা চাবদা লমন খুমত্নুনা ইনিংঙবা ঙাকদবনি" হেক হেক হায়রম্মী। মতমত্নুদা হাবিবিলদার সর্দারত্নুনা লাওরকখি—"কয়িগী য়ায়ী শায়ী—থবক শু" হায়না হায়না চওশিন্নত্নুনা হাজারীদা লীচৈ অত্নু হাইথম্নরুম্মী। মতম অত্নুদা হাজারীমা লীচৈত্নু তাপ কায়গা থংচিং চিংবদা কুথরকপা হাবিলদার সরদার অত্নু চেপচিং চিংত্নুনা লৈমায়দা মমায় হদোকপমথৈ মমায় শীংঙ্গা থাদরম্মী। তাঙ্গা অসিদা হাজারীগী মী অতৈ অত্নুনা ফুরেন মথাক্লোমদা শক্রি তৌরিবা

নোংমৈ পাম্নবা সিফাই ভয়াদগী নোংমৈ মুন্নগা মবুক্তা ছুরীনা থিন্দুনা হাৎলগা নোংমৈ পুত্নুনা ইম্ফাল তুরেল খোঙলুংদা মহুবলী উমং অমা চংখি। হাবিলদার অহু ময়ায় শীন্নুনা তাবা অহুদা পেপ্নি হায়না লাওনরিঙৈ অমদি সিফাইশিং হাৎলম্বহুদা ময়াম ময়াং ময়াং তৌনরিঙৈদা হাজারীম্নু তোর্ব্বাম লোমদা চংখিহুনা যনজেম্বোং য়ৌখ্রে।

মতম অহুদা সনাকোন্নুংদা খোক্লীবা ঈন্নাং খত্রিবা শিংজমৈ সাপম লৈকায়দা কোয়রম্বগী গুণ্ডাইবা ঈন্নাং অমদা আওম্রাজনা খন্না হাওবম লৈকাই তোর্ব্বান লোমদা শগোল তোংহুনা লাকপা বড়সাহেব কোক হেক থেঙন-রুরে। খন্ন থুন্নপ লাকপহুদা বড় সাহেব উন্নগা সলাম তৌনৈ হায়বহু হেক কাওখোম্নুরে—খোইদোক্লা লমন খুমসিন্না হায়নহুম খন্নুরে। অঙাহুদা বড় সাহেবনা মা উন্নগা সলাম তৌদে হায়হুনা শগোল শাঙৈহুনা লামহুনা ফুন্নক্লম্মী। হাজারী খুংলৈ থুনা ফুখন্নক্লীবা শগোল শাঙৈ অপ কারগা খংচিং চিংবদা বড়সাহেব শগোল থক্তগী বোপ লাওনা তারক্লম্মী। বড়সাহেব ফুক হৌগহুনা হাজারী কাগে হায়হুনা হোংচিন্নক্লম্মী। হাজারীনা বড়সাহেবপু নিংগোংনা লংখন্নম্নপা তুক্লেললোমদা হোংথখিহুনা মহাবলী উমংজোম্নদা চেনশিনথ্রে। বড়সাহেবনা মাগী মকুং থাপতক ইন্নরকপা সিফাই অনিহুদা চেনখিবা মাহু কাহুনা পুরকউ হায়রম্নগা কংলা কোম্নুংজোমদা পন্নপ পন্নপ থৌখি।

খিন্দনা সিফাই পল্টন অনি থাদোয়ক্লুনা মহাবলী কোম্নশিনখি, থিখি। অহুবু হাজারী অমম্নুং মাগী কাংবু অহু অমা ফাওবা থিবা ৰংখিদে। মখোম্নবু খিব, হুম্নদা ময়াল লৈজদবা প্রজা কয়া সিফাইগী মীওং মীনৈ নংখি। মহাবলী উমংদা লৈবা য়োং ফাওবা চৈনা কংখি। ☐

১৮৯১ - অরোইবা তংথাই—

জুয় ওইরবা ব্রিটিশ লান্মীনা মণিপুর কোম্নুং কংলা লৌশিল্লবা তুংদা মণিপুর লৈবাকপু খুত্থম চেংনা পায়খৎলকখি। অহানবদা লন্ডন খুন্দগী অকনবা য়াশকা লোয়ননা মৈতৈগী থৌনাগী নীংতম্লগী মরু ওইবা শক্তম কংলাশা নোংমৈ ছিদাক চন্দুনা কাপ্পখায়খি। মৈতৈগী থৌম্নগী ওইবা নিংথৌগী ইরাং-থৌনি তৌকম কংলা গুরুং ফুনজিল্লি. খাংজেংগী নুং ফুক্তোকই। মৈতৈ নিংথৌগী পাঙ্গলগী শক্তম কংলাগী চেকপন কাপথাইরে কোম্নুংদা লৈরম্বা তোপ নোংমৈনচিংবা খুংলাই পুম্বা থুদেক্তুন থমগ্রে। অদুগী মথংদা মণিপুরগী নীংতম্বা ডাক্লবা ব্রিটিশ সরকারগী মাথোক্তা লেপখিবা কমাবু ফাদুনা বন্দি তৌই. কাসি তৌদুনা হাংপনচিংবা অকনবা চৈয়াক মথং মথং চথরকই। অদুবু মদুনা মনীং তম্বগী হনবা লৈতনা য়েক্লবা মাযয়োং য়ায়ক্লবা মৈতৈ জাতিবু লাকশিনবা ওইথোক্লোই থনবদগী মখোয়গী ততুনা শিজিন্নবা পোলিসি—কেরোট এণ্ড ষ্টিক - থেম্বা অমম্নুং কিহনবা হায়ব' থৌশিল অদু পায়খৎপা হৌখি

এপ্রিলগী তাং ২৬ কী নুমিদাংয়াইরম কংলা কোম্নুং মনুংদা নোংমৈ ছিদাক পোকখায়দুনা য়ু.ন ভগ্নামুক হেম্না চাক্লকপদা ব্রিটিশনা কংলা পায়গ্রে থন্দুনা লৈকাই মরিমক কায়দুনা ময়ুম মকৈ হন্দোক্তুনা চেম্নখি। সাহেবকী লাম্মীনা কংলা সন' কোম্নুং লৌথ্রবা তুংদা গোরা পল্টনগী লিকাই মনাম কুমদুনা লৈকাই মরিমক থি-হুমদুনা কুরুপ তৌই ফৌ-চেং কৈট খুদৌংদগী খোমগত্তুনা পল্টন মনুংদা থম্মী, অদুগা শা মন শগোল শামু ইরোইনচিংবা পুম্না খোমগংলগা কোম্থোক্তম য়ুম্ফমদা থম্লগা নিংথৌগী শা মন পুম্নগা লোয়ননা নিলাম তৌদুনা য়োথোকই। কুলচন্দ্র মহারাজ, টিকেন্দ্রজিৎ

যুবরাজ, থঙ্গাল জেনেরেলনচিংবা ফাত্নুনা বিচার তৌত্নুনা বন্দি থম্লা, জিলা খারিজ তৌবা, কাসি তৌত্নুন' হাংলবদা লমন খুম্বগী থবক লোইরে অমদি কিহনবগী থবক ফন য়াম্না' মপুং ফারে অদুগা লৈকায় মরিগী মী খোমগত্নুনা নমহন্না থবক শিজিন্নবা, মথংদা পানা মরিগী কৈই কুকপ তৌবা, কৌ-চেং লোইনা খোমগংপা, মৈতৈ অওবা পুম্বগী খুজু খুংদাই খোমগংত্নুনা থুদেকপা, সাহেবশিং লৈনবা য়ুম শাবা, মৈতৈশিংনা মৈ থাদোকপিবা রেসিডেন্সি অমুক শাহনবা, পানা মরিদগী মী খোমগংত্নুনা সপর মৈনাদা থবক তৌহনবা, থিবোমৈ তাবা লম্বী শেমহনবা অমদি সিফাইগী পোং হোন্নবা পুম্বা শিনা কিহনবা মপুং ফারে—লান চেন্নুবা হল্লকপা লৈকাই মরিগী মৈতৈ থরনা বড়সাহেবনা নিংথৌ ওইরে হায়হনা চেং য়াম্না কংলবা সুমিংত্নুদগী কেবোট পীজবা হায়বদি থেম্বা হোরে।

বড়সাহেবনা হুকুম তৌই—"মৈতৈ নংথাইবু কিগন্নু করিস্নু তৌরোই। থা অমা হেন্না মুংলুরবা কৈথেন কারো নহুম নম্বুমদা হুজিল্লো করিস্নু তৌ-রোই" হায়না থেমই।

অসুম্না মাইবশংগী পণ্ডিতপু কৌথংত্নুনা চৈথারোল কুম্বাবা কোল্লুংদা পুথংহন্দুনা অমুক ইবা হৌহল্লি। শ্রীশ্রীগোবিন্দগী সেবা কায়দনবা কাং চিংহল্লে। সাহেবকী মীচঙ চঙবা মৈতৈ থর ফম পীত্নুনা থবক তৌহল্লি। মোইরাং নিংথৌগী মচা স্নাহোংববু মোইরাং নিংথৌ হাপ্পী—মোইরাং তোঙ্গাওবু সরকারগী কবোরমগী থবক তৌহল্লি। মৈতৈগী হিয়াং লমজেন-নচিংবা কুম্মৈস্নু লোইনা তৌহল্লি

অসুম্না ব্রিটিশ লৈঙাক মপুগী অফিসার কোলনেল মেক্সরেলনা চিফ পোলিটিকেল অফিসার, মৈতৈনা বড় সাহেব হায়বহ্ন ওইত্নুনা ব্রিটিশ সর-কারগী য়াথং মত্নং ইন্না মখোয়না লোই চল্লবা মণিপুর মপুং ফান' মখোয়গী মথুং চন্নবা অকনবা নিয়ম চলাইত্নুনা মরৈবাক নীংবশিংবু লমহেনবা কৌত্নুনা মখোয়বু য়াররুবা অকনবা চৈরাক পায়খংল্লে। অসিগা লোয়ন লোয়নদা জেলবা ওইরদা প্রজাশিং মবুক নেমথহন্নবা থবক কয়ামরজহ্ন পায়খংথি।

মতম অদুদা ভারতকী গবর্নর জেনেরেল অমসুং ভাইসরোই ওইরিবা লোর্ড লেন্সডনগী কাউনসিলগী মীটিং অমদা মণিপুরদা করম্বা মওংগী সাসন থমগদগে হায়রবগী মতাংদা য়াম্না কুপ্না খন্নরম্মী।

ভাইসরোইগী সেক্রেটারীনা আসামগী চিক কমিসনরনা পীরকপা প্রস্তাব অদু পায়রকই।"

"সার. মণিপুর হৌজিক ঐখোয়না খুতুম চল্লে। লৈবাক কাংখোং চাইরবদু থম নেমথরক্লে। হৌজিক মণিপুরগী সাসন করম্বা মওংদা তৌগদগে হায়রবগী মতাওদা মণিপুরদা হৌজিক হৌজিক হুকথেংননা সাসনগী থবক পাররিবা আর্মী অফিসার অমসুং মণিপুরগী লান্দা অকনবা শরুক য়াখিবা জেনেরেল গ্রাহাম অমসুং জেনেরেল কোলেটকী মোং মতুং ইম্না মণিপুর হৌজিক ব্রিটিশ ইণ্ডিয়াগী জিলা অমা ওইনা কলেক্টর অমগী মখাদা থমগদবনি। লমহেনবা মণিপুর নিংথৌমচাশিংদা মপা মপুগী গাদি অমুক হন্না পীরোইদবনি। মণিপুর অপিকপা লৈবাক্নি আসামগী জিলা অমদগী হেন্না চাওবা নত্তে অদুনা জিলা অমা ওইহন্দুনা জিলাগী সাসন চলাইবনা হেন্না ফগনি। অদুম্না তৌরবদি মণিপুরগী নিংথৌমচা পুম্বা লাকশিন্দুনা থম্নগনি অদুগা ব্রিটিশ অফিসারবু হাংখিবগী লমন গুরুম্ব ওইগনি। অদুনা নিংথৌ পাকবগী সাসন মুথৎতুনা জিলা অমা ওইনা আসামগী চিক কমিসনগী মখাদা থম্বনা থাইদগী হেন্না ফগনি। প্রস্তাব অসি গবর্নর জেনেরেলনা য়াবিয়ু।"

য়া অসি তারবা তুংদা গবর্নর জেনেরেলনা মাগী কাউন্সিলগী মেম্বর খুদীংমক্তা মাগী মাগী মোং ফোংদোক্লবা হংখি

অহানবা কাউন্সিল মেম্বর অদু এঙলোফিলনি, ব্রিটিশ অফিসারবু হাংখিবা মণিপুর মতীক চানা লমন থুমগদবনি হায়রবসি কম্না থাজবনি।

"সার, ইম্নু মণিপুরদা অমুক মোনার্কী থম্বা পামজদে য়েক্লবা মণিপুর নিংথৌমচাশিংদা ঐখোয়না জয় তৌরবা লৈবাক অমুক শিন্নবা চুমত্রে থল্লি। লমহেনবা মণিপুরী মচাশিং চাওরবা ব্রিটিশ সরকারগী লাগী থাজিন্দুনা মতীক চানা য়ায়কদবনি। ব্রিটিশ অফিসারবু হাংখিবা য়েক্লবা পুম্বা চমলা

ফাসি তৌহন্না হাংকদবনি। মখোয় পুন্বা মতক লৈংথংলকপা ওন্নকনবা মমু মৈথেক্কনবনি। সুনিং ভাকা নাইত্রবা চাওন্নবা সাম্রাজ্যগী মপীং মান্নবা লাপ্নীগী মথক্তা মখোয় খুজোক অমথক্কা করি তৌবা তমগনি। ব্রিটিশ অফিসার অমা হাংজুন্নবদি করম্না সমন শিংবগে হায়বসি চপচানা পাক্না তৌগদবনি। রাজা গম্ভীরসিংহগী মচা মচু পুন্বা লোইনা কৈথম্মশক্তা থম্মগদবনি, মরল মথুম মৎকদবনি। মখোয়গী মীচম্নসি লেপ্পা পুন্নমকপুন্ন চপ মান্নবা দণ্ডি পীগদবনি।

ঐখোয় ব্রিটিশনা হৌনিং তৌনা সাসন তৌগা মানবা ঐখোয়গী নিয়ম নিটি আইন মখোয় পুন্বা ইলহন্নবা মণিপুর ব্রিটিশ ইণ্ডিয়াগী জিল্লা অমা ওইনা কলেক্টর অমগী মথাদা থম্মহবা সাসন তৌগদবনি”

ভাইসরোইনা মখা হংলকই “সি ইন্-সিগীদি করি মোংনো?”

কনাগুর—ইন্দ-চিফ ওইরিবা ভারতকী ডিফেন্স সেক্রেটারীনা মাগী মোং পীরকই:—

“ভাইসরোই সার, থেংন্নিবা থৌথোক অভুদা ঐখোয় ব্রিটিশ অফিসার হাংখিবগী হায়রমদি আসামগী চিফ কমিসনরগী রাকম অসি মাগোইদবগী মরম লৈতে। অদুবু মণিপুর থোনোক অসিগী মমাঙদা ঐখোয়গী মরূপ ষ্টেটনি, মখক্ত করাদা ঐখোয়গী হায়তেং পাংখিবনি। মহারাজ গম্ভীর সিংহ নরসিংহ অমদি চন্দ্রকীর্ত্তিনা ঐখোয়গী সাম্রাজ্যবাদমক তৌরবা শীংথানিঙাই ওইবা কয়া লৈখি—মচু কাওবা চুম্লোই। অদুগী মথক্তা মতম কুইনা নিংথৌ পাক্কন্নবা মরীল লৈবা লেবাক্কী। লোংপোক ভারত্তা মণিপুরনা ঐখোয়গা থোংজোমদা থেনথিবা অম্নুনা অতৈ জাতি অমম্তনা তৌখিদে। লান অফিদা মখোয়গী থৌনা চাংদমনিঙাই লৈতবনি। মরম অদুনা লৈবাক অসিগী মরমদা মমুৎ তানা থক্কলবা মেজর জেনেরেল সার জেমস জোন্সটোন, মিসেস গ্রীমউড, মিঃ পেমরতন অমদি মিষ্টর হকসমচিংবগী মোং পুন্না ভারগা ব্রিটেনগী মহারানীগী মাখং মোৎনা তৌকদ থোকপা থক্ক পাম্নখংগনা কপনি থম্নি।”

গবর্নর জেনেরেলনা কমাণ্ডর-ইন-চিফনা হায়রিবা য়াফম্‌দু চুম্মী থক্লি। কোলাটোন সাহেব, মিসেস গ্রীমউদ কেপ্টন পেম্বরটন, অমদি মিঃ হুদসন-চিংবগী মোং লৌরবা মতুংদসু সিঃ-ইন-সিগী য়াম্ভু শোয়দনা চুম্মী থক্লি। অদুম ওইহনক মাগী মরুপ্পা ব্রিটিশ অফিসারশিংবু লফুৎ কাহনা হাংখিবদু ইকাও কাওদে। অদুনা সি-ইন সিগী সজেসন অমদি সার জেমস জোনষ্টোনচিংবগী মোং পুন্নদুগা লোয়ননা মহাক্লা মণিপুরবু নিংথৌ পানবা মুৎথংদুনা ব্রিটিশ ভারতকী জিলা অমা ওইহল্লগা কলেক্টর অমগী মথাদা থমদুনা আসামগী চিফ কমিসনরগী মিংয়েং মথাদা থম্বা সাসন য়াবেন পথাপ অদু রিকোমেণ্ড তৌদুনা রিপোর্ট পীখি

অদুবু মতম অদুগী গ্রেট ব্রিটেনগী মরু ওইবা রাজনৈতিক লুচিংবা অয়াম্বগী মোংতা থোইদোক্লা চহি ২০০০ হেন্না নিংথৌপানবা মনাংতম্বা লৈবাক ওইরক্লবা মণিপুর মশাগী নিংথৌ অমগী মথাদা থমত্রবদি লাক্লবা য়ারোই থণ্ডখি। অদুনা মখোয়না হায়বা ইনবা নিংথৌ অমা দরকারনি থনখি। অদুগুম্বা নিংথৌ অদু মখোয়না থিদুনা পুথোক্লগা মতাক চানা তম্বী-দুনা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইহল্লবতদা মৈতৈ প্রজাগী অনৌংবসু থুংহনগনি অদুগা ব্রিটিশ সরকারনা অপাম্বা অদুসু লায়না পাওথোকপা য়াগনি থণ্ডখি। অসিগা লোয়ন লোয়ননা নাকল অমদা কিহনবা অদুগা নাকল অমদনা শেম্প্রুম অমসুং ফমগী মিহৌবা পোকহন্দুনা মরু ওইবা মী থরসু ব্রিটিস সরকারবু শৌগৎহনবা দরকারনি থনখি।

মরম অদুনা মণিপুরগী য়াকম গবর্নর জেনেরেলনা থাঙংলকপদু গ্রেট ব্রিটেনগী মহারানীগী মাঙদা পুখৎলকপা মতমদা গ্রেট ব্রিটেনগী প্রধান মন্ত্রিনা মাগী কেবিনেটতা য়াম্না মুন্না থর্খি। ভাইসরোয়গী কাউন্সিলগী মোং উরবা তুংদা সার জেমস জোনষ্টোনচিংবগী মোং য়েংলম্মী।

জোনষ্টোনা হায়রম্মী—মণিপুর য়াম্না লিকবা মশাগী সভ্যতা লৈজবা লিংজেন পানবা লৈবাক্নী। থঙাল জেনেরেলবু ঐনা মুন্না থউই—মহাকমক্লা অসিগুম্বা মিহাৎকী থবক তৌরমগনি থাজদে। টিকেন্দ্রজিৎতি-বু লম

হেনবনি মৈতৈশিং বাই এও লার্জ য়ায়া কবা মশাগী ইকং নৈবা জাতিনি। মখোয়না ব্রিটিশ অফিসার চিফ কমিসনর কুইন্টন, কোলনেল স্কীনচিনবু হাংপদি অয়ানবা ময়ালনি মহুগী মতৌক চাবা দখিদি শীকম থোকই অহুবু মণিপুর দরবারনা মখোয়বু হাংপগী দখি পিখিবা অদি করিগীনো ঐখোয় খণ্ডদে - ময়াল নৈরম্বা বাই—ঐখোই মণিপুর দরবারগী য়াদি অমত্তসু থম্ব্রি। অমম্ ওইরে অমবু ওইরে চহি লীশিং অনি হেন্না নৈরক্লবা নিংথৌগী পাদিবু হেক মুৎথংপদি অশিংবা থৌরম ওইরোই। অহুগী মথক্তা হন্নকী থৌ.লাক অসিগী হেক মমাঙ কাওবদা চহি কন্না ঐখোইগী মরূপ ওইরকপা ঐখোয়গী মতেং পাংহুনতা চাকপা ছেট অবু করিগুম্বা অশাম্বা অমথকী-দমক নিংথৌগী পাদি মুৎথহুন' নিংথৌপানবা সাসন মুৎথংপদি চুমগনি নীংদে। রিজেন্ট কুলচন্দ্র সেনাপতী টিকেন্দ্রজিংনচিংববু মতৌক চাবা দখি শীরবসু ব্রিটিশ সরকারগা য়েংথিনদনা লাম্বিনদবা মণিপুর নিংথৌমচাগী থায়া অমবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্পুনা ব্রিটিশকী শক্তি মথাক্তা পালহুনবনা হেন্না ফগনি। মণিপুর প্রজাগী অংাঙসু মাশহুম্বনা ব্রিটিশ সরকায়নসু মপুংফানা কণ্ট্রোল তৌবা য়াবা সাসন ওইগনি নীংই ”

মিসেস গ্রীমউডনা হায়রম্বী:—শ্রি টিকেন্দ্রজিৎ য়ায়া থৌনা কবা জিংজেন নৈবা পুকচেল চাংবা নিংথৌ মচানি ঐগী ইপুরোইবা গ্রীমউড অমসুং অতৈ ব্রিটিশ ওফিসারশিং হাংপগী দাবি মহাক্তা ওইরবসু মি: গ্রীমউড হাংখিসদি শাওরবা মীয়ামগী অন্দোলন যোবননি। মীয়ামগী আন্দোলোন য়োব অহুসু মি: কুইন্টন অমসুং কোলনেল স্কীনগী অয়ানবা পোলিসি—মণিপুর পোংসতা চুংদাং দোহ্না লান্দাহুনা য়ুম মৈ থাবা মী হাংপা মীশিং শীনা থোকহনবা অমদি মণিপুর দরবারবু থৌওইদবা অমসুং য়াথল মুয়া-থল্লা মণিপুর নিংথৌবু ইকাইবা শীবা অমসুং ময়াল নৈরবা মণিপুরী-শিংবু হৌজ হৌজ উশিং-থওইদনা তৌরম্বা অমদি মি: গ্রীমউডকী এজাইস তাথিনমগীনি। চুপ্তা থওয়াইদনা পেলেলতা লান্দাহুনা অশি-অনা কয়া থোকহনখিবা অহুদা শাওরবা প্রজানা হৌরকপনি মহুকুসু থৌশানলনগী

গবর্নর জেনেরেলনা কমাণ্ডর-ইন-চিফনা হায়রিবা য়াকচু চুম্বী থম্বী। জোনস্টোন সাহেব, মিসেস গ্রীমউদ কেপ্টেন গেবরটন অমদি মিং হনসয়চিংবগী মোং লৌরবা মতুংদসু সি-ইন-সিগী য়াচু শোয়দনা চুম্বী থম্বি। অচুম ওইনমক মাগী মবুক্তা ব্রিটিশ অফিসারশিংবু নকুং কাচুনা হাংখিবচু ইকাও কাওবে। অচুনা সি-ইন-সিগী সজেসন অমদি সার জেমস জোনস্টোনচিংবগী মোং পুবচুগা লোয়ননা মহাক্তা মনিপুরবু নিংথৌ পানবা মুথক্তুনা ব্রিটিশ ভারতকী জিলা অমা ওইহনগা কলেক্টর অমগী মখাদা থমচুনা আসামগী চিফ কমিসনরগী মিংয়েং মখাদা থম্বা শাসন য়ারেন পথাপ অচু রিকোমেন্দ তৌচুনা রিপোর্ট পীখি।

অচুবু মতম অচুগী গ্রেট ব্রিটেনগী মরু ওইবা রাজনৈতিক লুচিংবা অয়াম্বগী মোংতা —থোইদোক্লা চহি ২০০০ হেন্না নিংথৌ পানবা মনীংতম্লা লৈবাক ওইরক্লবা, মনিপুর, মশাগী নিংথৌ অমগী মখাদা থমত্রবদি লাক্লবা য়ারোই থওখি অচুনা মথোয়না হায়বা ইনবা নিংথৌ অমা দরকাররনি থনখি। অচুগুম্বা নিংথৌ অচু মথোইনা থিচুনা পুংথোক্লগা মতীক চানা ভদীচুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইহল্লবতদা মৈতৈ প্রজাগী অনীংবসু থুং-হনগনি অচুগা ব্রিটিশ সরকারনা অপাম্বা অচুসু লায়না পাওথোকপা য়াগনি থওখি। অসিগা লোয়ন-লোয়ননা নাকল অমদা কিহনবা অচুগা নাকল অমদনা শেনথুম অমসুং কমগী মিহ্রোবা পোকহন্দুনা মরু ওইবা মী থরসু ব্রিটিশ সরকারবু শৌগৎহনবা দরকাররনি থনখি।

মরম অচুনা মনিপুরগী য়াকম গবর্নর জেনেরেলনা থাজংলকপচু গ্রেট ব্রিটেনগী মহারানীগী মাগুদা পুথংলকপা মতমদা গ্রেট ব্রিটেনগী প্রধান মন্ত্রিনা মাগী কেবিনেটতা য়ায়া মুন্না থম্নখি। ভাইসরোইগী কাউন্সিলগী মোং উরবা তুংদা সার জেমস জোনস্টোনচিংগী মোং রেংলম্মী।

জোনস্টোন হায়রম্মী— মনিপুর য়ায়া লিনবা মশাগী সত্যতা লৈজবা লিংজেল পানবা লৈবাক্নী। থঙ্গাল জেনেরেলবু ঐনা মুন্না থওই— মহাক-মক্লা অসিগুম্বা মিহাংকী থবক তৌরমগনি থাজদে। টিকেন্দ্রজিংতি থর

লম হেনবনি। মৈতৈশিং বাই এণ্ড লার্জ য়াম্না ফবা, মশাগী ইজ্জৎ লৈবা, জাতিনি। মখোয়না ব্রিটিশ অফিসার চিফ কমিসনর কুইণ্টন, কোলনেল স্কীন্নচিংববু হাৎপদি অয়ানবা ময়ালনি মহুগী মতীক চাবা দণ্ডিদি পীকম খোকই। অহুবু মনিপুর দরবারনা মখোয়বু হাৎপগী দণ্ড পীখিবা অসি ফরিদীনো ঐখোয় খণ্ডদে। ময়াল লৈরবা য়াই ঐখোয় মনিপুর দরবারগী য়াদি অমত্তম্ব থম্নত্রি। অমবু ওইরে অমবু ওইরে চহি লীশীং অনি হেন্না লৈরক্রবা নিংথৌগী গাদিবু হেক মুথংপদি অশিংবা থৌরম ওইরোই। অহুগী মথক্তা হুন্দকী থোদোক অসিগী হেক মমাঙ কাওবদ' চহি কয়া ঐখোয়গী মরুপ ওইরকপা ঐখোয়গী ইভেং পাংহনতা লাকপা। ষ্টেট অমবু করিগুম্বা অশোয়বা অমথকীনমক নিংথৌগী গাদি মুংথত্নুনা নিংথৌপানবা সাসন মুংথংপদি চুমগনি নীংদে। রিজেন্ট কুলচন্দ্র সেনাপতী টিকেন্দ্রজিৎনচিংববু মতীক চাব দণ্ড পীরবস্নু ব্রিটিশ সরকারগা য়েংথিনদবা লাম্বিনদবা মনিপুর নিংথৌমচাগী থারা অমবু মনিপুরগী নিংথৌ হাপ্তুনা ব্রিটিশকী শক্তি মথাদা পালহনবনা হেন্না ফগনি। মনিপুর প্রজাগী অপাম্বস্নু মাঙহন্দবা ব্রিটিশ সরকারনস্নু মপুংফানা কনট্রোল তৌবা য়াবা সাসন ওইগনি নীংই।

মিসেস গ্রীমউদনা হায়রম্মী—বির টিকেন্দ্রজিৎ য়াম্না থৌনা ফবা লিংজেল লৈবা পুকচেল চাওবা নিংথৌমচানি। ঐগী ইপুরোইবা গ্রীমউদ অমস্নুং অতৈ ব্রিটিশ অফিসারশিং হাৎপগী দাবি মহাক্না ওইরবস্নু মিঃ গ্রিমউদ হাৎখিবদি শাওরবা মীয়ামগী অন্দোলন মোবননি। মীয়ামগী অন্দোলন মোব অহুস্নু মিঃ কুইন্টন অমস্নুং কোলনেল স্কীনগী অয়ানবা পোসিসি—মনিপুর পেলেসতা হুংদাং লোম্না লান্দাহনা য়ুম মৈ থাবা মী হাৎপা মীশি মীনা থোকহল্লুবা অমদি মনিপুর দরবারবু থৌওইদবা অমস্নুং য়াথজ মুন্না থন্দনা মনিপুর নিংথৌবু ইকাইবা পীবা অমস্নুং মরীল লৈরবা মনিপুরীশিংবু হৌজ হৌজ উশিং-থৌওইদনা তৌরবা অমদি মিঃ গ্রীমউদকী এডভাইস ভাবিদ'দগনি। হুংদাংদা থওহৌদনা পেলেসতা লান্দাহনা অশি অনা কয়া থোকহনখিবা অহুদা শাওরবা প্রজানা হৌরকপনি—মহুবুম

খোশাকন্দবদগী অসিগুম্বা থোকহৈদবা থৌদোক থোকখিবনি। অদুগ অহম ওইনমক মনিপুরীশিংনা ব্রিটিশ সরকারগীদমক তৌখিবা পাংখিবা মতেং কাওথোককদে। অচুনা চহি লিশীং অনি হেন্না লৈরক্লবা নিংথৌগী গাদি মুংথংপদি মনিপুরীশিংগী য়াম্না মুক্তাইতনবা মরম ওইগনি।

মিঃ পেম্বরতন অমসুং মিঃ হডশন অনীমক্কসু চপ মান্নবা মোং কোক-দোকখি —"মশাগী ট্রেডিসন ওইনা চহি লীশীং অনি হেন্না নিংথৌপান্নবগী সাসন মথাদা লৈরক্লবা মনিপুর — মনিপুরীশিংনা পাম্বগী মায়োক্তা নিংথৌ পান্দবা সাসন ওনহনবা, নিংথৌ গাদি মুংথংপা অচুম্বা ওইগনি খন্দে।"

অতোম্না য়াম্না কৃপনা নৈনরবা তুংদা ব্রিটিশ কেবিনেটনা রায়েপ অসি লৌখি।

"ইং ১৮৯১ গী লানগী মমাঙদা মনিপুর ব্রিটীশ সরকারগী মরুপ ওইবা লৈবাক্নী। ব্রিটিশ সরকারগী লৈঙাক শন্দোকপা অমদি লৈতানা পান্নবা হোংনবদা মনিপুরগী নিংথৌ গম্ভীর সিংহ নরসিংহ অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তীনচিংবনা মতেঙ কয়া পাংখিবনি। চহি লীশীং অনি হেন্না নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইরক্লবা মনিপুর নিংথৌগী সাসন মথাদা লৈরক্লবা মনিপুরগী প্রজা মথোয়গী অপাম্বগী মায়োক্তা নিংথৌগী লৈঙাক সাসন নত্তবা থংহোং হোংবা অহোংবা সাসন অমনা ময়া তগ্গা পান্নবা হোংনবা য়াগনি।

অনিশুবদা নিংথৌ খুবমগীদমক অতংপা লৈতনা লাম্বীনরিবা মনিপুরগী নিংথৌমচা পুম্বনা মথোয় মশেল থংনবা য়াগ্নবা তোকুনা পুন্না অমত্তা ওইনা নিংথৌ খুত্তমগীদমক ব্রিটিশ সরকারগী মায়োক্তা লেপথ্রবদি সাসন তৌবা য়াগনি, মরাতপ্না লৈঙাক সাসন তৌবা লুগনি অমসুং মদু থিংনবা হোংন-বদা সরকারগী খরচ কা হেন্না তৌগনি।

অহুমশুবদা চহি লীশীং অনি হেন্না মনীং তম্লরুবা, মনীংতম্বা ঙাক্লবগী দমক অয়াগা তত্তনা লাম্বিনরক্লবা অয়ানা মরু কংনা মাঙহনগে হোংনরবা কাওবদা শুমখিত্রবা মথৌনা লৈরবা মৈতৈশিংগী নীংতম্বগী খুদম ওইরিবা

নিংথৌগী গাদি মুৎথৎলুবা খোই মতুমদা চৈনা থিনবগুম্না লৈতাক সাসন মণী লাতনবগী মরম ওইগনি।

মরিগুবদা খাইদগী কবা রাকমদি মৈতৈশিংনা পামজবা নিংথৌ অমু লৈহনবা অতুগা নিংথৌ অমু শিজিন্নদুনা ঐখোয়না পাম্বা সাসন চালাইবনি। অদুনা ঐখোয়গী পাওতাক তাগদবা ঐখোয়গা য়েক্লবা নিংথৌমচা অমবু থিরগা নিংথৌ হাপকদবনি। নিংথৌমচা অমু অতাংমচা চহি তরুক তরেংকী মতুংদা লৈগদবনি। মাবু ঐখোয়না পাম্বা মওংদা তম্বীরগা ঐখোর ব্রিটিশশিংনা, থনবা রাথল, তৌবা থবক মতৌ অমদি ব্রিটিশকী রাথলগোন পুম্বা মশাদা লৈগদবনি হায়বদি কুচু মান্নবরবনু মণিপুরগী নিংথৌ অমু ব্রিটিশ অমা ওইনা ব্রিটিশ সাম্রাজ্যগী য়ুম্বী অমা ওইহনগদবনি। অতুগা মাগী মপান্না ঐখোয়গী অনীংবা পুম্বা পাঙথোকদবনি।

অরোইবদা মশাগী নিংথৌমচা অমনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরবদি মণিপুরগীপ্রজা পুম্বা মানা হায়বা ইনগনি। মাগী মায়োক্তা লেপ্পা ব্রিটিশ সরকারগী মায়োক্তা লেপ্পনি অদুনা মণিপুরগী অতৈ নিংথৌমচা অমদি প্রজা মাগী মায়োক্তা লেপ্পা পুম্বা মানা নমথগনি। মদু পাঙথোক্লবা ঐখোয়না মাগী মতীক চাবা মতৌ পাংগনি।"

অমুম্না গ্রেট ব্রিটেনগী কেবিনেটনা রায়েপ অসি লৌরগা ইংলণ্ডগী প্রধান মন্ত্রিনা ভাইসরোইগী রা লৌত্রে। অমসুং মহারাণীগী অয়াবা লৌরগা ভাইসরোইদা হুকুম তৌথি :—

"মণিপুর নিংথৌ গম্ভীরসিংগী মচা-মতুশিংদি ব্রিটিশ সরকারগী মথক্তা লানশীংনরবনিনা ব্রিটিশকী য়েক্লবা ওইরে। অদুনা মাগী মচা মতু থারা নালা অমত্তা মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনবা য়াত্রে। মণিপুর হায়গুম্না নিংথৌ পানবা লৈবাক ওইদুনা মৈতৈ নিংথৌ অমনা সাসন চলাইগনি। ব্রিটিশকী মরূপ ওইবা ব্রিটিশকা য়েংথিনদবা মণিপুর নিংথৌ নরসিং মহারাজগী মচা-মতুশিংগী মরক্তগী চহি ৬/৭ কী অতাং অমা থিরগা থিম্দনা মাবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপকদবনি। অমুম্না মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্নবা অতাং

ওইরিবা নিংথৌমচা অহু মপুং কানা ট্রেনীং পীনবা আজমীরগী মেয়ো কলেজ ভারতকী নিংথৌ মচাশিংগী মহে তম্ফম স্কুল অসিদা থাগদবনি।" নিংথেমচা অঙাং অহু থিরগা রিপোর্ট তৌরকউ।

গ্রেট ব্রিটেনগী মহারাণীগী হুকুম ফংলবদা ভাইসরোই চেমসফোর্ডনা মণিপুর লৈঙাক সাসন চলাইরিবা বড়সাহেব মেক্সরেলদা নরসিংহ মহারাজগী মচা-মঙ অঙাং অমা পিনবা য়াথং পীরকই।

বড়সাহেব মেক্সরেলনা শরাংপণ্ডিত কৌথংলগা সনাপুয়া কাকুনা ব্রিটিশ সরকারনা পাম্লিবা অঙাং অহু থিরকই। সনা পুয়া কাকুনা য়েংবদা নরসিংহ মহারাজগী মচা ভূবন যুবরাজগী মচানুপা চাওবী য়াইমা মাই খুম্বীবা পোকপা মঙ চহি ৭/৮ তা ঙাইরিবা অঙাং চুরাচান্দবু খনখি।

ব্রিটিশ সরকারগী হুকুম মতুং ইন্না ইং ১৮৯১ গী সেপ্টেম্বর তাং ১৮ দা ভারতকী ভাইসরোই অমসুং গবর্নর জেনেরেলনা সনদ অমা পীতুনা চহি ৮ তা ওয়াররিবা চুরাচান্দবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপখি অহুগা নোংমৈ ১১ গী সলুট গনস্ন পীখি। চুরচান্দনা পীক্লিঙৈ অমসুং মেয়োকলেজদা লাইরিক তম্লিঙৈদা বড়সাহেব মেক্সরেলনা নিংথৌগী মহুৎ শিনবা ওইনা মণিপুরগী সাসন পুখি।

অমুক্তা মৈতৈ নিংথৌমচা অমবু মণিপুরগী নিংথৌ হাপ্লবনিনা কাংথোং চাইরম্বহু ঈংথরকুনা মণিপুরগী অয়াম্বা প্রজাগী লাঙতক্লবদি থর কোকলে। লোয়ন-লোয়ননা নীংতম্বগী লানগী ঈহৌদা অকনবা চৈকু অমা পীরে। মৈতৈগী নিংথৌ লৈরবদি ঐখোয়গী লৈবাক ঐখোয়না ঙাকচরবনি, মনীং তম্লবনি খঙবা ব্রিটিসকী আকিল খঙদবা মণিপুরী মৈতৈশিংগী মরক্তা কয়ানি। অহুনা হাজারীগী তুংইনবা নীংতম্বগী লানগী য়াশক লৌরবা কয়াগী মরক্তা য়াথল অসি পোকখি - "ঐখোইগী মণিপুর ইশাগী নিংথৌ পাম্লবদি—নরসিংহ ওইগে ওইয়ু কার্ত্তা ওইগে ওইয়ু—অম্মানি —ঐখোইগী নিংথৌ অমা লৈরে যবে মানা য়ায়েন থৌদা তৌরে মীরৈবাক মচা য়েক্লবনা য়ায়েন থৌদা তৌরে।" □

## ১৪

মঙময়সিদা—লাইশ্রম কোঞ্জিন :

খোংজোম লানগী মতুং চহি অমগী মনুংদা লুপ্রা ওইরবী থম্বাল অঙাং উনহনা মচা মুপা অমা পোকচরে। থা তরা হেন্না নাওপুবা অমদি অঙাং অহনা তাইবং মালঙ কাওরকপদা মমানা থাঙখিবা অরাবা পূম্বা মচাগী মায়থোং হেক উবদা পূমকাও কাওখি—মুংশা মপী নে তাখি—মোমোন নোকখি। অহবু থম্বালদি থংনবা মিকুপ্তা মপি ওয়ো-য়ো তানা হুংহিক্লনা কপখি। অমুক হন্না উরয়োইদবা মাগীদমক থম্লুবদা অগাবনা কুম্বংনৈ-মাইবী মায়োক্লবী অমদি অতৈ অতৈ অহল ওইরবী কয়ানা "ঈ নৌরিবী নহাক্না অহন্না কপকম্নু" হায়না পেম্বা থাম্লবা ফাও মাগী মিংকী পি থিংবা ঙম্নমদে ; অহবু মথংগী মিকুপ্তা মনাক্তা পুশিল্লক্লিবা মচা মুপাহু হেক উবদা মোমোন নোকচৈ। মচা মুপাগী মাইথোংদা মাগী মমি তাবা উবদা ঙমখৈ লৈতনা হন্নাওজে। মহাকমক্কী থনখি অথোবগী মচা অথোবা নীংতম লাম্মীগী মচা নীংতম লাম্মীনি।

থম্বালগী থম্মোইদা নীংতম্বগী রাথল মপান নাইদে—মঙোম্দা অচৌনা হায়রম্বা—"মীখা পোন্দুনা মীথোঙ হামহনা চহি চাম পুন্সিববুদি নীং-থা তন্না মিকুপ অমত্তা পুনশিনবনা হেন্না যে—" হায়বা রাহু মিকুপ অমা ফাওবা কাওবা ঙমদে। মহাক্না হায়রম্বা পূম্বা মঙোম্দদি মম্বনি লাইশোম্নি তোগদবা মথৌমক্লি। অহবু মাগী মাথং অমথক্তুংদি—"ইন্নরোই রায়োবিগু" হায়না মুমিং খুদিংগী অয়ুক কোয়োহনববু খুরুম্বদা অমদি মুংদাং সন্ধ্যা তুলসীপুংদা বৃন্দাদেবীদা ধূপ-থাওমৈ কংপদা অমদি সন্ধ্যা লাইনিংথৌ ধূপ-থাওমৈ কহুনা খুরুম্বদা তত্তনা হায়জখি নিজখি।

"ঐনা করম্বা অয়ানবা লমচং চংখিবনা মানা লানকমদগী মাব পাতুনা হন্নাত্রিম্বনো" হায়না হন্না হন্না মথন্তা হংজয়ম্মী। হায়কম থঙনবা থনকম

থোক্কবা, থনগুমগ্রবা, থগুবা গুমত্রবা মরালগীদমক মশা মথন্তবু মরাল শীজরম্মী অমম্বং অচীকপদা মথন্তা লৈবা মতমদা তুমিন তুম্নিন গুং গুং কপ্পম্মী। অদুবু মচা মুপাগী মোমোন নোকপা মায়থোং হেক উরুবদা অরাবা রাথল পুম্বা লোইনা হেক কাওখি হৌপ্রবা রা কয়া নীংশিংলকখি মপানা থোল্লবা মিং অদুমক থোল্লি মচা মুপাগী মমিং। অহিং কয়া থাবল করবা মাঙ্গোলদা গুমাং মচিদা অ.দি মুংখিল কয়া লৌবুক্তা লৌয়াং গুন্নিম্নবা মতমদা ইংথোল মচিদা ইংথোল গুরিভৈদা কয়ারক হম্না থম্নরগা থোনখিবা মিংনি। তরাই তরাইবা মিং নত্তে।

মুমিৎ খুদীং কাওবা লৈতে থম্বাল মপুরোইবগী লানগী কিজোল— কৈজোম কুরিং কোকয়েং থদাংচেং, খুংথাং থাংলাক -থুক্ত খুংলাই থাঙ চুলোই তা আরাম্বাই ভেন্দাং আরাম্বাই থম্না রাওরিবা—পুক্তা তৌই খুপ থাওমৈ কংলি অয়ুক মুংদাংদা থুরুম্মী--মতমচদা হেক হেক নীংশিংই লানকি শেংলবা মপুরোইবা—মমিত্তা হেক হেক উই—খোংজোম লান চংলমদাই শগোল ভোংথংলগা লৈশিন্দুনা য়েংলম্বা অরোইবা ওইনা উজহৌবা শকম।

চাওতোন্না শীন্দুনা থম্বালগী ইপান থাবা বম্থি পুক্তা চাওনা শোন্দুনা লোইশিনম্রে। মপুরোইবা হাজারীগী য়াথং চাওতোন মমানা থক কাওবা লৈতে। থম্বালগী অরাং অপা পুম্বা চাওতোন মমা মচানা য়েংশিল্লি লুপ্রা থম্বালগী অরাং-অপা মেনবা অমদি মথ.াই মুঙাইহন্নবা হোৎনবদা চাওতোন তোয়না তোয়না থম্বালগীদা চংলম্মী। অমুম্না থর চথোক চংশিন তৌবা থম্বালগা অত্তনা উনবা অদুদা থাইগী মিংয়েং চঙলকই। মীয়া ওাঙনবা পাম্নবা মদুনা মথৌ ওইবা কয়ানা লুখ্রা থম্বাল অমদি পাখঙ চাওতোনগী মরমদা মমিংমক্তা হেক উরবা, মনামক্তা হেক তারবগুম তাবনা শাগংশা মওং কয়া মুত্তক মুত্তক ওাঙনরকই। চাওতোনদি কৈগু খোশাদে। অদুবু থম্বালগীদি মীয়া মীশা থাঙবা অরাবগী মশক্তা থোইদোক্তা চাওতোন মমাকাও মাবু মিংয়েং অমা ওইনা য়েংবা হৌরকপদুদা নোংমা চাওতোন মমাদা থম্বালনা

হৌজোকথি লৈরিক্কী রা। মরক মরক্তা থম্বালনা লৌরিকপু কৌরুহনা মমুমলা পুরকই নোং কাদোকস্নু চাওভোনগা উনহল্লি।

লৈকাই মীরা-মীশা তারকপদা ওইদববুস্নু অওইবা ওইরবোই নীং-লক্লপা চাওতোন মমানা থম্বালগা তাম্নহনা পুম্নমক শীম্লগা লুহোং খোংদোং খীন্দনা পাওখোকপ্রে। লুহোং মতুং মওানি চাকৌবা লোইখিবদগী চাওভোন থম্বালগীদা চংপা থর লংপ্রে। মনা অমদি লৈরীক্লা মাগী মহুংতা চংথি। থম্বালস্নু মচা বিরেন শেম্নবদা হেন্না পুক্লীং চওথি। চাওতোনস্নু যুম পুবা ভম্নবা লৌউ শীংউবা অমদি অতৈ থবক থৌরম কম্বাদা থোইদোক্লা মপা হাজারীনা তাকপীরম্বা লম্বীদা মমায় ওনশিন্দুনা লৈপ্রে।

মতমগী খোওলৈ মতুং ইম্না নোংমা নোংমা হৌখিবগা লোয়ননা লুপ্রা থম্বাল চাওভোনগী মরমদা কেও কমহুনা ভাওনরম্বহু অওম অওম মমী শামপ্রে। মখোয় অনিগী মরমদা রারী শানরুবদগী কংলম্বা অপেনবা মুওাইবা অহু অমুক লৈখিপ্রে–ভাওনরম্মী পন্নরম্মী হায়বা অহুফাও কাওপ্রে। মমৈদা লৈরিক্কী মচানুপা নিমাই পোক্লবা তুংদদি করিগুম্বা অমকপা অমা কাওবা ভাওনবদি লায়রদনা নীংশিংবা কাওবা থোকখিপ্রে। চাওতোন লৈরিক থম্বাল মাগী মাগী পুন্সি লেম্নরক্রে মাগী মাগী অনীংবা রাখলগী লমজিং মতুং ইম্না। লুপ্রা থম্বাল যুম অমা পুবগী চান খক্লবা তানবগা লোয়ননা মচা বিরেনগী শেংন-ইম্নবা, লাইরিক লাইগু ভম্নবা অমদি মী অমা ওইনবা শেম্নবা মাইকৈদা পুক্লীং লুপপ্রে। লৈরিকস্নু অহু মওাই। মরক অসিদা তোম্বী পোক্লকপদগী নিমাইগী পুন্সিদা মথেল অমা ওইপ্রে।

থম্বালনা মপুম্নোইবগী মরুপ চাওভোনবু ইকায়খুম্নবা উংপা মম্নেং তাবা লৈতে। মচা মুপা বিরেনস্নু চাওতোনগী মচা নিমাই অমম্নুং মচন মুপী তোম্বী লোম্নমংমো শাম্নমিম্নে—যাম্না চাম্নে। অহুবু লুপ্রা থম্বালগী অরাংপা অমদি মাগী থম্মোইদা অহুম হকুম্না লৈপ্রে। নোংমা কাংদে থ্যাম তৌম্নিবা মুনি-গুম তুমিম্না মিকুপ থম্নদং লৈথিম্নবা মপুম্নোইববু নীংশীং নীংশীং গুং গুং কপই। মচা মুপা বিরেন উম্নল্তা মপি শং তৈথোক যোমোন লোক মচাবু খুংগিম্না কৌই—"বিরেন, ইমাগী বিরেন।"

নৌনা লুখ্রা ওইতৌরবী থম্বালগী পুন্সি অরাবা শংবাই মুতেইবা লাইতং হায়বছুনি। নামতা পানবা যুম্বাল, লুখ্রা কপচেংগীগী য়ুরোল অরাংগদী অরাংপা ওাক্তনি। শক ফজবী মপূং মরৈ কাগৎলক্লীবী খোন্সীং কায়ক্লীবী লুখ্রা ওইরবী মাগী পুন্সি খোংথাং থুদীং রাভাং থুদীং লৈকোক লৈকাইগী রায়েম ভাওবী মীরা ভাওনবনা মথৌ ওইবী কয়াগী অহুকী মুমাংগী মুংথিলগী লৈপুং মাকাবুংগী থম্বকম নৈনকম ভাওনকম মচাক্লী। মথোয়না চিবোন চিবোন ভাওনরকপদগী অসুম অসুম শন্দোরকুনা মথোইগী মুপা মুপাস্ম ভায়রক্লে। অদুদৈদি—মুংদাংরাইরম লৈপুং কম্বদা ভাওনরক্লে। অসুম্না লৈকাই শরা-ছরা ভাওনরকপদগী লৈকাই লাম্না, নরুবা থুন অমা অনি কাওবা শন্দোরকই। থম্বালবু কল্লকপা আশাকাসু তৌরুবা নীংবদি কায়ং মবা কনাগুম্বনা শিগুম্বা পাওসি থয় হেম্না থৱায় য়াওনা শরা ছম্না শন্দোকই।

থম্বালগী মরমদা ভাওনবসি মরু ওইনা—"লুখ্রা ওইরবী মানা মুপা পাখঙ উরগা মমিং মনা তথক তথকই।"

"মুপী মমাম্নবীশিংগা রাবী রাতাই শাবদবু কা হেম্না নোক খেরদনা ঈরাও হেক লাওডনা?

পাখঙ লৈশা মরক্ত হেক য়াওরদনা রাবী রাতাই শানবদা মাগী থুংনোক থাইগা মান্নদে কা অমা হেল্লি। ইরাং পুই।"

মথংদা মফম থরদনা অওম্না ভাওনৈ—

"মুপা অতুগা ভোমনা চংমিম্নে।"

"লৌরাং তুরুবা হন্নকপদা মখোয় অনি তুংদা লৈথহোই।" সিমনু নোংশিন্নি—

"মুপা অহুদা নখে মাগা চংমিন্নবা মুপা অহুমুনি।"

"নহান্দি মখোয় অনি লৈরক অথুবা অহুদা উরম্মী।"

অসুম্না অসুম অসুম মথং মথং হাপকংলকপনা "নহান্দি মুপা অহু অহিংদা থবালখোইদা লৈহৌই।"

"চাক খোংহুনা চামিয়ৈ।"

"মুপা অতুদি অহিংসু লেক্রমাল্লেদা।"

"মাগী ফমুংদা হিপাহৌবত্তুবু মুপা অতু নত্রা।"

"ওরাং অয়ুক অশুনবদা মুপা অতু থম্বালখোম্বগী মদগী থোরকপা উই।"

"হেরা ! মতুদি হাজারীগী মনাই শিফাইনা কোয়ত্তান তাম্লবত্নিদা।" মতম অতুগী মৈতৈ সমাজদা হিন্দু গৌরিয়া ধর্ম লম য়োনা থাজবা চংনবা মতমনি। ভারতকী মফম অতৈদা সতী মৈ থাবা থিংবা লুপ্রা লুহোংবগী অন্দোলন কন্না তৌববা মতমসিদা মণিপুরদদি লৈনা লুহোংবা, লুপ্রাবু সমাজগী অকনবা মিংয়েং চঙবা মতম ফনা চংনবা হৌবকপা মতাংনি। অতুনা লুপ্রাবু ওইববদি নহা ওইরবসু লোক খেবা য়াদে, চান্দান অমুবা খিনগদবনি। উরিক নত্তনা সনাগী লীক শিবা লৈক্লে। ফনেক ময়েক নাইবা শেংপা, মচু মচুগী ফি ইনবা য়াদে পুংগী ফনেক ইন্নফি আওবা ইনবা শেংপা চংনবীনি। মশিগী য়াংবা লান্না থিক্তু হোংলকুবা মযামগী মীনোক চঙফমনি থীনা ভাঙনফমনি। থবক শুবা চংবা ফাওবা নহা ওইবা মুপা লোয়নবা য়াদে। অসুম্না সমাজগী চংনবী ভাক্লনা হোংনবসি মুপাবুদি মুপীনা হেন্না চেকশিল্লি। অমনা সমাজগী মনংদা লৈরিবা মুপীশিং অতুংক্না "মশা নহানি লোকচসনু কৈদৌগে" থক হায়দে।

থম্বাল চহি ১৮ শুরকপদা লুপ্রা ওইহৌরবনি মচা বিরেন পোকপা মত্তংদা চহি ১৯ শুদি, মপান্নবী কপা মপোনগী হনবী কয়া হৌজিক কাওবা লৈশারী চহি ২০ দগী ৩০ ফাওবা মুপীগী খ্বাইদগী হেন্না মপুং কাগৎলকপা খোম্মীৎ কানা ফজরকপা রাখলসু মপুং ফারকপা তাঞ্জানি ইনখৎলকপগী লময়োৗবী মতাঙনি। অসিগুম্বা মতমসিদা মচা অমা লৈরবী লুপ্রা থম্বাল হীরম খুদীংদা অম্নাবা মুঙাইতবা অখিংবা কয়া থেংনবা তারম্মী। লাঙবা খেবা ময়েক্লাইবা ফিগে লৈনা লৈনা শেংপা য়াত্রবা, সনাগী লীক পয়েং নাইন লৈনা লৈনা শিবা চিনবা য়াত্রবা; সিন্দুরগী বিন্দু নম্বদি

লায়রক্তনা চন্দ্রান ফাওবা অমুবা থিনবা তারবা নহা মুপী থম্বালনি। সনাগী লৈ নায়ানবী অমকা অত্তুক শিরুবা চিন্নবা চন্দ্রান অঙৌবকা নোংফাদোক থিনবা থেংনরুরবা মমিং বয়ানি ভাওনবীগনি ওক্কবী ওইরে ঈরাং পান্নে। অসিগুম্না সনাজগী মীকোক কয়াগী-মক্কু লৈরি লুথ্রা থম্বাল।

মহাক মশা নাহানী মুপী ওইবগী ঈনথংলকপগী লম য়োনা মপূংফানা ফজবকৌর্বি অমনি। মমাঙ্গবনা লীক শিবা মথল মচুগী কি ইনবা ময়েক্লাইবা শেংপা-চাবা উরগা শ... চাংলিবী মহারী। অদুবু সমাজগী চংনবী পন্না কন্না থিংবনা মাগী লৈজরিবা ফিগে ময়েক নাইবী কুম লংয়াই সনাগী লীক মীন, কাম লিককা ছাঙ্গে ট্রা পারেং থাং সরিক কুবাক পারেং নাইন পৃথতু পুংথোক্লুনা রে বতনা পেন্নবা ওইরে। মহাক্কী অমত্তং লৈজরিবা অংশা হায়বদা নানুনা মরেংগী লুহোংবা তুংলিত্তা কুজবা য়াবা অমদি মমৌ ওকপনা শেংথিগনি হায়বা অসিনি। মতুমত্তং শল্লুবদা মাগী চহি অনিত্তা ভায়রিবা মচ বিরেন ওসিনক পাংগু ফাহুনা লুহোংবা পাল্লি। অঙকপনি আশা!

অচৌনদি থোঙ্গোন্দা য়াথং পীরম্মবনি "বিরেনবু লুনা ভোবা—নঙবু মুংশিবা হায়বরোই থল্লরোই ঐবু অসিগুম্বা রাখলসি অমুক থলহন-বীরম্নু ইবুঙো।" হিক হিক কপই—রাখলনা উংহুনা লৈ।

ঃতমসিদা মচানুপা বিরেন শান্নরুবদগী চেনশিল্লকই হোবে হোবে হায়রকই "ইমা চাক লায়ে"

থম্বাল মিকপ থংথোক থোকই মপি শৎ তৈথোক হরাও মোমোন নোক্লুনা—"লৈরে লৈরে, ইমা থিদোক্লগে" হায়দুনা চফুদগী চাক অত্থ হাও পুথমহুদা থিদোক্লগা মচানি মমাঙদা থম্মী পীজে য়েক্সাং হাপ্পী—ভারৌপী মানা চাবতু মুম্না য়েংদুনা লৈ। □

# ১৫

ইং ১৮৯২ এপ্রিল ২৫—খোংজোম

চাওতোম্না নীংশিংলকখি—মমানা মঙোন্দা ত্থম্মদো—"মুমিং অহুগী মুংলাংহ্ রাম্না খেঙলবনি। অয়ুক্তগী লাইনীংথৌ পুজা তৌহুনা লৈরকপনা অহিং নোংম্নাই হেল্লকপদা চোকথমল্লহুনা ফমুংদা হিল্লমদগী ভূমথবতা জাইখি—থঙহৌদনা খোঙ থীল্লকখি।

"চাওতোন মমা! চাওতোন মমা!" খোঙ হাংদোকউ খোঙ হাংদোকউ।"

মঙওই হা-ওই হৌগত্তুনা খোঙ হাংদোকই।

"সে ফক অমা থাও—নচা মুপা চাওতোনসে লান্দা শাথীনা শোল্লবনি।" ফক অহুগী মথক্তা ফি অমা থারগা মহুগী মথক্তা জান তাক্রিবা লান্দা শাথিনা শোল্লবা মচা মুপা চাওতোন্দু ইয়েল্লা থল্লগা মখা তারকই—

"চাওতোন মমা! য়েল্লবা ফিরিজীগী মথুত্তা—খোংজোম লান্দা ঐখোয় মায়থীরে। মৈতৈ অখোবা পুম্বা পাওনা মেজর চীংলেন সনানচিংবা তোজোন লাম্মী চহুম হুন্না তুম্না শিগ্রে। মৈতৈ লাম্মী মচা মুংগ্রে ঐখোয় লাঙাবা তরা কুম্ভং হিংহৌরে। নচা অসে লান লোইশুবদা অথেঙবা অহিংদা উচান মৈরা থান্দুনা খিন্দোল্লগা পুল্লকপনি। মহাক্তি শিরমজি—মাগী মরুপ অচৌদি শিগ্রে--মানা লীংলম্বা লানফি কুরিংসি থম্বালদা শিজৌ। ঐনা মন্নৈ অমদি থাঙ হিজারুচিংবা থাহুনা নচা অসি ঈথোকপা থরুবনি—হিংলনি মম অসি শোল্লু—হিজাক লাংথক ঐনা তাক্লিবসি ইংখোলন্নুংদা লোইনা হৌরিবনি-ভত্তনা তৈবীর্ রাম্না থুনা ফমগনি। ঐদি চত্তবা রাম্রে।" হায়ররগা নঙগী নপা হাজারী থুংলাই শুনা য়াওরবা শগোল তোংথত্তুনা শাজৌগা লোয়নবা মফুং ইনবা থুংলাই পায়বা ১২না ফুং ইন্দুনা অমুক পত্থবা তৌদনা অহিং অহুদা অংথা লম্বীরোমদা চংখিবনি।"

চাওভোন। নপানা হায়রম্বা রা করম কাওনি! চংলমদাইদা মানা হায়রম্মী "নচা অসি কনবা লায়কয়ো। ঐদি, ইথৌনা ঐবু কৌরে। ঐ লৈখোকপা য়াত্রে। ইরৈবাক ইজাতিগীদমক থৱায় কৎপ্রবনি ঐদি। ঐ ননাক্তা লৈত্তে হায়ছুনা থক মুংনাংগনু। ঐদি মতম পূম্বা নঙগা লোয়নছুনতা ননাক্তা লৈরিবনি। কাওগনু নচা চাওভোম্না নাবা হেক ফবগা থম্বালগী মনেনা পোকপী থম্বালগী মমায়বী লৈরিকা থুনা লুহোংউ। তান চারবদি চাওভোম্না পোকপা ইভূগী বস্থি পূজা মুমিত্তা ঐ লাকে। ইভূগী মমিং নিমাই কৌ। ঐদি হৌজিক ইথৌনা কৌরে চেকশিন্না লৈয়ু। য়েক্লবা য়াম্বনি চাওভোনবু লূনা ভৌবিয়ু। লুপ্রা থম্বালগী অৱাং অপা য়েংবীয়ু। পূম্মক শ্রীশ্রীগোবিন্দগী খোজালনি"

চাওভোম্না মথং মথং নীংশিংলকখি--লানফম অতুদা মমাঙমক্তদা মাগী মরূপ অচৌ নোংমৈ গুলীনা মমায় পূম্বা থোমদংতুনা শিগ্রবা ভুংদা মানা থাঙ চুজোই পায়চনা য়েক্লবগী মথক্তা চোংশিন্দুনা য়েক্লবগী মখোঙ মথুং মঙক থাঙনা কক্কুনা য়েক্লবা অহম মৱী হাংলবা ভুংদা খঙহৌদনা মগবাক্তা সঙ্গীন্না থিন্দুনা য়াম্থখি জ্ঞান ভারকপদা ময়ুমদা মমানা মনাক্তা ফমতুনা কপ্পুনা লৈরম্বহ উখি।

মপানা মাবু মমাদা শিররম্মী হায়বা ফুংদাং অতুদগী ওসি কাওবা মপাবু উবা ফংদ্রি। মাবু খিরিবনি হায়ছুনা সরকারগী সিকাইনা চয়োল অমত্তা কাংদনা মখোয়গী য়ুমদা লাকুনা ময়ুম মকৈ চঙতুনা থিররি। সিকাইশিংনা লেকাইগী মী মখোয়গী ইমুং মমুং মথল কয়া থোক্না ৩৫-নৈরি।

মমানা থরাই যাওনা হোৎনবদগী থা ভরুকী মমুংদা মাগী অনাবহ পূমক কখি। মমানা মপাগী য়াথং ঙাক্কুনা নাবা ফয়বদা খীন্দনা লৈরিকা লুহোংখি। হৌজিক ব্রিটিশ সরকারনা পাল্লবা মণিপুর অসিদা হায়গী লোয়শঙ কয়া মুথৎত্রে হৌজিক লাম্নুপ কাত্রে। লৈকায়গী পানাগী মী খোয়গংতুনা ব্রিটিস অফিসারশিংগী ময়ুম মকৈ শাবদা নমহনা শীজিন্নবা, খিবোমৈ কোহিমা ভান্না লম্বী থোং শেম্বদা পানাগী মী খোমগংতুনা নমহনা

শীজিন্নবা নত্তুনা অমদি সরকারগী অফিসার সিফাই চৎপদা পোখাং পুবা নত্তুনা অতৈ নিংথৌ পাল্লিমৈংগী থৌগাই কয়ামরুমদি লৈত্রে। অদুনা চাওতোন মতু মচা অমসুং শোম্বররবী মমাবু থাক্লবা লৌউ শীংড ঙা-ফা শীংজন তৌ ইংখোল শুদুনা হিংননবা লাররম্মী। চম্না পুন্সি লেল্লম্মী। অদুবু ঈংনা পুন্সি লেনবদি খোংজোম লান মতুং চহি খরদি শুকঙদা ঙম্নমদে। মখোয়না জয় তৌদুনা লৌশিল্লবা মণিপুর থুদুন চেৎনা লাকশিন্নবা হোৎনবদা নোংমা কাংদে খুৎলাই পায়বা ব্রিটিশ সরকারগী সিফাইশিং নোংমৈ চীং চংদুনা মণিপুরগী কোচিন কোয় য়ৌনা ফাওবা মবক মরক্তা রাউণ্ড চৎলি—পোইদোক্লা মবৈবাক্কী মনাংতম্বা ঙাকুনা হাংনবা কাংবুবু লাল-হৌবনি হায়না মখোয়বু ফানবা হাংননবা মফম পুম্বদা ব্রিটিশ সরকারগী সিফাই চরুন চরুন চংলি থ-হুম্মী পাও হেক তাবগা। মবক মরক্তা মপা হাজারীগী কাংবুগা সিফাই শংসিগা থুং থোক্কে হাৎন-থিন্নে। মপা হাজা-রীবু লান হৌবনি—মাবু ফাবা নত্রগা ফাবা ফংনবা পাও পীবা মীদা শেলগী মনা পীগনি হায়না ব্রিটিশ সরকারনা লাওথোকখিবদগী মপা হাজারী অমসুং মাগী কাংবুবু হেক হেক ফিবা হুম্বা তৌরকপদা মখোইগী ইমুং তত্তুনা খুদোং থীবা সিফাইগী মীওৎ-মীনৈ নংলম্মী। সিফাইগা থেংনকুবা—লোম্না লাকপা হাজারীগী তুংইনবা কয়াবুস্থ অঙম্বা মতেং পাংদবস্থ য়াদে।

চাওতোন্না লৈম্রিক্কা লুহোংবা মতুং থা অনি শুরকপদা লুখ্রা থম্বাল লৈখিদ্রবা মচৌগী মচা মুপা পিরেন পোক্লে। থা তরুক শুরকপদা খোং-জোম লানগী অহানবা কুমওন নুমিৎ ওইখ্রে। মচা মুপা হেক পোকপগা লুখ্রা থম্বাল মপুরোইবগী মফমদা চেং-থোইদিং-তিংথৌদা ওইরবস্থ ঈশিং খুজোক অহুমদংগা লোয়ননা খোংজোম তির্থদা মচামুপাবু মথুৎমক্তা তর্পন তৌহনগে হায়না খোংজোম লান লোইখিবা মপুরোইবনা মরৈবাক্কীদমক সনাতন ধর্ম্ম ফংখিবা নুমিৎ অহুমক্তদা রাশকখি

ঙসি খোংজোম লানগী অহানবা কুমওন নুমিৎসিদা অয়ুক অহানবদগী শেম-শাদুনা লুখ্রা থম্বাল মচা মুপাহু পোশিল্লে অদুগা চেং-থোইদিং তিংথৌ

লৈ শু ধূপ বন্তি লোয়নন। মপুরোইনা অচৌনা য়াম্না পামজবা হৈতুপ লাড়ু থরদং পুহনা চাওতোন অমম্বং মাগী মুপী লৈবিক্কা খোংজোম তির্থদা চাকখি। লানফমতুদা শিখিবা অপোবা কয়াগী মচা মশু অমদি মরৈবাক নংবা মী কয়া পাখঙ লৈশা মৌনহ হমুহনা কয়া অথোবশিংদনা তর্পন কনবা লাক্লখি। চীক্লবা খোংজোম তির্থ ডসিদি অযুক্কগী মীনা ফিডৌ গৌরে। তেংশা য়াওদ্রবা শকডাক্তা ডায়বনা মীগী মকোক খোঙ থংকী শক কয়। মফম কয়দা চাইনা তাবি। কনাগুম্ব, মুপীনা মী মকোক অহ টবগা মচাগী মরাগী ওইরমগদবোউ থন্দুনা কোল্লগা কপ্পা য়াওরি কনানা খোঙগী শক কনানা থুংকী শক্ল উরগ ইচাগী থুং মাল্লি ইনাওগী মাল্লি হায়না য়েং যেংহনা কপ্পবা কয়াম্ব য়াওরি: থরনা চেওহী উত্তি লুহনা ঈকজবা লোইরগা তর্পন কংনরম্মী লুখ্রা থম্বাল চাওতোনগী মচান্দগী মপুবোইবগী মকোক্কি নো মৈনা কাপথাইখ্রে তাবদা খোঙ থুংকী শকদে অচৌগী খোঙনি থুংনি গন্না ও খোংনা কপখি মচীন্না হায়খি- পুজবক্লী নহাক্লা য়াম্না পামজবা হৈতুপ লাড়ু লৌবোগবা—নহাকপু উদ্রবরা নচা বিবেন্না চেঙ হোইদিং ধূপ থাওমৈ কহুনা ঈশিং থুজোক্লা তর্পন পীরিবসে ” মপি তানা মপুবোইবহু মফমতুমক্তা উবগুম কপা কপ্পা তিগগী ঈশিংদ য়েংলি মচাবু তর্পন তেহল্লে। চাওতোন মতে মনাওম্ব তর্পন কংপা হৌগংলকপদা তায়খি। অম্মম্না লম অতৈদগী লাকপা পাখঙ লৈশা মুপা গুপী কমাম্ব খোংজোম তির্থদা ঈক মায়থজবা লোইহনা তর্পন কনবা হৌরকই। তর্পন বংপগী মন্ত্র শীবগী খোঙ্গেলনা মফম অহ পূমনীল নিল্লাক্ল -

মতমসিদা কদাইদগীনো থঙহৌদে সিফাই অহন মরী থোরহুনা মখোয়গী মকোক অহুনা মন্ত্রগী খোঙ্গেল নমহংতুনা লাওবকখি :—“নখোয় থুদীংমক হৌজিকমক মফমসিদগী চংখ্রো। মফম অসি কনাম্বু চঙবা যাদবনি—সরকারগী হুকুমনি।”

মতমসিদা ব্রিটিশনা লোইচনবা কুইন্ত্রিনা মণিপুর ডাক্লবা থম্লিবা অফিসাব অয়াম্বা হৌখিবা মণিপুরগী লান্দা হাকথেংননা লান থেংনবা য়াওখিবা

ঙাক্তা ওইবনা অমদি মখোয়গী মথাদা লৈবা সিফাইশিংসু লান অহূদা য়াওখিবা অমদি য়াওবা লাকখিবা সিফাই ঙাক্ত ওইবনা মণিপুরগী মী পুম্বনু লান্দা গায়থীবা পীরবা য়েক্রবা ওইনা অহূম উরম্মী। থোইদোক্না সরকারগী হুকুম মতুং ইন্না মরৈবাক নীংদগী য়াথল পোকহনবা য়াবা থৌরম পুম্না খিংহনা মথৌনি খল্লম্মী। অহূগা অতোপ্পা অমনা মখোয়না ভয় ওইরবা কাঙবুনি মৈতৈশিংনা মায়থীরবা মায়কৈনি -অহূনা অফিসারদগী হৌনা সিফাই ফাওবা চাওথোকপা অচাওরম কারবা মায়থীরবা য়েক্রবা মৈতৈবু ওং-নৈরগা ইকাইবা পীরগা মুঙাইবা পোকচবা খুৎপু ওইরম্মী। অহূগী মথক্তা মখোই খুদিংমক ঐ মঙায়রে হায়না খনব কাঙলুপ ওইরম্মী। অহূনা থাঙ্গেশিংবা আইন অমদি সরকারগী হুকুম লৈত্রবসু মফম মফমদা লৈরিবা অফিসার অমদি সিফাইশিংনা মফম মফম অহূদা মখোইগী মশা মশাগী হুকুমনা লম লম অহূগী আইন ওইরম্মী। মরম অহূনা থৌবাল ককচীংগী লৈঙাক থৌরম পাঙথোক্লিবা ফিরিঙ্গী অফিসার অমদি মাগী মথাদা লৈরিবা সিফাই কম্প্যানী অমা অহূদা য়াওরিবা শিখ, সপর মাইনর অমদি গুর্খা সিফাইশিং মনীং হাইকেৎ ভগা শাজং চৎলম্মী। অহূনা অফিসার অসিনা থোংজাম তির্থদা অপুম্বা তর্পন কৎপা লাকপশিংবু ওংনৈবা লঙনবা চঙহন্দবনচিংবা কয়ামুক ভৌরম্মী। অহূনা মমৈদা তির্থ অসিদা মী চঙখিবদগী মরম অমা ওইখি। মমৈদা মৈতৈ মশাগী ইচ্চং য়োনবা মৈতৈ মচা খরগী থৌইনশিন্দগী করি লমদগী লাকপনো খঙদবা ঈরাংদা চৎপা মৈতৈ মচা খরদা খুন্দা লৈতাহন্দুনা ইতিহাসকী লংলবা মৈরা থাল্লিবা মফমসি তুংগী মীয়োনগী মীয়াম্না কাওনখিবগী মরম ওইখি।

মুমিৎ অহূদা সিফাইশিংনা লাওরকপা য়াহূ ভাবদা চাওতোন লৈরিক নুপ্পা খবাল মমা মচা নক্তনা অতৈদি কায়হনা মফি-মরোল লোয়শনহনা পরপ-পরপ চৎনখ্রে। মখোয় মরিতদি তর্পন কৎপহূ লোইদবা য়াদবনা অহূম চখয়ম্মী। নুপ্পা খবালনা মমিত্তা মপি তানা মচাহূপা অঙাং অহূবু তর্পন পীহনবা তাজা অহূমক্তদা সিফাই অনি চঙলক্লা চাওতোনগী মথুং

নাম-নামা পায়হুনা চিংথোক্লয়ে। লুপ্তা থম্বাল অমসুং মাবু কাহুনা পুগ-দোগুম তৌরি। মতমতুদা অতোপ্পা সিফাই অনিহুগী মরক্তা অমনা থম্বাল মমা মচাবু শাগল লাকুনা চিংগে তৌরম্মী — মহু উবদা চাওতোয়া ওংলহুনা হায়খি — "ভর্পন অহু লোইখিসনু অহুগা নখোয়না তৌনিংবা থবক কাবরা পুনবরা তৌ।"

"নওনা হায়রগা হেক য়াবরা ?"

"অহুদগী হেঞ্জিল্লকনু — হেঞ্জিল্লরুবদি .

অশুম্বা হাইকেং লাওনরম্মী। সিফাই অহুগা চাওতোনগা খুং থোক্ল-গদবা থজিক্তমক মডাইরে। থুদক অহুদা থওহৌদনা মখোয় পুম্বা ইওক ওক্ল শাগোল থুরুপ মখোল অমা তারকখি — মখোলহুগা লোয়ননা কদাই-দগীনো অরাম্বাই তেল মরি শং পাইশিল্লকুনা ওক্লা য়েংলিবা সিফাই মরিমক মথবাক্তা ফাওরেং লেংহুনা পানখি — লোয়ন লোয়ননা শগোল থুরুপ খোঙ্গেল থাগোকখি।

থওহৌদনা সিফাই মরিমক অরাম্বাইতেয়া পান্দুনা তুখিবা অমদি মীশি মীনা য়াওরক্লে থনবদা খুদোং থীবা থোক্লকপা য়াই থন্দুনা চাওতোন লৈরিক থম্বাল মমা-মচা মখোয় মরিমক য়ায়া থুনা মকম অহু থাদোকুনা ময়ুম মায়কৈ য়াইরিপোক পাংথ্রে।

ওাইহাক লৈরগা থৌবাল ককচিং পুবা ফিরিঙ্গী অফিসার অহুনা মাগী সিফাই শিবগী পাও হেক তাবগা মহাক মশামক য়াওনা সিফাই খুংপু খুংপু থাদোকুনা থৌবাল য়াংজিং থোংজোম লাওথেল সাপম পলেল তুনা কোয়শিন্দুনা খুনশিংদা চও চওহুনা থি-[illegible] থবক চথখি অমসুং ময়াল লৈত্রবা নহারোল কয়াবু ওং নৈখি। শগোল তোংবা কাওবুহুদি ওসাইনা কাইনা চীং য়ৌগ্রে। কনাম্ব থিবা থওখিত্রে। আরাম্বাইহু কনানা লংলক-পনো, শগোল তোংবশিংদো কনানো রাহং কয়া হুংনখি। তোওান তোওানবা য়ারী কয়া শানখি। মতম থয় থিথি — মতম থয়া ওাংনখি হুংনখি রাথোক ওটনখি অহুবু অশেংবদি থওমখিদে। হাজারী মাগী লানশওদা হুজিল্লকুনা পোখাখি। ☐

## ১৬

১৮৯২ ওক্টোবর—কংলা লম্বী—

প্যাও অহু ভাবদা হাজারীনা হায়খি—"আ: মৈত্রবাকী নীংতম্বা মাঙহনবতা নত্তনা মৈতৈ জাতি মাঙহল্লগে হোৎনরবকো ?"

নীংতম লাম্মী হাজারী ব্রিটিশ সরকারগী মিত্তা লাপচোবা মীয়োৎনি। মকোক্তা মমল থারবা। হাজারীগী ওাশক্লী "য়েক্কবা ফিরিঙ্গী তাম্বোকনি—ইমা লৈবাক নীংতমগনি।" অদুবু নীংতম্বা মাঙলবা মীনাই ওইরবা মনিপুরগী মায়থুবা মতাং মথং মশং হেন্নংলক্লী মজাইবেম্মা মশামক্তা মী থাজিম্দুনা ভৌবিদনবা হায়জরুবনি কায়খিদ্রে।" পুযাদা য়াওরী—সনাগী শেম্পাক্তা হুয়না যথুং হাপ্পিনগনি অওইবমক থোক্লরে—কয়াদা চুমপ্রবা পুত্তাগী বা। মহারাজ শুরচন্দ্রগী মচাইবেম্মা সনাতোম্বী বড়সাহেব কোলনেল মেস্নয়েলনা লৌপ্রে।

"করম ভৌই মনিকচান্দ ? মুপা ময়ুমদগী অহুম চেনপ্রবা ? চংখোদনা আসাম ব্যাপার। লুহোঙবা কুইদ্রিবী মুপী হন্দোক হন্দোক্লুনা।

"নত্তেদা মপাময়ুম্মী।"

"সিবু শেমজিনবা হায়রুয়া ?"

"নত্তেদা মরানদি ব্যাপারনি হায়রুনা ময়ুমদা ভায়হাক্তা লৈত্তেদো।

"ভোজাওনা ভাকুনা মিঙ্গোমবা গাইবা হনবা বাংথৈ পণ্ডিতনচিংবা কয়া বড়সাহেবকা ভত্তনা উনৈ হায়রবনি।"

"সনাতোম্বীদো বড়সাহেব উবদা মমিং মনা ইথক থকপমি। ঐগী য়ুমদা অকিরক অহম্লাক লাকখি। ঐবা লংথৈ চংদ্রিদৈদো ভোবনা লাকই হায়।"

"বড়সাহেবনা সনাতোম্বীবু কদাইদা কয়া উখিবা ?"

"কোয়রেং যুবরাজ কারবা পুলনা অচেংসি উবেমশিংনা হৌদ্রনা শপাবুং মহারাজ অমুক হন্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইহনবা বড়সাহেবতা হায়বা চৎলুই

ঐনা চৎখিন্নু খাম্বা য়াদবনি।  মথংদা উত্রা মমাঙগী শা কাপথাটিবা থিংনি হায়তুনা চংলূবনি—অতুদসু ঐনা খাম্বা য়াদবনি। হোজিক্তি সাহেবনা মণিপুরদা নিংথৌ ওইনা পাম্নে—ঐখায়না করি তৌবা ওমগনি।"

"সাহেবনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইনি হায়সিন্নু পুয়াদা য়াওরি।"

"করম হায়না য়াওরিবা?"

"পুয়াদা ইরি—অতুভৈ লাইনীংথৌ সনা মহীনা মচা হুপী মিন্নু লৈমা থাজরগে থলক্লংনা নোংমা অশুম্না রাশকুনা লাওথোকখি—হয়েং অমুক ঐনা য়াহৌরকপদা অহানবা থেংনবা ইহান হান্না ঐনা হেক থেংনবা অতুদা ইচ'হুপী মিন্নু লৈমা থাজনি।" -মতু তাবদা মিন্নু লৈমবু পামজবা লাই পুম্বনা লাইনীংথৌগী শুমাং মাঙ্গোল থম্না অমুক মন্নিভৈদগী ভাইখি। শুম থোকউ তমখিবনা লাইশিংতুগী মরক্তা অমনা হুয় অমা লোয়নরকখি। হুয় অতুনা লাইনীংথৌনা থোঙ হেক হাংদোক্লগা পোকফম মপাতুদা কুন্দুনা লৈরম্মী। অতুনা লাইনীংথৌনা থোরকপদা হুয় অতুবু ইহান হেক হান্না থেংনখি উখি। রাশকখিবৈ মতুংইন্না মিন্নু লৈমা হুয়তুদা লুহোংখ্রে। অতুগা মীরক্তা লৈবা য়াত্রবনিনা পাক্লবা ঈপাক মন্নায়দা লৈফম অমা শেম্বীতুনা মতুদা লৈরুনবা পোঙ অমা শারগা অনিমক তোংহন্দুনা ইম্ফাল তুরেন্দা অম্নুম তাওথহনখিবতুনা নিংথি তুরেলদা অতুদগী সমুদ্রদা তাথ্রগা থাপ্নবা ঈংলমদা লৈখি। মিন্নু লৈমনা পোঙদা তোংতুনা থাপ্না চৎলমদাইদা মপা ইবুঙো লাইনীংথৌদা বর অমা নিজখি। "ঐগী ইচানা নোংমদি মৈত্রবাকী নিংথৌ ওইহনবীয়ু।" লাইনীংথৌ সনামহীনা "মতু ওইজো" হায়না বর পীখি। সাহেবশিংসি মিন্নু লৈমনা পোকখিবা মচাশিংনি অতুনা থাপ্নবা ঈংলমদগী লাকুনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইরম্বিনি।"

"ওবা পুয়া পায়বা, পুয়াদা অতৌদি করি করি য়াওরি?"

"পুয়াদদি শুম য়াওরি-খাং নোংমৈ পায়তুনা লাক তৌতুনা ভাহোকপা ওমত্রবা সাহেবশিংসি—কোঙ্গোল নিংথৌগী হাকক্তা মমায়া খুনাক-খুম্নে চৎখ্রো চৎখ্রো হায়না লাওরকপা মতমতুদা অহিং অমদা মথক্তা মাঙখিনি।"

"মতমন্থ্ করা রাংথিনি।"

"সিঙ্গাপল কায়রবা মক্তুং পঙকুই কুইরোই হায়।"

"অভৈদি করি করি য়াওরি পুয়াদা ?"

"গুরুগী লম্পাক্তা নিংথৌ মচা লিশীং হুম্ফু মথোয় মপেল হাংনহুনা শিগনি। নোংপোক থোঙ হাংগনি নোংচুপ থোঙ থীংগনি। মৈত্রবাক ময়াই থায়না হুইত্রিনা লেংলবা তুংদা লৈবাকসিগী মী ভমথৈ লৈতনা রাগনি হাও ভাওগনি, চানিঙাই লৈতহনা লৈবাক থোংলগা চারগনি ফিডাং শেং-পনা জয় ওইগনি—অসিনচিংবা ইরি। "থোক্ত্রিমথৈ খঙদবা পুরাগী রানি—রাহন্দোক খঙবা লৈজবনিনা। পুরাগী রাসি তোক্লসি সনাতোম্বীদি জাং ভারেদকো !"

"ভারে ভারে জাং ভারে।"

* * * *

সনা তোম্বীনা থনখি—"তস সিনা ফরে।" ইপান নিংথৌরেননি, অহুগা মাঙ্গুমনম্ন করি হায়বা—

"সনা হৌজিক্তি পঙচাও চাওথোক্লমু নপা—নিংথৌ ফমদাবনে নিংথৌ ওইত্রবনে নিংথৌ ফমদাবৈ মচানা অহুক চাওথোকপা হৌনদে।"

আঃ ইথৌথা লৈরিঙৈ ওইরদি নহাক গুগমু লোই থাগদবনিকো।

ইচেমসি ইবেম্মনা হায়রকপগী চংলুবনি মথম্ন মঙোন্দা হুদনা চংপা নুস্তে। পাবুংথাদা থুরুম থাজংহনা কয়ারক হায়জরবদগী পাবুংথাগী রাথং ভাকুনা নোংমাইথেমদা লৈবনি—ঐনা পামহনা মুংশিহনা লৈবম্ন নস্তে। ইচেমসিবু, পাবুং থাবু অতক উশিত্তবা ,"

শাওনীংথি মবুক্লীংদা—"করিগীনো ঐবু অমুক লুনা তৌবিবা ইতোন জোয়রেনা পাবুংথাগী মথক্তা লান হৌবকো। সিবু নিংথৌমচাগী হৌনবরা শক্তি অমুক পাম্লিবা নিংথৌ অমুক ওইনীংলিবা ?

ঐগী ইপা নিংথৌদো মবুক য়াম্না ফবনি। ইতোন পাকা স্নাগ্ নম থয় হেনমল্লি।

করিগীদমক ঐসি মুপী ওইনা নিংথৌ মচামুপী ওইনা পোক্লম্লিবা ? নিংথৌ খুবম মুনবীগুবা নিংথৌ ওইগ্রব! .. মাগী মান মর্য্যাদা অমুক হুম্বা .. পাবুংখাবু - নিংথৌ ফমদাবা হায়বকো মাগুম্বনসু !

মকম ভারবা নিংথৌদো অথাম্বা মীরৈবাক্তা পোয়মু থাদা নোঙাপ্রে — ফম ভারবা নিংথৌগী মুপী লুপ্পা ওইরবী ইমা লাইরবনা ভং লাওরবী — অরাবা মতমদা মরূপ মপাং লৈজরবীদো ঐগীদি ইমাসিনি চঙজকমনি ঐগী পাবুংখা লৈখিদ্রবা তুংদা। হৌনবা খঙদবা নোংমাইথেমনা ইপাবু উশিল্লনা হায়বা মিকুপ্তুদৈ অমুক লৈথবা ঙমদকুনা লায়রবী ইমাসিগী নাক্তা লৈখিবনি।

ফয়েদা তৌবিমল খঙদবা লক্তা লৈদৌ শরুক সিনা ফয়ে। ইথস্তা নত্তেনা, মিকোই, তক্ষা, অমুবী থোয়গু ওংলিদনা। বড়সাহেবনা সাপমদা লাকপবু নোংমাইথেমদা লাকপবু ঐবা থিংবা ওম্বয়া? কনা কনানো মশক খঙদবশিংহুনা চঙলক্তুনা হৌনবী ব্যবহার ভাক্তনা উশিস্তবগা লোয়নবা রাভাংনা তেমশিংলবা করম থাওনি ? অহুগুম্বা লক্তা ঈংনা করম লেনগনি — নিংথৌ ওইগ্রফাও পাবুংখা নডনা হিংতুনা ইনাক্তা লৈরম্লবদি মথোয়না উশিস্ত-বসিদি তৌবা ঙম্নম্মোইদকো ? ফয়েদা সিনা ফয়েদা।”

হাজারী লোয়নবা থরগা লুমহুনা বড়সাহেব লাকপদা লমন খুম্বা ওম্বয়া য়েংবনি। অহুবু মরায়বক ফবন' মানা লুম্বা মুমিত্তা মথস্তা থক লাক্তে — শগোল থোরকই সিফাইনা মায়কৈ মরি গার্ড তৌদুনা।

নোংমা মুমিদাং রাইরম অমা লুমহুনা আরাম্বাই লংবদা শোঘহুনা শগোলদা পানখি। মনাই শৈশ অমগী শগোল তোংহুনা বড়সাহেব হুনখি। সিফাইনা শীংজমৈ সাপম লৈকাই রাই চাইখি। হাজারীগী কাওবু য়াম্না রানা নাম্বোয়কখি। অহুবু সনাতোম্বী মশাদা চেকশিন রা য়ৌহনখি। মুমিং অহুগী মতুং থীন্দে হুম্বী কোনবা মুমিত্তা সনাতোম্বী মশানা কংলাদা পল্টন মমুংদা বড়সাহেবকীদা চেনশিনখি'

হাজারী তকসি লোন্দুনা তোকখি। মীয়োং ওইনা মাগী অয়োনবা কেম্পতা হনখি। নীংবা কায়খি। মীখা পোনবগী অয়াবা ইকাইবা ময়েবাক নীংবশিংগী মায় খুবা হেনখি।

মাগী লানশওদা লৈবা নীংতম লাম্মী পুন্বা কৌশিল্লগা হায়খি—

"য়েংউ—য়েক্লবা ফিরিঙ্গীনা ইরৈবাক মীখা পোলহনবতা নত্তনা ঐখোইগী সমাজবু ইনাংপু শীংনরক্রে মালেমগী লৈমাইদগী মৈতৈ জাতিবু মাঙননবা শীল্লক্রে বড়সাহেবনা মজাইচবম্মা সনাতোম্বী লৌখ্রে। থঙ্গাল জেনেরেলমক্তী মচাম্নুপী য়াওনা মৈতৈ নুপী কয়া সাহেবনা লৌখ্রে। ফিরিঙ্গী ঐখোয়গী য়েক্লবনি, য়েক্লবদা ওংপ্রবী মৈতৈ নুপী য়েক্লবা ওইরবনি। ইচল ইচে ইনেম ইচা ইমৌ নত্রে। মখোয় ঐখোইগী সমাজ য়াংমদা লৈত্রবনি—তিন্নবা য়াদ্রে। মাংলবনি মখোয়বু কনানসু তিন্নরোইদবনি উনরোইদবনি। ঐখোয়গী ইয়ক্তা শুকত্তিন তিন্নরোইদবনি। মনিপুরগী মফম পুম্বদা শন্দোকদবনি—মাংলবা মখোয় য়েক্লবনি ঐখোয়গী। □

## ১৭

মথং চহি মার্চ মুংথিল—শিংজমৈ।

"ইস! মিৎসিদে।"

লুকমনী উশিন্নদনা য়োন্নবা পোৎ লুকমাইদা মথং মথং থেনগৎলি - উদি উরী - লোন্না—য়েংলুই, য়েংলোই হায়বা ওমদে মযায় লুম লুম লাওই পুক্নীং তয়াং তশোই। -

"ইচে শিঙ্গুলো শিকিমৈ পীয়ু। কৈনো তাদা অহুন্না য়েংলিদে।"

লুকমনী শিঙ্গু তম্মী। মহু লৌরগা মৌ নহাত্ন চৎখি 'ইস মিৎসিদে মতামনি।"

"কৈনো তা মীজাও অহু'মাইনা য়েং-লকহু—ঐ য়ম্না হৈনদে।" হায়না লুকমাই পানবী লুকমনীনা হায়রকই। হৌজিক ফাওবা রা মচেৎ অমত্তা ওাওদনা মাগী অনীংবা হায়নীংবা পুম্বা মিৎয়েংতুদা হাপচিন্নগা য়েংহুনা লৈরম্বা মীজাও, মী হাওলবা তাঙাহুদা তগ্না হায়রকই—

"লুকমনী! নঙবু কৈদৌগে?"

"করি হায়বা তাদ!"

"ঐনা হায়দি—ঐবু .... নঙনা লৈশারিঙৈদগী নীংতরকপনি। লৈশারিঙৈদা ইনাকথুনবা থোজোনা ওমথ্রে—

"মায় রা পনবীরকহু তাজনীংদে।"

"অদো হৌজিক্কি নও রাই শংঙেদবা নঙনা মপামদা লাকপসি চহি অনি অহম হেল্লক্রে। মসিদা মনাক্তা ঐনা লাক্তবা করম্বা মুমিৎ লৈথ্রবগে নথোরনা লান চেনকম রাইরিবোক্তা ফাওবা লাকখিবনি নঙবু উন্নবা। ঐগী রালে অমুক্তদি শন্নু—

"ইবে অরাখবী হৈত্তান মতেক অমগী পীয়ু—"

"সে সে।"
"ইনে ভন শামুসি কয়া পী।"
"মত্থদি তাঙই - পৈশা অমগী অনী লৌ।
"ইন্দোমচা টিনি চক্সুদা—"
"সিদি অমমমদা পাই অমা।'
"মতেক অমগী অনি তৌরো।
"সে সে লৌরো লৌরো।"
অঙাংশিং অত্থ চৎখ্রে"

আকবর চুরুট মচৈ অমা চম্লত্থনা থরু-থরু। তুমিল্লা য়েংলনা লৈরুবা মীজাও অহাঙবা তাঙ্গাৎদা মখা তারকই—

'লুকমনী ঐনা নীংজবসি অমুক্তদি কৈদোবগে?"
'তাদা! য়ুমকৈ পানবগী রাসে ঐদি কয় খত্তদরেদা—তাল্লদা।"
"ইচে কা মতপ অমত্তা পীয়ু। পৈশা সিদ লৈরে ইচে ওসি মনি মচা খোইবু খোবক্লম্বরা?"
"খোরক্তি করি হায়গে?"
"বারুনী কাবগী য়া হুঙ্গে তৌবনি।"
"ময়ুমদা চঙলগা হেক হংলুচো কৈদোগে?"
"মহোয় মবুং তোম্বত্থ কয়া হৈনদেনে ইচে।"
"নঙবু হৌজিক কদাই চত্তৌরিনো—"
"চিঙা মখাদা অবোকখোইদা চৎলুগে— হল্লকপদা অমুক চঙলকে মা খোরক্লবদি খর হংবীরম্মু।"
"হোয় হোয়—অত্থবু নশা নশা ঙনরগা ছাওনবনা কৈদা।"
"চৎলে ইচে তাদা লৈবিছোখো।"

আকবর চুরুট অমগী মথং অমা চমত্থনা থক্লিবা মীজাও ত্রজ অহাঙবা তাজাত্থদা মখা তারকই—

'ইবেম্মা নত্থা ওইরিতৈ যৌবনগী মতম হায়বসে মীওইবগী পুন্সিদদি অমুক্তনি উ রাদি বসন্ত ঋতু থুদীংগী য়েল্লীং হুন্নি মীওইবগী যৌবন সসন্তদি

পুন্সিদা অমুক্তনি। অমুক্তপী হেন্না উ রাওরা চহী খুদাংগী মোইন হলদবনি--অমুক্তংদু হৌগ্রবদি অহুম লোইরে অমুক হন্নক্ররোই। অমুক তাওরবা যৌবন বসন্তবু অয়েম্বদা মাওহনগদু অমুকদি মুধা খন্নু। এরা নীংজবসে অমুক্তদি থুংহন্নু কৈদোগে।

"ভাদা থাদৈশংবনি—ঐদি ভয়েদা।"

"ইবেম্মা মী অমগী মতেং পাংবিবা অরাবা কোকপীবা হায়বসে লাইনম্ম মীনম্ম রাবা অকবা থবক্নী। উপাই অমত্তদি তৌবিম্ম অমুক্ত খন্নু—ঐগী রাখলগী পোৎলুমসি অমুক্তদি থাব্বিন্নুনে কৈদোগে।"

লুকমনী রা ওাওদে। অস্তুনা অমুম হায়জিন্নকপা—নাকোং মরাদা অস্তুনা ড্রুং ড্রুং ওংলবসিদদি লুকমনী অ্যান মাওবা হৌরক্নে মাপী লেপথ্রবা রাখল চোইবা হৌরক্নে—মীজাওনা অস্নুন্না তকশিন্নকপসে চহি হেন্নকবনি—মানা কয়োক্তনভা নাকপনি—করিগুম্বা খোজোগা হুজিন্নরবদি হায়রা।

খোজোখোই ইমুংনা চেক যোক লাওথিদবা মা অমা লৈরি হায়বসি কাওথিগুম তৌরকপা তাঙ্গাসিদা মীজাওনা তকশিন্নকপা অমদি মাগা কক্ল-কলদগী মাগী ময়মদা খর থনবা হৌরকখি। খোইদোক্না মন্না খোজোগী মমাঙদা লেন্ননীংবগী রাখল অমা কাওরক্নে মীজাওগী রা অ্যাই ভরাই হিক্তোকপা ওইথোক্লে—করি লৈগে থনবা হৌরক্নে। অহুবু মসিদা লুক-মনীগী পুন্সিদা অরুবা খোদোক অমম্ম খোক্লরে অহুনা মাগী রাখল চনেন-হুন্নি—চপ চাবা রায়েপ অমা লোবা লুনা খোক্নি।

"লুকমনী হৈমাং মহীদু লৈবরা গ্লাস অমা পীম্ম।" হায়হুনা পুং রৈবা অমু য়োরা মচা অমা থারিবা অহুনা ঙেক কমথে। মীজাও উবদা খারপ য়েংলগা হায়রকই।

"লৈবীয়ন্নিবোইরে।"

"হেন্ন—কা মশুপ অমতং চাজনবী"—বাম্ম হাইকেংঃখোজশাওনা থুমখি। অনি অসি উনবতা ওান্নরি অহুবু থাবকগী য়েকক্নবওক কমুক মবুক্তা থরৈ।

হৈমাং মহীচু থল্লা থল্লা অমুনা হায়রকই।

"ঐহাক নখোয়দা চৎলুই—ইন্দোন লৈহৌদে কদাই চৎখি?"

"ইমা রাইরিবোক্তা চৎখি লৌশালগী কৌ লৌবা—ওসিদি হুন্নক্রোই করি হায়গে?"

"ইন্দোনগা তান্নগদবা অরুবা থবক অমা লৈ।"

"ঐঙোন্দা হায়গদি য়াগ্রা?"

"য়াই হোরেন চখোরকে। হৈতুপ লাড়ুহুনে হৈয়ায় থরসিনে পীরো সে শিনা কোন্নরবরা য়েংউ।" হায়হনা লুপা ময়েক অমা থাদে। লুকমনীনা পারগা – পৈশা মরি হন্দোকদবা লৈরি—"আকবর চুরুপ উপু সিমগা মৈখেং সিমগা হাপ্লগে কা মতপ অমগদি চপ চারে।"

মতমসিদা থাপ্তক্লা মুপা অনিথক রারী শার-শারহুনা লুকমনীগী পোৎফম তম্মা লাকপহু হাইফেং উবদগী পুংমৈবা অমু খুৎলৈ থুনা পরুপ পরুপ চৎখ্রে। মুংদাংরাই অহুদা মুমিৎ খুদীংগী হোনসা লৈশাবী মৌনহা শজু অমসু মরাং মরাং অদোমদা হৈ-রা শিজু মুংজু কা চাবা থোরকই—মখোইগী লক্তা মনিমচা—মোহিনীসু য়াওরকই।

"ইচে শিজু শিকমৈ পীয়ু।"

"ঐগীনা কা মতপ অমা।"

"ইচে, হৈ মহীচু গিলাস অমত্তা পীয়ু।"

"হৈয়াইসি কয়াগীনো ইচে?"

"হৈতুপ লাড়ু য়াওব্রবরা?"

ময়াম য়ৌ-য়ৌ ওমশিন্নকই। মৌনহা অমা অনিনা মীজাও উবদা—

"তা মীজাও ওসিদি ওলা কয়াম লৈবিনি।"

"কয়াম চাগেগে—মহোমনা চাগেখে লৈদোম্নিনি।"

ময়াম য়ৌ য়ৌ তাক্হাতুংদি লুকমনী মথুৎ হাংদে মচীন্নে—মখুৎনে "সে সিনা মঙগী; হৈয়াইহৃদি থয় তাওই। হৈতুপ লাড়ু লোই থোকখ্রে।" থুম্মী পোৎ তমী লোয়ন-লোয়ননা।

"মনিমচা নঙবু কোন্দুম্না হংলম্মী নখোইবু বারুনী চঙৌরিবরা ?"

"কয়াম কুইরে লাকঅম্বা ?"

"ঙাছাক ওইরে। চীংঙা মখা চৎখি হুন্নকপদা চঙলকনি হায়রম্মী।"

ময়াম অহু রারী শানা শানা মোৎরাক শারবা শিঙ্গুহু চাই। হৈ মহী থকই—থরনা অথুম্বা গুলা মীজাওনা লৈবহু চারী।

অঙম্না মন্নাং মন্নাং ভৌরম্বদগী হৈরা চাব-থকপগী ঙাইহাক্তং চীকলপ তৌবা মতাঙদা লৈরক্লোমদগী থোক্লকপা তোঙ্গাও মনাইনা মীজাওবু কৌরগা হায়রকই।

"ভায় মীজাও—অশোমদা মখোঙ কম্বগী নঙবু ঙাইনহৌরে; চংলসি লাকও।"

মীজাওনা লুপা ময়েক অমা পোৎকমদা থাদরগা লুকমনীদা হায়রম্মী।

"ঐ চংলগে লুকমনী ঐগী রাহু অমুক্তদি থম্লু।"

মখোয় অনি হেক চংখিবগা ঙসাই লাকখিবা মুপা অনিহু পোৎকম য়ৌরকখি। কা মতুপ অমমম লৈনা লৈনা লুকমনীগা রা থন্ন ঙাঙনখি।□

* * *

১৭ (১) মুমিদাং—

অমু টিকেন্দ্রজিৎ ফাবদা য়াওবা সিফাই অমুগী মরুপনি। কাছার-দগীনি। ব্রিটিশ সরকারগী অয়োনবা পাও খোম্বগী থবক তৌবনি। এম আই নীনি। মণিপুরগী মীশিংনদি মহু খঙদে। মাবু পুং তম্বা লাকপা থুংরৈবা অমনি খঙনৈ। সুরচন্দ্র মহারাজনা কাছার য়ৌগ্রবা চয়োল অমগী মন্নুংদা ইম্ফালদা থুংলখি। শিংজমৈ থোকচোম লৈকাইগী ওঝা গোপাল পুংরৈবগী ছাত্র ওইনা লৈরগা ব্রিটিশ সরকারদা অয়োনবা পাও তঙনা থারম্মী। মশক মতৌ ফজৈ রাঙাং শাঙাং মীনা তানীংই—সরকারগী অয়োনবা পৈশা শীজিন্নবনা মথুঙা পৈশা মন্নাঙ কায়না লৈ থরচ তৌবা

ওমই কোয়া। মমাগী মরী অমা শি কুয়িংখাওদা লুপা ময়েক কুন কুহ্ন। তত্তনা য়াওবা মুপানি, কলেজাদা ত্রাইভর ঠিকাদারনা হেন্দে চহী ২৭ লোম তুরে। লুকমনীগী লেঙ্গানি মমিং মমিং কৌনৈ। মুপীনা পাঙ্গা মুপীলক্তা হেংয়ানি। অমু লুকমনীদা মিত্তাবশিংগী মরক্তা মরু ওইবা অমনি। কন-কুইরে মানা লুকমাই পানবী লুকমনীনা য়ানবা হোৎনরকপা। নক্লবদগী খুদোংচাবা কয়ানা কম য়ায়া মাঙলোমদা চঙ্শিল্লক্রে। লুকমনী মমা কাও-বদি মাগী মী ওইগ্রে। লুকমনীগী নাক্তা হাজারীগী মী তোয়না লাকপরা হায়না মরুক্তা চিংনরম্মী। মহু খঙনবা অমদি হাজারীগী পাও লুকমনীদগী কংবা য়াত্রা হায়রবসিনমু লুকমনীবু মিত্তাবগী মরম অমনি। ইনে তোন্দোন-খোই য়েন্নখাদা মানা লুমহুনা উখিবা অহৃগী পাওনা টিকেন্দ্রজিৎ খোকচোম লৈকায়দগী হেন্দোকপা ওমখিদলনি অমদি মাবু ফাবগী মরু ওইবা মরম ওইখিবনি। মহুগীদমক মহাক সয়কারদগী শেলগী মনাম্ন কংখি।

শীংজমৈ সাপম লৈকায়দগী হল্লকপদা আরাম্বাই লংলক্লুনা মাগী শগোল শিখিবা মুমিত্তগী বড়সাহেবনা হাজারীবু ফানবা কয়া হোৎনরকখি।

মহুদা মোইরাং তোঙ্গাওগী মনাই কয়া হাজারীগী মপুক্তা শিগ্রে। তোঙ্গাও মশামকম্ন খুদোংথীবা নংবা য়াই থল্লা চেকশিন্না লৈরিবনি। মাগী মী থাদোক্লুনা হাজারীনা তৌরকপা য়াবা পুম্না থিংনবা হোৎনরী। থবক অসিদা বড়সাহেবকী মতেং তোয়না লৌরি অমদি হাজারী কাননবা কয়া হোৎনরি। বড়সাহেবনা হাজারী তারবদা শীজিন্নবশিংগী মরক্তা অমু পুরৈবম্ন মরু ওইবা অমনি।

লুকমনীগী য়ুমদা মীথু তোলেন লাকপা অনিরক অহরলক থেংনখি। মাম' "মথোয়হু কনানো" হংবদা লুকমনী মমাল খুমখি—"য়াইরিবোক্তগীমি ঐখোইগী ইপ,াশিংনি ঐখোইগী লো পায়বীরিবনি।" অওইবমক মথোয় অনিমা মখোয়গী লৌশালমটিংবা চহি খুদীংগী চিংখংশীয়কই—অহুনা লুকমনীখোইদা চা-থকুনা আং-কাদোকম্ন লৈথোকই।

পুংরৈবা অমু ওকা গোপালগী তুং ইন্দুনা অংথাদা লোয়াং অমগী পুংরৈবা চংলুই। শোয়াং লোইংনা য়ুমদা হল্লবা থোয়রকপদা অংথা হুজনা ডা-চাক থুম-মোরোক হুরাই চেঙ্গরাই ময়োম ময়োম থুনগী অতাং পাখঙশিংবু কাইনরোমদা পুহনখিবা উই। অমুনা অঙাং অমদা হংখি—"কদাইদনো চেঙ-চাক অমুক য়াম পুরিসে ?" অঙাং অতুনা থুমখি—

"কাইনাদা হাজারীগী লানশঙদনি।

পাখঙশিংতুগী তুংদা মীথু তোলেন চংখিবনি উই।

ইস্কাল য়োরগা লোয়াত্তা থাবকপা থুদৈ অমা লুকমনী মমাদা পীরুই—রারী অমুম শানবদা কাইনাগী বা পল্লরকই। মণিপুর গোবিন্দগী হৌকম কাইনা তাসমুখ গীবি হায়না মিংথোনবা হিন্দুশিংগী অথোইবা লাইকমনি। অচবা তত্তিগা লোয়ননা নীংজবা মৈতৈ মুগীশিংগী মফমদা মরুওইবা লাইগী আখড়ানি। লুকমনী মমানা হায়রকই—"ইবুঙো অমু হুংচিং নোংমাইজিং মেরা পুর্নিমানি—ঐথোয় কাইনা গোবিন্দ থুরুবা চংকনি—নংনসু য়াওনি চংলুসিদনা।"

বা অছু তাবদা ঈশ্বরজনীংবগা থোজা তেকপগা হায়ছু থোকউরে অমুনা —"ইন্দোন চংসি—ঐসু অমুক্তং থুরুম্নীংছুনা লৈরিবনি।"

কাইনা তায়া চংখি পুর্নিমা হুয়েংনী হায়রবতুগী মুংলাং অথেঙবদা। লুকমনী লোকনবদা অমু পুংরৈবা ঘন লাবা মচানি। চোং কন্দুনা চংলি মমাৱ হাউগংনা মাইথোং মকায়ায়া।

লুপা অসিগী রাঙাং শাঙাং শাজং লাকচং লুকমনীদা য়ায়া চানবা চুশিন্নবা অমা ওইনা থোক্লুরে। ফুরিংথাঙদা য়াওবা লুপা মরেকী চুংশিনবা মথোলবু মিহৌবা লুকমনী মমাদদি অমু পুংরৈবা মমল নাইদবা অমনি। থোজোবু শাউবদগী মমাঙদা মাবু হেনবা মরা অমা খিগে হায়বসি মাগী রাশরী—মী অছু পুংরৈবা অমু ওইরে হায়না খনবা হৌরে। লুকমনী কপামক মাবু খীনা তৌবিরকপা-চাক চজিকুম হুন্দোকপীরকপা মরা থোজোগী য়াঙদা মাবু পাবা মতুং ইনবা কয়া লৈরি হায়না লোয়গে খল্লিবী-নাপল

চাওরবী অমনি। অছুনা মীজাওগা লোয়ননা অমুম্ব মাগী মঙ্কুচনবা সার্কলদা লেঙ্গনা থম্মীংলকখি। অছুনা কাইনাদা চংপা হুংদাংগী খোঙচং অছুগী সুমিত্তগী—মমানগা কম্না তকশিল্লকপগা লূকমনীগী রাখলগী অয়াম্বা শরুক অমুনা থনখি। অছুবু মীজাওবুস্থ হুন্দোকপা ঙমদ্রি। অরুবা চাংয়েংনি।

মতম অছুগী কাইনা অওকপা জঙ্গলনি মণিপুর গোবিন্দনা থৈবোং ওইনা হৌফম মনাক্তা অপীকপা মন্দির অমগা মছুদা সেবা তৌবা মীনা লৈনবা অপীকপা য়ুম ইনা কুম্না অমদগী হেন্না লৈ:ত। সেবা তৌরম্বা মপাছু মণিপুরগী নিংথৌনা হাপ্তুনা শিন্নছুনা লৈবনি। খোংজোম লান্দা মায়খিরবা তুং সনা কোম্নুংদা নিংথৌ লৈত্রবদা সেবা তৌরম্বা মপাছন্থ য়ুমছু থাদোক্তুনা মথুন্দা লৈদ্রে। মেয়া পুর্নিমা রাকচৌংগী দ্বাদশীদা অছুক লাক্তুনা লাইশঙ শেংদোক খোত্তোক্তুনা লাই থূরুম্বা লাকপশিংগীদমক লাইগী সেবা তৌরম্মী। অছুনা অহাঙবা য়ুমছুদা হাজারী অমস্থুং মাগী কাণ্ডবু থুংনাই পায়বা মী তম্বানিংথোই অছুগা ম:খোয়গী চান-থক্লবা শীনবা পাও পুথোক পুশিন তৌবা মী ৭।৮ লোম পূম্না মী ২০ মুক লৈবা কেম্পনি।

লূকমনী মমা মচা অমদি অতৈ মৌনহা লৈশাবীশিংনা লাই থূরুম্নিডৈ উৎসব কৎনবা হোৎনরিঙৈ তাল্লক্তা অমুনা মফম পূম্বা হরুৎ-হুন্দা চত্তুনা য়েংলি—লাকফম লম্বী—চংখিফম অয়োনবা লম্বীনচিংবা জউবা পূম্বছু মুম্না থঙজিল্লি। হাজারী কাণ্ডবুদি নাথৈত্তুনা লৈ। অছুবু মানা হরুৎ-হুন্দা চত্তুনা য়েংলিবা পূম্বছু মীথু তোলেম্নদি উই। অছুগা মাবু কৃপাসেন শেম্নরি। লূকমনীগা লাকম্নিরবা মুপানি হায়রুনা মত্তোন্দা করিগুম্বা রা লান অমত্তা হায়রে। মীথু তোলেন লূকমনী মমাগা রারী রাতাই শানৈ, লূকমনীদগী পাও কম্না লৌরি। লূকমনীদা অমুনা তম্বা মাগী মরুপ অমুদগী তারকপনি হায়বা হাজারী থিবগী সিফাই চংখিবগী অচুবা থমস্থু মমাওবা রা পূম্বা মীথু তোলেম্না অমগা হাজারী নাকোং য়ৌখি। অছুনা হাজারী অমস্থুং মাগী কাণ্ডবু হৌজিক কাওবা সরকারগী লাংদগী নাম্থোকপদা মত্তেং পাংলি। অমুম্ব লূকমনী মমা মচাদগী তাবা পাওনা য়না কংলি কমথোনকাবি।

হন্দক্তি সরকারগী লাংদগী নাম্বোকপা রারপ থোকপা যাই। অমুদা বড়সাহেবকী অহুকপা যাথংনি। হাজারীগী লৈফম লোংফম ভঙতানা থঙবা। মহু তম্না সিকাই ময়াম চংপদা লমজীংবা ওইবা তারি।

কাইনাদা লাই থুরুম্বা চংলুবা মতুং চয়োল অমা লৈরগা অমু কাছার চংকনি হায়রম্নগা চংখি। মানা চংখিবা মুমিং অহুগী অহিংগী অহানবা মুথক্তা কাইনা চৌংখোঙ য়ৌথি সিফাই পল্টন অমা। অহুবু শিকাইশিং অহনা অংথা য়ৌবকপদা হাজারী হায়া পাও ফংখি। অমুনা লমজিংবা সিফাইশিংহনা অহিংদা হাজারী লানশঙ কোয়শিন্নুনা নোংমৈ কাপ-কাপ্পুনা চঙশিন্নুই। অহুবু কনাম্ম লৈয়নদ্রে। চেঙচাক খর লৈরম্মী। লানশঙ অহু মৈ থাদোক্লগা অয়ুক্কা হনখি সিফারশিংচু। হাজারী লানশঙ থনরোক্কা হোৎংখ্রে। হাজারীনা তোংলন মীথুদা শিরৈ থিহনখি কনানা লমজীং-লকখি মাগী লানশঙ তম্না

অম্নুম্না মানা পীবা পাওগী মতেংনা চহি অনিগী মমুংদা হাজারীগী কাইনা. থনরোক অমদি অস্রোগী কেম্প থুগাইখি। মাগী পাওনা টিকেন্দ্রজিংপু কৈথম শঙদগী পুথোকখিগে হোৎনরুবা অরেম্বা তাখি। টিকেন্দ্রজিং ফাসি তৌবা মুমিত্তম্ লুকমনীথোয় যাওনা মুগী লিশিং হেনবনা কোয়রেং হাৎপীম্নু হায়না কপ্পুনা লাওবা মরক্তা হাজারীগী কাওবু মুগী শাহ্নুনা চঙলগা ফাসি তৌকমদগী কোয়রেং যুবরাজবু পুথোকখিগে হোৎনবম্নু মাগী পাওনা অরেম্বা তাহনখি মুগী অমত্তা গজ ১০০ গী মমুংদা চঙহনখিদে।

মাবু কুপশেন শেন্নরিবা মীথু তোলেম্না মাবু চিংনরে হায়বসি অস্রোগী কেম্প মৈ থারুবহুদগী মহাক মশামক্তা থংজরম্মী। অহনা হরেংমক সাহেব তাকুনা অনিসি কাহনগে নীংথি।

মুমিং অহু যাওশং লোইরকপগী মঙানি শুবা থাবল চোংবীগী অরোইবা মুমিং ওইবনা লুকমাই পানবী লুকমনী পোৎ যায়া শিংতুনা সন্ধ্যা মতুং থর থোংথবা ফাওবা কমথরম্মী। মুংদাংগী পুং নিপান মাপন তারকপদা পোৎ পুম্বা লোইনা শিংখিহুনা লুকমনী থরায় য়াম্না মুঙাইনা অমুগী আশাদা লুপ্পুনা মমুমদা হুরকখি। মমুমদা করি থোংনখি ?

অমু নুমিৎ অপ্রবা তুংদা সেকমাইগী কালৈ-- মচীন লীক্লী অমা পায়রদুনা শোং শোং চঙখি লুকমনীগী য়ুমদা। খোঙজাওগী সো হাংদোক্লগা ইমুং চঙখি। মনীংখোঙলোমদা খোয়রক্লগা মমাঙখোঙ সো লোল্লগা মনীংখোঙলোমদা চঙখিদুনা ইমুংদা লুকমনীনা হুংদাং হল্লক্লগা চানবা খোংদুনা থনম্বা চাক ইন্সাংদু থর থাইদোক্লগা চারে। কালৈ মচীন খোবুম থম্না থক্লগা মায়পৈ ফিজেৎনরবী লুকমনীবু মমিত্তা শং শং উনা লুঙাইরবা য়াগদা তাওদুনা পুকমনীগী ফমুংথক্তা সাংনা হিপথরম্মী চাকয়াইগা মচীনগী অপূনবা নাওতমদা অমু মখোল হৌনা নাখোকখ্রে।

মানা ভূমথখিবা মিনিট থরগী তুংদা ফিমু শেৎপা অমুবা ফিনা থদাংচেং লাকপা মুপা অনিথক মানা পোয়োল থাবা কাওরম্বা মনীংখোঙলোমদা তপ্না শোং পেক লাওদনা চঙলক্তুনা মাবু মানা শেৎলিকা থুদৈ অতুনা মখোঙ মথুৎ চেজেং পুনশিনবীরে। অমুনা মিকপ থোক্লক্তুনা মমিৎ পাঙথোক্লগা য়াম্না রিনা মখোল নীক্লপ্না—

“কনা কনানো করিগী ঐবু পুন্নিবনো? খুম্নক্তে—মানা অমুক লাওগে তোয়কপদা ময়াদা ফিবুল নমশিল্লগা হায়রকই।

“নঙ ওইরে নহানমথৈ মুপীগী ঈজ্জং লুট তোয়মীবা—য়েক্লবগী মীনাই নরৈবাকী য়েক্লবা! নরৈবাক মচাগী মায়োক্তা অয়োনবা পাও পীরিবা—চৎলু নঙবু কৌরিবনি হাজারীনা।”

হায়না হায়না থাঙ হাইথরক্তুনা লোংনা হিপ্পিবা অমুগী মঙক কক-থৎখ্রে। শিরবা অতুগী অথিতমদু ককথৎলগা লুকমনীগী মোন মথাদা থমজিল্লে। অতুগা খোঙগী মকুম নাকন অনিদা লোম্না তাশিন্দুনা লৈখি।

ঙাইহাক লৈরগা লুকমাই মকোক খোংদুনা য়াগ মুঙাইনা লুকমনী থাসকী ঈশৈ মতেক অমা খোন নোম্না ঙংল-ঙংলদুনা মযুমদা হল্লকখি। মযুমগী খোঙগী সো হাংদোক্লগা ইমুংদা চঙলক্লে। মথুত্তা পায়রকপা মৈনমদুনা পোয়োন থাওমৈ থাম্বৎলগা মফি হোৎদোকে হায়দুনা পোদোম্বু পায়দুনা কমুংলোমদা চঙলকপদা কমুংদা অমু হিপলবা উরকই—মা উরগা

নোক্লকত্রা থল্লম্মী—নোক্লক্তে। ভূম্নি মাপ্লে থম্মুনা মনাক্তা চঙশিল্লত্তুনা মশা নোমছুনা—“অমু অমু” কৌরম্মী। মশা পুম্বা ঈনা লুপ্লম্বছদা পাথত্তুনা লাওগে হায়না মম্বা কাথংলকপদা মুপা অনিছুনা ভগা য়াক্লা হায়রকই—

“হৌদোকউরম্নু থুম্লক্লয়োই। ইবৈবাক্কী য়েক্লবা সম্নকায়গী মীনাই অয়োনবা পাও পীবা, মুপীগী, ঈজ্জং লূট ভৌবগী মতীক চাবা দণ্ডি পীরবনি। নঙস্নু ঈজ্জং য়োনবগী অস্নুম্না চৈয়াক ফংগদবনি। নঙবুদি অহানবা মম্বালনি ঙাকপীয়ু হায়না অথৌবা হাজারীনা হায়রকই—অছুবু মতুংদা অমুক অছুম্না ভৌবা থেংনরবদি নঙস্নু মাগুম্না দণ্ডি ফংগনি। অতুপা নঙনা য়াম্না পামজবা অছু নঙগী মোন ময়াদা থম্বীরম্নবনি” হায়রম্নগা মথোয় অনি মপান্দা অছুম থোকখ্রে।

লুকমনী মোন ময়াদা মারুম্নগা “হো ইমা, ওক”—হায়রম্নগা ভূমিম্না অছুম ফমথাখ্রে।” □

মথং মুমিং—অয়ুক

খুরাইলনি। ভুয়ো নাকুপ্পীনা ককনা কুপ্পবা লৈমু নাপ্পা ভৈরবা কা মঙাগী মুমজাও লাইথন তাবা অচুগী মাঙোল তরু তরু রাই তৈরবা দাগী ময়ায়দা থুপ থাংমৈ ঈশিংগী পাত্র লৈগু সূর্য্যদেবদা কংলি মায়োক য়াই। অসুম্বা তরু-তনানবা মাঙোলসিগী ফমেন্দা কক অয়োনবা অমগী মথক্তা ফিঙৌ ফিদাদা কমচুনা হিদাকফু থম্বাল শাবদা মৈথু রা রা কায়িবা ভাম্বক অউম্বা পান—শাংলবা তোংবৈ অমা মচীন্দা চুপ্পুনা হিদাক প্রোক প্রোক চিংলচুনা কল্লি সুবদার তোম্বাও। মথুক্তা বড়সাহেবকী মোহর নম্বা চে অমা পায়রি অরবা রাখল অমা থল্লি।

মুমিং মাঙোল ময়াই য়োরে। মাগী মনাই অনি তোম্বু, মনি—হাথু হাথু কোম্বোং হাংচুনা চঙলকই। শুমাং মতোম্দা মখোয়না তোংলকপা খোঙউপ থনয়গা চঙশিল্লকই, মাঙোল কাথংলগা চঙশিন্নুনা সুবদার তোম্বাওদা থুরুম্মী অচুগা পাথংলপ্পা হায়রকই—

"তাবিরবয়া ইঙো অঙম্বা, মাঙেঙ, ননাই অমুদো ওয়াং হাংখ্রে।"

"কনানা কমদৌনা কদাইদা?" য়াম্না ঈংনা হংলকই।

"ননাই লুকমাইপানবী লুকমনীগী মুমদা। মঙকসু অখিঙমসু কক-থংলম্মী হায়। কনানা ওইরিদগে হৌজিক কাওবা থঙত্রি। থানানা তমস্ত তৌরি।"

তোম্বুনা মখা শমথয়রকই--

"ননাই অমুদীদা থাখিবা চাওবসু লৈরক্তা শিনা কংলে। ময়াদা মূং মবুক্তা চুরী। লুকমনীসু অ্যান তাম্রি হায়। ময়ক মরক্তা মুরুম মুরুম শোল্লি। "হাজারী হাজারী।"

"হাজারী কাওবুনা ওইরম য়াই অজা-ইতো !"

"তৌরেদা হাজারী নঙনা তৌবসে। মাগী কেম্প অহম কাইনা, খনরোক অস্রো লোইনা থুগাইখ্রবনি—মাগী মরু ওইকা মী অহম শিখ্রবনি। অহম অমম্ব কাহনা জেলদা লৈরি। মহুং ইনবা লাম্মী কুন হেন্না খুৎ থোক-বদা শিপ্রবনি। অদুবু মাতদি হৌজিক কাও ফাবা ওমগ্রি, হৌজিক্লা কদাইদা লৈরিবা ?"

"অদুবু অজা। মখোয়নদি শিরিবশিং অদু মখোই মী অমত্তা নত্তে। মরাল লৈতবা মীচম প্রজা ওাকুনি। কাহনা হাংলগা তৌশিন্নবা খুৎথোক-বদা সরকারগী লাম্নীনা হাংপনি হায় অদুগা কারিবশিংনহু—মখোই মীচম প্রজা ওাকনি লায়া কারিবনি হায়না হায়।"

"মহোয়না হায়বু থাজবয়নে ?"

"অজা ননাই ঐখোয় থাজজবে।"

"পাজরুম্ব থাজরুম্ব—নখোই ঐখোয়দগী আঃ হেন্না খঙত্রবা শিংত্রবা হৈত্রবা ফিরিঙ্গী সাহেবশিংনি। মুমিং তাবা নাইজ্রবা সাম্রাজ্যগী মপুনি। মখোয়না লৌখৎলিবা খবক লাম্নীংওাই লৈবমলোই। নখোয় ঐখোয়বু লিশীংলক হেন্না তম্বীবা ওন্নিবনি।

রেঙ্গো—চেসি উরবরা ? বড়সাহেবনা কবোক্ষমগী খবক ঐতোন্দা শিম্নয়ে। ঐ ওসি নিনি হন্নীগী মহুংদা মোয়ে টুমু কোজান থানা চৎকনি। কবো মংসানা কোজান থানা মনাক্তা লৈবা ঐখোয়গী থুমগোংহু মখোয়গীনি হায়রে। জোনষ্টোন সাহেবকা থঙাল জেনেরেলগা অনিনা কবোগী অওয়-শিংগা লম য়েন্নবদা ঐখোইগী লমদা লৈবনি থুমগোংহু। কবো সরকারগী ম্বিজেট সাহেব লাকনি ঐনা মণিপুরদগী।

নখোয় চেকশিন্নু। নখোয় নখোয়গী নখাদা লৈবা ঐখোয়গী মী শিদনবা চেকশিন্নু। হোয়েন মুংদাংবাইরম ঐখোয়গী মকোক থোংবা লুচিংবা পুম্বা উনগনি। কম্না হাজারী কাবা মাগী কাওবু চাইথাইবা মরম পুম্বা থম্মগনি।"

"অজা ইন্তো! হাজারীনা ইভোগী থক্তা লমন খুল্লী হায়রুনা য়াশকখিবনি। মাগী কাংবূ নোংপোকলোমদা লৈ হায়না তায়। কখোরম চৎপদা থর চেকশিনবীয়ু।"

"হেরা, মানবূ করি তৌজবা ওমগবনো? ঐ সরকারগী লাম্মী লোয়নগদৌরিসিদে।"

"ননাই অমূ শিরিশিদি কমদৌতাই।"

"হে, মাদি ফিরিঙ্গী সাহেবকী মনাইনি ঐখোই লৈবাকী নত্তে। মখোয়না থোকপা অমা তৌজনি।"

তোজাও মতমহুদা নীংশিংলকখি—বড়রসাহেবনা মঙোন্দা হায়রকপা—হাজারীগী কেম্পতা মাগী মী শাহুনা লৈহল্লুনবা মী অমা থিবগী বা; তোমু মনিদা হংখি—

"নখোয় অনি লোংজাম্বা পোইলাগা অয়ান্দার মৈনোগা উনয়রুসরা?"

"অজা মখোয় অনি হৌজিক লাকনি।"

অসুয়া রারী শানহুনা লৈরি। তোজাওনা হংখি—

"তোমু! নহান নহোয়গী অতুরাই সেগা লম্বী হোদাম লৈরক মপাদা সিফাইগী পোং লাকখি হায়বহু কমদৌবনো?"

"শুমদৌবনি অজা! ননাই সরকারগী গুর্খা সিফাই তরামুক ভোংজৈ মরীন লোমদা জিরি চৎপনি। কৈশামপাৎ য়ৌরকপদা মখোয় নিপাল্লোম হায়না চৎখৎল্রে। লৈহৌরিবা মখোয় অনিদা মখোয়গী পোংশিংহু পোখাংদা পুররুবা শিন্নরম্বনি। পোং ময়োম মঙানি। সিফাই অমনা লম্বীদা পোংশিংহু য়েংহৌরগা অমনা থোঙ্গান খুদীং চংহুনা পোখাং পোখাং হায়রুনা পুননবা মী কৌথোকই। থোঙ্গাল অমদগী থোঙ্গাল অমা কাওবা মথং মথং য়ুমশিংহুদগী মী থোয়রুগা হোল্লি অসুয়া খিল্লকপনা তোপ লৈরক মপা য়ৌরকপগী থোজান্দুদা সিফাইহুনা পোখাং পোখাং হায়না হুয়া হুয়া লাওরকাও মী অমত্তা থোরক্রে—শাওরবা সিফাইহুনা চংখিহুনা য়েংলুবদা য়ুম অহুদা অনাবা অমগা অঙাং মচা অমগতা লৈরম্মী। মানা থংনবা য়ুমহু তয়া

মী থিবা চৎশ্রিন্নৈদা লৈরক্লগী মখোয় পাখং তরুকথক থোরক্লগা পোং ময়োমশিংহু তাপ তাপ পায়রগা পরপ পরপ চংখংখি। পোং শত্তহৌবা সিফাইহুনা পোংশিং অহু থংনবা থোঙ্গান্দা থনমগনি থন্দুনা চঙখিবা সিফাইহু ঙাইহুনা ঙাইহাক লৈহৌই। পোং পুহুনা চংখিবা পাখংশিং অহুদি হোদাম লৈরক্তা অহুম চঙংখ্রে। অহুগা পোংশিংহু পুহুনা কৈশাম থোংলোমদা অহুম চংংখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা সিফাই অমহুনা মী মঙা তরুক পুহুনা থোরকপা মতমদদি সিফাইহুতা ঙায়রম্মে পোত্থি লৈরমদরে। সিফাই অনিহুনা থুনা পরপ পরপ চংখংলক্লুনা হোদাম লৈরক মপা য়োৎবদদি পোংসু লৈরমদরে মীশিংহুসু অমত্তা লৈরমদরে। য়াম্না শাওনা সিফাই অনিহুনা মনাক নকপা য়ুমশিংহুদা হুংবদা কৈশামথোংলোমদা চংখ্রে হায়হুনা থুদোম্বী থিন্দুনা তাক্লকই। অশাওবগা লোয়ননা মখোয়হু ফাননবা কন্না চং-লকপদা হোদাম লৈরকী লৈখোম থুকউ য়ৌনাপুখবহুদা মখোয় অনি বুটনে করিনে পুখক্ল চংপা ঙমত্রে লেঙবা য়াত্রে—থাপা পোং ময়োম পুবা ইকোন কোনবা মুপাহু হাইফেং উবগুম তৌখি- নোংমৈ মরু হান্দুনা কাপকে নিশান তৌবা মতমদদি লৈশিনখিহুনা অহুম উথিত্রে। মতমহুদা মাঙদা চংখংখিবা কাকৈথেল য়োক্লরবা সিফাইশিংহুনা পোংকা সিফাই অনিহুগা লাক্লে হায়হুনা অমুক চল্লক্লুনা কৈশামপাং ফাওবা য়েংবদা উত্রে। হুং হুংহুনা থিরকপদা সিফাই অনিহু হোদাম লৈরক্তা লৈখোমদা পুখহুনা লৈরম্বা থেং-নরুরে। মখোয় অনিহুগা লোয়ননা সিফাইশিংহু অমুক কংলা পল্টন তান্না চংখি। ঙাইহাক লৈরগা সিফাই ময়াম লাক্লুনা কৈশামপাংতগী কা কৈথেল ফাওবা কোয়শিন্দুনা পুং তরা হেম্না মুমিং তারমদাই ফাও থিখি। কংখিদে, অহুবু সিফাইশিংনা চঙলম্বা য়ুমশিংদগী লীককোন পৈশা মুংশা ঙাম্নু থুহু য়েন ইন্দাং নাপী কোবীনচিংবা য়াম্না মাঙই হায়হুনা ঙাঙলে।"

"পাখঙশিংহু কনানেগে নখোয় হংলাকপরা ?"

"কৈশামথোংদা মুপা অমনা হংবদদি হাজারীগী পোংনি পুরিসি হায়রম্মে হায়।" অহুগা মখোই য়াইফুত্রোমদা থুমুথোং লান্দুনা য়াংথৈরোমদা চংখি হায়।"

মুমিং উখোকত্তেন য়ৌরে। মতমহুদা লোংজাম্বা পোয়ইলাগা মৈনো অরান্দারগা মখোয় অনি চঙলক্কুনা তোঙ্গাও সুবদারগা উনৈ। থূরুম থাজংনৈ। অোঙাওনা মনাই তোম্বু মনিদা হায়রম্মী –

"ঐখোয় হৌজিক বড়সাহেব উনরুথিগে মুংদাংবচ্ছি অমুক উনসে চংলো চংলো পোথাক্করো।"

তোঙ্গাও লোংজাম্বা মৈনো শগোল অমমম তোংলহুনা কংলা তাম্না চংখি। □

*  *  *

১৮ (১)—মুমিং অসিগী অযুক—য়াইরিবোক –

লুকমনীগী পোৎকমদগী কা মতপ অমমম চারবা তুংদা মখোয় অনি পরপ পরপ তোঙ্গাও মনাই মীজাও চঙখিবা লৈরকুদা চঙখি। লৈরক অহু মী কয়া চংনদবা লৈরক্কী। ঈংখোল অনিগী নাকনগী যম্বন্দগী হাইথরকপা উশা রাশা যম্বনদৈ মশানা ময়ায়দা মী অমা চংপদা য়ারপ থোকই অদুগা হাইকেং নক্না মাঙদা লৈবা মী ফাও উবদ্রা য়ারপ থোকই। অদুনা চঙখিবা ইকুই কুইহ্রিবা তোঙ্গাও মনাই মীজাও উবা ফংলমদে। মখোয় অনি য়াম্না চেকশিন্না নীং মাঙ য়েং ওই য়েং য়েংহুনা তপ্না তপ্না চঙশিল্লম্মী।

হিদাক ঙাম্বকমুক প্রায় চঙশিন্নরুবা তুংদা শ্রোং শ্রোং প্রেক প্রেক লাওবা মখোল অমা তাখি মখোয় অনিমক থংপাক পাকথখি। মখোয়না উখি অনকপদা থুহ্‌পমুক্তা থাপ্না আরাম্বাই তেন অমা তারম্মী। মখোয় অনিমক য়াম্না চেকশিন্না মোং হাদনা পাকথ পাকথনা হৌদোংগী খোঙচত্না খোংকাপ কুকমুক মাঙলোমদা চঙশিন্নরুবদা মাঙদা থুহ্‌প ও মুক্তা লাপ্না মফমদা তোঙ্গাও মনাইদু মথম্তা লেপ্পহ্না আরাম্বাই তেন্দু লংগদবগী মওংদা মাঙদা থাপ্পপ য়েংহুনা লৈরম্মী মখোয় অনি মনাক য়ৌরক্লে হায়বা থঙদবগুম তৌই। অনি অহু মমিং থংনরগা খোঞ্জেল অমত্তদা শান্নাও য়াক্লাও

খোল্লাওজা "কনানো ৈলম্বু" হায়না খংলাও লাওরম্মী। মুপা অহু ইনক নল্লা খণ্ডহৌদনা খণ্ডলাও লাওরকপা অহুদা খংপেক খংবদগী পাখংখিহনা মখুত্তগী ভেন্দু পোপ থাদৈ—ইণ্ডক ঙক্লা ইপণ্ড পণ্ডখবগুম লেত্তুনা লৈরম্মী। অনি অহুদি লাওরকপগা লোয়ননা চোংশিল্লক্কুনা মখুৎ নামা নামা কাহনা মাবু নমথুহনা থমগ্রে অহুগা মখুত্তা পায়রিবা ছুরীহনা মবুক্তা "চোপ" থিনখি। মুপা অহু অমুক্তং খংলাও লাওরম্লগা অহুম তুমিন লৈগ্রে। মখোয় অনিনা মুপা অংগী মশাপুম্বা মাহনা থিবদা তোম্বাওদা পীনবা চিঠি অমা য়াওরম্মী। মহু লৌশিল্লগা খুনা য়াংনা মখোয়না তম্ভনা চংপা অয়োনবা লম্বীদা ইংখোল ফাওজিন্দুদা শোং পেক লাওদনা চংগ্রে।

মত্তম থর চেক মোক লাওদনা চংলবা তুংদা "মীজাওদি কদোমদা?"

"চেনা ৫২ শাম্নফমদা।"

মখোয়না ফাওদোকখিবা লৈরক্কুগী নাকন্দা লৈবা মাগুব অমগী কাচিন্দা চেনা ৫২ শাম্নরী। মহুদা মীজাও য়াওরি উবদা—"ঙাইহাক ঙাইসিরা?"

মখোয় অনি মরুম অমদা লৈশিন্দুনা লৈরিঙৈদা শাম্নফমদগী অমু পরপ পরপ থোরকই—কোইরু কোইরু য়েংলগা লুকমনী খোই তাবা লম্বীদা চংখিবা উই। মখোয় অনিমক মতুংদা অহুম ইরগ্রে। তোম্বাওদা মানা ইরম্বা চিঠিহুগী মাবু লেম্না থারোই খনখি।

অহিংগী অনিশুনা য়ুথক লোইরকপদা মখোয় অনি য়ুম্নাম লৈকায়দা থাবল চোংবগী মিকোন থাগোনবা য়েংলিঙৈদা মী ময়াম ঙাণ্ডনরকপা তাখি।

"পুংমেবা অমু লুকমাইপানবী লুকমনীগী য়ুমদা মশক খণ্ডদবা মীনা হাংলম্মে। থানানা য়াই চাইরে—থবল চোংবা লোইশিল্লসি।"

লৈশাবী মৌনহা মবুং মৌপগা মপুরোইবা মমা মবোক্লা থিরহনা হায়গ্রে। মখোয় অনি কুইনা লৈথবা কত্রে হায়হনা য়ুম্নাম লৈকাই মপাহমক্তা ইম্ফাল তুরেল লাম্দুনা শিংজমৈ থাইদেম ভেম্বা লাই উমংদা পুন্দুনা থনবা শগোল তোংহুনা খুরপ অচৌবা থাহুনা অহিংচুমা পোথাদম্না ঙারিকাম লম্বীদা য়াইরিবোক য়ৌথি।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা ময়ুম ময়ুম য়োরে। চোকথরবা লোথরবা মশা অহু ইমুন মুরে। মফি হোংদোকপা ঙাইঙমদনা মাগী মাগী ফমুংদা পত্রাক তাখি। ঙাইঙমদনা নাখোক্তুনা তুমথরে। নোংঙাল্লক্লহুনা মী পুন্নমক হৌগৎনহুনা মাগী মাগী মখৌ পায়নখ্রে, অয়ুক য়াম্না থেঙলে অহুবু অনি অহুদি মচি লেংঙ্গ্রি।

মুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই য়োরক্লে। ঙাইবা ঙম্নক্রুবী লুকমনী মমা বেং বেং ঙাঙহুনা মীথুগী মুমদা লাকখি।

"কৈনো মীথু তোলেন অনিসিনা তৌরিসিবো কাক খোংত্রিভৈদা হৌগতুনা চৎসি হায়নরগা মুমিৎ অয়ুক থেঙলসিফাও লাক্রিসিবু করিগীনো?

"ইবেম্মা মীথু কদাইদা লৈ? হৌগক্রি হায়বা? ওন্থোক্লা তৌঙম-মেদা? কয়া কুইরে ঐনা ঙাইরিবা! কদাই চৎলুহুনা কয়া থেঙনা হল্লক্তুনা তৌরিনো?"

ইবুঙো মীথু কৈদৌরবগে? ফৌ বোরাদা হান্দুনা লোইনা লৈরে থর ঙন্না চৎসি হায়রগা? নচন মুপী মথম্তনি লৈহৌরিবা মঙনা মঙ মুঙাই-তবনে? পাম্বোমসু চোংই।

সে ইবুঙো হৌগৎলো থেঙখ্রে হায়র্মী।"

য়াম্না অন্না মমিৎ নোইর নোইর নোইরহুনা মীথু হৌগৎলে, হায়রকই।

"ইনে ঙাইহাক্তা ঙাইবীরম্মু ঐ তোলেন খোইদৈ যনগা গাড়ীগা অমুক্তা লোক্লখিগে মাসু য়াওদৌরিনি ঐখোয় অনি চঙহুনা হোৎনরবদি ঙাইহাক্তনি ইনেসু মমাখোইদা লৈবীরম্মো;"

মীথু চৎখ্রে লুকমনী মমাসু হল্লকলে।

ঙাইহাক লৈরগা যন গাড়ী কৌ পিক থন্না হাপ্লহু মীথু তোলেন্না থৌ-দোয়ক্লে। লুকমনী মমাসু যন গাড়ী মথক্তা কৌ বোরাদা তোংহুনা চৎলি। গাড়ী হেক থোবা হৌরকপদা তোলেন্দি উইথরক্লে। কৌ মথক্তা তৌবোং অমা ইল্লহুনা অহুম রাখখ্রে লুকমনী মমানা ঙাঙবা রা ভাবোই ভাদবোই নাখোয়ক্লে।

মীথুনা—"হৈ হৈ অরর তিতি" হায়ছুনা যন্দু শাজৈনা কুহুনা থুনা য়াংনা থোবাল লম্বীদা ইম্ফাল ভাম্না লাকখি।

লুকমনী মমানা শোনখি—য়ুমদা করি থোক্লমগবা—পাবোমসি চৌং-থ্রেদা !

মীথুনা হায়রকই—"কৈস্থ তৌরম্মোইদা ইন্দোন—রাকসু লাইনা তথনি হৈ হৈ অরর তিতি টিটিনহৈ।" □

# ১৯

চহি কয়ামুক্তী মতুং — মুংখিল মুংদাংবাইরম ইম্ফাল—

হনুবা অঙাওবচুগা হনুবী অঙাওবীচুগা নোক্না নোক্না য়ারী শান্নি হনুবচুনা হায়রকই—

"মুপীমচা নঙনা থোয়ানী শাবদা শাখিবা জগোইচু কারিব্রা।

"জগোইচু শাওরা ?"

"শাওনে—অমুক্তা য়েঙ্গে।"

হনুবী অচুনা হৌগত্তুনা শাই—অভিসারদগী হৌনা মথং মথং মিনিট মঙামুক শান্নবদা রাবনা তপ তারচুনা ফমথে। হনুবচু মপি তানা য়েংলি— অমুকসু নোকই, হায়রকই—

"নঙদি য়ান্না হৈরম্মীনে।"

"হনুবীচুনা হংলকই—

"কৃষ্ণ শাবগী জগোইচুদি নীংশিংলিবরা ?"

"য়েংনীংবরা।"

"য়েংগেনে—"

হনুবচু হৌগৎতুনা মিনিট অনি অচুমদং কৃষ্ণ অভিসারগী জগোইচু চোংই, রাবনা তপ তাই—ফমথে হনুবীচু কপই নোকই।

মপান্দা অংকোয়বদা লৈরিবা অঙাংশিং অচুনা "অঙাওবা হনুবা অঙাওবী হনুবী জগোই শারে শারে" হায়চুনা য়েংলি—রা রা নোক্লি।

মখোয় অনিদি চহি কয়াগী মমাঙ হৌখ্রবা যুগ অমদা চংল্রে। জগোই শান্নবা মুম্বিৎতুদা হাজারী লাকই হায়চুনা সিকাইনা মাওবতু কোয়শিল্লি। থি হুমই। মরাম মরাং মরাং তৌখি। জগোই লোইরগা মযুমদা হল্লকপদা হাজারীগী রা মপানা মখোয়দা লৌখিবচু নীংশিংলকই— □

* * * *

১৯ (১) কংলা সনাকোনুং — ১৮৯২

ছত্রংশান্নবা হৌরে। নাকল অনিমক্কী পো থাংজিন্নরি—ছত্রং লাইয়ুম থল্লে পোনা ইচাই চাইনা নাকন অনিমক্কী পান্দম অমনা অমগী নিংথৌ কাবা লাম্মী মশীং হুম্বহনবা—সেনাপতি হাংপা—শগোল শামু হি লৌথোকপা থবক তৌহন্দবা। পো মথং মথং চংনরকই। বড়সাহেবকী পো হাজারী কাবনি হাংপনি, মথৌ তৌহন্দবনি। মোইরাং তোঙ্গাও, লোংজাম্বা পোইলা মৈনো অরাঙার মখোয় অহুম্মা বড়সাহেবকা উনবা মুংথিলহুগী মথংগী অয়ুক্তা লোংজাম্বা পোইলা ময়ুমদগী মাঙখ্রে। খুংলাই পায়বা মতুংইনবা লাম্মী ২০ লোয়নখি। সরকারগী পল্টন্দগী মৈনো অরাঙার সিফাই অহুমগা খুজু খুংলাই নোংমৈ অহুমগা মরু য়াংথৈ য়াংথৈগা লোয়ননা চেনখ্রে। বড়সাহেবনা নোটিশ তৌখি।

"লোংজাম্বা পোইলা, মৈনো অরাঙার লৈবাক্কী য়েক্লবা লালহৌবনি। লোংজাম্বা পোইলা হিংনা নত্রগা শিনা ফাবা মীদা মনা লুপা লিশীং অনি অহুগা মৈনো অরাঙারগীনা লুপা লিশিং অমা পীগনি। অতৈ লাম্মীশিং সিফাইশিংনা অমমমদা লুপা চামা অহুগা নোংমৈ অমা পুরকপদা লুপা মঙা অহুগা নোংমৈ মরু খুদীংগী শিক্সি অমমম পীগনি।"

নোটিশ অসি সরকারগী অফিস খুদীং অমদি লৈকায়গী চৌকিদার পুম্বদা য়েম্থোকখি। মণিপুর শিনথুংনা পাও অসি শন্দোকখি।

লোংজাম্বা পোইলা, মৈনো অরাঙার লাঙ্গোল থোঙাক লাইরেম্বীগী উমংদা মখোই অনিগী কেম্পনি। চৈরাওবা মতুং হন্নীকোনবা নোংমাইজিং মুমিংকী মুংদাংরাইরমদা মখোই অনি চৌকপক্লা য়ারী শারম্মী।

"অরাঙার ঐখোইনা শীনখিবা অরোনবা মীত্তিন মকম কদাইফাও পাওথোখ্রে?"

"ইঙো পোইলা! মণিপুর ভম্প্যাকী অরাম্বা লম লোইশিন্দুনা লোয়াবম থোঁকখ, চীংগী লমদি পায়থংক্রি।"

"মীতিনশিংছুদা মীদি কয়াম কয়াম তিল্লি কয়ম কয়ৰা মীতানা থিং হেল্লি ?"

"মী মঙা ভয়া অছুম হায়না তিল্লি। চহি ১৫ দগী ২০ কাওবগী কাওবু ঙাক্তনি। নোংমৈ পীনি হায়বছুদা হৌ হৌ চোংই। ঐখোয়না পায়রিবা নোংমৈছু উবদা মতীন কুং কুং য়োংলি।"

"ঐখোয়না শন্দোকপা পাওছুদি মখোয় পায়া তাবরা ?"

"ঐখোয় নীংতম্বা জাতিনি, মণিপুর নীংতম্বা লৈবাক্নী— মণিপুরগী নীংতম্বা ঙাকদবনি। য়েরুবা তাথোকদবনি। য়েরুবগী মীচংদা লৈরিবা সিকাই অমদি মৈতৈ মচা পুম্বা লৈবাক্তী য়েরুবনি। নীংতম্বগী য়েরুবনি চোংথোরকলো অথৌবা, নখোয় পুম্বা নীংতম লাম্মী ওইয়ে।

হায়না ঐখোয়না লোম্না লোম্না নাকোং অমদগী অমদা শন্দোকপা অয়োনবা মীতিন্দা হায়খিবা— থরাই য়াওনা তানৈ। অমদগী অমদা শন্দোকনি য়াশক্কে। মখোয়না হায়নৈ সিকাইদি লায়বু লায়রী সিকাইগী মীচং চংবশিং হায়া লোইথোকানি।"

"হাজারীগীদা চংখিবা কাওবুদো হুক্তরবরা ? থেংনরকই হায়বরা ? মতুগী পাওনা কমদৌবা ?"

"ইঙো পোইলা মখোয়গী মী থেংনয়ে। থাজবা য়াবা মীদগী মখোয়গী লৈফম থঙলে। মখোয়গা টননবা থৌরাং তৌরি।

"ঐখোয় অয়াম্বা মাগী কেম্পতা লৈবা মাগী মতুং ইনবা শাবা অছুগা নহাল হায়রকপা অছুম্মাইনা মাগী মতুং ইনবশিংগী লক্তা অমগা অমগা চিংনছুম্বা য়া শন্দোকপা তোথাই তোথাই তাহনবা অমি থোক্তরা শীনগদবনি অরাওয়া।"

"য়ানি ইঙো পোইলা ননাই অনি নহান হাজারী লানশং য়োক্তবছু হৌজিক ঙাইহাকী মফমদা অসিদা য়োরকনি। মখোয় অনিগী পাও হায়গা চংথগদবা য়া থম্রসি।"

"কয়ে কয়াম থেঙনা লাকনি ?"

"লাকপু লাকএ ইঙো।"

মতম অসিদা ফিমু শেৎপা ফিমু কোয়েৎ য়েৎপা মুপা অনি চঙশিল-লক্লনা থুরুম্মী।

"ফম্মু ফম্মু। নখোয় অনি হাজারীগী লানশঙ য়োরুরবরা—কদাইদা লৈ খঙবরা? নখোয়না খঙলকপা থেংনরকপা পুম্বা লোইনা তম্মু। হাজারী উনরকপরা ঐখোয়গী চিঠিহু পীরম্বরা করি হায়রকই?"

"অঙ্গা ইঙো—ননাই ঐখোয় হাজারী লানশং য়োরুরে। কদাইদা লৈবগে হায়বত্নদি তাংদাংবা হায়বা ঙমজরে। খনরোক কাওদি পুম্না চংমিরে। অত্নদৈদি ঐখোয় অনিগী মিৎসি ফিনা পুনশিল্লগা চংলি- মুমিৎ হল্লীনি। অহিং অহিংদা জঙ্গল ময়ায়দা পুল্লিবা মিৎতু হাংদোকই। চীংগী হোয়োক লৌবুক উমং লম্পাক কয়া লাম্না চংলি অত্নুনা কন-থাম্না মফম ওইবা তাই।

মাগী লানশংহ্নদা লৈবা থুংলাই পায়বা লাম্মী ১০০ গী মথক্কী। খোংজোম লান য়াওরুবা হাজারীগী মতুং ইনবা লাম্মী ১২ গী মমুংদা হিংলিবা ১০ খক্কা মকোক থোংনা শীল্লি। অতে লাম্মীশিংদি অনৌবা ভর্ত্তি তৌবা অঙাং পাখঙ ওাকুনি। পল্টনদগী চেনখিবা গুর্খা সিকাই অমস্নু য়াওহৌই। মানা নোংমৈ কাপ্পা হুঙ্গীন্না থিল্লবা কাজ তৌবা তম্বীরম্মী। মখোয়গী চান-থরুবা চেঙ-চাক মনাক নকপা থুম্দগী পুরকই - করম্বা হাওখুয়ো মহ্নদি খঙবা ঙমজররে।

মখোয়গী লানশঙদো হাইকেৎ চাওই। গুরুবা জঙ্গল ময়াইদনি। ময়াম লৈননবা ইনা কুম্না খাংপোক কুম্রামুক লৈ। ময়াম পুনকম মীতিনশং মাওব অমস্নু লৈ, মহুগা থংননা লাইশঙ অমস্নু লৈ। মনাক্তা মখোয়ই ময়ামগী লান তম্ফম অপাকপা লম্পাক অমস্নু লৈ। মুমিৎ থুদৌংগী হকচাং শাজেন কাজ থাঙ তা য়ায় থিল্লবা আয়াম্বাই হনবা নোংমৈ কাপ্পা হুঙ্গীন্না থিল্লবনচিংবা তম্মী। মুমিদাং য়াইয়মদা লাইশঙদা লাই খুরুম্বা লোইরগা হাজারীনা মখোয় পুম্বগা উনরগা য়ায়ী য়াতায় শাই অমস্নুং মথং মুমিৎকী

খৌরম লাউখোকই। লানশঙ অদু অছাওবা মতম থমদনা। য়ারেক শন্নি ভৌই।

ইভো পোইলাগী চিঠিদু মুন্না পারগা মখোয় থর মুন্না থন্নরবা তুংদা য়ায়ম অদু মখোয় হয়াওনা লৌই হায়রকই। মথং খৌরম তাননবা মখোয়গী মরু ওইবা অওম্বা অমা থারকনি য়ায়ম পূন্না থন্নগনি হায়রকই।

মখোয়গী লাম্মী অয়াম্বা চহি ১৫/১৬ তগী ২৪/২৫ গী মনুং ডাক্তনি। হাজারী থানা মখোয় ১০ মুক্তনি চহি ৪০ গী মথক। নোংমৈদি নিম্মুক্তনি। অতৈদি থাং তা আয়াম্বাইনি। শগোল কুম্ব্রামুক্তা উজরকই। ঐখোয়না থজ্জবদা হাজারীগী লানশঙসি অতৈ মকমদম্ব লৈবা মাগ্নি।"

"হাজারীগী লাম্মীশিং হয়াও তয়াম লৈহৌব্রা? মখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বগী য়াকং তারক লাক্লকপরা?"

"অজ্ঞা ইভো! ননাইশিংগম্ব কয়া তোংনহন্দে অদুবু চামিন থকমিন্নবা মতমদা য়া অমনি ডাঙনবদা খঙবদি মখোয় পূম্বা হাজারীবু লাইগুন্না থন্নি। ওমথৈ লৈতনা থাজ্জে মখোয়গী য়াশক শোয়দনা পাঙথোক্তনি হায়। মখোয়গী মরক্তা অমক্তংদত্তি ঐখোয়গী মৈতৈ ইনিংথৌ লৈরবসিদা ঐখোয়না লান তৌরিবম্ব মরম চারিবরা খঙদে হায়হৌই।"

"করি মুমিংতগী নখোয় হাজারী কেম্পতগী লাকই। মীদু মশক খঙপদ্রা?"

"উরদি খঙগনি— ননাই ঐখোয় মখোয়গী লানশঙদগী মিং পুনশিন্দুনা লাকপনা থনরোক্তা তরুক্লীগুবা মুমিত্তা থুংই অদুদৈ নখোয় হনপ্রে।"

ফরে ফরে পোখাক্লরো। অয়াগুর ঐখোয়নিম্ব মথং পোয়ম থন্নরুসি।" ☐

* * * *

১৯ (২) "হাজারী মরৈবাক নীংবা নীংতম লাম্নীনি হায় মলেহবু ভাম্বোল্লবা মণিপুর মনীং অমবা লান তৌরি হায়।"

"অহুবু বড়সাহেবনদি দাকুনি লুটরনি লমহেনবা কাঙবুনি হায়।"

"কনানা চুম্লিবনো ?"

মণিপুরগী নিংথৌ চুরাচান্দ অঙাং ওইরি লৈবাকী সাসনগী চুপ্পী বড়সাহেবনা পায়রি। সনাতোম্বীনা পল্টন্দা লৈখিবা মুদ্দিন্তগী হৌনা বড়সাহেব মণিপুরগী মমাক ইবুঙো ওইরে। অহুনা রাজব্যবহার কায়ত্রবা মণিপুর প্রজা কয়ানা বড়সাহেবপু ফিরিঙ্গী ওইরবস্ন য়েক্রুবনি হায়না খনবা ওন্নমদে। সনাতোম্বীগী য়েংহুনা ইকাই খুম্নবহুম হেন্না পীরম্মী।

বড়সাহেবনা লাওথোকই—"হাজারী অমসুং মাগী কাঙবু কোয়রেংগী মনাই কা হেনবা লুট পাং তৌবা লৈবাক লাঙহনবা কাঙবুনি। মথোয়গী মতেং পাংলম্বা চঙজফম পীরম্বা পুম্বা দণ্ডি তৌগনি।"

বড়সাহেবকী অয়োনবা য়াথংদি করি ?

"তোম্বাও, লোংজাম্বা, মৈনো—করি তৌরি ? থবক্তু থুনা তৌবা য়াত্রা ?

"সাঃ হয়েংমক পাও ফংবীরনি।"

অহু মুমিংকী মুংদাং ফিম্ন শেংপা মখোয় অহুম মরি থাঙ অতেনবা অমমম পায়হুনা খ্বাই কৈথেল অশাংবীদা ফম্লিবা ময়াং দেশরালী চুকান্দার খরদগী হাজারীনা লুপা চামা চামা পীম্নু হায়হুনা খোমখি। মুমিং খরৈ মমাঙদম্নু অমুকম্নু খোমখি। চুকান্দার মরি মঙাদি অশুম্না ভভনা শেল খোম্নবহু য়ানীংলমদে অহুনা সরকারদা তাকুনা ফাননবা হোংনরম্মী। মথং মুমিং অমদা অশুম্না শেন খোম্বা লাকপা মখোই অহুমথক সিফাইনা তান্নহুনা অনি ফাখি অমদি নাম্বোক্তুনা চেনখি। তোম্বাও মনাই তোম্নুমা শম্বোকখি "হাজারীগী মী দাকু অনি কাম্রে।" রা রা লাওখি। মুমিং অহুগী মুংদাং অথেংবদা চুকান ভম্নামক মৈ হৌহুনা চাকখি—"কত্রবা হাজারীগী খুং শিম্নি" হায়না খ্বাইনা খন্নখি। কাপ্রবা অনি অহুদি পল্টন য়ৌরগা অহুম থাদোকম্রে।

থৌদোক অসিগী মতুং থা থরগী তুংদনি। থুরাই পন্দোম্বা লৈবা স্নাখ্বা সনা থাংকোকপগী য়ুমগী মাঙোন্দা স্নাখ্বা স্না থাংকোকপা মথরাই য়াম্না মুঙাইত্না ফমহুনা লৈরম্মী। মুমিং মাঙোল ময়াই য়োরকপদা তোপ কম্পুগী খৌনাও অবুং অদোন চঙলকই। শুমাং মতোনদা মানা তোংলকপা খুরুমহু থনম্নগা চঙশিলক্লুনা ফমেনদা ফম্লিবা স্নাখ্বা সনা থাংকোকপদা থুরুম্মী—
"চংলকউ অতো—ফম্মোয়াও, হায় কনা লৈ—আসন অমত্তা পুরকউ।"

মুপী মচা অমা থোরক্লুনা ফক অমা থায়। চংশিন্দুনা ফমই অদোন অবুং।

"অতো কমদৌবা?"

"অজ্ঞা হুনদক ননাই হাজারীনা তৌরিসি খোয়দৌ ওম্মোক্না শাওগংখ্রে।"

"চুম্মী অতো—মখোই কুম্ভামুক্তী ঐগীসিদা চঙলকপা—অরৈমখৈ লৌপ্রবনি য়েংউ থুজেংদা মখোয়না পুম্নমগী মমি তাম্নিসে?"

"অজ্ঞা ননাই ঐগীদদি মখোয় নিফুমুক্তী ঐগীশু লোয়না লৌগ্রে অহুদা ননাই ঐগীদি ইচা মুপী কাওবগী ইজ্জৎ লুট তৌখিবসিনি খোয়দৌ খিৎলিবা।"

"মখোয় হাজারীগী মীনি হায়রম্না অতো।"

"অজ্ঞা অহুম হায়রম্মী—"

"কম্নিগীনো মখোয়না অহুম হায়রিসিনা, মখোয়বু লুনা তৌরিবা ঐখোয়দা অসুম তৌবা হৌনরনে?"

"অজ্ঞা ঐখোয়না সাহেবতা লোম্না পাও পী অহুগীনি হায়রম্মী—"

"ঐদি অহুগুম্বহু তৌদে নঙবু তৌরুমবরনে অতো।"

"ননাই ঐদি কদাইদগী? শাওনীংমনম্নহুনা ওয়াং মাগী মী অমা লাকপহু থিনা চৈহুনা থাপ্রবনি ঐবা।"

"নঙগীদমু লাম্নবয়া? ঐগীদা লাম্নবহুনদি হাজরীনা থারকপগি মখোয় মস্তে-লুট তৌবা কাওবুদা সাহেবনা ইনসিন্দুনা তৌহনবা ওইরমগনি মখোয়হু কনানো মখোয়মু থিম্নি হায়।"

"খংত্রে অজ্ঞা করম্বনা চুমদোরিব। ?"

"নহান বাজারদগী শেন খোম্বা কাওবৃহুদি থাদোকপ্লুবরা ? ঐখোয়-গীনা করি তাই মী ফা লাক্লবরা ?"

"খঙদে অজ্ঞা কৈম্ব তাদে সরকারসি চেক মোক লাওদে। ননাই তোম্বাও খোয়নদি হাজারীনা ভৌবনি কম্মা হায়রি। ননাই ঐদি মখোয়বু শুকয়া য়াবা ঃম্মরোই।"

"অতো। ঐসু অহুম্মা খল্লি।"

' অজ্ঞ, ননাই বড়সাহেব অসিনা লৈবাক্কী ফনবা য়াম্মা তৌরি হায়নৈ।"

"কমদোনা অতো।"

"ননাই অসিনা মৈতৈশিং কমদোগে মখোইগী অপাম পামদা করিনো হৈনবী করিনো হায়দুনা ননাই বামন চরনখোই রসিকলানখোইদা য়াম্মা হংই হায় — তোম্বাওখোইদসু হংলকই হায়। সনাতোম্বীগসু তাম্নৈ হায়।

"অহুবুদি ঐখোয়গী হয়াও কুম্মৈ ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক্তদি মতেংবু য়াম্মা পাংলিদা।"

* * *

অওইবমক বড়সাহেবনা মণিপুরদা হ'ম্মদগী লৈরক্লবা বাঙ্গালী অফিসার বামাচরন, রসিকলাল কুণ্ড, সুবদার তোম্বাও, লোংজাম্বা পোইলা, মৈনো — মণিপুরদা য়াম্মা লৈরক্লবা ব্রিটিস অফিসার গ্রণ্ট অমদি মাগী মুপী সনাতোম্বীদা মুম্মা হংখি সাধারন মতৈশিংগী লমচৎ শাজং অপাম পামদা হৈনবী চৎনবী —। মানা খঙখি মৈতৈশিংদ ধর্ম্ম চেৎনা থাজবা হয়াও কুম্মৈ পাম্বা কাওবুনি। হয়াও বুম্মৈ ময়াম অসিদা পুক্নীং লুপহনগে। ব্রিটিশ সরকারবু য়েক্লবনি খনবা তোকহনগে হোৎনখি —

অওাং ওইরিবা চুরাচান্দব মনিপুরগী নিংথৌ হাপ্লবা তুংদা ইকুই কুই-দনা খুরাই পান্দোন্দা অয়াপুরেল চোংথানা লৈরম্বা লৈশাংথেম মুক্ফমদা

চুরাচান্দ মহারাজগী শজাই শাবা হৌই লাইশঙ মাওবন্থু শাই। শাবা লোই-রবা চুরাচান্দ মহারাজ হোংজিন্নুনা লৈরবা মতুং চহি হৌরকপদা খোংমনজগী শ্রীশ্রী গোবিনদ খুবাই খুনদোনদা লেঙখৎলে। বড়সাহেবনা নিংখেম্মা লুপা ৫০০ পীহুনা শ্রীশ্রীগোবিনদদা সনা লুপা য়ান্না কৎপদা নত্তনা শ্রীশ্রী-গোবিনদগী পুজাদা চৎগদবা পুজারী মনদির সেবক ভাণ্ডারী. হুহোন তান-বৈবা, মাইবা শঙলেন, পাঞ্জি লোইশঙনচিংবা শোয়বা য়াদবা পুম্বা লিংখৎলে। মখংদা নিংথেম্ম গোবিনদগী মাওবতা মুমিং ভরেংনি চুপ্পা মেলা তৌই। অমুম্না মেলা য়াওরবা য়েংলুবা ময়াম মখং মখং মযুমদা হুরকপদা ঙাঙনখি —

"ইবাইতোন, ঙসিগী নিংথেম কীর্ত্তনগী চাক য়েক্সাংদো হাওইকো।"

"ইশেন হাওই হাওই। মীনা য়ামখ্রিনা মুমিং ভরেংনিসি হেক লাকইথে চাক থাঙবনিদো।

"ইবাই ঈশৈনা ঈশৈ মুঙাইরিবা। ময়ান্না ঙাঙনবা তাবদি হুনদকী ইশৈসি ওঝা চংগেমতোনগা ওঝা য়াংথে মেলৈগনা ইমুং মুংঙাই হায়নৈ।"

"অহুগা—ইশেন নাহারোন ঈশৈশকপা য়াওখিবশিংগী লক্তদি আখা খুদোঙ্গী, সুর্য্যবর, চাইগোইনা ইহেন হেল্লি ঙাঙনৈ।

"ইবাই আখা খুদোঙ্গীগী খুদোঙ্গীহুদি অঙকপনিকো।"

"ইশেন। ঙসি ভরেংনিসিদা মুংখিনদা ঈশৈ শকপসি পুম্না ঈশৈ শকপা৫৫০ নিহায় অহুগা অঙ্গিং অহিংদনা জগোই খুবাক ঈশৈ লেপ্পা লৈতে।"

"অহুগা ইবাই হেক লাক্লিবা পুম্বা চাক পীজবা নিংথৌ হায়সে ঙম্মীকো।"

"ইশেন হয়াও কুমৈগী অরাংপা লৈত্রেদো শংগোল কাওজৈ, খোঙ কাওজৈ, মুরা, হিয়াং তান্নবা—অরাংপা লৈত্রে—মৈতৈ ঐখোইগী হেক লৈজবা কুমৈ লোইনা শুরে।"

"সিদম্থু নত্তে ইবাই—বামন চামঙাদম্থু লুপা মথাই অমমম দক্ষিনা চাওনা চাওনা কৎলি। মমাসি ইবেম্মনম্থু কৈখেন কৈথেবদা শেল চাট—খুন খুদীজা লৈবা উমং লাইদম্থু থাংজেং নমথাং কৎলিদো।"

"শ্রীযুৎ সনা য়াথং ওসি মুমিত্তগী নিংথৌ মনাই পুৰম্ থাদোক্লে মীয়ামগী মীনায়স্ চহি মত্তা লৈরগা থাদোকউ হায়না সনা য়াথং লাওথোক্লে। ফুঙ্গা নাই কোকপসিদি য়াম কৈকো ইশেন।"

"অফবনি ইবাই অহুবু অচৌ অশাংগী ইমুং থরদি য়াবা তারেদো"

"অমা থণ্ডদে অমা থণ্ডদে ঐথোইগী নিংথৌ ইশানা পাজরবনিনা মুণ্ডাইবা হৌরবনি।"

"অহুবু ইবাই অশুক য়াম্বা শেনসিবু কদাইদৈনো। ?"

"সাহেবনা পীরিবনে। বড়সাহেবনা মহারাজদা লুপা লিশীং অমা অহুগা মনাসিদা শেল লখা ৩০ পী হায়।"

মথোয়না হাম্মা নিংথৌনি—মথোইনা পীরবদি কনানা পীনি।

"ইবাই সাহেবনা পানবসি মুণ্ডাইকো! ঐথোই হৌজিক ভংহু লৈত্তারে—ভাইহাক লৈতনা লাঙ্গেমবহুদি তৌরেদা।"

"মুণ্ডাই মুণ্ডাই লৱাই থুনগী পনচাই লীংলে চৈরাপ পারোং অমুক লিংলে, নিংথৌনা পীকলিত্তৈ বড়সাহেবনা মণিপুর লৈবাক্তা য়ারেন থৌদা তৌরিবনি। মণিপুরগী বিচার তৌনবা মেম্বর তরাম্ হাপ্লে—মৈতৈ মচাদা ময়ামুংহন নোংমাইথেম কালিনচিংবা লাকপা হাপ্লে, মোইরাং তোম্বাও কবোয়মগী থবক পুহল্লে। লৈবাক্কী বিচারনা বড়সাহেবনা পারোংতা তৌই ইশেন মুণ্ডাইরেদা – সাহেবনা পানবসি মুণ্ডাইদা"

"অহু ইবাই ওসি মাওবতা সাহেব থুবাক ঈশৈ রেংলিসিদি। কমদৌবা ?"

"মাওবসি মাংলেদনা হয়েং শীদোকনি হায়বনি।" ☐

* * *

১৯ (৩) ইং ১৮৯৪ শিংজবৈ মথক—

চহি অনি হৌখ্রে। অমু শিখিবগী মুঙাইতবা পূম্বা কোক্লক্রে। মতম্মা পুম্নকপা শিদ-হিদাক্লা হিংলিবা মীশিংদা শিগনি হায়বা শুকথন থলহন্দনা অনৌ অনৌবা অশানা মীওইবগী য়াথল থলহন্দুনা চৌগ্নবা অয়া-অনা অশুম অশুম কাওহনখি। অকাওবা হায়বসিমু অয়াবা কোক্লবা শিদ-হিদাক্লী ঈশ্বরনা মীওইবদা পীবিরম্বা।

লুকমনীগী ইমুংদা অমু শিখি হ'য়বা কাওনরক্লে। কনাগুম্বনা হংনৈ—"অমু হায়ববু কনানো—অওইবমক লুকমনিগী ইমুংদা শিখিবরনে? মীনা হায়জিনবা ওইরিনিদা।"

হান্নগী য়ুমহু শীদোতুন অনৌবা য়ুম শাখরে। অনৌবা য়ুমহু শাবদা মীজাও মরল মথুম পুথোকপদা নত্তনা মপাঙ্গল থাংদোতুনা মশামক মথুৎনা থবক শুবা য়াওহনা পীকতক চেংতক তক্ল তক্লবা য়ুম মচা অমা লুকমনী মমা মচাগী শাবীরে। হিরম কয়াদা মীজাওনা লুকমাইপানবী লুকমনীগী মতেং পাংলম্মী। অহুনা উখিদ্রবা অমু লুকমনীগী য়াথলদগী মাঙখ্রে। অহুগা নোংমগী তত্তনা মাগী পোৎকমদা হাজির ওইরিবা মনাকোংদা তত্তনা ঙংলিবা মুমিৎ খুদীংগী উরিবা মীজাওগী তছবীর লুকমনীগী য় থলদা নোংমা নোংমগী ময়েক শেংবা হেল্লকই।

মীজাওনা লুকমনীগী পোৎফমদা লাকপা মতমদা করিগুম্বা কান্দা কান্নবা পাওয় য়াওরকই মীথু ভোলেন্না পাংহু পুখি—হাজারী সরকারগী লাখী থুত্তে নাম্বোকহৌই।

মীজাওদি মীচমনি মঙোন্দা নৈবাক নীংবগী য়াথল, সরকারগী মতেং পাংবৈ অপাম্বা করিমু লৈতে। মাগী অপাম্বা হায়ববু লুকমনীবু মাগী ওই-জবা অসিতনি। অহুবু মহাকমু শেন ফংনবা উপায়দি অচুম অয়ান থিদে। অক-ফত্ত য়েংদ অহুগা ফংবু ফংলবা শেল অহু থীন্দনা লুকমনীগী শেঙাও হেক্লা য়োই।

লুকমনীসু তত্তনা ঙংলরিবা মীজাওগী রা হিক্তোকপা কত্থৎপা ওন্নক্তরে। মীজাএবু য়ানিংলঃদবা পন ফিষ্বা হৌরক্রে। অওকপনি মতম নওগী থৌশিল। লুকমনী মমাস্ম মচানুপীগী ফৌরোয় ইল্লক্লি—পান্নমদবা মুংশিন্নমদবা মীজাও পান্নক্লী মুংশিরক্লি। মরমদি লুপ্রাবী মমা মচাগী য়ুম্বানবদা মীজাওগী মতেং মপান নাইদে।

থোজোখোইদগী মশাদা সনা মচেং অমত্তা পক্তনা হল্লকখিবী লুকমনী হন্দক মরক সনাগী মরা অমা ওকশমদা টই মীজাএনা থোনবীবনি। মরী অহু মীথু তোলেন্ন লাকপদা উরে লীক অহু মীথুগী মরুপ সনা শাবা মনিনা শাবনি—তোপ কম্পুগী অদোন অবুংগীনি। মাগী য়ুম লুট তৌবদা য়াওখিবনি। লুট অহু হাজাবীনা তৌবনি হায়না য়া য়া লাওখিবনি।

মীথু তোলেন্না নোংমা লুকমনী পোংফমদা মীজাওগা য়ারী শানৈ—

"ইচন লুকমনীনা শিন্নিবা লীকসি য়াম্না ফজ্জে ভাই নওনা পীবনি হায় কনাদা শারুই।"

"ভাই ঐ খওদে ঐদি অশাবা এইনা লৈরকপনি।"

"কনাদগী লৈরকই।"

"তোম্মুদগী লৈরকপনি শান্নফমদা মথুং তৎনবদা খর হোওনা য়োম্বোরকপনি।

"তোম্ন হায়দি?"

"সেগা লম্বী তোম্মু তোপ্তাও মনোইদো।"

"কনাদা শাগে অমুক্তা হংবীরকউ নত্রগা সিগুম্বা মরী লৈন্নিবরা অমত্তা লৈজগে হায়বীয়ু।"

"হোয় হংজন্নকে।

অস্তুম্না য়ারী য়াভাই শানব, মতুং গ্নমিং মঙানি ওবদা থুংলাই পায়বা মী থরনা তোম্ন ফাহুনা পুত্রে থিবা থওত্রে হায়না মীজাওনা ভাখি—লুকমনী মোমোন নোকচৈ। সনা থাঙ্গোকপা অমস্তুং অপুং অদোন হাজান্নীবু শাওন্নম্বা তোকখি। □

১৯ ( ৪ ) —১৮৯৪ গী অরোইবা শরুক—কংলা লর্খী

মুংদাংরাইরমদা শোৗগাইজাম্বা মেম্বরগা হাওবম সুবদার মেজর মেম্বরগা য়াৱী শা শাহনা মযুম তম্না হনমিন্নরক্লমী।

শোৗগাইজাম্বা মেম্বর :- ইবাইংঙো ননাই হাজারীনা লান হৌরিসিবু কান্নরোইদা, ব্রিটিশ সরকারগা মাগা থেংনবদি নুংগা য়েরুমগা কাওনবনি।"

হাওবম মেম্বর—কয়ম্না ইবুংঙো

শোৗগাইজাম্বা —

য়েংউদনা— ইহান হেক হানবদা মণিপুর খুত্থম চন্নবা, কংলা কোম্নুং পায়রবা ভুংদা অশাওবা অমদি লমন খুম্বা ওইনা মণিপুরগী নীংতম্বগী খুদম কংলা শা কাপথাইখি। মণিপুর প্রজানা কৈদৌবা তমখি ভিতক ভিতক য়েংবা নত্তনা।

হাওবম মেম্বর -অহুবু নীংতম লাম্মী কয়াদি মমিত্তেনপি শিন্থখি পি অহু অরেম্বদি ওইরোইদা।

শোৗগাইজাম্বা মথংদা মণিপুরগী শেংলবা মকম চহি লিশীং অনিদগী হেন্না কোম্নুং ওইরক্লবা কংলা মণিপুর জয় তৌখিবা ব্রিটিশকী সিফাইশিংগী লৈকম ওইরে ব্রিটিশ সরকারনা মণিপুর খুত্থম চন্দুনা পাল্লি হায়বা খঙনবা খুদম ওইনা সিফাইগী লেন শেম্বদা কংলা কোম্নুংতা নত্তনা অকোয়বদা লৈবা খুরাই লৈকাই মেমু থোংদগী হৌনা থাংমৈবন্দ পল্লিনা কোনবা লমশিংদগী মৈতৈ পুম্বা তাম্থোক্লুনা সিফাইগী লেন শেমখি। কনানা য়েংপা তমখি। ব্রিটিশ সরকারনা হাপ্লবা মৈতৈ নিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজদা কংলা কোম্নুং অমুক শিন্নখিরে। মাগী লৈকম খুরাই খুন্দোন্দা শাখি কোম্নুং অতোপ্পা মকম অমদা শাহনখি। অমুক্না মৈতৈশিংদা নখোয় মীথা পোল্লমনি সাহেবকী মথাদা লৈরমনি হায়মসি কাওবা য়াদনা উংলি। কংলা মঙ্গুংদা বড়সাহেবনা মণিপুর নিংথৌ ওইনা সুরচন্দ্র মহারাজকী মঙাইবেম্মা মনা তোম্বী লৌহবা পাল্লি। লৈবাকী বিচার পারোংতা তৌই। খ্বাইনা হায়নরি লৈবাকী মমাক ইবুংঙো নিংথৌনি। সিবু থিংবা ওক্লা হাজারীনা ?

বড়সাহেবনা মুংগোইগী ভেবা চেক্‌পন কাপথাহবতা নত্তনা মতৌগী লাইনীং লাইশোলগী মরী লৈনবা কংলাদা লৈবা লাইফম কয়া মুংজেং শীশক, লাঙ্গোল লাইরেম্মা, লাইনিংথৌ পাঙ্গনবা গুরুংনচিংবা লোইনা ফুম-জিন্দুনা তেমথোক্তুনা মাংহনখি মণিপুরগী নীংতম্বগী খুদম ওইবা কয়া মুংথংখি। কংলাগী শঙ নীংদাকখি খুংলাই অমসুং মশীং য়াম্বা সিফাইগী শক্তি শীংভিন্নতুনা মীচমগী কৈদগী ফৌ কুরুপ তৌতুনা খোমগংপা, শা ষন খোমগত্তুনা নিলাম তৌতনা য়োল্লোকপা মী পূবা মীপাইনখি করি তৌবা ওমখি - লালহৌবশিংতুনা; মণিপুরগী মরু ওইবা মফম কয়াদা তমংলোং উখুল তেংনৌপললনচিংবা মফমদা সিফাই পল্টন থমখি। বড়সাহেবনা ব্রিটিশ সরকারগী য়াথং মফম পুম্বা খঙহন্নবা চংনহন্নবা মতুগী পাও পীনবা অমদি লম লমদা করি করি থোক্লী পাও পীরনব তমদা য়ুম চাম্না চামগী চৌকিদার অমমম অতুগা চীংদা লম্ব নিফু হাপ্পে। মথোংগী মতুংনা বড়সাহেবনা নীংতম লালহৌ মীগী থবক থৌরমগী পাও খঙবা ওমই অমসুং মতম চানা লাকশিনবা ওমই। অসুম্না হাজারীগী নীংতম লাম্নগী পাও য়ৌরকই অমদি মাবু মফম কয়াদগী তাম্লোকখি। অসিদসু নত্তনা বড়সাহেবনা মরক মরক্তা খুল্লক লৈরক্তা সিফাই লান তম্বা থাদোক্তুনা হাজারী কাঙবুগী থবক্তা অকাম্নবা তম্বনা পীরি। হাজারী মীয়োং ওইবা তাখি –

অসিদসু নথে, বড়সাহেবনা হাপ্পা মনিপুরগী দরবার মেম্বর তরা চৈরাপ পঞ্চাইট সালিস পঞ্চাইগী মেম্বর পুম্বা মাগী য়াকা য়েংতুনা থবক তৌবা তাবনি। বড়সাহেবনা য়ানিংদবা ওইরবদি মীচম প্রজানা অচুম্বা করম ফংনি। ব্রিটিশ সাহেবশিং অমসুং মখোইগী মথামক্তা লৈবা ভারত মচা থর অককুবা লম ব্রিটিশ রিজার্বতা লৈবশিংদা মণিপুর মহারাজগী হুকুম চংনবরনে। অঙোম য়ুমফমদা থাংজম চনু তম্ফা লোৈবা মিচেন সাহেবকী বাঙ্গলা শাতুনা অঙোমশিং তাম্লোকখি বাঙ্গলাসু মৈতৈ প্রজাবু শাহল্লি-কমাবু য়াকংপা ওমদে। খিংবা ওমদে। অসুম্না মিচেন সাহেবনা লৈরম্বা বাঙ্গলাদা ছোটো সাহেব হোংভিল্লবা মতুং ইং ১৮২৪ দা বাঙ্গলা মৈ চাকখি-

হাজারীগী খুং য়াওই চিংনখি। অদুনা লালুপ অমুক লিংখৎনা ইম্ফালগী লৈকায় মায়না কবোদগী চাংত উ য়ান্দুনা বাঙ্গলা অদু শাগদবনি হায়না য়াথং থোকখি। লৈকাই মরিগী প্রজানা মরাল লৈতবা ময়াম্বু নমদুনা থবক শুহনবীগু হায়না বড়সাহেবতা হায়জক্লবদা মাগী হুকুম মান' ককপা ওমদে হায়দুনা মণিপুরগী বিচার লোয়শংদা বিচার তৌনবা লাম্থোকখি। বড়সাহেবনা হাপথিবা মেম্বর ওাক্তনিনা প্রজাগী য়াকং তাখিদে লৈকাই মরিমক্তা য়া উ লী পুরক্লবা অমম্বুং বাঙ্গলা শাবগী থবক তৌনবা য়ারেপতুম তারকই।

বড়সাহেবকী হুকুম ইনবা ওমলোই হায়না মী ময়াম্না খ্বাইরম্বন্দা লৈরবদা সিফাই কৌথোক্তুনা তাম্থোকখি। সিফাইগা ইন্নবদা মুপী থর থীনা শোকখি—মসিনা মণিপুরগী অহানবা মুপীলান। অশুম্বা অন্দোলনগী লুচিংবশিং সনা মেগজিং সনা থাঙ্গোকপা লোইতাম সনাজাওবা ইবুংসি মতুম ফারগা মথোঙ য়োংহ্নিলং চন্দুনা থম্মী অদুগা ময়াংদা বন্দি ওইনা নবেম্বর তাং ১৪ দা থাজিনখি। কনানা থিংবা ঙম্ম'খ।

অশুম্না মৈতৈ নিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজ লৈন-লৈনা বরসাহেব ছোটো সাহেব অনিনা তৌনিংবা তৌবদা কনাম্বু হায়বা ওমদে। চৈর'প্তা রাই তারকপনা বরসাহেবকী হুকুমদু মহাবাজগী হুকুম ওইখ্রে মানা তৌবদা তাখ্রে। অন্দোলোন অদুদা য়াওরুবা হাজারীগী মী কয়া অরা অনা নংখ্রে -

হাওবম মেম্বর - হোই হৌজিক অচম্বা প্রজা কয়াদি নীংতম লালহৌ তৌরিবা হাজারী অমম্বুং মাগী কাংবুবু শোগংলুবা অরাবা ফংনবনি থম্নরক্রে অমদি হরাও তয়াম পাম্নবা মণিপুরগী প্রজা অগাম্বনা নীংতম লালহৌগী — নীংতম্বা ফংনবগী অরাবা খুদোংথীবা কয়া মাথোক্লবদু পাম্নক্রে। মখোয়তা নত্তনা মখোয়গী মচা মশু মরুপ মপাং নীংতম লালহৌগীদমক হোৎনরিবশিংদা য়াওরুম্বু হায়না থিংবা থামজিনবা হৌনরক্রে। অৎইবনি "সাহেবনা পানবসি কয়া মুৎচাইরিবা। ঐখোইগী লনাই মৈতৈ নিংথৌনা পান্নবনিনা ঐখোই ইনীংতম্নবনি মসিদা অমুক নীংতম লালহৌ তৌবগী দরকার লৈরিবরা? মসিদা লান হৌরবদি নিংথৌ শেৎগী লান তারোইদ্রা?" □

১৯ (৫) বংলা –

বড়সাহেব মেম্বরেল অয়ুক অদুদা ভাইযরোইগী হুকুম ভারতপুম্বা সরকারগী শেল মরেক চংনগদবনি হায়বা হারোলহু পাহনা লৈরম্মী। মতমদুদা আসাম রাইফলগী কমান্দেন্ট চঙলকই বড়সাহেবনা হংখি। করি পাও —

কমান্দেন্টনা খুমখি চীংগী হাওশিংশিনা হাজারীদা মতেং পীবনা হাজারী লাকশিনবা লুনা থোক্লে। নহান খুং থোক্লবদা ঐখোয়গী সিকাই ফনা য়াম্না শোক্লে। হাজারী কাঙবুদি নাম্বোকস্রে।

বড়সাহেব - অদুদি ডিভাইদ এণ্ড রুল পোলিসি লৌখংপা ভাবেদনা।

মণিপুরদা সরকারগী শেল মরেক চংনহন্নবা অমদি মৈতৈগা হাওগা চপ্ন-চিন্না লৈনা থুগাইবা হোৎনাই তোৎখাই তাহল্লগা হাজারীগী মায়োক্তা হাও ময়াম লৈহন্নবা থৌরম শীনবা তৌরক্লে।

হাজারীগী অহোনবা লানশঙদা অযুক অমা ময়াম খুংলাই ঔরাইনরি-রৈদা নীংতম লান্মী অমা চঙলক্লুনা হাজারীদা থুরম্লগা চে অমা পীরম্মী। চে অদু বড়সাহেবকী নোটিসনি মত পারগা হায়রকই—

"মণিপুরগী হাম্নগী শেল মরেক চংনরোই, মনিপুর প্রজা পুম্বা নঙগী নঙগী য়ুমদা লৈবা শেল পুম্নমক পুখংলকউ শেল লখা অনদা লুপা অমা পীগনি। ব্রিটিস সরকারগী শেল লুপা পৈশা চংনরগনি।"

অতৈ করি পাও তারবা —

"মৈত্রাবাক্তা লৈবা শেল মরেক পুম্বা পুখংপ্রে।"

"মণিপুর নীংতম্নম্মী থঙনবা খুদম মুৎপ্রে।"

অসুম্না গারোৎ অফিসতা শেল পুম্বা পুখংহন্লুনা মৈতৈ নিংথৌগী শেল মরেক চংনবা তোকহনখি —মহুগী মহুত্তা সাহেবকী লুপা পৈশা চংনহনখি। চে হানবা অফিসগী মথং থাদা মৈতৈনা কৈথেল্দা লুপা পৈশা পাই চত্তে হায়বা করিগীনো হায়হনা ফাবা পুনবা তৌহনা অকনবা নোটিস থোক্লুনা নমহনা ব্রিটিস ভারতকী শেল মরেক চংহনখি। হাজারীগী মমিত্তা মপি তাখি।

মণিপুরদা লৈবা হাওশিংনা মৈতৈগা চান্নৈ মৈতৈগী মতেং পাংই হায়-বসি মুন্না খঙলবা বড়সাহেবনা ইস্তান হেক হানবদা কাওলুপ অনি অসি অসি তোখাই তোখাই তানবা যান্না হৈশিংনা থবক মথং মথং পায়খৎলকই। অহানবদা সাসনগী পথাপ তোঙান তোঙানহল্লি। চীংগী হাওশিংগী লৈঙাক পথাপতা য়ারিমখৈ মণিপুর মহারাজগী থুং থিংজিনহন্দ চৎনবীগী নিয়ম খরদা নত্তনা।

অহানবা ওইনা তমদা মৈতৈগী ওইনা সালিস পঞ্চায়েৎ থম্মী—য়ুম চাম চামদা চৌকিদার অমমম থম্বসি চাং য়োদে। চীংগী সাসনগীদমক বড়সা-হেবতা ভক্তি লৈবা হাওরম্বু নিফু হাপই অমসুং চীংগী সাসন ছোটা সাহেবনা হাকথেংননা তৌই।

মণিপুর তম্পাক্তা জরিপ তৌতুনা লৌ অংদা খাজনা লুপা মরী লৌই চীংদা জরিপ তৌদে লমগী খাজনা লৌবগী মচত্ত য়ুমথোংগী খাজনা লুপা অহুম অহুম লৌই। অসুম্না মৈতৈবু নমথরগা হাংবুদুনা চান্না নানবীবা মথং অমদা সাসন চখবা হৌরকই।

ইপা ইপু ধর্ম্ম মান্ননা চান্ন চিন্ননা লৈমিন্নবা তগী মৈতৈনা হিন্দু ধর্ম্ম লৌতুনা লাইমিং অনৌবা ফৌবগী খম পেংনা তেঞ্জিনা অনৌবা ধর্ম্মগী শাজত্তা চৎলকপদগী চীংগী হাওগা তমগী মৈতৈগা তোখাইরকপা ক্লিন্নে তোংনরক্কুবা হেল্লকই। অতুবু মৈতৈদি হিন্দু ধর্ম্ম লৌখ্রিখৈগী মপা মপুগী ধর্ম্মস্ম চৎলি অতুনা ধর্ম্ম অতু চংলিবা চীংগী হাওগা মরুদা অমত্তনি খঙনবনা থোইনা থাপতোক্করমদে চান্ন চিন্ননা অতুম লেরম্মী।

বড়সাহেবনা খৃষ্টান মিসনরী চীংদা থাক্তিন্দুনা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকপা হৌখিবদা মৈতৈগা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা হাওগগা মরক্তা মুংশিনদবা অকনবা শাংচেপ য়ৈশিল্লকই। মরমদি খৃষ্টান মিসনরীশিংনা হাওশিংগী মপা মপুগী হান্নগী ধর্ম্ম অতু চাওখত্তবনি পুমথা খাদোক্কদবনি হায়না তম্বীখি। অতুদগী হেন্দোক্কুনা শেম্মুমগী কান্নবা খুদোং চাবা অথন্নবা থরদা পীতুনা খৃষ্টান ধর্ম্মবু হেন্না পান্ননবা শন্দোক্কবা হোৎনরম্মী। অতুগুম্বা খুদোংচাবদু নিংহৌবা কয়াসু ধর্ম্ম অসি লৌখি অতুগা খৃষ্টান ওইরবা হাওশিংনা হান্নগী ধর্ম্ম চৎলিবা

খৃষ্টান ওইহ্রিবশিংবু তোপ্পা তিন্নদনা থনম্মী। অসুম্না হাপ্লগী মপা মপুগী ধর্ম্ম আচরন পূনথা থাদোক্লবা মশাগী হৌরকফম কাওরবা খৃষ্টান ওল্লবা হাওশিংদি মৈতৈশিংদগী কন-য়াম্না থাপতোকল্লে।

মণিপুরদা লাকপা খৃষ্টান বড়সাহেবশিংগী লৈঙাক থৌশিলনা চীংগী লৈংদা খৃষ্টান ধর্ম্ম পাক শন্ন শন্দোকখি। অদুনা মায়োন থরগী তুংদা খৃষ্টান নত্তবা হাও চীংদা লৈরক্রে। অসুম্বা সাহেবকী ধর্ম্মগী অমদি সাসনগী শীংচেপ অসিদা মণিপুর মহারাজগী হিন্দু ব্রহ্মন থরগী শীংচেপনা অমুক মৈতৈ অনম্সুং হাওগী চান্ন চিন্নবা মরী অহু ফন-হেন্না থাপ্পোকহনল্লে।

মৈতৈগী চীংদা লৈরম্বা শক্তি মাগুহন্নবা খোংজোম লান মতুং চহি অনি হেন্নকপদা বড়সাহেবনা হুকুম থোক্লুনা লমলোং নরিদা লাইরিক য়াপ্লি—

"মৈতৈনা ময়াং চত্না ময়াংনা মৈতৈ থোকপদা তোংজে মরীনগী তোংবোক মপান্দা তাবা হাওবু পোং পুনফরোই সরকারগী বন্নলা পুনবা হাওনে।" অসুম্না মতম কুইনা মৈতৈ লম্লোন ইতিক তৌজবা কাঙবুনা মতং অংগী লম্লোন ইতিকী লম্বী ওইরিবা তোঙ্জে মরীন্দা হাওশিংদগী ফংলম্বা মতেংহু ককথংখি।

মতৌ অসুম্না অর অনা থুংদাংথীবা কয়াদা মৈতৈ নিংথৌদা রাকংলম্বা চীংগী হাওশিং—মৈতৈগা অরা মুন্নাই পুম্নিরম্বহু অসুম থেদোকখিহুনা ব্রিটিস অফিসারদতা রাকংফম ওইখিবনা মৈতৈ অমসুং হাও তোথাই তোথাই তাহনবগী মরম ওইখি। মসিনা নীংতম লালহৌ তৌরিবা হাজারী চীংগী হাওদগী মতেং ইফং ফংলক্রে। মণিপুরগী চীং তম অনি থোক্লকপগী লম্বেন্দা কন্না চঙশিল্লক্লী মসি উরুবদা হাজারী মমিত্তগী মপি তাথিনা থঙহৌদে। উনা উনা থঙনা থঙনা থিংবা ঙমখিদ্রে।

ফরবা থুংলাই, য়াম্নবা সিকাই শিজিন্নহুনা অকনবনা অঙম্বা শকই হায়না অরা অনা অফিবা কয়া মৈতৈলক্তা থোকহল্লবসু অচম্বা মৈতৈ প্রজা ঙমখৈ লৈতনা য়ারবসু নীংতম্ববু পামজবা মণিপুরী নীংতম লাম্মীশিংগী থম্মোইব্ জয় তৌবা থক ওইথোক্লমদে। মরৈবাকী মনীংতম্বগীদমক মথরাই

কথোক্লবা হাজারী অমসুং মাগী কাওবু অন্নাবা নংল নংলগা থৌনা ফবা অমুম অমুম হেনগংলকই কথোকপগী অথাকপা লৈরক্তে।

নীংতম লাম্মী মশীং হুম্বরকপগী মহুত্তা তঙনা লিরি লিরি অমা অনি অগুম অগুম হেনগংলকই। বড়সাহেবনা খোংজোম লান মতুং চহি অহুম শুবদা মীকোক লাইব্রিক ইথুনা নীংতম লম্মী মশীং মশক মমিং খংনবা হোৎনরবসু কনানা কনানো নীংতম লাম্মী কয়া য়াম্না লৈরবগে হায়বদি খঙবা ঙমদে। অরোনবা পাওনীনা হাজারীগী লানশং কয়াদগী পুরকপা পাংদা হাজারীগী মতুং ইনবা নীংতম লাম্মী ১০০ য়োদে অত্থবু খুৎলাই পায়দবা লাম্মী কয়া খুন্নক ইরক্তা থম্না লৈরি। মহুমন্না বড়সাহেবকী চাংরবা কন্নবা লাম্মী তেংগোম্না হাজারীবু হৌজিক ফাগুবা লাকশিনবা ঙম্দ্রিংনি। মমৈদদি বড়সাহেবনা মৈতৈ খুদীংমক লংলাহোবা নীংতম লম্মীনি হায়নফাও খনবা হৌরকখি।

চুরাচান্দ মহারাজনা চহি ১১ শুরকপা খোংজোম লান মতুং মরিশুবা চহিদা আজমীরগী মেয়ো কলেজদা মহৈ তম্বা চংগ্রবদা মণিপুর ডাকপগী থবক বড়সাহেবকী মখুত্তা পুনতা তারে। মরম অদুনা উপাই পুম্বা শীজিন্নদুনা হাজারীগী মমু য়েংথোকদবনি হায়বসি বড়সাহেবকী পান্দমনি।

হাজারীগী থবকসু কনথংলকই। সরকারগী সিফাই কাওলুপ মচা মী ৫/১০ গী খুংপু করিগুম্বা হাজারীগী কাওবুনা যে নকরবদি মশী মাগী পল্টন্দা থক হিংনা হন্নক্তে। খুজ খুৎলাই য়াওদ্রবা অসিবা মশা ওইনা সরকারনা নথং নোংনিনিগী তুংদা ফংবা। চান থক্রবা চেং চাক শেলথুম দরকার ওইবা থর পীবীয়ু হায়না হায়রকপদা মীথুনা পীদ্রবা অমদি পীদংগী মতীক চাবা মরম পীবা ঙমদ্রবা মী অদু অহিংবা ওইনা কুইনা লৈত্রবনি। অভোম্না অমনা হাজারী অমসুং মাগী কাওবুগী য়া অরোনবা পাও লৈফমচিংবা বড়সাহেব য়োৎনখিবা মীদু করিগুম্বা মহাক্না খঙলবদি মাগী হিংনবগী মতম লোইরবনি।

অসুম্না শিনি হায়বগী কিবা, মৈতৈ ইশানি হায়বগী মুংশিবা, নীংতম্বগী-দমক হোৎনরিবনি হায়বগী পামজবা অসিনা হাজারীগী হিংননবগী অমদি মশামবুং কন্নবগী অথোইবা মরমনি।

হাজারী অমসুং মাগী কাওবুনা অমুক অমুক মথি কোংলকপদা সরকারগী লাম্মীনা মকম মকমদু চত্তুনা মদু লাকশিন্নবা হোৎনবদা সরকারগী খরচ মশীং হায়ত্তমদনা তিংলম্মী। অতুনা সিফাই থাদোক্কুনা অমদি অতৈ উপায় কয়ানা হাজারীবু পোথাবা পীদনা তকশিনবা অতুগী মথক্তা বড়সাহেবকী মরু ওইবা থুৎলাই থারক্লে—নীংতম লাম্মীশিংদা মখোয়না সরকারদা চংজরবদি ঙাকপীগনি ঈংনা-তপ্না তঙ তানা লৈনবা সরকারগী থবক নত্রগা শেনথুম পীগনি অমদি মখোয়না পুরকপা থুংলাই নোংমৈ মরুনচিংবগী মমল চাওনা পীগনি হায়না লাওথোকখি। সিদগী হেন্দুনা হাজারীগা হান্না তিন্নরম্বা খঙন চম্নরা খিত্তুনা সরকারদা চঙজরকপদা মানা পাম্বদু কবিনো খন্নবা য়ানি হায়না মাগী পাও খঙনবা মাগী মী ফাওবা থাখি।

হন্দকী থুৎলাই অসিনা হাজারীগী মতুং ইনবদা বাববা চারম ৎক্রন লৈকম খঙদবদগী মশা শোক্রবা মাগী মতুং ইনবা কয়া হাজারীবু থাদোক্লনা সরকারদা চঙজনীংবা কাওলুপ থোরকখি— কন যানা চঙজখ্রে। অতুবু অয়াম্বদি হাজারীগী রা তারগা নেমপত্নুনা মাগী নাক্ত লেঙদনা অতুম লৈরম্মী।

বড়সাহেবনা হৌজিক ফাওদা থাংজিল্লিবা তোঙ্কাও পোইলা অরান্দার চিংবা পো কয়াগী শরৌ কয়ানা হাজারীবু খর বাহুলবসু লাকশিনবদি ঙম্নমদে। হৈশিনা থাংলিবা হাজারীগী পোনা মাবু লেঙহন্দবা ওম্নবা হোৎনবদগী শিং শিং নাম্বোক্লম্মী।

হন্দক্কি বড়সাহেবকী অরোইবা থোঙচৎ থোংজোম লান মতুং ১৫ শুবা চহিদা চৎখি। মসিগা লোয়ননা বড়সাহেব হন্দোকখি হাজারী ফাবগী থবক মৈতৈ নিংথৌদা শিন্নখি। পো অসি বড়সাহেবকী অরোইবা থুৎলাইনি মসিমক্তা হাজারী লানফমদগী হন্দোকহনখি। হাজারীদি মৈতৈ নিংথৌগী মায়োক্তদি লান তৌদে।

চহি অসিদা চহি তরা তেল্লা আজমির মেয়ো কলেজদা অমদি দেরা-ছুন্দা মহৈ মশিং তম্লুরবা ব্রিটিশ ইণ্ডিয়ান সরকারনা মেত্তুনা শেল্লবা—শম্না হায়রবদা মখোইগী পোলিসি প্রোগ্রাম মমূৎ তানা তশীরবা এঙ্গলোফিল ওইরবা মতৌক চারবা. লৈঙাক সাসন্দা বড়সাহেবতগী তাররোইদবা চুরচান্দ মহারাজদা মণিপুর লৈবাক খুং শিন্নরে। চহি মঙাগী মমাঙদম্না লাট সাহেব লাক্লুনা উত্রা মমাঙদা দরবার অমা তৌখি। মতুদা লাট সাহেবনা চুরাচান্দ মহারাজব্ লুনা চাম্না তৌই হায়বা উংখি। মতুনা হাজারীগী থবক্তা থৈথায়বা পীবা হৌরবনি। হন্দক দরবার তৌতুনা বরসাহেব অমসুং অতৈ সাহেব পুম্ন-মক্না সলাম তৌতুনা মণিপুর লৈবাক মীয়ামমাংদা থুংশিন্নবা অতগী সুঙাইনা কোংদোক্লুনা মণিপুর পুম্বা শিনথুনা সুমিং মঙানি চুম্না অহিং সুংখিল কুম্মে তৌই। থাওমৈ পাবেং থান্নি, ছিয়াং তান্নৈ, খোঙ কাঙজৈ শাগোল কাঙচৈ শান্নৈ, তা হুনবা, অরাম্বাই হুনবা, থাঙ হায়বা, তা পোশাবা, খৌরি চিংব-নচিংবা, মশান্না কয়া শান্নৈ। উমং লাই মমাঙদা লাই হরাওই। শ্রীশ্রীগো-বিন্দগী মাণ্ডবত্তা জগোই শান্নৈ ঈশৈ শঞই থাঙ মোইরাং ফাওবা চিথদনা শকখি।

অসুম্না প্রজা পুম্নমক্তা সাহেবনা শঙহনখি—"ওসিদগী হৌনা মণিপুর লৈবাক মৈতৈ নিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজদা শিন্নরে। মৈতৈ ঈশানা ইরৈবাক মণিপুর ওংকচরে সাসন তৌজরে" রাঃ অসি থাপ্লবা চৌংথুং মানফুদা লৈবা হাজারীগী লানশঙ মৌখি শ্রীযুৎ মহারাজ সনা য়াথং লাওথোকখি। "ঐগী ফুংশিজবদা প্রজা পুম্বা--। ইপা ইপু হাক্তুগী চৎনরকপা নিয়ম কায়দনা সনা লৈবাক ঙাকচগনি—মণিপুর লৈবাক মরা তপ্না পান্নবা প্রজা পুম্বনা ইজেং পাংবীয়ু। ওসি মণিপুর লৈবাকপু মৈতৈ ইশাদা শিন্নবা কুমিং অসিদা সুঙাইবা কোঙদোকপগা লোয়নবা লালহৌ তৌরিবা পুম্বা লৈবাক প্রজানা ঙাকপীরে। মখোইগী মথক্তা লৈবা মরালগী দণ্ড পুম্বা কোক্লে। য্যাই মরাম পুম্বা হোংবতুনা মণিপুর মালেমদা মনিন নাইনা পান্নবা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা থুরুমসি।"

সনায়াথং পাও অসি শুরবা উমুং রান্নং কাপ্তুনা হাজারী লানশং মৌখি। হাজারীগা থমখি—হজারী নত্তনা পুন্নমক পুক্নীং হোংখি □

লাইশ্রম কোজিন -

পীক্রিনৈগী য়ানা অংনি। চাওরকুনা কাংলাওঙ কারকলবা কনাগুম্বা চহি ১৪/১৫ দগী চহি ৪৩/৪৫ য়াংবা ফাওবগী মনুংদা লৈবা নুপী—লৈশাবী নত্রগা মো অমা কনাগুম্বা চহি ১৬/১৭ তগী চাওরাক্লা ৫০/৬০ ফাওবগী মনুংদা লৈবা পাখং নত্রগা মশাক্কবা নুপা অমগা অচৌকপা কা অমদা লৈরম্বা থোক্লবদি লৈমিন্নরম্লবদি—অতুগা মখোয় অনিমক মরী মত্তা মতৈ মনাও নমা মচা মবুং মচন মচে মৌপুং থোক্লবা নত্তবদি থেংনরক্লবা উরবা নুপা নত্রগা নুপী অতুগী মরক্তংদা য়াথল অমা হেক্তো লোকহল্লি। অমসুং নুপা নুপী অনি অদুবু মিংয়েং অনা ওইনা হেক্তা থেই অদুগা অচুম্বা চুমদবা বিদনা ওইবম্বা য়াবা কয়া ভাবনা হেক্তা শাগংলি অদুগা য়াথল অমা হেক্তা থন্নে। ফিভম অসিদদি মচৌ মৌপুং ওইরা কাও লৈশাবী মৌনগা পাখং ওইরবদি চিংনবা মিংয়েংনা অদুম য়েংই। অনিগুম্বা য়াথল মিংসেং অসি নুপা নুপী অনিদুগী চহি মতাংদা ওইহল্লি মদমদি লৈনিন্নরম্বাবা অনিমক চহি ১০ গী মথাগী নুপ মচা অমদি চহি ৬০, ৭০ গী হন্নবা ওইরম্লবদি অদুক য়াম্বা চিংনবা মিংয়েংনা য়েংনাদে থম্মদে অঙকপা মীওইবা সমাজগী চৎনারোলনি।

নুংশিবা হায়বসে মথল য়ামপ্রবনি। মদুগী মনুংদা প্রনয় প্রেম হায়বা নুপাগা নুপীগা নুংশিনবা প্রেম হায়বসিনা মরু ওইবনি। নুংশিনবা পূর্মক নকশিনবা নক্লবা ওাক্তনি। থম্মোই য়াথল অমসুং হকচাং পূর্মক নকশিন্নবনি। নুংশিবদা কাথোকপগী শরুক য়াওরি।

মপা মমা মচা মতুবু নুংশিবা, মচা মতুনা মপা মমাবু নুংশিবা, মচুং মৌপুংবু মচল মচেনা নুংশিবা মচল মচেবু মবুং মৌপুংনা নুংশিবা, ময়াম্বনা মনাওবু নুংশিবা, মনাওনা ময়াম্ববু নুংশিবা, মরুপনা মরুপবু নুংশিবা, মনাইনা

মপুবু নুংশিবা, মপুনা মনাইবু নুংশিবা নুংশিবা মখল ৎদীংমক থম্মোই য়াখল পুক্নীং হকচাং পুম্বা নকশিন্নবনি কথোকনবনি। অদুবু নকশিন্নবগী চাং অমদি কথোকপগী চাং মান্নদে খেন্নে কথোকপা য়াওদবা নুংশিনবদি কান্নবা ওইজবা ফংনবা হোৎনবা কয়রবার লোমদা চংশিনবা নক্নবনি।

সংসার অসিদা শেন্না লৈবা ফংদবা পোৎকী মনুংদা নুংশিবা হায়বসি অমনি। নুংশিবা মখল পুন্নক্না মনুংদা নুপা-নুপী নুংশিনবা প্রেনয় প্রেম মতৌ মনাও নুংশিনবা হায়বসিনা নকশিন্নবা পুম্বদৈ থ্বাইদগী হেন্না নকশিন্নবা অমত্তা ওইবা অমদি কথোকপা পুম্বদৈ থ্বাইদৈ হেনবা কথোকপনি।

থম্মোই মশেল হুনবা—অমনা অমগী তত্তনা থন্নবা অতৈপুম্বা পুমকাও কাওরগা মাবুত্তা নীংশিংব ; অমগী নুডাইনবা অমনা মশাগী য়েংদনা। অথাকপা লৈতনা কথোকপা—অদুদগী থম্মোই য়াখল নকশিন্নবা অমত্তা ওইবনা হকচাং হকচাং অমত্তা ওইনা তিন্নবা—হকতিন্নবা অমত্তা ওইবা হায়বা অসি প্রেনয় প্রেম মধুর রস হায়বসিন। মসি নুশিরিবা মাবু নপ্পনা অতৈ পুম্বা কাওত্রবনি তন্ময় ওইত্রবনি অমত্তা ওইত্রবনি। অসিগুম্বা নুংশিবসিনা থ্বাইদগী অয়াংবা থাক্না নুংশিবনি হায়না লৌনরি।

হকচাং অনি নকশিন্নবা হকতিন্নবদা থম্মোই য়াখল তিন্নবা অমদি কথোকপগী শরুক য়াওত্রবদি মতু প্রেনয় প্রেম নত্তে, চুমগী কান্নবা ফংনবা কারবার নত্রগা হকচাং ঈনোৎ ইথায় লৌবগী, থংপগী নত্রগা বেশ্যা বৃত্তি চৎপগী থুদমনি অদুগা হকচাং অনি নকশিন্নবা হকতিন্নত্রবস্তু য়াখল থম্মোই অমত্তা ওইরবা অমনা অমগীদমক অথাকপা লৈতনা কথোক্নরবা মতুম্ প্রেনয় প্রেমগী নুংশিনবগী অয়েবী মখল অমনি। কনাগুম্বনা মসিবু "প্লাটোনিক লব" কৌই—মসিনি নিমাই তোম্বীগী লৈরিবা প্রেনয় প্রেম—নিংনবা।

পুক্নিং হকচাং অমত্তা ওইবা কথোকপা অতু মমল লৌদনা কথোকপদা হকচাং অনি তিন্নবগী পূনবগী নকশিন্নবা মপুং ফাহনববু শীংথানিডাই ওইবা নুংশিবা হায়না খঙনৈ। অদুগা সমাজগী চৎনবীগী মনুংদা নক্নবা মরী মত্তা ওইবা লৌন-লৈনবা য়াদবগী লক্তা হকতিন্নববু ইনসেষ্ট হায়না কৌহ্নবা মীনা

হঙ্গোইনা তৌনৈ—সমাজ অমদি চংনবীনা মসিবু থিংই। সমাজগী চংনবীদা মমাগা মচানুপাগা পোক্লবা মমা ওইরকাও, মবুংগা মচনপা, মচেগা মৌপ্‌ৰাগা নম্রগা মপাগা মচানুপীগা হকতিন্নবগী শাজং চংলবদি মহু লৌন-লৈনবা য়াদবগী মরক্তা লৈবা শাজংনি, ইনসেষ্টনি, মীনা হঙ্গোইনৈ থীনা ওাঙনৈ, সমাজনা, চংনবীনা থিংই। সিগুম্বা মথলগী শাজং চৎপশিংবু মথল মথাগী ওৎ-নৈবগী মথক্তা সমাজনা ইম্নোক্লুনা তিন্ন-তোংনবীদনা হাওজোংবন্দা থায়। মণিপুরদদি লৌন-লৈন য়াদবগী নিয়ম য়াম্না কল্লি। মরীমতা নত্রবস্‌ শাগৈ য়েক শগাই মন্নুংদা লৌন লৈন য়াদে; সিদগী হেন্দোক্লুনা ব্রাহ্মন ক্ষেত্রী ফাওবা লৌন-লৈন য়াদে—মতুম তৌরবা নুপা নুপীহু সমাজদগী ভাম্নোক্লুনা হাও জোংবন্দা য়াইথিবীদা লোই থারম্মী মতমহুদা। হৌজিক নিমাই তোম্বীগ্নু হাওজোংবন য়ৌগত্রা ?

অহুবু অসিগুম্বা লৌন-লৈনবা য়াদে হায়বসে মীওইবনা শেম্বা সমাজগী নিয়মনি, প্রকৃতিগী নিয়মদি নাত্তে। লৌন লৈন য়াদবগী লক্তা মরী লৈনবা কনাগুম্বগী মরক্তা চাম্নমক্লা থম্মোই রাখল তিন্নবা কথোকপগী চাং হেনবা করিগুম্বা লৈরম্বা য়াই—মহুমক্লা সম্নাজবু থোওইরক্লবা করিগুম্বা য়াওরমগত্রা ? ইনসেষ্ট অমদি লৌন-লৈনবা য়াদবগীলক্তা সমাজনা কম্না থিংলিবদি হকতিন্নববুত্তনি। অহুগা কথোকপগীদি অথাকপা লৈনদম্বা হকচাং অনি নকশিন্নরবস্‌ অমত্তা ওইনা হকতিন্নবগী শক্তি য়াওদবা য়া-তোনিক লব—থম্মোই রাখলদি অমত্তা ওইনা তিন্নবা অমত্তা ওইবা—অমনা অমগীদমক থনবনা নীংবনা সমাজগী চংনবী ফাওবা থোওইদবা অসি-গুম্বা মথলগী প্রনয় প্রেম, নুংশিনবা—নিমাই অমসুং তোম্বীগী মরক্তা লৈরিবা অসিবু প্রনয় প্রেম—নুংশিবা—নুংশিনবা নত্তে—ইনসেষ্টনি কয়ম হায়সিগে ? সমাজ চংনবীনা থিংলিবা হকতিন্নবগী শরুক য়াওদনা নুংশি চান্নরসিবু [illegible] লৌহনা হাওজোংবন থাগত্রা ? তোম্বী নিমাইগীদি [illegible] অমনি।

তোম্বী অমসুং নিমাই থানবা [illegible] লোয়নবা, লৈমিনবা, [illegible] লুনা তৌবা, অমগী মরমদা মীনা, কত্থবা [illegible] অমনা তাবা, [illegible] মহু

[illegible]

খিংনবা হোৎনবদা শিনি-নানি খণ্ডদবা, অমবু থাগৎপা ভায়গা অমনা থোইনা হৱাওবা অসিগুম্বা শাজৎ পীশক পীশক পীকলিভৈদগী লৈরকপা মওং অসি চাওরক চাওরক্লগা হেন্না হেন্না মরা চেৎলক্লে, হেন্না হেন্না ইপোম নাইরক্লে। পীক্ত পীক্লীভৈদদি মচীন-মৌপানি অঙাং অনি চারজবনি মবুংগা মচনগা। নুনা ভৌনবনি হায়না খাইনা লৌনরম্মী! অদুবু হৌজিক মখোয় অনিনা পাখঙ লৈশা কাংদোং খিং কায়কপা মতম চহি ১৪/১৫ ওজিব্রকপা—মুপা মচা নিমাই কোইনৌ চোরকপা মখোল ওরকপা—মুপীমচা তোম্বীগী হকচাংগী ফিভম মওং হোংলকপা থবাক ইপোম নাইরকপা থাগী থোঙচৎ হৌরকপা মতম অসিরাইদদি রা অমা ওইরক্রে, রাখোক মখল মখল লাক্লে।

তোম্বীগী মমা অমসুং মপা চাওভল অগদি নিমাইগী মমা লৈরিক অমসুং মপা চাওতোন থরবা হৌরকই—মখোই লোইনা রানিংদবা ফোং-দোক্লে—নিমাইগা তোম্বীগা চামিন্নবা হিপমিন্নবা মখোয়না কন হায়রবসু অঙাং অনিদি খিংবা রাদে। লৈকোক লৈকাই রাওনা রানীংদবা উন্তুনা মুগুক মুত্তক শাওনবা হৌরকই—রানিংদে হায়বা ইঙ্গিংনা কয়িনা অঙাং মমা মপাদা থঙহন্নরকখি। চাওভল অমসুং চাওতোন মাগী মাগী মুপীনা ভকশিন্নম্মী অনি অসি থাগ্গোকহন্নবা। মখোয় অনিসু নৌহৌনা থরবা হৌখি—কমদৌসিগে?

তোম্বী অমসুং নিমাই মশা মশাদি মুপা অমসুং মুপীগী থেরবা কৈসু খঙদবদৌনা তৌই। অদুনা মুপা মুপী ওইবগী রাখল চঙদে মখোয় অনিগী পামজবদি—আশাদি নরুনা খানদনা লৈমিন্নবা, অমনা অমবু নুনা ভৌনা নীংনবা; অমনা অমগী রাখল পুক্লীং মুন্না খঙনা অমনা অমগী মত্তে পাংনবা, অমনা অমগী মুত্তাইনবা হরাওনবা হোৎনবা, চান্নবা নকশিন্নবা হাংবা অদুভনি। শন্না হায়রবদা নিন্নাই রাওজনা তোম্বীদি অহাওবা শম্নদবা অমবনি—মহু মহাক খাওবা ওমদে। তোম্বী রাওদবা নিমাই হামচৎলৈ, রাখল থোক্তে থৌনা রাঙদে, অরাংপগী অয়াংপা ভাতা ওই। অদুগা মখোই অনিগী মরু ওইবা রাখলদি কমদৌনা কৈদৌডৈ ইপু হাজারীগী নাক্তা

চৎকনি হায়রবসিনি। তোম্বীগী মকমদা নিমাইনা মিৎনি নাকোংনি রাখলনি লমজিংবনি—অতুগা নিমাইগী মকমদা তোম্বীনা খোঙনি খুৎনি হুকচাংনি থৌনানি। শন্না হায়রবদা মখোয় অনিনা অমনি। নিমাইবু তোম্বীনা নীংজবা অঙকপনি ভক্ত হনুমান শবরীনা তমজনিঙাইনি। তোম্বীবু নিমাইনা নীংজবা হায়রকম খঙদে—তোম্বীনা মাগী লাইশোন্নি, উত্রগা লৈঙমদবা খাঙ-ঙমদবা মশক্নি। অমনা অমগী হাকন চঙবদা শিনি নান্নি খঙদবনি। মখোয় অনিগী মরক্তা লৈন্নিবা মরী অসি মখোয় অনিনা উবগা মী অতৈনা উবগা যায়া থেরৈ। খেন্নবা অসি তোম্বীনা লৈশা কাংদোং কায়রকপা থবাক ইপোম লাকপা থাগী খোঙচং কাওরকপা, নিমাইনা কোই শোইনৌ হোৎরকপা মখোল ওন্নকপা মতমদগী পাক চাওনা হেনগৎলকই। মখোয় অনিনা কৈগু লৈতে খনবদু মী অতৈগী একমদদি মওং অনগী রাখল খন্নিঙাই, মীনা লৈপুং যাকাবুংদা ভক্তনা ঙাওন শোন্নবা মচাক ওই। অমবু ওইরে অমবু ওইরে মখোয় অনিগী মতৌ অসে মখোয়নদি খঙদনা লৈকাই য়ারী তৌনকম মুণ্ডক মুণ্ডক ঙাওনকম ওইরক্লে। মপা মমাগী মকোক শাবা হেনগৎলক্লে।

চাওতোন চাওভল তানরে—মমা অনিম্বু খন্নরে। মুন্না চরোল অমা চুপ্না মখোয় অনি খঙহন-তাহন্দনা খন্নরবা তুংদা চাওভলগী মুপী খোইরোম লন্নাইদা মাগী মনাও মুপীগী য়ুমদা চংখি। চাওতোনমু ইম্ফাল কাখি। মখোয়না যাংখিবা থবক থৌয়ম পায়খৎখি।

মথংগী মুমিত্তা খোইরোমগী মন্দোমচা লাকুনা হায়রৈ—

"তোম্বী! নৌপা অতোম্বগী নাহৎপগী যজ্ঞ মঙানি পানবা ঈরাই মুমিত্তা থোক্লে। ইতেং খর পাংবীয়ু চৎসি।" মমা মপানম্বু—"চৎলু চৎলু! নন্দোমচাগী মতেং খর পাংবীরুচো" হায়তুনা তোম্বী হয়াও হয়াও মকি মরোল শেৎলগা—মবুং নিমাইদা—

"চৎলুখিগে" হায়রগা খোইরোমদা চৎখি।

মথংগী মুমিত্তা চাওতোম্না নিমাইবু ইম্ফাল কারুসি হায়না পুখি। ইম্ফাল য়োরগা পেটিগ্রু স্কুলদা মঙাশুবা ক্লাসতা মিং চন্নগা লাইরিক

তম্নহনখি। মাগী লৈকম্না ইম্ফালদা হোংগৎখিবা মশেন মুপা বুদ্ধগী য়ুম খোকচোম লৈকাইদা লৈহনখি।

নিমাইনা ইম্ফাল চৎত্রিঙৈ থা মথায় অমগী মঙাঙদা মপা চাওতোন্দা হংল্লি—"

"পাবা ইপু হাজারী হৌজিক কদায়দা লৈ?"

"মকম খঙদে কুইরে পাও ফংদবা, ইম্ফাল চৎলুরগা খঙবা য়াই।"

য়া অসি নিমাইনা তোম্বীদা তম্মী—"ইম্ফালদগী হেক হল্লকপগা ঐখোয় অনিশুবা ইপু হাজারীগী লানশঙ চৎসিকো"

"হোয় চৎসি" তোম্বীনা খুমখি। □

## ২১

ইম্ফাল থোকচোম লৈকাই –

নহানখৈদি মথোর অনি শান্নমিন্নসু লৈমিন্নসন্থ চামিন্নসন্থ তুম্মীন্নসন্থু তত্তুনা হায়রম্মী। নহানমুক্কী মপোক্কুগী লোয়নরকপগুম চহি অমত্তা ভায়রিবা নিমাই তোম্বীনা হেক পোকপা মুনিশুগী অয়াম্ব: মত্তমদা মনাক্তদা লৈ। তোম্বীগী মনাক্তা লৈরগা নিমাই নোকই হয়াংই খিংখিং লাওই। নিমাইনা মাবু নানবারগা তোম্বী নোকই অত্থুগা তপ্পা তপ্পা তুমখি – নিমাই উত্রবদি চাও থকউ য়াদে নিমাইনা নানবীহুনা মনাক্তা হিপত্রিমখৈ তোম্বী তুমদে মিকপ থোক্লকপদা মনাক্তা নিমাই লৈরত্রবদি থাম্বা য়াদনা কপই। অম্মা চহি অনি অহুম মরী মঙা তরুক তরেৎ নিপান মথং মথং হৌখি—হিপমিন চামিন্না-শান্নমিন্ন নোংমত্তা থানদে। মপা মপা মমা মমানসু চারম থক্লমদাই তুম্নমদাইদা ফাওবা তোম্বী কৌরু নিমাই কৌরু হায়না লোয়নরকই। মিকুপ থরদং উনদবদা অমনা অমবু কদায়দা লৈবগে তত্তুনা হংনৈ।

অত্থুবু ঐথোয়না উপ্রে অঙাং অনিসিনা কাংদোং ফারকপা মত্তমদদি তোম্বী অমসুং নিমাই তত্তুনা মপা মপা মমা মনাগী প্রোগ্রেম ওইরক্রে। মীগী ছিত্রতা য়েংবা সমাজ লৈকোক লৈকায়না মথোই মথোইগী তৌফম থোকপা মথৌদি তৌত্রহুনা মশা মশানা শুকথঙ থঙদবা মরমসীদমক মথোয় অনিগী মথক্তা মিংয়েং চঙবা হৌরকখি, রা মুত্তুক মুত্তুক ঙাঙনবা, মপা মমাদা পাহোম্বা তৌরয়রকখি। অসুম্মা চাওতল চাওতোন থম্মরগা নিমাইনা ইম্ফালদা তোম্বীনা খোইয়োম কেক্রুদা থমখি অত্থুবু মথোর অনিদি মিকুপ অমত্তং থাদোক্লবদা মথৌ মথৌদা পূক্লীং চঙবা ঙম্নদে। মরম অত্থুনা মমুম মমুমদা হল্লক্লগে হায়বনা মুংশিংমুক কুংই। অত্থুবু মপা মমাগী অয়াবদি শুকফং ফংবা ঙমখিদে। তঙাই ফদনা নীংনা নীংনা মাগী মাগী মথৌ তৌবা তাক্লমী।

নিমাই চহি তরামঙা চঙলে। চহি ১৫ শুরবদা মঙাশুবা ক্লাস (ক্লাস টু) তা তম্বসি কৈশু ইকায়নিঙাই ওইদে—ময়মদি মতম অহুগী মণিপুরদদি মাগা ক্লাস মায়না তমলিবা পূম্বা চহি ১৫ গী মথক ১৬/১৭ শুরবা ঙাক্তনি। মতমহুদা মণিপুরদা মৈতৈ মচাশিংনা তমগে হায়না তম্নবদা মাইনর ফাওবা হায়বদি ক্লাস সিপ্প ফাওবতনি জোন্সটোন স্কুলদা তমগদবা। মাই-নরবু পাস তৌরবদি সরকারগী থবক অহুম ফংলে। মসিগী মথা এন্ট্রেন্স হায়বদি মেট্রিকুলেসন ফাওবা তম্বদি মণিপুরগী মপান্দা চৎলগা তমগদবনি অহুনা মতমহুগী মণিপুরগী অয়াম্বা ছাত্রনা এন্ট্রেন্স থাবগী য়া মঙদা ফাওবা মঙনদ্রিবা মতমনি।

নোংমা কাংদনা নীংশীংলবম্ব তৌগদবা মথৌদম্ব পূক্নীং চঙবা তাবনা লাইরিক নীংথিনা পাহুনা স্কুল লেপ্তনা কাহুনা চহি লোইশিন্নহুনা মঙাশুবা পরিক্ষা পীগ্রে। পরিক্ষা হেক লোইবগী নোংঙানবদা নিমাই মমায়বা থরগা লাংথবান কোমুং অমনবদা লমচাক চাবা বনভজন চৎলুই। মথংগী অয়ুক্তা লৈকাইগী মমায়বশিংগা ইম্ফাল তুরেন্দা ইরুজমিন্নে। খোকচোম হিদেন তাকমগী অরাংথংবা মচীন্দা চেংহী লুজরিবী লৈশাবী কাওলুপলক্তা চঙহুনা চেংহী লুজবা য়াওরুই।

অঙৌবী, তরুবী, ইবেতোন, মেমা, খোকচোম লৈকাইগী ফজবী লৈশাবী ঙাক্তনি। নিমাইদগীদি মখোইনা থাদা, লুমিন্তা হল্লি। মখোই মনম মুংশিরবা চরোং মরা, শংত্রে, য়েনশিন, হাওনা, খোংজাই য়াপীনচিংবা য়াওনা য়ায়া ফজনা ফুংলবা চেংহি চাইশেন্দগী মখুৎনা লো লোহুনা লুজরম্মী।

"ইচে অঙৌবী চেংহী খিত্তা লুগে।"

"লাও লাও ইপ,াসিদে লুয়ো লাও।"

"নিমাই! নখোই পরিক্ষা লোইরবরা?"

তরুবীনা হংলকই—

"লোইরে ইচে।"

"অহুদি য়ুমদা চৎপা তারেদনা?"

ইবেতোম্না মথা তারকই।

"ঐখোয় পাবনদি সিদা শুম মামখোইদা লৈখো হায়।"

"নঙবু নয়ুমদা চৎনীংব্রা ?"

"ইচে! চৎনীংবাইদি করি হায়কনি। ঐখোয় পাবনা লাকখিমু লৈখো হায়হুই রানি।"

"হোয়দা লৈগেই লৈখোকউ—ইস্কালগী কুম্মৈ কয়া য়েংখো—সরস্বতী পুজাসু হৎচিংনি। ইস্কালগী স্কুল পুম্বদা কুম্মৈ চাওনা তৌদোরিনি।"

"করি করি কুম্মৈ তৌই ইচে—ঐদি অমুক্তসু উত্রি হুন্দকীসিনা অহানবনি।"

"পেটিগ্রু স্কুলদা চহী খুদীং তৌরিনি-পুজা মুমিংকী অয়ুক্পা ওঝাশিংনা লুচিংহুনা ছাত্র ময়াম সভা যাত্রা চত্নুনা লাই লৌরুনি অদুগা লাই মন্দির স্কুল লম্পাক্তা শারিবা অসিদা লাৎকনি।"

"ইস! লাই শাবা লোইরে—ফজবনা!"

মেমনা মরক্তা থেৎলকই।

অঙৌবীনা শমথরকই—"দলাই পুননবা ঐখোই খুরাতোনগী মচা তোম্বখোই হায়গ্রে। নঙবুসু লাই পুবা য়াওহুনগনি হায়বনি। লাই অদু লাইশঙদা লাৎলগা হৈ লৈ কত্নুনা লুক কত্নুনা আরতী কত্নুনা পুজা তৌনি বামন্না। ঐখোয়না হৈ লৈ কৎকনি, আরতীগী ইশৈশু শকনি।

"ইচে আরতী হায়ববু করিনো ?"

"হেয়া! নখোই আদসু বামোনগী লাইশঙ লৈত্রনে ?"

"লৈয়ে।"

"অদুদা বত্তি মৈ চম্লগা পঞ্চার্তীদা হাপ্তুনা শরীক থীংনা থীংনা কাংসি মৈ ঈশৈ শক লাইগী মমায়দা বত্তি হায়বহুবু আরতী কৌইদনা।"

"সরস্বতী দেবীগী আরতীগী ঈশৈদি কমদোনা কনানা ত্তয়বা ?"

"হায়া ওঝা তোম্বনা ইবা, ত্তয়বা ঈশৈ লৈ—মত্তু শকদোরিবনি।"

"পুজা লোইরগা ঐখোয় ময়াম প্রসাদি চাক চাদোরিনি—ওঝাশিংনা শীন্নিবনি।"

"অহৃগা মুংখিল অমসুং মুংদাংদা থাওমৈ মখোঙ লীলা অমদি মোইরাং পর্ব্ব কাও ফাবা শায়গনি।"

"মোইরাং পর্ব্বতু য়ায়া মুঙাইবরা ইচে?"

'অস মুঙাইগ্রপোংনি—নোংবান, তোয়ো, শৌয়া, সেমু, খম্বা, থোইবী, থোংলেন শাবতু য়াম মাল্লি হায়নৈ। কাওকাসু য়াওরিপোংনি।"

"অহৃদগী মথংগী মুমিত্তা অয়ুক্তগী স্পোর্ট শায়-খোংনবা—মুংদাংরাই-রমদা প্রাইজ—অতুদগী লাই থাদবা অহৃগা মুংদাংদনা "চেংকাগী লিলা"। অস! কুম্মৈগী কুম্মৈ মক্তা।"

"অতুদি ইচে ইম্ফালসিদি মুঙাইগ্রপোংনিনা।"

"মানি! অদো নখোইনা বন ভজন চংলুবা লাংথবান কোমুংদি কমদৌই—অণুক নকপ্রসি ঐখোয়দি নোংকাদোকফাও চংলুগ্রি।"

"ইচে ফজেবো লাংথবান কোমুং। ঐখোয়—ঐ ইয়াবোং, অঙৌ বন্ধ, লৈরেন, চাওবা, ঐাখায় তরুক মুমদগী চেং মেরুক অমমম অতুগা পৈশা অমমম থায়রগা শিংজমৈ কৈথেন্দগী চকু ইয়ান, মনা-মশীং ঙাবী থুন মোয়োক লৈরগা লাংথবান চংগনি। মুমিং মুংগ্রিভৈদা থুংই খেবোং পাম্বীনা পরেং নাইনা হৌরিবা থেক্লা লৈইনা কাবা চাংলম্বী, উরি উনা নাপী শিংবী শয়া হৌরবা লাংথবাল চীংথক্তা সনথোঙ হোজং লায়গা শ্রীগোবিন্দগী লাইশঙ কোমুং অমনবগী ময়বা ফুয়া দলান--নৌনা শাবা সম্লাই—লৈঙ মকন চানা থারিবা য়েংবদা পুক্লীং হুই। চীংথাদা রাসনণ্ডলগী পুগ্রি লৈ, রাসমণ্ডল ময়াদা উনা পুংলবা চাওরবা হৈনৌ পাম্বী হৌরি-পুগ্রিহুগী মনাক্তা অম্বিবা চেক্লা শাবা হোজং লৈ, হোজংগী মথক্তা শারম্বা শাগী মূর্ত্তি অয়াম্বা কাম্বুগ্র—অতুবু হৌজিক ফাওবা য়েংবদা অতুম ফজরী পুক্লীং হনা ফজে রাসমণ্ডল। ইচে রাসমণ্ডলগী পুগ্রিগী ঈশিংহু লুখ্রে, মীনা হায়নবদি পুগ্রিহুদা লাইরেল লৈ হায়। ঐখোয় ময়াম চংহুনা শীং থিহুনা মৈ হৌগংলে খোংলে চাক ইম্বাং ইয়োম্বনচিংবা ঐখোয় লোয়না চঙহুনা। গোবিন্দগী পুজারীনি হায়বা লাংথবাল কোমুংদা লৈরম্বা বামোম্নুনা য়্যুতং

য়াম্না পাংবীরকই। চাবা-থকপা লোইরগা ঐখোই চিংগী মফম থর অরিবা কোমুংগী ফিস্থরবা দলায়চিংবা কোয়না চত্তুনা য়েংলুই — কংলবা চক্রনদীস্থ উরকই। অয়োনবা চঙবা য়াদবা শুরুং লৈবা মাগানি হায়বা থরস্থ বামন্দুনা ভাল্লকই মফম থর চঙলুই হায়ফম থঙদে শুরুং হায়রহ্ ওইদোমারে। ঐখোর মুদাংয়াইরমদা লংথবান্দগী হুন্নকপনি। ইরাবোং অমসুং অভৌ মখোর অহুম্না থেংনরুবা শুরুং অমগী য়াদি হায়দোকখিত্রে।

অভৌবীনা হায়রকই - "ইহে ঐদি ইকাওবু কাওরুরে নহান নখোইনা লাংথবান্দা বনভজন চংখিবা মুমিত্তুদা নখোইগী নচন্নী হায়ব্রা ভোম্বী কৌই হায় মপাগা লাল্লম্বনি নঙবু থিরম্বনি।

"ইচে করি হায়রব্মী।"

"কৈস্থ হায়রমদে নঙবু উননীংই হায়তুনা থিরম্বনি।"

"অতুদি ইচে; ঐ য়ুমদা চত্তবা য়াদ্রে। চাক ককা চাবরোই মামা-খোইদস্থ ভাল্লমরোই" — হায়রগ ঈক্রুজবা লোইদনা অহুম কাখত্তুনা চংথ্রে।

* * *

খোইরোম কেক্রু:—

অসোমদা খোইরোম কেক্রু থুন্দা মন্দোনগী য়ুমদা লৈরি ভোম্বী। মাগী রাখল হামচংনৈ- নিমাই য়াওদবা পুন্সি রাখল থোক্তে; হুংলাইগুম রোবোটকুম মন্দোয়া অসি ভৌ হায়না ভাকপা থৌদাবা থবক্তগী হেন্না করিস্থ ভৌদে। অয়াম্বা মতমদা তুনিন তুমিন মুংগুক মুংজাননা লৈ নোক-খেদে লাঙদে। অহুম ওইনমক মন্দোনগী মচা মনাহুংপা মুমিং নকশিল্লক্লহুনা মহুগী থবক নোম্বদা ঙাইহাক্তা পোথাদবনা নিমাইবু নীংশিংহুনতা লৈবহ্ থরদি হুম্বরব্মী। থবক য়াম্না চিল্লে নোংঙানবদগী মুমিং তাবাকাও শুবা চাম্বা কেঙবা পোোংচৈ লাম্বোক লানশিন ঙাইহাক্তা পোথাদে। অহুবু থিত্তং শংবদা "রাখলদা নিমাইতা—। মরক মরক্তা নিমাইগা লোয়ননা হাজারী লানশঙদা"

নাহুৎপগী পোংচং খর দরকার নৈরে য়াইরিপোক কৈথেন্দা ফংগ্রে—ইম্ফাল য়ৌদবা য়াগ্রে—মপা চাওভলনা চংপা তারে। হেক তাবগা তোম্বী ইম্ফাল চৎকে নিঙাই তৌহুনা মপাগা লোয়ননা লাকখি।

লাপ্লবা খোয়রোম কেক্রু খুন্দগী মখোঙনা চাক ওন্না চাহুনা লাকপনা য়াইরিপোক অংথা ওারিয়ান লাল্লগা ইম্ফাল তম্নকপদা ইরিনবুংদা মুমিং তাখিহুনা মঙাইগী য়ুমদা মুংদাংহুমা লেক্লগা অম্বুক ওন্না থোকচোম নৈকাই য়ৌখি। মুমিং মাঙ্গোল ময়'ই য়ৌবা কান্দা থুংলুবা মতমদদি নিমাইদি বনভজন লাংথবালদা চৎখিরম্লে। অমুক্তং উনরবদি খন্না য়ান্না রানা লাকপা তোম্বী নীংবা কায়রে মপা চাওভলনা মোইরাংখোম কৈথেন্দগী পোংলম পুম্বা নৈবা লোইরহুনা চাক চখোন অমা মশেন মুপাগী য়ুমদা চারগা তোম্বীগা লোয়ননা নৈহেম্নহুনা য়াইরিপোক কেক্রু ভয়া চৎখি।

মিং থক্লা ফজবী ইম্ফালগী কৈথেন, ফুরাদলান য়ুম কোন্নুং পুম্বা মঙোন্দদি থোইনা অর্থ নৈরমদে। নিমাই লৈরমদবা মকম মঙোন্দদি অহাওবনি শুন্যনি। তোম্বী মথরাই মুঙাইত-মুঙাইতা নিংকোক নিংকোক অহুম হনখি। অহিং অথেঙবদা খোইরোম কেক্রু য়ৌরে। পোম্বাবা ফংদে। মুংদাং থৌবাল তুরেন্দগী কুমারী শাবগী ঈশিং শোক্লুরে। কুপনোম নোম্মী - ওাইহাক্তা লেপ্তে। কুংবা থবক্লা নিমাইগী রাখল ম'ম ছামহল্লি পুং ১১/১২ তাবদা যমুং চঙবদদি রামনবনা ওইরগাল্লে পোপ হেক তাবগা অহুম তুমথগ্রে—মরক্তা মিকপ থোকখিগ্রে। মথংগী মুমিং নাহুৎপা মুমিংনি।

মথংগী অযুক অওনবদা তৌগত্তুনা কোল্লিক কেওবা রাইরম শেংবা লোইহুনা ইরু মায়থঙ্গরগা চন্দন চরা থিন্দুনা ফিশেঙ শেৎপা লোইবদা বামন লাক্তুনা খেচ্রী হোৎগ্রে- পোং মচৈ লাম্বোক্তুনা ইশাং নাপী শেম্বদা তোম্বী থবক চিল্লি।

ওাইহাক নৈরগা ব্রাহ্মন অহুম লাক্তুনা যজ্ঞগী বেদী শারে -মায়কৈ মরিদা লকু চু রা য়ুংহুনা থাকন হন মন্ত্র শোল্ল-শোল্লহুনা শীং হৈরম তরেংকী

শীং য়াওন্না মৈ চুখন্ত না ঘী চেং থোইদ্দিং তিংথৌ হৈ-লৈ কৎতুনা যজ্ঞ হৌগ্রে হৌনবী চথগ্রে। মহুগীস্তু পোৎ কাম্বোক লানশিন তৌবদা তোম্বী পোখাবা ফংদে।

অহুল লমন ভাবক থর তিনথংলক্লবদা হান্নবা সাক্নুনা লৈরবা ঈশৈ শকপা পুং মৈবনা নাম সংকীর্ত্তন ঈশৈ ফমশক হৌগ্রে। ধর্ম্মগী থবক থুদীংদা নাম সংকীর্ত্তন যজ্ঞ মৈতৈশিংগী তৌদবা য়াদবা থৌরম্নি মতাং চানা নাপেং লাক্নুনা নাহুংকদৌ য়িব, অভাং অহুগী চুড়াকরন মশম কোকপা লোইরে। মশম কোকপা লোইরবা তুংদা ফিজং থল্লগা সনা লুপা মচুন তাহন্দুনা কুমারী অহুমগী তির্থগী ঈশিংন অভাং অহু ঈকজবিরে। মথংদা অশেংবা অহনবা ফিরোন শেংপীরব অভাং অহু মমানা পনহুনা যজ্ঞ তৌরিবা মকনহুগী মনাক্তা থারিবা ফিদাদা ফম্লরে। ব্রাহ্মন্না মহ্ম শোন্দুনা অভাং অহু শেংদোক্লে অহুগা যজ্ঞদা দিক্ষা পীহুনা মথংদা নাপেংনা লংগুং অমুবনা মনা লেংলবা য়েৎতুনা নাকম শোয়হন্দনা অভাংগী মনা অহু হুংলে। মহুদা অনাবা খাঙনবা নিতাই তৌদনবা অভাং অহুদা অহাওবা ভমোক কয়ামরুম পীরম্মী পৈশাম্নু পীরম্মী। অহুম অহুম ওইননক য়েংতুম্না মনা অহু হুক্তোক্লগা লংগুং অমুবা শিবিবহুদা কিহুনা অমাদি নাহুনা অভাং অহু ফন কুইনা কপখি। মমৈদা মমানা অমাদি অতৈনা থেমহুনা উচিন নাচিন্না কপ্পা ফরে। যজ্ঞগী বেদীদগী মৈ থারবা য়ুবী অহুগী মৈতাল মকুপকা ঘীগা লোয়ননা শেম্বা হামুক্লা অভাংগী মরাইবক্তা নম্লে—যজ্ঞ পুর্নাহুতি পীহুনা লোইশিল্লে, মৈ মুথৎলে। অভাং অহুবু ভক্তি তৌহন্দুনা ব্রাহ্মনশিংদা মতীক চাবা দক্ষিনা কৎলে। মথংদা সংকীর্ত্তন পালাহু খুকমহুনা দক্ষিনা কৎহন্দুনা সংকীর্ত্তনম্নু লোইশিল্লে। অমুম্না মনা হুংপগী যজ্ঞগী থৌরম লোইখি। মথংদা প্রশাদ বিতরন তৌহুনা অরাকপা পুম্বা মপুক থম্না খেচ্রী পীজরে। অভাং মপানা ময়ামহুদা খুরুম খুরুমহুনা কা তাঙদা অওম্বা দক্ষিনা হাপ্তুনা কচ্চখি—মচাগী মঙ্গল ওইনবা।

লৈকায়গী অমদি খণ্ডন-চান্নবা মরূপ মপাং শাগৈ-নাতৈগী বার্তন তৌরুহনা লাকখিবা কয়ানা অণ্ডম অণ্ডবা পোৎপাং পোৎয়েং পীরখনা তোম্বীমন্দোন শেনফম অমদি খণ্ডজরে।

নাহুৎপগী থবক লোইহনা চাইরি খোংলিবহু লোইশিনবা হেক লোইবগা তোম্বী মফম অহুদা মিকুপ অমা ফাওবা লৈনীংলমদে– য়াইরিবোক্তা নিমাই লাক্লম্বা য়াই হায়না মবুক্তা নিংকোক নিংকোকই মনাহুৎপা য়াওবা লাকপা মমা মন্দোনগা ময়ুম চংনবা শেম শারম্মী। মচা অপীকপা চেল্লিবী মন্দোম্না মাবু মণ্ডম খর লৈমিন্ননীংই মমানসু মাবু নিমাই লাক্লম্বা য়াই খল্লুনা পুনীংদে। মন্দোম্না লৈখো খামই মমানসু লৈহৌখো হায় - খানা হল্লনি হায়না নিঙাই তৌরি।

মণ্ডমহুদা কেক্রুগী মমান্নবাশিং থরো, থাম্বিক, লেম্বী লাক্কুনা মাবু হৌরম্মী।

থরোনা হায়রকই –"তোম্বী তুরেন্দা ইরুজরুসি, কায়ক্লগ থাম্বিকখোইদা শিঙ্গু চানসি য়াংদবা য়াদে।"

থাম্বিক্লা মথা শমথরকই –"হয়েং নোংমাইজিং য়ুমিংনি। কারোক মহাদেব খুরুম্বা চংকনি নণ্ডসু চংমিন্নরুসি তোম্বী।"

তোম্বীনা খুমখি– "ঐবু য়ুমদা য়াম্না চংনীংলেদা।"

লেম্বীনা হায়রকই —"চংকেসু লাই খুরুম্বা লোইরগা চংলু। হয়েং কারোক খুরুম্বা য়াওদ য়াদে। তাবিরেনখোয়সু লাই খুরুম্বা লাকপা য়াই।"

মমানা হায়রকই—"নমান্নবশিংনা হৌরিবসি চংমন্নরুচো।"

মন্দোম্না য়া পাংলকই—' কারোক মহাদেবসু খুরুম্মু, মণ্ডম খরসু ঐগীদা লৈখো।"

তোম্বীনা হংখি—লেম্বী! তাবিরেনখোয়বু শোয়দনা লাকদনা?

লেম্বী—লাকনি মহাম হায়নপ্রবনি।

হয়াও হয়াও তোম্বী মমান্নবীশিংগা লোয়ননা ইতুম্নবা ফি, হোংদোক্নবা ফি পুহনা খৌবাল তুরেলগী হিদেন তাকমদা ঈরুজবা কুমখি।

মুমিৎ অহুম্ণী মুংথিল মুমিদাংরাইরমদা থারিকথোই মাংজালদা থরো, লেম্বী, তোম্বী, থারিক মখোয় মরি শিঙ্গু চানরম্মী। মখোয় মরি চঙ্‌হুনা থারিকথোই ইংখোলদগী হৱাই মতোন হজাম মপান মরোই মপাং তৌনীং-কোক ময়াংবনচিনচিংবা হেক্লুরে থরোংথোইদগী থুম মোরোক ঙাম্নী বেসন অংঙৌবা - লেম্বীথোইদগী চাকহৱাই অফুংপা পুরক্লুনা মখোয় মরি অমনা মোরোক থুম ঙাৱী মেৎ'লি অমনা হৱাই মংতোমচিংবা মল্লি- অমনা চাকহৱাই অফুংপদু মুন্দবা ভীন চাবা য়াওবা পুম্বা মস্তোক্লি। মখোয় মরিমক চঙ্‌হুনা শিঙ্গু অহু ওনা ওনা ৱারী শারি। মখোয় মরিমক চহি ১৪'১৫ গী লৈশাবী মচা থাগী থাবোম ঈল্লক্লবা, পাগী খোংকাপ অহানবা লাকপ্রবা ঙাক্তনি। ঈনথৎলকপগী থঙনীং উনীংবা, চাং য়েংনীংবা করানা মখোঙগী মশাদা থল্লা ফাওগৎলকপা ঈরাং পুরকপা মতমনি মিৎয়েং নায়েং অর্থ লৈরক্লবা শীংনবা পায়কপা মতাঙনি ? মখোয় চিকপক্লা মখোই মথৈভা অমুক নোক অমুক ঙাঙ তৌরি—করি করি ঙাঙনরি তাসি —

"তোম্বী ! নঙগী ফংনেক লংৱাইগীহু য়াম্না কজে কদাইদৈনো ?"

"ইমানা আ ইম্ফাল মাইবম লৈকাইদগী লৈরক্লবনি হায়।"

"কয়া পীরকই হায় ?"

"কুন থক্তনি।"

"নহান নঙনা শেংপা কুমহৃদি কদাইদৈনো ? কয়া পীরকই ?"

"য়াম তাওরেদা, কোংপান্দগীনি। কুম্থা হেম্না পী - মমল থর হেল্লিনরে হায়।"

"লেম্বী ! মখোয় থুদৈ অয়াংবা মতেক শারিহু কৈদৌঙৈ লোইনি ? ঐগী অমা পীরকউ।"

"চোয়—অহু লংবু থয় রাংহৌরি, থাইদসু ফংদবনিদা ইম্ফাল কায়' লৈক' ভারি। করি মচু কেলহনশিগে ?"

"মঙ্গা মচু পামই ঐদি।"

"ইচে থয়ো নঙবু মোইরাংফি ফিবান হাম্বা শাবহু হৈবরা ?"

"হৈনে।"

"কনাদা তম্মী।"

"ইচে চাওবীনা তম্মীবনি। কৈরোইথেক শামাঁ লাম্মা কাও হৈরেদা।"

"অছুদি ঐস্ু থর তমগে ইচে চাওবীদা থর হায়বীগ্নস্ু।"

"হুয়েং হেক লাকউ।"

' থারিক নওগী নাইনসি শল কয়ানো ?"

"শল অছমতনি।"

"ফজৈনহে কনানা শাই।

"আ লাইমনাইগী মংলেম্না শাবনি।"

শিঙ্ু শুবা লোইরছুনা পুখম অপাকপা অমদা পুল্লপ হাপ্লছুনা মখোয় মরিমক পুখমছুদগী লৌর লৌরছুনা মোরোক শাবগী সি-সা, সি-সা কায়ছুনা চারি ম্নাম্না হাওনা। মরক অসিদা থারিক্না মখোয়গী ইমুংদগী ঈশিং চাইসেন অমা পিথ্রাই গিলাস অমগা পুথোরকুনা মখোই মনাক্তা থম্মে। শিঙ্ু চানা চানা ঈশিং থকপস্ু য়াও মখোই মরি মরক মরক্তা ম্নাম্ ম্নাম্থে নোকই। করিগী নোকই—

থরোনা হায়রকই —সি-সা—হা-আ "তোম্বী .. হঃ ..নশাই ঐখোইনা তুরেন্দা ঈরুজরিতৈদা ইচে . ...... হায়রগা তুরেন্দা চোংথ-চোথ শান্নবা পাথওছু... ..... হ .... ...নও নীংশিংলিবরা ?"

"নীংশিংলি।"

"মানা নওোন্দা তোয়না তোয়না য়েংবছুদি উবরা ?"

"উই ; মাগী মমিত্তো কয়া মুঙাইতে।"

"মছুনাে নওবু থর হায়বীমু হায়বসে নও হেক লাকপা মুমিত্তে হায়রক্লিবনি কমদোই ?"

"য়োং 'উ কা' হৈত' মান্নদনা কয়া হৈনদে।"

মখোয় মরি রা লাওনা নোকই। সি-সা সি-সা তৌমা ঈশিং গিলাস অময়ম চাইশেলদগী হৈরগা কুং কুং থক্লবা তুংদা মখোল লোন্নমা লেম্বীনা হায়রকই —

"য়েংঙাই—ঐনা য়াম্না খঙনীংবমা লৈ-য়েবা—অঙাংনা খোম থকপা মতমদা মমানা করম মুঙাইবা ফংলিবা নহোয় খঙলাকপরা ?"

"অদুদি নচা পোক্লবা তুংদা অঙাংদো খোম পীথক্লগা হেক খঙস্নু ঙায়দনা ?"

"নত্তেয় ঐননে নহান দো, কমদৌগে খঙনীংমনগ্রদুনা তাদহনগী মচা মুপা খা মঙায়োম শুরবা হন্দক্তা চট্টুয়দো ঐনা শুম পম্লিঙেদা খোম লাম্ল-মাগ্লে য়াম্না কপ্লকএবা মতমদুদা ইনশস্নু লৈতে কনাস্নু লৈতে অদুদা ঐননে ঐগীসি হেক ইনশিনবা—অদুদা কপ্পা তোক্তুনা চুরূপ চুরূপ অনীয়ক অহুম্নক চিংলম্মী অদুদৈদি গয়াদুনা কক লাওনা চীকপন্নু কয়া নাগ্রে।"

"তৌঙম্মেদা ! অদু নঙোন্দদি করন করম তৌই।"

মাখাই অহুম্মক চপমাম্ননা হংলকখি

"য়েংঙোই মানা চুরূপ চুরূপ চিংবদুদা হঙ্গাইবোই হকচাং তু চুংবোই মুঙাইবন্নু ফাওস্তুম তৌয়েবা—হায়কম খঙদে। থাজক্রগা নখোয়স্নু য়েংঙোবা !"

'ঙকএদা" হায়রগা মখোয় মরিমক মা লাওনা নোকখি।"

ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা থারিক্তা হায়রকই—লোম্লপাঃ—

"ঙাইখো ঐনা য়াম্না থঙনীংবা অমা লৈ—নখোয় খঙ লাকপরা খর তাকউ—"

"করিনো ?"

"মুপাগা মুপীগা তুম্মিনরগা মীয়োম্নী, মচা পোকইসি করম তৌরি জাংনো ?"

"অদুদি নঙ নাহোই তা-বিরেনগা তুম্মিনরগা হেক য়েংউ।"

"অদু লুহোংগ্রদি তুম্মিম্নবা মাদে হায়নে।"

"হেয়া কৈস্নু তৌদেদা ঐ-আ—অঙাং ওইরিঙৈদগী তা নিমাইগা তুম্মিন্ন-দুনতা লাকই ঐবু মীয়োম্লবরা ? অঙাং পোক্লবরা ঐবো ?"

"হৈ অঙাওবী অঙাং ওইহিত্তৈদদি কৈন্নু তৌবা জাং মত্তে—তুগীগী থাগী খোঙকাপ লান্নবা মতুংগী রানি।"

"ঐখোই' ইচেগা ইতৈগা তুম্মিন্নবা ঐ উপ্রে হায়বা—অদৈ থয় নৈরগা মীয়োল্লগা নানাও মচা পোকইসিদে"—থারিক্লা হায়রকই।

"হোয়নে ঐখোই পাবখোয়না ঐগী থাগী খোঙকাপ অহানবা লাকপ-দগী তোঙাল্লা ইথল্লা হিপহল্লে হায়বা।"

"থারিক্লা মথা তায়রকই—"ঐদি য়াম' লুহোংনীংলেবু—অহ্নগনে—

"হৈ তোম্বী হৌজিক্তি নঙ তা নিমাইগা তুম্মিন্নজররবু— নবুক কংজররকনি।"

"চো: নখোয়সিমা।" □

# ২২

**কারোক মহাদেব—**

ম্যাইরিবোক কৈথেলগী নোংপোকলোমদা পেচি উখোংশাং সেকমাই য়োবা চুম্নবা লম্বী অমা লৈ। লম্বীসিগী নাকয়েং-ওই বসন্তগী মতমদা য়েম্নো হান্নৌ চোংলবনা শংবান্নবা পাক্লবা লৌইক লমহাংনি। ওইরোম থংবা নাকন্দা পেচি খূন য়োরমদাইদা পাক্লবা অশংবা গালিচাগুম শন্দোকখিবা লৌবুক লমহাংনা লোইরোইনা ব্লাংখংখিবা উ-রা কুংনা হৌরিবা কারোক মহাদেবগী চীংজাও লৈরি। পুক্ল ংহনা ফজরবা রাখলগী পম্বুংফম অমা ওইরিবা মৈতৈশিংগী মকুওইবা লাইফম্নি। চীংগী নোংপোকথংবা নাকন মীনা চঙবা ভমত্রবা কুংলবা উমংনি।

অহুমৈ কংলৈ নিংথৌ খাবা লৈরেন শোকচ্রোনবগী লৈমা মনু তেকঙাগা কেনা তৌনবদগী মমৌ ইবেম্মা পাম্বোইবী খাবা মরানয়াই থাদোক্লনা মশাবী নোংপোকী তুং ইনগ্রবী খাবা ঙানবা কাঙবুনা তাম্নরকপদা মতম খর লোৎতুনা লৈরম্বা মফম্নি। মফমসিগী মুঙাইবা ফজবা মফমদগী লেঙনীংদবা নোংপোক্কী আশা মচৎ অমা মাগী মমি ওইনা লৈহৌবতু খুমুংচক অসিদা কারোক মহাদেব ওইনা মণিপুরেশ্বর মহারাজ নরসিংহগী মতু ইবুঙো মণি-পুরেশ্বর চুরাচান্দ মহারাজনা পানবা হেক হৌবা মতমমক্তদা কোঙদোরকখি মাগী মতীক মরাই।

মণিপুরগী নীংতম্বা লোইখিবা খোংজোম লান মতুং অনিশুবা চহিদনি পেচি খূনগী মচীঞ্জাক চাজবা মরীন লৈব', লমদি খর হেনবা মচা মশু ইমুং মমুং খুৎকন পাঙনবা অহল অমা নোংমা শংচনবা কারোক চীংদা চৎলম্মী। মুমিৎ অহু ফাইরেন থাগী শিখরকপা থাশি হয়েংনি হারবা মুমিংনি—ভারতকী মকম পুমদা শিবরাত্রি হায়না কৌহনা য়াম্না চাওনা শিব মহাদেব

পুজা তৌবা মুম্বিংনি। মুম্বিং অসিগী মুম্বিং য়ুংবদা পেচিগী অহল অহু কায়োক চীংদোন্দা শীং অসুম য়ানবদা মাগী শীংজং অহু ময়া ভাথোকখ্রে। শীংজং ফেঙবা য়াবা নুং অসুম থিরকপদা ফজগ্রবা ম্বিংকম হোংবা য়াদবা নুংবী অমা থেংনরুরে নুংবীহুদা শীংজংহু ফজনা ফেঙলে—মথোক্তা শীংজংহু পানশিল্লগা চেংননবা নুংবীহুদা হেক গুরুবদা নুংবীহু মগুং অহম থোক্লা কায়থোকখ্রে নুংহুগী ফজবনে মহুদা ফেঙবা শীংজং ময়াহুনা মতামোইনা থোবনে মপুক্লীংদা অপাম্বা অমগা লোয়ননা অহল অহু মুংবীহুগী মগুং মচেং অমা লুম লুম লাওবহু শীংচনবা লোইরগা শীংগা লোয়ননা ময়ুমদা পুরকখি। মুংবী মচেং অহু গুমাংগী অরাং থংবা নাকন্দা থমখি।

মুম্বিং অহুগী মুংদাংদা মশা খিরুম খিরুম তৌ-ইংোক চোকথ—চানীং থক্লীং পোক্ত ঙস্তানা কমুং চঙ তুমখি। শীংজনবা চংলুবগী রামন্দুনা তৌবনি পোথাবগা কনি থনখি। মুম্বিং অহুগী মুংদাংদা মমঙলা উখি- ময়াইবক্তা ত্রিবলী চন্দোন থিনবা গেরুবা মচু ফিজোন শেংপা মকোই ময়াং চোম্বা গুগ্রীক পয়েং শিবা মথুম্তা ত্রিগুল পায়বা যোগী অমা মানা হিপ্লিবা কমুং অহুগী মনাক্তা লেপ্লহুনা মঙোন্দা হায়রম্মী—"কল্লিগীনো নঙনা ঐঙোন্দা চৈনা পীরিবা? চীংদগী নঙনা পুরক্লিবা নুং অসে থুনমক হায়গী মকমদা থম্মূচো। নত্রবদি নঙ অরা অনা থুদোংথীবা নংগনি।"

পেচিগী অহল মঙকাওনৈ। অংবু নুং অহুবু উরুবদা পাম্মনখিবনা মঙগী রানি হায়না কৈস্নু থোশাখ্রে। মাগী চুপীনা কন হায়জরফাও নুংহু হায়গী মকমদা থম্মুরসি হায়বসি মহাক্ত গুকয়া য়ারমদে। অমুক য়াহৌরকপদা মশা থর মুভাইরহুনা থবক ইনথাং নোম্মী লৈকাই কোয় য়ারেম ভাঙলুই—মঙগী য়া অমুক থল্লুদরে। অহুবু মুম্বিংয়ুংবৈ মতুং চাক চাবা হেক লোইবদা অনাবা লাইওং থঙদনা ভাঙন-কৈনা নাবা ছোয়ে। চোইরোন পারোন লোল্লি—মাইবা মাইবী কয়া য়েংই হিদাক লাংথক কয়া চায় থকই—থৌ তৌই—চবান থাই- মাইবী লাইফাও মতুংইন থয়োম কয়া লাকই—কবা ভসদে থরহুম হেনগংলকই লাইংংস্নু থঙদে। থা অমা থর হেক্লো হৌগং কাংথং ভরদনা কমুংদা লৈরকলে।

চয়োল তরেৎকী তুংদা মময়ঙদা অমুক লাক্লে ত্রিশুল পায়বা যোগীছু। হন্দক্তি য়ায়া শাওবা শক্তয়ি। পেচিগী অহল মিকপ থোকই। মশা পুম্বা হমাংনা পুমচোৎ চোৎলি— মাগী মুপীদা মঙ তম্মী। মপুক্লীংদা থনখি নুংছু হায়গী মকমদা থম্মুরগে। মচা মুপা অতোম্ববু হেক্তা পুখৎহল্লগে। অঙকপনি - নোংঙায়কপদা মাগী অনাবছু ফখিছনা ছোগৎ কাঙখৎ ঙয়ে— অছুনা মশামক্তা থিঙৎকে হেক্তা থনখি। মুমিং থরগী তুংদা অনাবা পুমক ফয়ে শু-নোম্বা ঙয়ে মশাগী অনাবা হেক ফবগা ইমুং মম্নুংগী লৈকোক লৈকাইগী থোগাই পাঙথোক্লবা হোৎনবদা মঙগী য়া নীংশিংলুক্রে। নুং অছু মশাগী থাঙ ফেঙফম ওইবতা নত্তনা লৈকোক লৈকাইগী থাঙ ফেঙনফম ওইরে। থর কুইরক্লগা নুংছু উবদা পাম্মনখিবনা মবুক্লীংদা মঙগী য়াবু থাজফম থোকপ্রা থল্লক্লে— মাগী মুপীনা হয়া হয়া হায় জরফাও থোওইনা তাশিন্নক্রে।

থর লৈরগা ইখঙ খঙহৌদনা ইনা নাদনা মচা মুপা অতোম্বছু কায়োক চীংদা শীং চনবা চৎলুবা অহিং অতুংক্তদা শিরে। পেচিগী অহল মরাইবক্তা তমথ্রবনি থম্মা থোশা য়াশাদে। মচা অতোম্বগী শোয়াৎ লোইবা মুমিত্তা হায়গী মওছু অমুক মঙই। অহল অছু কম্বিজাওনি - মঙবু থাজবা য়াবরা? থোশাদে। মথংগী মুমিত্তা মচা ময়াইমা ইখঙ খঙহৌদনা লিননা চীক্তুনা শিরে। হন্দক্তি মাগী মুপীনে মচামুপা অহনবে লান হোরে। মচা ময়াইমগী শোয়াৎহেক লোইবগা মমা মচানা লান হৌবদগী অহল অছু তঙাই ফদনা নুং মচেৎতু পুখৎলে কায়োক চীংৎক্তা, হায়গী নুংবীছুদা হাপচিল্লে— মনাক্তা হৌরম্বা উয়ী অমনা অকায়বছু পুনশিন্নে। মাইবী শেল হনবা থুংলৌ য়েংলুবদা কায়োক মহাদেব পূজা তৌজরবদি লুহোং মচুং চহি ৭ তমকাও মচা পোক্ত্রিবা মচা মুপা অহন্দু মচা উজনি হায়রকপদগী মমা-মচানা উবীনা পুন্নবা মহাদেবছু মকম চানা খিন্দুনা ঈয়াৎ পূজা তৌজখি। খিন্দনা ওয়াকপা চহিদা মওমুপা অমা ফংজরে। হয়াওজরবা মম মচা—হৌজিক্তি মপা কম্বিজাওনা হেন্না থরাই য়াওনা সেবা তৌখি—লাইশঙ শাখি। চহি অহুদগী কায়োক মহাদেবগী মতীক ময়াই মণিপুরগী কোচিন কোয়া য়োনা

শন্দোকখি—মঙোন্দা নিজয়বদা নীংবা থুংনবা লৈতে। মণিপুরগী মফম কয়াদগী কাণ্ডবু কাণ্ডবু লাকুনা থুরমজরে অনীংবা থুংননবা।

লৈশা পাথঙ অঙাং অহল নুপী-নুপা চহি খুদীং শজিবু চৈয়াও মতুংগী অহানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা কারোক মহাদেব থুরম্বা খোয়াংনা ঙাইনবা মৈতৈশিংগী উৎসব অমা ওইরে। চহি খুদীংগী চীংগোই বারুনীগী মথংদা কারোক মহাদেব খুরুম্বা য়াইরিবোক মায়কৈগী তঙাই ফত্রবা অমা ওইরম্মী। ৩সি নোংমাইজিং নুমিৎসিদা কেক্রুদগী লৈশাবী মচা মরি—থরো, লেম্বী, তোম্বী, থারিক -কেক্রু খুনগী পাথঙ অহম মরিগা অয়ুক্তা কারোক চীং কাবক্লি। তোম্বী, থারিক, মবুক লাঙতকৈ মায়কৈ নরি ঙম্ন-ঙম্না য়েংন-য়েংনা লাকই। অতুবু অতুক য়াম্বা মীয়ামতুই লক্তা বিরেন নিমাইবু উবা ফংবা লৈখিত্রে। কেক্রুগী পাখঙ তোম্বীবু খোয়দাজরিবা মথুম-ময়াং হৌনা নুঙাইজে। তোম্বীগী খোংথাং চিংয়েং রাঙানা মাগী থম্মোই থন চৎলি কোইচেন চেন থরোগী য়াথং থোদা পাঙথোকলি—থরোনা শীজিন্নরী পাখোল্লোই ওইনা। কাগী-কাবাং তৌনবী রা রা নোক্লী। তোম্বী, থারিক রা কয়া ঙাওদে—নিংকোক নিংকোক চৎলি খোয়শাণ্ননা। অতুবু মবুক্লীংগী লাঙতকবা উত্তনা হয়াঙশিন্ন-নোক-খে ফাগী মতেক য়াও চৎলি—কারি লাইফম য়ৌনবা। লাইফম য়ৌরে লাই থুরমলে। কারোক মহাদেবগী লিঙ্গ মূর্ত্তি মচেৎ তাই উরীনা পুল্লি করিগীনো থঙদে মখোয়দি। লাইশংগী অকোয়বদা লৈবা মহৌশাগী ঘজবা য়েংলি—ঙাইরি তোম্বী, থারিক তায়। নক্ক য়েং মায়গৈ শুনা বিরেন নিমাই লাকপরা?

সোমদা বিরেন নিমাই য়াইরিবোক্তগী ওস্তানা কারোক তম্না লাকখি - চৎলিবা মীয়ামদক্তা য়েংন-য়েংনা—তোম্বী থারিক য়াওবরা? চীংখোং য়ৌরে কদাইদম্বু থেংনত্রে। চীং কাবক্রে লাইফম য়ৌরে লাই থুরম্নে। মখোইনা ওয়মাগে বিরেন থারিক হায়নখিবা মতুং ইয়া লাইফমদা ওইরম্মী। হিদাক ডাবক অনি হেন্না ঙাইর-কাও মখোয় য়ৌবত্রে। ঙাইবগী অয়াবা থাঙবা নিমাই বিরেন সিম্ম য়ৌরক্রে। ভাজাসিদা থঙহৌদনা বিরেন মখোড

হায়রীংলক্লে। মহাদেবগী লাইশঙ নৈরিবছুগী মনাঙলোমদা মখোঙ হামকম ঈশিং খোং নৈবা অদোমদা মখোয় অনি পরপ পরপ হাইথখিবদা লম্বী ওয়খিছনা কুংলবা উমংলোমদা থুনাম তাবা লম্বী মতুং ইন্না চংশিনখি। অওইবমক চীং লম্বী অছুনা মখোয় অনিবু লমথঙত্রবা কুংলবা উমংলোমদা অসুম পুশিনখি। হিদাক তাম্বকমুকী লম্বী কুমথরবা তুংদা অওইবমক ঈশিং-খোং মচা অমা থেংনৈ। মকমতুংগী পঙলাপ লাপ্তবা অনকপা যোংশোং-লক্তা কমথবত্তা তায়রি বিয়েন, মনাক অহুরাইদা ইয়াপ লাপ্তনা শ্রোৎ শ্রোৎ প্রেক প্রেক লাওবা মখোল তাখি—নিমাই বিয়েন অনীমক্না থনখি করিগুম্বা ওককুম্ব: শা চৎপরা—। কিবা যাবা মতম থোক্কনা বিয়েন থুনা মশা শেংদোক্লগা ঈশিং খোংদা মখোঙ মথুৎ হাম্ব্রিডেদা খুংলাই পায়বা মী থরনা মখোয়বু কোয়শিনখিবা উহৌত্রে। মখোই অনিনা লাইকমলোমদা হুন্নগে হায়না খোঙকোপ মরি- মতা থাংলকপা মতমদা মখোয় অনিবু কায়ম্মী। মখোয় অনিনা হংবা হায়- জবা অমত্তা থুম্না তাবা তৌদনা মথুৎ কুংবুন্না পুন্নগা মমিং অনিবু কি অমুবনা চেংনা পুন্নগা চিংছনা অছুম পুপ্রে।

মখোয়না চংখিবা ইকুই কুইদনা লাইকমদা থুংলবা থারিক, তোম্বী কোইয়েং য়েংলক্কই, থঙনবা লাকপা থুদোংদা হুৎ্রৈ- য়োরক্লথরা, লম্বীদা থেংনবরা? কনাসু উই, থঙই হায়রক্তে। যাইরিবোক্তগী লাকপা অমা অনিদা হংবদদি অঙনবদা চংখি হায়। কন-কুইনা ওৎলে তারৈ তৌছনা তাইরে অছুবু য়োয়কপা নৈত্রে।

হুমিং চায়থরক্লে—অমুক তাইথরবগি হুমিং তারগনি থয়ো লেম্বীনা তকশিনক্লে—"হল্লসি"। তাইরগী যাবা মুংশ্যা থীবা অমদি নীংবা কায়বনা থনুংদা ওমছনা যামৈ চাক্লবী থারিক তোম্বী নীংঙমহ নীংঙমদ হনবা অখি য়েক্লক্, তম্বা। অনীংবা পুম্বা থুংলুবা গুম্না মহাদেবগী চরব শোক্লা বগী ঈম্না চেন্না থুকমখি—

"মখোই অনিবু থুদোং থীবদগী কনবীয়ু।"

মখোই মখি হনপ্রে। হয়াও তমাম নোক খেছনা কায়কখিবা নৈশাবী মচা মরিহু হুংতক-হুংজাননা যা লান কয়া তাঙনদনা কুমপ্রে চীংদোম্বী।

# ২৩

সুমিৎ তারমদাই কেক্রু--

খোাইরোম কেক্রু য়োয়ে। সুমিৎ তারমদাইনি, থারিক তোম্বী অমগা অমগা হংনখি—

"মখোয় অনি কমদোনা ঐখোয়গা উনক্রিবা ?

"লাক্লবা জাংলা ? কদাইদা থৈনক্রিবা ?"

"ঐখোয় লাক্রে হায়হনা চংখিবা ওইরিক্রা ?"

"লাইফমদা করিগী ওাইরমক্রিবা ?"

"করিগুম্বা লম্বীদা খুদোংথীবা থোক্লবরা ?" থনবত্তদা অনিমক থোমখা মিহুন দং দং চোংই। নাত্তোন নাকচি হমাং কানৈ।"

"ঐ চঙহোরগে ?" "লৈহোরো লৈহোরো" হায়নহুনা লৈশাবী মখোয় মরি মগুম ময়ুম চঙনখ্রে। থারিক তোম্বী য়া কয়া ওাওদে সুংওক সুংজানৈ। ময়ুম ময়ুমদা মমা মন্দোয়া হংই—"করিগী অওক থেঙলক্লিবনো ? নীংখিনা খুমদে গুরু গুরু নৈশিন ময়োল-মরি থঙদনা য়ারক্তা খুম্মী।

ইমুংগী নোংমগী তোঙদবা থবক থনা পরপ পরপ পায়খংলি—অহুবু য়াথলদি কায়োক মহাদেবগী লাইশঙদা, লম্বীদা মীয়ামলক্তা কোয়না মুনা য়েংলি। উনবা ফংদবগী সুংনাংবা—করি খুদোংথিবা থোক্লমগদগে থনবগী সুংশা থীবনা মরক মরক্ত' সুংশা মপী ফুমনা ফুমনা হোল্লি। তোম্বী য়াইরিবোক লাইশ্রম কোজিন পরপ পরপ চংনীংলক্লে।

মথংগী অয়ুক্তা মথুয়াপা লোয়নমা মহুঁর পালক্লে। থারিকনু মাপা লোয়মনা লাকখি। অনিগী অনীংবা সুনত্তনি—করি লোকপ্রকপে থঙনীংলম্মী। কায়োক্তা মখোয় লাক্লমক্রবদি মহুগী কৈফিবং তানগে থক্লম্মী—ওইল-চাওবী অনিদো।

মীনা নীংবনা অমা লাইনা শীনবনা অমা মীওইগী পুন্সিদা তোয়না থোকপা থোদোক্লি। মীনা নীংবগা লাইনা তম্বগা মান্নবা লৈশীংদা অমা ফাওবা য়াওদবা য়াই. য়াওদে হায়বদি নত্তে। তোম্বী থারিকী অনীংবগা লাইনা শীনবগা থেন্নরে। মখোয়না য়ারিবোক বাজার য়ৌবদা নিমাই মপা চাওতোনগা বিয়েন মমা থম্বাল কেক্রু অম্না লাকপা কোক থেংনরে।

তোম্বীগী মখুয়ানা হংখি—

"তাদগা ইতৈম্নাগদি কদোমদা?"

চাওতোম্না খুম্বা নংত্রিতৈদা থম্বালনা হংখি -

"ইবুঙো! নখোই কেক্রুদা বিয়েনগা নিমাইগা লাক্তবরা?"

তোম্বী থারিক মুংশা থিবনা মিহুন দং দং চোংবা হৌই।

"লাক্তে ইতৈমা! মখোইবু কেক্রু চংখিবরনে?"

"ওরাং কারোক মহাদেব থুরুমনি হায়তুনা মখোয় অনিমক চংখিবনি। ওসি অয়ুক ফাও হল্লক্তে। তোম্বী নওবু নবুং অনিহু উনদরা? নখোইসু কারোক থুরুম্বা চংলি হায়বদাই। ঐখোই লৈকাইদে কারোক কারুবা অত্তাংশিংনদি মখোয় অনি মহাদেবগী লাইশঙ ময়াদা উরম্মী হায়।"

"থুরাতোন ঐখোয়সু মহাদেব লাইশঙ ময়াদা ফন-কুইনা লৈ অহু থেংনদেনে।"

মসি হায়রকপদা তোম্বী মখোল নীরুপ তৌই তোম্বী থারিক মমিং ঈরা চেনবা হৌই।

নুপ্পা থম্বাল মুংশা মপী শাংনা হোন্নি—মমিং ঈরা চেন্নি—হায়রকই:-

"তো চাওতোন! কমদৌনি ঐদি মাওজয়েদো, ইচাদো—দথাসু য়াম ফত্তে হায়বনি। কত্ত-মুংদা থোল্লমবদি করম তৌনি—।" হায়না হীক হীক কপকই।

"তাইথোনে থম্বাল! করিম্ব তৌরগ্রোই। মমারবগী মুমদ-কা লৈথোক-অমনু য়াই অত্তাং তাক্তনিনা।"

চাওভোন মচীন্না হায়জবতনি থম্মোইদ্রি তনিক তনিল্লে।

"হোয়—ইভেমা মুংশা থীবীন্ন কৈ থোইদোক তৌরম্মোই—মতম থরদং য়েংখিসি। চংলসি ভাদা য়ুমদা—য়ুম য়ৌরপা করি তৌসিগে তান্নকসি।" অঙুম্না তোম্বী মথুরানা মথোয় পূম্বা থেমজিন্দুনা লাইশ্রম কোজিন তান্না চংখ্রে।

কোজিন য়ৌরকপদা তোম্বীনা মথুরানে থারিকনে অনিম্বী চান-থরুবা শীনখ্রে। থারিক তোম্বী মুংশা মপী হোন তত্তনা হংনৈ করি থোক্লমগদগে? মবুক মবুক্তা নোংপোকপু থুরমজে—" মথোয় অনিবু অশোয় অঙাম থোকহনবীগনু।"

চাওভল, চাওভোন, তোম্বীমমা, কক্রুই থুরা থম্বাল লৈরিক পুন্না রা তান্নৈ—করি তৌসিগে? অান মাঙলবা চাওভোন থম্বাল লৈরিক রা ঙাঙবা থোক্তে—থনফম থঙদে চমথনৈ। চাওভলনা হায়রকই—"ঙসি মুমিং তাবা ফাওবদং ঙাইসি হল্লকপরা য়েংখিসি।"

"হল্লক্তরবদি করি তৌবা, থানা তাকদরা?"

"খিখিবা ভাই। থোইরোম কেক্রু লাইমনাই উখোংশাং পেচি সেকমাই নিঙেলনচিংবা মকমদা থঙনবশিংদা অমদি চৌকিদারশিংদা লাকপরা লৈবরা হংখিগে। মচুশী পাও ঙসিমক থাখিগে'—থোইরোম থুরানা হায় "হয়েং ফাও মমুংদা কংত্রবদি থানা তাকসি।"

"থম্বাল লৈরিক মথোয় অনি অঙাং অনিশী নবা পাজিদা অমুক্তা য়েংলুচো শিজাগী খুংলো য়েংবা হান্নিদত্নু হংলকউ।"

"বামোন লৈকাইগী মাইবীদু য়াম চুমই হায়—লেন হল্লুগে ঐ"—তোম্বী মবানা হায়রম্মী।

"ইমা লাইমনাইদা ইথৌ অঙা হল্লক ফাওরকপদু য়াম চুমই হায়-হৈকং লৈকং তৌ পাওহংলুগে ঐথোয়" থারিক তোম্বীনা হায়।

থম্বাজানা হায়—"লম্বৈমা ঙুংলা করিনা পুত্থনা চংখিরব্রবদি কমদৌনি তাদ"

"হোয়—মহুৎগীসু থিনবা রাংমগী পণ্ডিতকা তানরগা হোয়েন লুংদাংরাই-রম থরসি। হৌজিক নঙগী নঙগী থবক পাঙথোকউরো। চাওতোন নঙনা রাংমগী পণ্ডিত অমুক্তা উনরুচো।"

অসুম্না হায়নহুনা মথোই পুম্বা মাগী মাগী মথৌ পায়রম্রে।

চাক-ঈশিং চাবা থকপা লোইরগা খোইরোম থুরা চৎলে। থারিক, তোম্বী মমা লাইমনাই বামন লৈকাই পাংলে। থম্বাল লৈরিক শিঙ্গা যৌগ্রে।

লাইমনাইদা চীবোংনাইরবা ইথৌগী লাইশঙ মাঙদা হৈরুক হৈরা কারি—লৈশাবী মেৌ হুনুবী মুপা অহল পাখঙ রান্না তিন্নি লাইবাও হংনরি মথং মথং। থারিক তোম্বী চঙশিনখিহুনা মথোয়না চেন্না চেন্না হেন্নকপা লৈ থরহুগা ভমজবা দক্ষিনা ইথৌগী লাইমাঙদা কংশিন্নি পাওহংজে

"কদাইদনো? নীংজবা থুংগদ্রা?"

ইমা লাইথংনবীনবা ইথৌ লাইবাও চিঙ্গোইনবীরকই "য়েংকী লমদাং পারী কাংদোং ফারকপা শমোক পাবোং মপাওনি—লমদম অতাম্বদা চংলি নথৌ ঐনা ভাক্তি- ইমোম অনি রাগনু চেন্দুনা পুখিবনি। রারুমু লাইনা থাবা লৈপুন্নি লেম্না মাঙবা য়ারোইকো। মেরা পানথংলকপদা নরানরাই পাংলকনি অশোক অপন থোকহল্লোই। হৈরুক হৈরা অথেমপোংকাজো" হায়, লাই কাথরে।

তোম্বী মমা বামন লৈকাই মাইবী শেনমিৎ হনুই। ইমা মাইবীনা:—শিব মহাদেব ইবুঙো লৈয়েংদা ফম্বীমু ভাকপীমু নদাইরেম্না পাওহংজবা" হায়না মঙ্গলাচরন হোরগা ফাওরকই—"য়েংকী লমদাং পারী কাংদোং ফারকপা অনিগী মপাওনি—হাওরম নোংপোক পারব লম লমদম অতাম্বদা চংলি—চেন্দুনা পুখিবনি—ঈশিং মপান্দনি—অশি অনা নংলোই লাইনা থাবা অনিনি কৈসু রারুমু থা ভরুকী ভুংদা নরানরাইদা হল্লকনি। 'ঈরৈমদা থয়োম লাকথোকউ।" লাই কাথরে।

সোমদা য়াংমদা সিঙ্গাদা চৎখিবা থম্মাল লৈরিক অনি পাম্মি য়েংলুই। পাম্মিনা হায়রকই কুঠি অনিস্থ য়েংলগা ভরং ভরা হোৎলগা —

"নিরেন চহি ১৬ থা অনি চংলে - ক্ষম নোংশা, অথাং কাল মৃত্যু দযাদি শগোলশেনগী মঙ্গুংদা শনিনা চারি লোইগদবা থা মঙা য়াংলি। লংকৈ চৎলু হায়বা লৈ। থুদোং থিবা থোকওই- শগোলশেম্না উকন ওইরি। শনিগীদমক ফি নিম মচু অমা থাও শগোলহরাই শালচক্রদা মপোক মুমিত্তা কংপীয়ু বিষ্ণু মন্ত্রনা, থা তরুক্তী তুংদা উনগনি

নিমাইগী চহি ১২ থা অনি তারে ক্ষম কৈ, মথা কাল মৃত্যু দযাদি চন্দ্রগী মঙ্গুংদা শনিনা চারি লোইগদবা থা ১০ য়াংলি- মমা মপা মতম থর কায়নৌ হায়বা থোকই। মায়ক দযা লৈতে শিবা নাবা থোকসোই, থা তরুক্তী মতুংদা হল্লকনি শনিগীদমক শালচক্রদা ফি নিমনচু থাও শগোলহরাই মপোক মুমিত্তা বিষ্ণু মন্ত্রনা কংপীয়ু।"

সিঙ্গাগী হামিদনমু থুংলৌ য়েংবদা হায়রকই — "মপা মচা অনিসি নোংপোক হারম পাংবদা লমদম তাম্না চংখ্রে— লাইনা চেনবগুম চংহৈদবা মকম চঙলুবগুম তৌবরা ? শিবা নাবা থোকউ হায়বা লৈতে। থা মঙা তরুক্তী মতুংদা হল্লকনি।"

মাইবী পাম্মি থুংলৌ, ইধৌ লেপ্পইনা ইমান মায়ৈ —' শিরোই নারোই থাম্না চংখ্রে থা তরুকলোম তুংদা লাকনি। অদুবু থুংলৌ য়েংবদা লাইনা চেনবগুম তৌবরা হায়রবদুদা পাখংপগা লেমনা থম্মাল লৈরিক চনীং তাদ হল্লকই — থারিক তোম্বী চময়ৈ।

মুমিদাংবাইরম পুম্নমক উনরে। থোইরোম কেক্রু থুরাগু লাকই। সেকমাই পেচিনচিংবা থুন পুম্বদা পাও থাখ্রে। থেংনদে ভাক্তা হায়রকই মখোয় পুম্বা মাইবী পাম্মি থুংলৌ ইধৌগী পাও তারে। শিরোই নারোই হায়রকপদা পুক্নীংগী অরাবা থিক্তং শাকৈ। লাইদা কৎপা থরোম লাকপা হৈরক হৈরা কাবা পুম্বা পাওথোকপা মমা অনিদা শিন্নরে। থারিক তোম্বী অনিমু মখোই মতেং পাংলম্মী।

মুমিদাংডাইরম রাংমগী পণ্ডিত লাকুনা লাইনীংথৌ থুরুম্লে খুদোং থীবা থোক্তনা পুবীরক্লবা থৌনিজরে। মখোয়দা পুং বৈবা মাঙ্গং পাম্বা শেংলুং কাংসি বৈবা মোইবুং খোংবা য়াংনা পাখঙ লৈশা য়াওনা মী কাঙলুপ অমা লাইশ্রম কোম্বিন্দগী সভা যাত্রা তৌরক্লে। পুং বৈ, য়ান, মাঙ্গং খীংবা, মোইবুং খোংই মরক মবক্তা পুন্না কৌই "হো নিমাই হো বিরেন।" করিগুম্বা কান্দা খম্বাল লৈরিক্লা কপ্পা কপ্পা কৌই –"হো ইমাই ইবুংঙো বিরেন নিমাই কদাইদা লৈবাগে পেম্বারে।" "অস্মা লাণ্ড-লাণ্ডনা অহিংচুপ্পা চংলি য়াইরিরেক কেক্রু, উখোংশাং পেচি বারোক থুংনা, চংলগা মথংগী অযুক অঙংবদা মযুম কোম্পিন্দা হ ডৈনখি।

য়াবনা তপ তারবা কাওব্রদা ভূমহল্লিবী লাইরেম্বীগী তম্পাক্তা ডাই-হাকুং পোথাক্লে। অন্য নীংমদ্রবা থম্মোই শোক্লবা মমা অনি মিকপ থংথোক থোবই কৌই কপই "বিরেন নিমাই।" অযুক অথেণ্ডবদা লৈকাইগী মচে মচন মনে য়ন্দোন কম্বা লাতুনা হংলৈ পেমক্তিল্লে। য়ারবা মমা অনি চানি থকনি খঙদে চাইহাক লৈতনা কপ্পুনা লৈ। চাওতোম্না থেমজিনবা থোইনা কাম্লদে। চাওতোন চাওভল কেক্রু খুগা তাম্নতুনা থানাদস্মু মী মাওখিবগী রিপোর্ট তৌরে।

মথোন থোক্লা কপ্পস্মু ডমত্রবী লকাম্বুংদা য়াৈ য়াক্লবা থারিক তোম্বীগী অয়াবা কয়ম্বা লোল্লনা ফোংদোকপা ঙাংগনি থম্মোইতনা খঙবা নত্তনা। য়া য়া কপ্পুনা থম্মোইগী অমাবা পোৎলুম খরদং হম্বহনবগ্র ঙমদ – চানি থকনি থংত্রে ভূম্বা হিপ্পা পোথাবা নাইত্রে—কাওডমত্রবা মাইথোং অহু মমিত্তা শংশং উহুনতা লৈ। করিগুম্বা কান্দা মুকম মুকম শোল্লি—ডাওয়বরা ? □

২৩ (১) লাইশ্রম কোজিন চহি কয়াগী মতুং ঃ—

"ইবুঙো লাইশ্রমগী ইমুংসিবু কনা কনা লৈরি"

"ইপু—সিদদি লাইশ্রম লৈত্রে। হৌজিক লৈরিবা য়ুমশিং সিদি অথোকপম, শেঙ্গম থোংবম ঙাক্তনি।"

"সিদা লৈরম্বা লাইশ্রমশিংহুদি কদাই লৈপ্রে।"

"ইপু ঐখোয়দি খঙদ্রে—আদা লাকইবা থোংবম খুরাসিদা হংবীয়ু—হো খুরা শোমদা অমুক্তা—?"

"কৈদৌরগে হা—"

"ইপুসিনা হংলিয়ে সিদা লৈরম্বা লাইশ্রম ইমুং কৈদা লৈগ্রগে হংলিয়ে সিদবু লাইশ্রম লৈরম্বা ?

"উম লৈরম্মী—ঐখোয়না য়াম্না অঙাং ওইরিদৈদা—ইংখোল পুম্বাসে খোংজোম লান য়াওখিবা অথোবা হাজারীগীনি, মাগী মচা ইপু চাওতোনম্বু লাম্বু য়াওরুই হায়। অবোক লৈরিক্লা লৌরম্বনি—চহি ২০ হেনগ্রে অবোক লৈরিক শিখিবা মাগী মচা নিমাই হায়বমা মচন মুপী অমা পুদুনা চৎখিবদগী হন্নক্লে হায় শাগৈগী পিবা মথন্তনি হায়—মচা মাঙখিবদগী লাইশ্রমগী ইমুং মুংগ্রে—অবোক লৈরিক্লা ইকোন কোম্না শিখি—মখোয়না মথং মথং য়োম্থে ক্লম্বনি। খুরাদি করি লমদৈনো ?"

"ইবুঙো ঐদি অথাপ্পদৈনি— চৎলগে" হায়রগা হন্নুবদো মমিত্তা ঈরা চেন্না অহুম চৎগ্রে। মাগা লোইনরকপী হন্নুবীহুম্নু কপখি। □

অশুকপা উমং -

মুমিং খুমজিল্লবা মখুং তুংবুন্নরবা পাখঙ মচা অনিচু খুৎলাই পায়ব-শিংতুনা চিংলিবা শুক্রবা চীংলম্মী উমং মরক অতুদা চৎখি। কাঙবু অচু অযুক চাকচামাঙদগী চংলকপনা মুমিং তারমদাইদা শুক্রবা উমং ময়ায়দা খর কোকথোকপা মফম অমা য়োরে। মফমতুদা লৈরম্বা অপীকপা ইনা কুপ্পা যুম অমগী মমুংদা মখোয় অনিবু থমখি। মমিং পুন্নম্বা ফি মখুৎ পুন্নম্বা পূম্বা লৌথোক্লে। ঙসাই মখৈ অশুক কুইনা রা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলক্কবা মখোয় অতুগী মরক্কগী অমনা হায়রকই—"নখোয় অনি য়ুমসিদা লৈয়ু। হয়েং অঙনবা অয়ুক্তা ঐখোয়গী থৌবুরেন উনরগা করি তৌবা তাই লেপকনি। নখোয় অনি কনা অ.ঙগা রারী রাতাই শানবা য়ারোই—ঐখোয়গী অয়াবা য়াওদনা যুমসিদগী হেন্দোকপ্পু য়ারোই।"

অসি হায়রগা য়ুম অতুগী থোঙ থিংজিল্লগা মপান্দা শো লোনশিল্লম্মী—মখোয় অনিনা হংবা হায়জবা অমত্তা তারমদে।

কিবা মুঙাইতবা শাওনীংবা থুক্কৎপনা রা ঙাঙবা থোক্লমদ্রবা নিমাইনা শকফম হুপ্তিন্না পাথৎপা পূম্বা কাথচুনা হংখি—

"করিগীনো ঐখোয়বু মফমসিদা পুরক্লিবা?" মফম অসি করি লমনো? নখোই কনা কনানো?"

মতু পূম্বা করিমত্তা খুমদনা খুৎলাই পায়বা মুপাতুনা হায়রকই—

"য়ুমং,দা ফক অনিগা ভৌবোং অনিগা মোন খাঙনবা উতুপ অনিগা লৈবনি—মতুদা পোখাও—ভুম্মু। চেনখিগে হায়না হোৎনগনু মায়গৈ মরিমক সম্রি ভৌরিবনি।"

বিরেন্না অমুক হংখি:—"ঐখোয়গী ইরাল করিনো ঐখোয়বু কাতুনা পুরকপগী মরম করিনো?"

"হা যান্না ঙাঙদু" হায়রম্লগা মখোয় লোইনা চৎপ্রে।

চীঙ্গবা উমং মন্নায়দা লৈবা মপান্দগী থোঙ লোনশিল্লবা য়ুম্নচুগী মন্নুংদা বিরেন নিমাই মথল কয়াগী রাখলনা খোয়রাং খোয়শাঙনা লৈরম্মী। মখোয় অনিমকপু ফাদুনা পুরকপগী মরম মখোয়গী রাখলনা লাম্বা ফংলমদে - থোইনসু থকত্তে। থারিক তোম্বী উনদ্রেকো থনবদা মখোয় অনিমক নিংদোন পোয়ম্মী। য়ুমগী করাং অহৌবদা হেংথোকখিবদা পঙথপ থাপুনা মখোয়না লৈরিবা য়ুমচুগুম্বা থর লৈবা উই য়ুমশিংচুদগী থাঙ তেন লৌরুং তা নোংমৈ পায়বা মশা মউ ফরবা পাখং থর হঙ্গ-হঙ্গা চংপা উই- থাপুরা শগোল অমা অনিস্তু শক্তিক চাদুনা লৈবা উই। করিনো ভাব তাবা ঙমদে মঙশেম থোকই মখোয় অনিমক্তা।

মুমিং তাগদবা থুরোমমুক্তা হাম্বরবা কাদ্দা থুংলাই পায়বা পাখঙ অনিনা চাক কেগাম অনিগ চম্না থোংলবা হঙ্গান হাপ্পা কেগাম অনিগা ঈশিং চফু অমগা থুম থর মোরোক আঙেকপ অনি অহমগা পুরতুনা পীরৈ। "চারো" হায়রম্লগা থোঙ লোনশিল্লম্লগা অযুক চংখরে।

ফনমক খোয়রাঙ খোয়শাঙরবসু কিবা থুক্কৎপনা ঙংলবসু মুমিংচুম্বা চরা হেল্লকপগী অরাম খোয়রাংবনা ভোরবা, থোইদোক্না ঈনথংলকপগী চানীং থক্নীংবগী ঈরাং থম থেঙ্গংলক্লিবা অনি অতু যান্না হাওনা চাক ইশ্লাং অচু লেকলেকুনা লোইনা চাথোক্লে- চাক মরু অমফাও হঙ্গাম মতং অমা ফাও ককচেং মুংজেংগী থাকখিদ্রে। ঈশিং চফুচুমক লোইনা থকতোকখ্রে। হৌজিক মুমিংচুম্বা অনা লমশাং চংলকপগী চোকখরগনু ফগ্রে--থরাই ওইরবা চাক অচুনা অনৌবা পাঙ্গল থোনা হাপ্পীরে। অচুনা মতম থরদংগী মমুংদা চাকরাই কারকুনা মথোই অনিমক অরা-অনা অকি অথং পুম্বা লোইনা লংথোকখিচুনা কক অনিচুদা উতুপ মোনথাংনচুনা তৌবোং অনিচু অমমম তথুনা নীঙাইবা লৈভনা শাংনা হাতাপ্পে নাথোকুনা ভুমদ্রে। ভুমছল্লিবা লাইরেম্বীনা মতম্বাক্তা য়াতাপ্পিবা অনিচু মুঙাইরবা মঙলমদম অমদা পুচুনা চৎপ্রে।

মখোয় নোক নোক্লুনা কারোক চীংগী অরাংবা থেল অমদা কম্লংনা রারী শারম্মী। অরাংবা চীং কাংকপগী হমাংনা মশা অমু চনপ চনপ লাওরম্মী অত্তবু ত্তপ্পনা হত্না চীংথক্কী মুংশিংনা য়েংবনে চীংদাম্মুগী মনা পুংলবা উপান্নী-হুগী মরুমদা কম্বগী হকচাক লাংবনে -থোইদোক্লা চায়রবা নখোয় মরি নরুনা ফমিয়বা পুন্না লৈনিয়বগী মুঙাংইবনে অমদি মখোয়বু তবাম তবাম ওক্লিবা চীংদান উমংগী ফজরবনে পুন্নমক পূনশিল্লগা লাইরৈবাকী অঙাংবা মুভাইবা অমু মশা মশাদা কাওরম্মী মখোয় মরিমক নোকমী নোকমী য়েংনরম্মী।

মমায় নোংচুপ ওন্না কম্লনা অনৌবা হাংনৌ চোংলকপনা অশংবা করাং-জিল্লম টুরবা পাক্লবা লমহাংদু খুদোম্বনা থিন্দুনা তোম্বীনা হংলকখি।

"তা নিমাই পাক্লবা লংহাওংসি করিনো?"

"সেলোম লমহাইনি—পাক্লবা লৌবুক্কি।"

"তা বিরেন! পাক্লবা লৌবুকসি রাংমদা ঐখোয়না কম্লিসি মপা চানা লৈরিবা চীংদুনা অসি করি চীংনে থারিক্কা হংই।"

'কদাই আদগীসিরা" খুদোম্বনা থিল্লি

"মানি।"

"অসিদি থৌবাল তোমজিং কৈমাইথীনি।"

"কৈ মাইথী হায়দি কৈনো?"

"নোংপোক্লা পাম্বোইবী লওনগেহুনা কৈ ওন্দুনা চোংশিল্লুবদা চেংহী শম্বাল লাংলম্বী পাম্বোইবীনা নমহুনা ফারগা তোংহুনা থৌখিবা মকম্লি হায়হুনা কৈমাইথী কৌবনে চীং-সে।"

"ও: থঙেঙ থঙেঙ।"

"থা নোংচুপ্তা থাপ্না সেলোমগী চিদাইদা লৈরিবা চীংসিনা করি চীংনো?"

"কলায়নোনে?"

"সে ঐগী খুদোম্বী মপাদৈসে—"

বিরেন মমারছ থাম্রিকী মমায় নাক্তা নকশিন্না খুদোম্বীছুগী মতোন্দু য়েংলগা —"

"এ: অসিদি খেব চৌংনি—খোংজোম তির্থ মনাক্কনি। মসিদগী লম চামংভামুক লাপ্পা মফমদনি খোংজোম মৈতৈগী নীংতম্বগী অরোইবা লানফম"

বিরেন্না মখা তারকই: - য়েংউ আদা খোংজোমদা থাঃ চুঙোই পাম্বা মৈতৈ লাম্মীগা সঙীন থেৎপা নোংমৈ পায়বা ফেরিঙ্গী লাম্মীগা ....... হাকথেংননা য়ান্নরিবসে উবরা ?.. .... এ কনানো মবুক্তা সঙ্গীন্না খিল্লবা অথোবা অসিনা ঐগী মিং কৌরি - "বিরেন ইপাগী বিরেন ইস রাম্বখরে .. ইপাদে। মশকস্য খঙহৌদে লানফমসিদা শিখিবনি ঐ চৎলে মাবু লৌরুখিগে ?

'ভাইখো বিরেন ! লানসি লোইখ্রে। লান ওল্লবা ফেরিঙ্গী লাম্মী কোন্নুঃলোমদা চৎখ্রে খোংজোম লানফম তির্থ ওইরে। য়েংউ ঈথেংনা থল্লবা তির্থ অসে।"

থাম্রিক তোম্বীনা মরক থৎলকই—

"হৌজিক্তা ঈনা থল্লম্বা তির্থ অরুবা ঈশিংনা থনখ্রে—য়েংউ ময়ায়দা কয়াদা ফজরবা থম্বাল ১০৮ অমা শাৎলিবসে"

মখোয় মরিনা হায়খি :—

"মানি থম্বালনি নীংতম লৈরাংনি।"

"মসি হেক্রুরসি —"

মখোয় মরিমক চেনবোই পাইবোই খোংজোম তির্থ মপান য়োরে। চোংথছনা ঈরোইরগা থম্বাল অমা চঙশিন্নবা হোৎনরকপদা খঙহৌদনা খোঞ্জেল অমা ভাখি !

"নীংতম লৈরাং থম্বাল নখোয়তনা হেকপা ওয়োই- নীংতম লাম্মী লৌশিং লৌশিংনা মথরাই কংলফাও পাক হেকপা ওয়াই। নীংশিংউ - মীপান তাংদনা লিংজেন মান্নবা পুন্না হোৎনরবতদা ফংগনি হেকপা নীংতম লৈরাং।

মতমসিদা মখোয়না তুম্লিবা য়ুমগী থোঙ হাংদোক্লনা মখোয় খুৎলাই পায়বা মরিশক্লা হৌদোরকখি—"নোংঙাম্লে হৌগৎলো নাখোয় অনি।"

থিন্দনা মথুং তুং মরবা মখোয় অনিমক খুৎলাই পায়বা অনিনা মাঙ থা অনি অমনা তুংদা চৎ পুখ্রে লানশঙ মপুগী মকমদা। ☐

* * *

২৪ (১) অয়ুক পেচি খুন

পেচি খুন মথা লৈকাই য়ামেম থোইবগী য়ুমদা অয়ুক অঙনবদা চেঙ হাপ্পবা থুমোক, ঙবোংগী বোরা পুত্থনা খুনগী পাখঙ অনি - চঙলক্লগা চেংথায় শরুক পুথোরকউ হায়রমই।

ইমুংদা থোইবগী মুপী ইশো লাংবী তোম্বীমচা সৌ সৌ লাওনা ঙাঙলি।

"ঙঃজত্রে ঙমজত্রে ঙাইহাক লৈর লৈকায় শেনখাই ঙাইহাক লৈর চেংথায়। ঐখোয়না লৈথোম লৈনাং ঈশিংলক্তা লাংবন মুংশা থাং, ভিক্ষা কাকথৈ চীকথৈ হকচাং মনখৈ লৌ উত্থনা ফৌ চেং থর ফংজবা চাবা ফাওবা কোনদবসিদা মখোয়গী চাকথাক হুন্নবা চয়োল খুদীংগী চেং কদাইদৈ লৌরুদগে—লৈত্রে ঙমজত্রে।"

"তুমিন তুমিন লৈয় তানিকো। ত্তা লাকপ্রবদি অব্রাবা নংজনি।"

"মখোয়গী শেনখায় চেংথায় তৌনবা হোংনবদা ঐখোয়দি চরা নাগা-ফাও চাবা ফংলক্রে। মখোয়না পংতৌ তৌ য়াবরা সরকার পাল্লিসিদি।"

"নঙ সরকারনা চংনপোৎ নত্তে। নঙ তাত্রা শিখোং খুনগী চন্দ্রনা মখোয়গী শেনখাই চেংথাই থিংলুবা, পীক্লমু হায়না অতৈদা হায়রুবদা করি তৌখি খঙবরা? মুংদাংহৃদা লাক্লগা চন্দ্র ফাহনা পুথ্রগা নোংঙানবদা লৌরী ময়াদা মঙক ককথৎলগা থনম্মেদো।"

"চন্দ্রদি তোঙ্গাঙ্গী মীমেদাইমে অতুগী ওইরিনি।"

"অছু নওগী সরকারনা, সরকারগী তোম্বাওনা ওসিকাও মখোয়দা করি তৌওমগেবা,

"অদু ওইরসু মখোইগী চেংখাই হেক পীথিবগা হয়েংদি সরকারগী সিকাই লাক্কুনা অমুক তকথংলনি—কবি চেং খায়রী করিগী চংজকম পীরি করিগী লেকহল্লি—মখোয়না অমুক ওং সিকায়না অমুক ৫ং —ঐখোয়বু মুং অনিলক্তা হ। ওইনা কয়া কুইনা খাওহনা লৈখিদগে ?"

"নীংতমগে হায়রবদি অরাবস্তু খর খাওবা তাই। মখোয়না তৌরিসে ঈনীং তম্লবা লায়ে ''

"হৌভিক ঐখোই মৈতৈ ইশা মৈতৈ নিংথৌনা পাল্লব কনাই মখা পোল্লিগে ?"

মতম সিদা মপান্দগী লাওরকই —

"চেং খায় শরুক পুংপোবক ৫।"

তোম্বীমচা চেং মেরুক অনি পবপ পরপ পুখোক্কুনা থুমোকুদা হাপলুই।

• • • •

২৪ (২) লানশঙ—অমুক—

মখোয় অনিনা উথি—

গুক্কবা উনং ময়ায়দা ফজনা কোকথোক্লবা মকম অমদনি। ইনা কুপ্পা য়ুমমচা খাংপোক কুনমুক অনি অনি মমায় ওনশিন্নহনা লৈ—য়ুম থুদীংদা থুংলাই পায়বা লাম্মী ৫ দগী তর কাওবা লৈগনি। অতোপ্পা খবা চাওবা য়ুম অমা মখোয়গী লোংশঙ থুংলাই থক্কম অমদি চান থক্লবা থক্কমনি। মতুগা থংনবদা লৈবা খর চেকশিন্না শাবা য়ুমহনা লানশঙ অতুগী সেনাপতিগী য়ুম্নি। মকমতুদগী লম তরামুক লাম্মা মকমদা মখোয়গী চাকশং—চাক

চাকম অমম্লুং মখোর মরামগী ভাইচাক পোখাকম ত্নিরকম শাংভক তৌবা য়ুম অমা লৈ।

লানশঙ অসিগা তাইনবা লম তরা মুক্কুং চৎলগা লম ১০০ রোম শাংবা লম হুম্ফ্রোম পাকপা লম্প্যাক অমা লৈ। মহুদা লানশঙ অহুদা লৈবা লাম্নীশিংগী খুৎলাই ঐরাইফম অমদি শান্নফমনি। মহুদা মখোই মরি মঙা মরি মঙা চুংলোই পায়দুনা থাঙ হাইনরি, চুং তা পায়চনা তা খৌশারী থিন্নরী, শগোল তেংংহুনা অরাম্বাই চংলি পানফম তম্না, খরনা গুর্খালী অমনা নোংমৈ সঙ্গীন খেংলগা সঙ্গীন্না খিনবা সঙ্গীনগী লান তম্নী — নাকন অমদা নোংমৈ কাপ্না তম্লি। চাং লেম্নবা অহল গুইরপ তৌবা লাম্নী মকোক অমনা চৎ চত্তুনা তম্লিবা ঐরাইরিবা অহু ঙেংশিল্লি।

মখোর অনিরু পুরকপা লাম্নাশিং অহুনা খুৎলাই থম্ফম য়ুমগা তাইনবা য়ুমহু য়ৌরকপদা য়ুম অহুগী মাঙ্গোলদা ফম্লম্বা মশা মউ ফরবা চহি ৫৫/৫৬ লোম শুরবা মুপা অহুদা থুক্কম্নগা হংরপি—

"অম্মা— লানকোং পুরেন অংবা! ভরাং ফারকপা নহা অনি অসি পুজরক্লে।"

"পুম্নিবসি থাদোউ—"

"নখোয় কনানা থারকপনো? তোঙ্গাওনরা পোইলানরা মৈনোনরা?"

"ঐখোইদি মীনা থারকপা নত্তে ফাহুনা পুবীরকপনি। তোঙ্গাও পোইলা মৈনো কনানো ঐখোই খঙজদে। ঐখোইদি চুম্না কারোক মহা-দেব খুরুম্বা লাকচবনি করিগী ঐখোইবু ফাবিবনো?"

"নখোয় অনি কদাইদগীনো?"

"ঐখোয় য়াইরিবোক লাইশ্রম কোঞ্জিল্দগীনি।"

মহু তাবদা মমিৎ অনিরক্কুং কুপাঁখি অহুগা অমুক হংলকখি —

"নখোয় নমীং করি করি কৌই কনা কনাগী মচা মগুনো?"

"ঐদি নিমাই কৌই লাইশ্রম চাওতোনগী মচানি খোংজোম লান য়াওখিবা অথৌবা লাইশ্রবা হাজারীগী মশুনি।"

"ঐনা অথোকপমনি ইমিং বিরেন কৌই। খোংজোম লান্দা মথরাই কৎথ্রবা নীংতম লাম্মী অচৌ লাইশ্রবা হাজারীগী সেবকনা পোকপনি।"

রাহু ভাবদা মমিত্তা মপি ঈরা চেল্লবা লানজিং পুরেল্লা য়াথং পীথি -

'মখোই অনি চাকশঙদা পুশিন্দুনা মবুক থম্না পীজো। অতুগা ময়াম তিম্নকম শঙদা ঐ লাক্রিফাও থনম্মু।"

"নখোয় অনি চেনগে লাকে ভৌগমু ঐগ উনখিদৌনিকো।"

"কনি অজ্ঞা—" হায়না খুরুম্নগা খুৎলাই পায়বা মরিহুনা মখোই অনিবু চাকশঙ তান্না পুথি।"

* * *

খোংজোম লানগী নীংতম লাম্মী অনীগী মচা টক্লবদা—থোইদোক্লা মচা চাওতোনগী শকফম হকায় কাহ্নদবা মশু নিমাই— মাগী অচানবা সেবক অচৌগী মচা বিরেল্লী খওবদা হাজারীগী মিত্তগী পি তাখিব খঙহৌদে। চহি তরামঙা হৌরে—ভরাংতা ওইরবোই নীংই। খেবচংদা ফিরিঙ্গী তোপ গুলীলক্কগী হিংলকপা মশীং য়াম্নবা ফিরিঙ্গী লাঙ্গাবা লক্কগী নাম্ভোরকপা খোংজোমদা মৈতৈ লাম্মী মচা তুমখিবা সঙ্গম্না শোক্লবা মচা চাওতোন মনাদা শিম্নরম্বা পুম্নমক ভরাংতা ওইরবোই খল্লি। চহি ১৫ শুরে মীরোং ওইনা লৈরক্লি লমন থুম্নদি ভমদ্রি টরৈবাকী ইনীংতম্বা হঙ্জিনবা ভমদ্রি। নীংশিংলি ভুদিং অতু চহি তরামঙাই মমাঙ -

ভসি চাওতোন মচা নিমাইগী বন্থি পুঙ্গা ভুমিংনি। চাওতোন মমা হরাওজরি ভসি শোয়দনা উপনি মপুরোইবা হাজারী মানা হায়প্রবা রা নুংদা ইবা লাইরিক্লী। অয়ুক্কগী কোয়েং অঙাঙবনা রাই চাইরে লাইশ্রম কোজিন। লৈরক কোম্পাং য়াইরিবোক কৈথেল লম্বী মচি মচিদা লম্বী চৎপশিং চেক তৌরি— থেংলি লাকপরা মখোয়না থিরিবা মী। মরামতু উবদা চাওতোন মমা থরক হনগংলি— মপুরোইবা থুদোং থীবা নংগত্রা?

অয়ুক্তা মাইবীনা মগুগী ইপান থারে কৌ-থুম্মুক অচোনবা নিঙেল থুম মপাক শেল দক্ষিনা তৌরে মাইবী মাম্বোক্লবীদা। মুংদাং ষষ্ঠি দেবী পূজাগী মপোৎ মচৈ হৈরুক পানা তাঙ্গ পূর্ন পাত্র ধুপ থাওমৈ লোইনা শুরে। মুংথিলদা মুপী মপামগী পোৎয়েংবা কাওবু অথেমপোং অনদি নৌনা পোক্লিবা অঙাংগী ফিরোল হিপ্ন-চানবা অনদি অঙাং মমাগী চানবা ঙা ঙমু মৈতৈ থুম্নচিংবা পুত্থনা লাকএ। লৈকাইগী মুপী মমামগী পোৎয়েং অঙাংদা দান থাদবা। চাওত্তোম্না লাক্লিবা পুষ্প অঙম্বা দক্ষিনা তৌ, পান য়েন চানথক্লবা য়েন পূম্নমকপু পেন্হনখি নৌনা ফংজবা মচাগী মাইফনদা।

মচাম্নপাগী ষষ্ঠিনি খুবা অঙৌমচানা বাসক শকনি। যঙ্গোম ক্ষৌরনা হৈথগদৌরি সন্ধাম চাওবনা তুহারনি, ক্ষেমানা পূং য়েনি অফাওবা ঙাক্তনি। চাওত্তোনগী শুমাং মুনিং তাবকপদা মীনা থল্লি এটলোক অহুম থাল্লি। বামন পুজারীনা মুংখিলদগী যঙ্গোম ক্ষৌর চফু কয়া হোৌগ্রে। অরাক অরাকপা মুংথিলদৈ হোনা মরূক থল্লা পীজগ্রে। সন্ধ্যা মতুং হিদাক ঙাম্বক অহুমলোমগী তুংদা পুরোহিত লাকুনা ষষ্ঠি দেবী পুজা হোৌগ্রে। চাওত্তোন মমা মরুক মরক্তা থোঙ্গান থোকুনা য়েংই—মপুরোইবা লাকপরা?

ঈশৈ হোৌগ্রে বাসকনি শ্রীমতীনা উংকম্থাগা লোয়ননা বাসক শয্যা শেম্লি ভাবক পুষ্পা থরায় য়াওনা তারি। মখোল যরবা অঙৌমচা চাওবগী ঈশৈ। মিং পেম্না য়েংলি ক্ষেমাগী পূং চোলোম। ঈশৈ তাবা লাকপা ষষ্ঠি পুজা মাওরবশিংগী মরক্ত পাওল কয়ামুকসু য়াওরম্মী—মখোয় তুরেন বাংমা সিংগাদগীনি—য়ারিবোক্তদি মৈতৈ পাওন চান্ন-চিন্নবা লে অমনা অমগী হন্নাও কুনৈ পুজা মুংজা মাওনৈ। অদুনা চাওত্তোন মচাগী ষষ্ঠি পুজা মখোয় অয়াম্বা মাওরৈ – ঈশৈ তারৈ হাজারী মগুনি। মুমিং অত্তুদা সরকারগী থানা সিফাইসু যাম্না লাকই। নরু মরু ওইবা মফমদা লৈ অরাকপা মী চেক তৌই হাজারী লাকপা মাই। হৌজিক মহাক মীরোৎনি নীংতম লাম্মী লুচিংবনি।

থম্বক হনগৎলবী চাওভোন মমানা মপান থোম্বত্তুনা য়েংই। ভাবক মম্বক্তা মপুম্বোইবা উত্রবদা লাল্লয়োইত্রা মুংশা থীম্বম্মী দান থাদবা মতম য়োরে। চাওভোনগী মরূপ মপাং পুম্বমক দান থাদবা চঙলকখি—মম্বক্তা ম্লাওম্বকখি পাঙন অমা। মযাম্মা হংনখি পাঙন অমা চঙত্রিবসি কনানো—থুম্বখি চাওভোনগী মপাগী মরূপনি।

ইমুং য়োম্বগা পাঙন অহুনা মশুছ য়েংলগা—"মুংশিধ্রেদা ইও নিমাইসে।" দান থাদৈ—"চাওভোন মমা ঐ লাকএদো—ইগুগী যম্বি ম্লাওম্বনি হান্নবা ঐনা ম্লাশকখিবদো!" চাওভোন মমানা হংজখি—

"করিমত্তা চা-থক্লরোইত্রা?"

'ঐহাক কুইথবা ম্লাত্রে। ভাগা চাবা অমা ।" হাম্বযম্লপা থুনা ম্লাঙনা থোকখি চওভোন মমা কপ্পনা লৈছোই।

"মুমিং অদুগী মুংদাং থোবাল তুম্বেল থোঙম্বুং ইন লাই মনাই কাও লাক্লগা বামন লৈকায়দগী শগোল তোংছুনা হম্লকখিবা মুমিং অছু ওম্বাংতা ওইম্ববোই থল্লিদা।"

মুমিং অছুদা সিফাই মম্লামছ যম্বি য়াওবা পুম্বা মতাম তৌবা চেক তৌখি হায়।

* * *

মুমিং য়ুংবা মতুং চাক ঈশিং চা-থক্নম্ববা তুংদা কেম্প অছুদা লৈবা লাম্মী পুম্বা মযাম তিম্বকম শঙ অছুদা পুম্লে। নোংচৌং তাদবা মুংশা ফজনা কংলবা চৌংগী অম্বাংবা লম্পাকনি—হকচৌক লাংই মুংশিং তম্বা তম্বা শিংলি। পুম্বৌং ঈংনা লাঙতক্লনা ওাইবী মখোইগী নুচিংবমা ওাঙবা তাম্বনবা মখোম্ব অনিহু কম্লি য়েংলি ওাইরি।

ওাইহাক লৈম্বগা অমুক মখোম্বনা উথিবা মশা মউ ফম্ববা অহল লাজৌং-পুম্বেন অথোবা শাক্ষি লানফি শেং নাকন্দা থাঙমান—কোয়েতা পজেং

ফিরান খেংলছুন্না মনাই হুকশেনবা পাম্মী অনিনা খোগন তৌরহুনা মীতিন-কম অহুদা য়োরক্নে। মীতিনকমদা লৈরম্বা লাম্মী লুচিংবা অমনা লাও-রকখি—লাঙীং পুরেন অথোবা হাজারীনা কয় ওইরে। ময়াম পুম্নমক্না খুমখি "জয়"—মখোয় পুম্বা মঙোন্দা খুরুমখি। মাঙদ থারিবা ককা কমথে। ময়ামসু খুরু খুদক কুম্না খুরুম্নগা মাগী মাগী কমকমদা কমখনপ্রে। মীতিনকমদা লৈরম্বা লুচিংবহুনা মী পুম্বা শুরে—মাগী মাগী মথৌ কারদনা তৌরি হায়বা পাও হুজংলবা তুংদা লাঙীং পুরেন হাজারীনা- নিমাই বিরেনবু মনাক্তা কৌশিন্দুনা কমহল্লে অহুপা ময়ামদা শক তাকখি—অঙাং অনি—নিমাই, বিরেন খোংজোম লানগী নীংতম লাম্মী চাওতোন অচৌগী মচানি। ময়াম পুম্বনা মখোয় অনিবু থাগৎপীখি। হাজারীনা মৎংদা ময়াম পুম্বা য়েংহুনা হায়রকখি—

"নীংতম লাম্মা লৈবাক মচা পুম্বা"

মনীংতম্নবা মনিপুরগী অরোইবা নীংতমলান খোংজোম লান লোইখিবা চহি তরামঙা শুরে। চহি অসিদা চন্দক্তা মৈতৈ নিংথৌ মণিপুরেশ্বর মহারাজ চুরাচান্দদা মণিপুর লৈবাক শিন্নরে হায়না ফিরিঙ্গী সাহেবনা লাওথোক্নুনা অনৌবা সনা কোম্বুংদা হয়াও কুম্মৈ কয়া তৌথ্রে। লৈবাক হয়াওনরে—নাখোয় অয়াম্বসু কুম্মৈশিংহু য়াওরক্নই। মনিপুর ইশাগী মৈতৈ নিংথৌনা ঙাকচয়ে হায়না খ্বাইনা লৌনরী। অহুবু থন্দুনা য়েংউ ফিরিঙ্গী সাহেবনা মণিপুর মৈতৈ নিংথৌদা লোইনা শিন্নরবরা?

চহি নিশীং অনি হেক্না মণিপুর ইরৈবাকী কোম্বুং ওইরকপা মণিপুরগী নীংতম্বগী লারবা খুতম ওইবা সনা কোম্বুং কংলা মৈতৈ নিংথৌদা করিগী শিন্নদে। সনা কোম্বুং কংলাদা ফিরিঙ্গী লাম্মী হৌজিক কাওবা অহুম লৈরি। মণিপুর ফিরিঙ্গী সাহেবকী মখাদা লৈ, মীনাই ওইরি হায়বা অহুম উংলি।

হৌজিক মণিপুরদা বড়সাহেবডা লৈবা নত্তনা ছোটো সাহেব অমনা মণিপুর লৈঙাক সাসনগী খুজ্জি পায়রিবা মণিপুর রাজদরবারগী মকোক ওইরি। মণিপুরগী চীংগী সাসন ছোটো সাহেব মখত্তনা হায়েন খোদা

তৌরি মণিপুর রাজ দরবারগী রা থম্লদে অমুল্লা মণিপুরগা অনিথোকপা সাসন পুশিল্লক্লী। অসিদমু নত্তনা চৌংগী লল্লদা অনৌবা ধর্ম খৃষ্টান ধর্ম শন্দোকুনা হাও পুম্বা মায়দব' ধর্ম চংহন্দুনা তোঙাং বা সাসন তৌহনা য়াম্মি-মথৈ মৈতৈ নিংথৌগী খুং থিংজিনহন্দনা হাও মৈতৈ চায় চিন্ননা লৈবক্ কায়হন্নব' মুংশিনদনবগী শীংচেপ থাম্মিল্লি মৈতৈ ইশাগী হক চৌংবী লমদমদগী মাঙহন্নবা হোৎনরি।

লৈঙাক সাসনগী মরুওইবা খুংলাই লাম্মী ফিরিঙ্গী অফিসারনা মকোক ওইবা ফিরিঙ্গী লাম্মীগী মথক্তা লৈ- মৈতৈ ইশ'দা শিন্নদে। ফিরিঙ্গী লাম্মী চৌংলম ভমংলোং ঊখু লনচিংবদ' পন্নতনা পানা কল্লি। অহুনা মৈতৈ ইশাগী নিংথৌ লৈজরবস্ম মনীংতম্বা মণিপুর হায়বক্তদি ওইরি।

মতাং অসিদা লৈবাক মচা নীংতম লাম্মী পুম্বা তাবিয়ু- ঐখোইগী নীংতম লান লুচিংবা মুংশিরবা সনখ্বা বিরটিকেন্দ্রজিৎ কোয়রেং যুবরাজনা তাকপীরম্ব' সনায়াথং থরদং খ্বাই পুম্বদা তমজগে।

অহানবদা "নীংতম্বা" হায়বা শৈরেং অমা ইথিরম্মী— মহুগী মতেক থরদং পাড়না তাহজগে পুক্নীং চংনা তাবিয়ু। শৈরেং অসি অহুৎই থাঙ্গদা লোই পাবা কান্দ' ইথিরনি

"নীংতম্বা"
নীংতম্বা। নীংতম্বা ঐগী পুন্সি য়াশক্লী
মীথা পোম্ম' চহি চাম্বা হিংদো শরুক
শিথিবনা কৈ। নোংমতং নীংতম্বা লৈরগপা।
মরৈবাক মজাতিগী নীংতম্বা
লৈজনা থিবিক কথোকপা তম্নবা
মাঙম্বা লাইবক ফবা লৈরমগনি কৈদা ?
হুলদিঘাট, থার্মোপাইলী, পলাসি থে হল্দাম
ইতিহাসকী লাম্নাও থম্মি তৌজিক কাংলা
নীংতৈরেবক মথক্তাই কথোকখিবশিনা।

মালেমদা লৈরিবা মরীল লৈরবা
মনীংতম্বা জাতি কয়াগী ইতিহাসতা
রাংপা লৈরোই নীংতম্বৈদমক কখোকপা কয়া।
মীখা পোনবৈই অরাবা কনানা শীংখা ঙমগনি
মীখা পোনবা লৈবাক্তা নয়ুম ইংখোল নরল নথুম
থগাই হকচাং রাথল নঙগী নত্তে নঙগী নত্তে
পুমমক মাগীনি মখোয়গীনি নঙবু লোই চল্লিবা
মশাগী শরুম মাঙলবা নংরোলনরি ফাইরবা
নশাগী রাথল ফরুবা নঙম শান্দ' লৈরবা
থৌনা পাঙ্গল যাওরবা হিংনা হিংনা শিরবা
মীখোঙ হায়া লেল্লবা তোল্ল' তার' পুন্সিদা
চহি চামা হিংদো শরুক পুকী মীনাই ওইহনা
শিখিবনা ছেল্লা ফৈ লৈরম্লগা নোংমতং নীংতম্বা
নীংতম্বা ! নীংতম্বা ঐগী পুন্সি রাশরুী
নীংতম্বা ! নীংতম্বা ঐগী পুন্সি রাশরুী।"

ইংরাজী কুমজা ১৮৯১ এপ্রিল তাং ২৭ শজিবু ২৮ নি পানবা সুমিত্তা খোংজোম লানফমদা মৈতৈ লাম্মীনা মায়থিবা ফংখিবা সুমিত্তগী মণিপুরগী নীংতম্বগী সুমিং তাখ্রে—ইংরেজশিংনা মণিপুর জয় তৌখ্রে—মণিপুর মীখা পোল্লে। মণিপুরগী নীংতম্নবশীদমক অরোইবা কখোকখ্রবা অথৌবশিংদা ঐখোয়না থুরুমজরী। নীংতম্বৈদমক আত্ম বলিদান তৌখ্রবা স্নাথ্বা কোয়রেং যুবরাজনা হায়বীরম্মী ঃ—

নীংতম্বগী লান লোইবা নাইদে। খোংজোমদা মায়থীখিবা অতুনা মৈতৈগী মণিপুরগী নীংতম্বগী রাথল মুংখিবা ওইখোক্তে। মশীং য়াম্লবা চাওরবা অরাশিংনা কয়ারক হন্না মালেমদগী পুংমুং মুংখৎলগে হায়না হন্না হন্না হোংনবদা ওমখিত্রবা মৈতৈ জাতিনি—নীংতম্বা মণিপুর ওইহনা অতুম লৈরকখিবনি। হৌজিকসু নীংতম্বা লৈবাক অমা ওইনবা, মাঙখ্রবা নীংতম্বা

হৃজিন্নবা হোৎনরিবা নীংতম লাম্মী মশীং থীওমদনা খোরকখিনি। মতমগী য়াতনি। নোংমা শোয়দনা নীংতম্নখিনি পৃথিবী উৎলখিনি— মৈতৈ কৌবা নীংতম্বা জাৎ, মণিপুর কৌবা নীংতম্বা লৈবাক পৃথিবিসিদা লৈরি মাওত্রি হায়বসে।

য়েরুবা ফিরিঙ্গীবু মায়থীবা পীদুনা তাম্মোকদবনি। অদুনা মতমগী মতুং ইন্না নীংতম লাম্মীগী মথো য়েনগংলকই। মাইকৈ অহুমদা য়েরুবা থেংনদুনা লাকশিনবা তাবনি নীংতম্বগী অহানবা খোঙথাং মীপান তাংদবনি রাজনৈতিক সামাজিক অর্থনৈতিক মায়কৈ অহুমক অসিদা মীপান তাংলবা নীংতম্বা মাওলবনি।

নীংতম্বে থ্বাইদৈ মরুওইবা রাজনৈতিক নীংতম্বা—ঐখোয়গী লৈবাক ইশ না রাম্মন্তবদ. চাকচবদা মপানগী কাদুবুনা খুৎ থিংজিহল্লোইদবনি। হৌজিক মায়ৈবাক মচা মলেছনা লৈবাক অসিদা পাল্লে সাসনগী খুজ্জি পায়গ্রে রায়েন থোদা লৈঙাক্তা মখোয়না তৌনীংবতা তৌগ্রে, ঐখোইগী হক লেগ্রে। মখোয়না ঐখোয়গী য়াথল্লোন চংনবী কয়া মাওঙ্গ্নবা অনৌবা নিয়ম কয়া তম্বীরকনি মতু য়েংবদগি অফনা ওইরবোই নীংহল্লগা মরু ওইব দি মখোয়গী কান্নবা ঐখোইসীনা মাঙ্গনবা ওইরগনি অদুনা মমৈদদি ইশাবু মৈতৈনি হায়জনীংদবা, ইরোন মৈতৈ লোন যাওবা লোনবা ইকাই হায়না খনবা—চিঞ্জাক ফাওবা ঐখোয়না চারিবসি ফত্তবনি মখোয়গী তুতনা অফবনি হায়না লৌবা মতাং ফাওবা য়ৌরকখিনি। অদুনা মমৈদা নীংতম্বা মাওবতা নত্তনা মৈতৈ হায়বা জাৎ অমা লৈরম্বরা হায়না হংনবা মতাং য়ৌরকনি। চেকশিল্লু মৈতৈ মচাশা মীতৌ তম্বা পাম্মসা—কাওগনু নখোয় মৈতৈ মচানি—মণিপুর ঐখোইগী লৈবাক্নী” তাকপীরম্মী য়াখ্রা কোয়রেং য়ুবরাজনা। অদুনা য়েরুবা কিরিঙ্গীশিংবু তাম্মোকপা সাসনগী খুজ্জি পায়হন্দবনা ঐখোইগী অহানবা তৌগদবা থৌদাংনি।

নীংতম লাম্মী পুম্বনা পায়থংকদম্না থৌদাং অমনা মৈতৈ সমাজগী মহুংদা লৈবা অমোংপা মতবগ্য চানদগা পুম্বা শেংদোকদবনি। অদুবু মৈতৈ সমাজগী

নাৎ চৎনবী কায়দনা থমগদবনি। পৃথিবী মৈতৈ কোবা মণাগী কৃষ্টি সভ্যতা লৈবা জাৎ অমা লৈ হায়বসি উৎকদবনি। মৈতৈ অমনি মণিপুরী অমনি হায়বদা ঐখোর খুদীংমক চাওখোবচগদবনি। মপানগী মীনা সাসন খুঞ্জি পায়রুনা চৎনবী হৌন লোনচত্তা অহু ভৌ অদা ভৌ হু য়না থাবৈ থংবা শারবা পুম্বা থিংগদবনি। মসি থিংননবা ঐখোয় পুম্বা শেম শাগদবনি। য়ায়া থি-হুমগদবনি—লৈবাক্কী লীচং শাজং মতমগা চানরিবয়া য়েংগদবনি। অফ-কত্ত মুম্না ভাম্বরগা খ্বাই য়ানরগা নোংথ্রং ঈরুপ্পরুনা রাশকুয়গা অহোংবা অহু পুশিল্লকদবনি -ঐখোয়গী ওইহনগদবনি। কত্তবা লীচং-শাজং কয়া মীংভৌ ভমরুনা পংপু পুশিল্লকপা থিংগদবনি। সানাঙ্কিক জাগরন পুরকদবনি সনাজ মতমগী মতুং ইন্না হোংগদবনি—হোংদবা সমাজ হিংবা ঙমদে। অহুবু অহোংবা অহুনা মৈতৈ ঐখোয়গী মণিপুবগী শক্তম মাঙহন্নবদি হেংংলিবা অহু ঐখোয়গী অমাঙবনি। পৃথিবী হোংলকপা খোঙচৎ ঐখোয়না থিংবা ওইংথোক্তে অহুবু হোংলক্লিবহু ঐখোইগী সমাজ চৎনবী নাৎকা চাননা লৌশিনবদি কায়দে। ঐখোয়সু হোংলিন্নরুনা মখোইগা খোংপাং মায়না পুম্না চৎমিন্নগদবনি। পৃথিবী অতৈ লমদা লৌশিনবা পুম্বা লোইনা খঙগদবনি অমসুং মহুগী অযবা পুম্বা ঐখোইগা চাননা ঐখোইগী নাৎকী মমুংদা শেমদোকুনা ঐখোইগী শক্তম মাংদনা চাংথংপা থাক্তা মাঙলোমদা চঙশিনবা ঐখোয়গী ইথৌনি।

শেংপা চাবা রাক্তবা য়ুমলৈ কৈরৈ মুংহাইবা মসিদা মীপাল ভাং দনা হিংবা হায়বসিনা নীংতম্বগী অহুমগুবা মরুওইবা শক্তমনি। ঐখোই অপীকপা জাংনা মায়কৈ অসিদা নীংতম্বগীদমক থেংনবা ঙমখৈ লৈতনা হাগদবা অহুবু থেংনদবদি য়াদবা অমনি। মরু ওইনা মীরৈবাক মচানা মায়গৈ অসে মদা থুহুম চনশিল্লকপা থিংবা ভঙাই কদবনি। হৌজিক য়েক্কবা ফিরিঙ্গীনা লোই চন্নবা মীথা পোন্নবা লৈবাক্কী মণিপুর। মখোইনা ঐখোইগী লৈজবা খিবিক ফৌ-চেং উ-রা মনামশীং পুম্বা লোইনা পুখিনি—ঐখোইবু চরা হেল-হনগনি অহুগা মখোয়না শেম্বা অশেম্বা চিঙাক পুশিল্লকুনা পীজরনি অহুগা

ঐখোই মণিপুরগী মী পুম্বা ঐখোইগীদা ফংজবা মতীং পোকহনবা অহাওবা পুম্বগী মহাও কাওহন্দুনা মখোইগী থৌনা লৌশিং পাঙ্গন হাংপা অশেম্বা চিঙ্গাকুপী মহাও অচু কাওবা য়াদবা ওইহন্দুনা মখোইগী চিঙ্গাকী মীনাই ওইহনগনি—মখোইনা পীজক্রগা চন্না হেন্দুনা লৈবা তাররকনি। মরমদি ঐখোয়গী লমদা চানবা পুথোকচবা কাওগ্রনি।

মখোইনা অনৌ অনৌবা মখলগী শেংনবা ফি পুশিল্লকুনা মখল কয়াগী ফিজেৎ পাম্নরকনি শেংহল্লকনি। অতুনা মমৈদা ঐখোইগী ইনাংকী ফি ফংলক্রোই—মরমদি লৈবিদ্রবা শেংন ইম্নদ্রবা ইনাংকী ফিশিংতু শাবা তোক্ক-গ্রগনি—লৈবিদ্রবা লশিং ফংলরোই থাররোই--শেংনবা ফি শাবা হৈররোই অতুনা মখোইনা করিগুম্বা মখোইগী ফিশিংসি পুরক্রবদি শেংনিঙাই লৈতচুনা লৈবা য়াবগী মতাং দ্রোরকনি।

মখোয়না অনৌবা মওংগী য়ুম শাবা হৌদোক্লনি শানবা মচাক মপান্দগী পুরকনি। মচুগী মতৌ তমচুনা ঐখোয়না মখোইগী মী নেক্তুনা শাবদগী ঐখোইগী হান্নগী য়ুমশা কৈশাগী থবক তৌরম্বা পুম্বা থবক শুনিঙাই লৈরক-লোই—হান্নগী ঐখোইগী য়ুমসু মাংখিনি। মখোয়না শাবিদ্রবদি লৈফম লৈজবা ওইরগনি—মরমদি ঐখোয় য়ুমকৈ ফাওবা শাবা হৈররোই শানবা মচাকসু ফংলরোই মণিপুরদা। অসুম্না ঐখোই হিংনবগীদমক মীপান পূমতাং তাংলগনি—মীথা পুয়া পোল্লগনি। মসি থোক্তনবা ঐখোই নীংতম লাম্বী পুম্বনা হোংনগদবনি। মীয়ৈবাক মচা য়েক্রববু খিংগদবনি অচুগা ঐখোই ইশানা কন্না নোমচুনা শেংন-চানবা রাজনা মীপাল তাংদনা ফংনবা হোংনগ-দবনি। ইশাগী পোৎপু মুংশিগদবনি হোংনরবদা গুম্লোইদবা লৈতে। মরমদি ইমা লৈবাক মণিপুরনা মচু ওইবা য়াননবা ঐখোইগীদমক রাজনা থম্বীরম্মী ঐখোইনা হোংনজদবতনি।

য়েংউ মণিপুরগী খা-নোংচুপ জিরি তম্পাক্তগী হৌরগা অয়াং নোং-পোক্তা মাও উখ্রুল ফাওবদা মালেম পৃথিসিদা ফংলিবা অইং অশা পুম্বা ফংলি। নোংচীং ময়াং শায়রি অচুনা পৃথি মালেমসিদা ফংলিবা হৌরিবা

চান-থক্লবা মহৈ মরোং হুম্নাই চেংয়াই অমদি হৈরা মথলশুনা মণিপুরদা হোৌরোইদবা পাল্লোইদবা লৈতে। অহুনা চৌংদা মতীক চানা লশিং থাবা হৈরা থাবা উ-রা চৌংশু, উচান, উনিংথো রাত্তনা হৌহনবা য়াম্হোকপ্রগা তোক্তবা অমুক থাজিনবা, তম্পাক্কী লমদা চান-থক্লবা মরু মরাং মহৈ মরোং মরাং কায়না লেমপানা থোকহনবা চহি চুপ্পা লৌবুক পূম্বা হাণ্ডহন্দনা থম্বা মণিপুরগী মফম মফমদা লৈরিবা থুমগোং পূম্বা শেমশত্তুনা মৈতৈ থুম রাত্তনা লেম পানা থোকহনবা মীপান তাংদনা থুম ফংহনবা অতাণ্ডবা নুং মনি হিরা সনা কোরী ফংবা য়াবা চৌংগী মফম থিজুনা শোনী শেমগৎপা—রা উ লী মরাং কায়না ফংলিবসিনা থুংশা হৈবগী থবক হেনগৎহনবা পূম্নমক ওইথোকলোইদবা নত্তে। মরম অসিনা লম্হুম মরাং কায়না লৈননবা য়ুম্নলৈ কৈরৈ ফবা হেনগৎনবা অকনবা লাঙ্গং অমা তৌগদবনি। মরম চাদনা খরচ তৌহনা অপণ্ডবা ওইরোইদবনি। মীরৈবাক মচা মীয়ান মরম চাদনা মণিপুরদা থুন্দাহল্লোইদবনি। চাওখৎপা পম্হৌরবা ঐখোই মৈতৈ জাতিদি অতৈদগী হেন্না কন্না নোম্বা তাবনি মরু ওইনা ইমা লৈবাকপু—লৈবাক অসিগী সভ্যতাবু মুংশিগদবনি—মহুগীদমক চাওথোকচগদবনি।

অহুনা অঙানবা লাঙ্গং—য়েক্লবা ফিরিঙ্গীশিংবু তাম্হ'ক্লবা রায়েন থৌদা ইনীং তম্না তৌজনবা - সনা কোম্নুং কংসা হুন্দোক্লবা খোংথাং কনখৎহন্নবনা নীংতম লাম্মীগী হৌজিক্কী অঙানবা থৌরমনি। লীরুংতেন থাং তাগী লান্দি খোংজোমদা লোইপ্রে। য়েক্লবা ফিরিঙ্গী থেংননবা বোম তোপ নোংমৈগী লান তৌবা তাবনি—শংগোলগী মহুত্তা ইঞ্জিন পানবা লাম্মীগী শাদোং থোরক্লগনি ঈশিং কংফাল অতিয়াগী লান তারক্লগনি—মহু পূম্বা মায়োক্লবা ওয়্নবা নীংতম লাম্মীনা শেম শাগদবনি। বোম তোপ নোংমৈ শাবা শেম্বা হৈবা খোমজিনবা পৈশিন্নবা ত্নোংনবা তাই। অহুম ওইনমক হুকথেংনবা লানফমগীদমক থাও তাগী আরাম্বাইগী কান্নবা হুম্নোই। মরু ওইনা থকসি থাসি ঙাক্লবা মণিপুর ঐখোইগী থাওতা কাওবা য়াদে। থকসি খাসি লৈত্রবা জাং পৃথিবিদা নীংতম্না লৈবা ওইথোক্কে।

অহুনা ঐখোইগী অহানবা খোংজং থগ্নাইনা পোক্পা ওইহনা চঙশিনবা ভাবনি। য়াম্বা কোয়রেং যুবরাজনা তাকপীরম্বা কাংদনা চঙশিল্লসি য়াওদা। মীশীংসু য়াংত্রবা খুজু খুংলাই অকবসু কৈত্রবা লায়রবা চাংথংপসু থীরবা মৈতৈ ঐখোয়গীদি নীংতম্বগী লানফম অসিদা—

লিংজেন মায়রবনা লানবনি
থিগুজেন মায়রবনা চিঙ্গারি
লিংজেন মায়রবনা খুংলাইনি
থকসি খাসি লৈবনা
নীংতম্বগী মরনি
মসিভনা ফংনি নীংতম্বা।
"জয় ইমা মণিপুরগী জয়"

ময়াম পুম্নমক জয় হায়না খুমখি।

তাঙ্গা অসিমক্তদা শগ্রি অমা চঙলকুনা হাজারীদা খুম্মী—

"করিনো করি পাও?"

"অজ্ঞা সরকারগী লাম্মী পল্টন অহুমলোম থানা পুলিস য়াংনা ঐখোয়না লৈরিবা কেম্প অসোমদা চঙশিল্লক্রে।"

হাজারীনা মাগী মথাদা লৈবা লুচিংবা অহুম—শাজো, তোম্বা, মথং মথং কৌশিন্দুনা মাগী য়াথং পীখি—

"মশীং য়াম্রবা য়েক্লবা সরকারগী লাম্মীনা ঐখোয়গী লানশওসি লান্দা-রক্লে—ঐখোয় হন্দোকপা তারে। শাজো তোম্বা নখোয় অনিনা লাম্মী খুজু খুংলাই শগোলনচিংবা পুহুনা অরোনবা লম্বীদা থুনা য়াংনা হন্দোক্লবা শীরু। মথংনা চঙশিল্লক্লিবা সরকারগী লাম্মীদু ঐখোইনা মতৌক চানা থাপ্পা চংখিত্রি কাও থিংহুনা থগ্নগা হন্দোরক্কদবনি। শাজো নওনা ফাহুনা পুরকপা অত্তাং অনিসি অশোয় অওাম খোকহন্দনা থুনা য়াওনা ঐখোই কাম্ব কেম্প ভাগ্না পুরক্ক।"

খিদ্দনা নোংমৈ কাপ্লকপগী মখোন তারে। খুংলৈ থুনা মখোয় পুম্বা অরোনবা লম্বীদা চংখ্রে। নিমাই থিয়েনসু য়াওখ্রে। □

য়াইরিপোক—

ব্র্যারোক খুরুম্বা চংখিদ্রগী নিমাই বিরেন মাঙখিবা থা ভরুক হেনখিদুনা ৭ শুরক্লে। য়াইবী পাম্ভি খুৎলো য়েংবনা থারকপা মতম হেল্লে অহুবু নিমাই বিরেন হল্লকপদি লায়রবতুনা মরা মপাও অমা ফাওবা ভাদ্রে। মচা মচাগী রাখলদা থম্বাল লৈরিক মপি কংবা য়ুমিং লৈরক্রে। মাইবী পাম্ভি খুৎলো ইথৌ মরা থাজরুবনা নহানমথৈ হল্লকখিনি হায়বৈ আশাদা মমা অনি নিঙাইদনা লেল্লকই। মখোয়না থারকপা মতমদগী নোংমা নোংমা হেল্লকপগা লোয়নননা আশাগী মরু ফুক্লকই অরাবগী মমি মমায়দা ভারকই। রায়বী থম্বাল লৈরিক চানি থক্লি খঙলক্রে। নোংমা কাংদনা মচাগী মমিং কৌ কৌদুনা কপ্লকই— মখোইগী মতৌ য়েংবা ঙম্লরক্রে। বা ভাম্নে থম্নে চাওভল চাৎতোন মচিন-মনাও রায়ী শানৈ থম্বাল লৈরিক থম্নে লৈরমখিদ্রনে মচা নিমাই বিরেন। মাইবী পাম্ভি খুৎলো অমুকস্থ য়েংলুই—পূম্নমক্লা হায়রকই—শিবা নাবা ভৌদে শোয়দনা থুনা হল্লক্লনি—গ্রহগী দযানা থরদংখিম্বনি। মহায়রকই—অহুবু থা ৭ হেনখিদুনা চহি ফারক্লদৌরবা অহুদদি মাইবী পাম্ভি খুৎলো ইথৌ অমত্তা থাজরক্রে মচা অনিহু লৈখিদ্রে শিগ্রে হায়না থম্নরক্লে। অহুনা শিগ্রবা লৈখিদ্রবগী মতম শোরাৎ ফিরোই ভৌনবা থম্লগ্রে।

লৈরিকীদি মপুরোইবা চাওভোন লৈবনিনা মচা কায়নবগী অরাবা শরুক পুমিম্নবা লৈরি অহুবু লুগ্রা থম্বালগীদি কদাই? মপুরোইবা লৈত্রবী মচা অহুতবু য়ুমিং থা য়েংগুম য়েংজহুনা মপুরোইবগী মাঙগ্রবা শক্তমহুনি থজহুনা অমুক মুংখিল মুংদাং থাক্তনা মুনা মুনা য়েংজহুনা লৈরম্বা মচাম্নুপা বিয়েম্না মকম মরাং থজদনা মাঙগ্রবদা নিংদোন পোম্না রায়বী মাগীদি কনাদা

অয়াবা পোৎলুমদো পুম্মিমসি হায়রকনি। মপুরোইবা লৈত্রবী মাদি মথন্তনা পুশমত্রবা পোৎলুমসি পুবা ভাই। লুখ্রা থম্বালগী অয়াবা কায়নবগী মপি নৌত্থনভা লৈরবী লুখ্রা থম্বাল মপি অমুক কংবগী আশা লৈতে।

হৌজিক লুখ্রা কপচেংপী থম্বালগী নীংবা কায়বা পন্দোন লোমত্রে। চহি ১৭/১৮ চঙলকপদা লুখ্রা ওইহৌরবী অয়াবতনা মশরুক ওইরবী মহাক্নী। মচাগী মশক উজবদা মপুরোইবগী মানা পামজবা য়েংজনীংবা মশক উবা ফংভরে থল্লবী অনদি মমা ওইবীগী মুংশিবা পুম্বগী ভিন্নফম ওইরবা মচামুপা বিরেনবু য়েংজহনা অয়া অনা পুম্বা কাওজররক্রবীনি। মচানা চাও-রক্লা চহি ১৪/১৫ শুরকপা পাখোন ইখোন কাম্নরক্লবা লৌউশীংউদা মত্তে পাংত্থনা নে তাজররক্রবনি। মচাগী মমৌ থিবা মশু পোবগী আশা কয়া তৌজত্থনা মপুরোইবা কায়নবগী অয়া মৈচাক কাওজররক্রবনি। লোইবা নাইত্রবা আশানি অকোয়বদা লৈবা খুন্দগী মানা পামজবা মমৌ ওইনবা লৈশাবী ফাওবা খন্দুনা লৈরবনি। মচা মুপা বিরেন্দা হৃংলগা লুহোং খোংদোং তৌনবা থোরাং পায়খৎপা হৌরবনি। মুণ্ডাইবা রাখল মণ্ডলান্দা মচা মুপানা পোকপা মশুমুপাগী মমিং ফাওবা মানা পামজবা খন্দুনা লৈর-বনি। অহুবু ইথঙ থঙহৌদনা নোংমা লাই থুরুম্বা চৎথিবদগী মাঙত্রে। হল্লকদরা—নোংমদি শোয়দনা হল্লকপা মাই খন্দুনা কপ্পা কপ্পা ঙাইরকপা চহি ফারক্রে। লুখ্রা থম্বালগী আশাগী মযোল কংলক্রে। ঙাইবগী থাঙত্থম্বগী ঙমখৈ লাল্লক্রে। নিরাশানা থল্লক্রে করম তৌনি- করম লেম্নি লুখ্রা থম্বাল।

নীংবা কায়রবী কপচেংপী লুখ্রা থম্বাল মচাগী শোরাৎ ফিরোই পুম্না পাঙথোকখিবা মুমিংকী মুংদাং মানা পুজা তৌদ্নুনা থমজম্নিবা মপুরোইবা অচৌগী শাফি লানফি থাঙ তা অহুদা ধুপ থাওমৈ কৎলগা থুরুথুদক কুম্না কম্নগা কপ্পা কপ্পা হায়রম্মী—

"ইবুঙো! করি ওইরসিগে ঐবু! নঙনা পীবিরম্বা ইচা বিরেন—ঐগী অথোইবা লন ঐগী থরায় হকচাংগী আশাগী ভুংনফম মকম থঙদনা মাঙহনখিববু করি মতৌনো? লাইবক থীম্নবী ঐগী লাইবকা অসিদগী হেন্না

অরাবা করম্বা অমা থাওহনা লৈবা ওমখিগদগে ঐহাক অমুক হিংজনীংঙ্রে ঐবু লৌশিনবীরো ইবুঙো ।

ঐদি হৌগিক ফাওবা নঙগী য়াথং য়াওদনা থবক অমত্তা তৌজদ্রি । ঐনা করম্বা ইরাল লঙজখিহনা ঐগী অমত্তা ভারজরবা ফিজিগীলন অহু মুনবীগ্রি-বনো ? লৈজবা খিবিক মাঙপ্রবী ঐসে অমুক হিংজনীংঙ্রে ঐবু লৌশিন-বীরো ইবুঙো ।"

"ইবুঙো নঙনা খঙলিবহনি, নঙগী য়াথং নত্তনা করম্বা থবক, নঙনা য়াদনা তৌখিবা লৈবগে ? নঙনা তাকপীরম্বা য়াথং -- "ইচা বিরেনবু শেম্বী-গদবা লুনা তৌবিবহু ঐমক্তা থল্লু ।" তাকপীরম্বা মতুং ইন্না নঙগী য়াথং ভাকচহনা মাগী মতেং লৌজক্লবনি মানা মণিপুর শাংনা কোচিন কোম্বা চত্তনা মাঙপ্রবা ইচা বিরেনবু খিরি হোৎনরি অরা-অনা খুদোং থীবা করা থৌশাদনা । পুক্লীংনদি হাম্বরি থাজরি নোংমদি হল্লকখিনি- অহুবু হৌজিক চহি অমা হেনখ্রে থাজবগী ওমথৈ লাল্লক্লে । ইপুরোইবা কায়নবগী, নৌনা লুপ্রা ওইহৌবগী অরাবা, লৈকোক লৈকাই মীনোক মীশালক্তা অমত্তা ভায়-রবা আশা থাওমৈহু য়েংহনা অরাবা পুম্বা থাভজরক্লবী তোল্লবী ঐগী ইচা থম্মোইগী মনি ফিজিগী লন অহুসু মুনবীগ্রে । করি তৌনি—থীগ্রবনি ঐগী লাইবক্তি—ঐহাক অমুক হিংজনীংঙ্রে— ঐবু লৌশিনবীরো..... লৎনবীরমু অমুক ।"

অসি হায়না কপ্পা কপ্পা মকম অহুমক্তদা জ্ঞান মাঙনা লৈখি ।

তাপ্পা অসিদা সনাজাওবা চঙলক্তুনা কয়ারক কৌখি—"থম্বাল থম্বাল ।" ইথুম মথুমলক্লবদা চঙশিল্লক্তুনা জ্ঞান মাঙনা য়াম্বুরিবী মাবু কোনখত্তুনা থুদাদা হিপথহনখি । মকোক্তা ঈশিং থোমখি- মমায়দা অঙৈবা ঈশিং চাইশিনখি—অহু ফাওবদা লৌশিং লাক্লবদা পাথৎপগা লোয়ননা চেনখিহনা থংনবা লৈকাইদা লৈবা অফাওবা মাইবা গৌরাচান্দ কৌখি ।

সনাজাওবা লৈকাই অহুমক্তদগীনি । য়ুমলোন অয়েৎ নিপান থরৈ । অচৌদগী মানা নাওয়োল অমা হুল্লি লৈকোক লৈকাইনি, থম্বালনা "ভাব"

কৌবনি। মহাক পাগ্রানি বিরেন্না চহি মরী মঙা ওয়রকপা। অহন্নাইদনি মাগী মুপী লৈখিদবা। মচা মুপা অমা মুপী অমা থনম্মী। মুপীহু থম্বালদগী চহি অহুম মরী হুমগনি। হিংলিঙৈদা অয়াম্বা মতমদা নাহনবা লৈ। লুপ্রা থম্বালবু মানা মিতাজবা কুইরবনি।

খোংজোম লানফমদগী মপা হাজারীনা পোতনা পুরকখিবা লান্দা শাখিনা শোক্লবা চাওতোম্না লুহোংদ্রিঙৈ থম্বালগীদমক হোৎনবীরম্মী অরাং অপা মেনবীরম্মী। মতমতুদসু লৈকাই মীরা মীশা কয়া নংগ্রবনি। বিরেন পোক্লতুং চাওতোন লুহোংগ্রবা তুং ফাওবা লৈরিক মনি মমৌনা মাগী মতেং পাংবীরম্মী। বিরেন্না চহি ফারকপা লৈরিক্কা অণাং উনখিঙৈদগী চাওতোন-খোই ইমুংগা লাপথোক্লখি। অপীকপা মচা বিরেনগা লুপ্রা থম্বাল মমা মচা রানা মতম্র লেপ্লকই। মকু মনেমসু অচৌনা লান্দা শিখিবগা ইকুই কুইদনা মচাগী রাবনা মগুগী মশক উত্রিঙৈ লাইগী খুম্বা তানথরে। য়ুম অহুদা নহা ওইরিবী লুপ্রা থম্বাল মমা মচা অনিতা হিংনবগী লানফম থেংনহনা লাকখি। পীক্লিবা খোম থক্লিবা অণাং মনমদা পো লৈকাই শিল্লংবা লৌরাং খুল্লং চৎপা ইংখোল কোইবা ইংখোলগী পোখোক মনা মশীং য়োন্দুনা চাখুম মৈ মুত্তনবা হোৎনবা নহা ওইরিবী লুপ্রা থম্বালগী পুক্তমত্রবা পোৎলুম্নি। মসিগী মথক্তা পীক্লিবা মচাবু চাওনবা য়োকপা, মাবু মী ওইনবা শেম্বা চাওরবা থৌদাং লুম্নবা পোৎলুমনি। চাবা মচেৎ শেৎপা মচেৎ রানা হোৎনরকপনি। মপামদগী মমা মপানা মতেং পাংবসু নোং ফাদোকী রানি। য়ুম অমমম পুনস্নিবনিনা মাগী মতেং লিশাংশিংনা পাঙবা গুম্বা নত্তে। মপামদা মবুং মোৎপা মনম্মা মচলগী নাক্তা মতম থর লৈরো হায়বসু মানা রাখিদে—মরমদি মুংশিজরবা মপুরোইবগী য়ুম থাদোকপা থম্বালগী মফমদ্রা খাগুম পুঙমদবা অমনি। লৈকাই মচেম মনেম, চাওত্তোন মতৈ মনাও, লৈরিক মনি মমৌনা-মতেং পাংবীবসু নোং ফাদোকী রানি। অসিগুম্বা রারবা তাঞ্জাসিদা হাকৎবা লৈতনা সনাজ্রাওবনা মাগী অরাং অপা নোংমা কাংদনা য়েংশিনবী মাগীদমক প্যাহোম তিংবীখি।

লৌউ-শীংউবদা মঙ্গোৎ থোইবিবা, লৌরী শেম্বা, ফৌদি থাবা, লৌহোল ফোয়বা লৌ লিংবা পেংবদগী থাওবা থৈবা ময়ুম্বদা ফৌ চক্ক হোঞ্জিনবা পূম্বদা মশাগী মথোগুম লুপ্রা থম্বালগীদমক্তা হায়নরুবা লৈত্তনা হোংনবীরম্মী। মহাক মশাগী লৌরাংগুবা হেক লোইবগা অশংবা মতমদা থম্বালগী মতেং পাং অরাং অপা মেনশিনবী মচা বিরেম্না মশা খিত্তং ভমদবদা সনাজাওবনা মশাগী থবক হন্দোক্তুনা মাইবা কৌ হিদাক লাংথক তৌ– থম্বালগী নাক্তা লৈ মতেং হেক হেক পাংলম্মী। লুপ্রা থম্বালগী থবক মতেং পাংই য়ুমগী থবক্তি থোশাত্রে হায়দুনা সনাজাওবগী মুপীন তত্তনা ভাওই– থংনৈ। মাগী মুপীনা তত্তনা ভাওলকপদা সনাজাওবনা খুমথি—

“কয়িনো নওনা হায়রিসিবো! থম্বাল পোকমিন্নবা ইচলগুম্বনি— কনা লৈজদবনি -মচা পিশক অসিগা ম্নেংবা ভমদহুনা অওম্বা থম্ব মতেং পাংবীববু নহনা অশুক শাওরিবা করিগীনো ?”

“মীনা থীনা ভাওনৈনে, মৌনহা লুপ্রা অসিগা”

“মীগী মচীনবু মেনবা ম্নাবম্না ? নশা নশানা পুবনি।”

অওইবমক সনাজাওবা থম্বালবু মিত্তাজম্নবস্থ নমহাহুনা খুদোংচাবা লৌবা ম্নাবা থবক অমত্তা তৌরমদে। মক্ক ওইনা বিরেনবু মচামক্কুম লুনা নীংজে।

থম্বালনা সানাজাওববু য়াম্না কোইনা ব্যবহাম তৌনা চংচৈ লুনা নীংজে মবুংমক্কী খল্লি সনাজাওবনা মচনগুম ব্যবহার তৌই মুংশিনা লোক্তনৈ।

সনাজাওবনা থম্বালদা ইচম চম্না “ইবেম্মা থম্বাল” হায়বদগী হেন্দে। থম্বালনস্থ “তাদ” হায়না খুম্বদগী হেন্দে।

থম্বালনা চিন্নবা তাক্কাদা মতেং পাংবীম্নিবা মাগীদমক্তি লেম্মীম্নিবা মচা বিরেনবু লুনা তৌবিম্নিবা সনাজাওববু লুনা কিনা মুংশিনা ব্যবহার তৌই। অসুম্না চহি অনি অহম লোয়নরকপদগী নক্করকপদগী হুজোইবা ইকোই কোইনা চংনম্বম্বা অহু তোকখ্রে। থম্বালনস্থ করিগুম্বা কান্দা মাগীদমক্

অমুক যায়। হোৎনবীরিবা সনাজাওবগী মুমদা ভৌবিমল খঙবা উৎপা। ওইনা সনাজাওবগী মুপী মনম্মা অহুনা না-য়েকপা মতমদা নোংকাদোকস্ম মুমগী থবক মতেং পাংবীরুই। অহুবু নাংনা লৈরিবী সনাজাওবগী মুপীনদি থম্বালবু উবদা কি কি কামই—উশিত্তে হায়হুনা ঙাঙই। সনাজাওবগী মচা মুপাহু বিয়েন্দগী চহি অমরোম হুল্লি, অঙাংনি মাদি থম্বাল লাক্লগা হুরাংজে অহুবু মচে অহুদি থম্বালনা মখোয়দা লাকলাকপা অসি শাওনীংই শুং শুং ভৌই—মমাগী মীচং চঙই।

সনাজাওবনা থম্বালদা মিতায়বস্ম মৈতৈগী মরক্তা লৈরিবা সভ্যতা অমদি চৎনবীনা পুন্দুনা মহাকী ঙাওরকপা রাখল পুম্বা ফাওহুনা কা হেনবা লম্ৰচৎ অমম্তা চৎলমদে—খুদোংচাবা ফন-মাম্না ফংলবস্ম মহুগী মতেং মহক্না থক লৌরুদে। অহুবু মহাকস্ম মীনি শারেপ ফারবা পাখঙনি চহি ৩৮ চঙলক্লবনি। থম্বাল চহি ১৮ চঙলকপদা লুপ্ৰা ওইংলৌবনি। মপুরোইবা কায়নবা অমদি মচা বিয়েনগী হোৎনবদা চহি অহুম মরিদি মুম্বা মচেৎ চাবা মচেৎ কম্বানা অমদি রাখলগী লাইনানা মশা অহু ফংলুব্রবনি—হুহুরুরবনি। সনাজাওবগী মতেংনা অরাবা থর ফররুবা অমদি মতম্না পুরকপা শিদ-হিদাক্না মপুরোইবা কায়নবগী অরাবা থর হুম্বরক্লবা অমদি পানথৎলকপা থাজগুম চাওরক্লিবা মচা বিয়েন উবদগী তম্বা অনা কম্বা কাওহুনা মোমোন নোকচরবী থম্বাল বিয়েম্বা চহি মঙা চঙলকপা মনা হুৎপা মতমদদি চহি ২৩ চঙলক্লে—মতম ফন মপুং ফারক্লিবী ফক্তবা নোংমা নোংমা হেনগৎলক্লীবী অম্না ওইরক্লে। সনাজাওবগী মুপীনা অনা মৈচাক অমদি রাখল মৈচাক্না নোংমা নোংমা শোম্বরকপগা লোয়ন লোয়ননা থম্বালদা মিতাবা নোংমা নোংমা হেন্দৎলকখি।

থম্বালগী রাখলদস্ম করিগুম্বা কান্দা থনখি-বিয়েনবু য়োকপীনি শেম্বীনি হায়রবদি মপুরোইবা অচৌনা হায়রম্বগুম্না সনাজাওবনা থাংজিল্লকপা খোংথাং থিজে নীংঙোই হায়না। মাগীস্ম পুক্নীংগী শোম্বরকপা মতাং মতাংদা সনাজাওবগী মীওই মীতৌ শাবান শক্তম অহুবু কনকবা মিহোদবা নত্তে।

অহুবু অঙাং ওইরিবা বিরেনদি সনাজাওববু মানা কন লুনা তৌহুনস্নু কয়া হৈনদে পক্লদে। মানা য়াম্না মুঙাইতবসি মাবু লণ্ডনবা শাহনা মাবু পন্নিবা মমাগী মশা শোক্লবা মথুং মশা পায়নবা হোৎনবহুনি।

নাহুৎপা মুমিংকী মুংথিন্দা থম্বালনা মচা বিরেন পমহুনা লৈরিঙৈ সনাজাওবনা বিরেনগী নাহুৎপগী পোপাং ফুরিৎ মচা অমা লৈহনা পুরক্লগা মঙোন্দা লিংপিবা শাহনা মমাগী মশাদা মথুংনা শোক্লবা হোৎনরকপদা বিরেন্না শাওমনগ্রহুনা মথুং লাতুনা ইস্নোকই লাওরকই--"পামদেয়ে।" অহুগা ফুরিৎ অহু লাকুনা লংথোরকই – অমুকস্নু হায়রকই –

"লাকস্নু ইনাক্তা লীচৈনা নকোক্ত থোমগনি"

মযামদি নোকই অহুবু বিরেন্দি চাননা শাওই। মমানা হায়—"খিদা মসিদি"

অহুবু থম্বালনা থনখিবরা আচৌগী মথোল হৈজিল্লবা বিরেনগী খোঞ্জেলদা অচৌ মশামক্লা হায়রক্লিবরা? □

লাইশ্রম কোজিন

কেক্রু থুনগী পাখঙ ভোমচৌ চহি ১৮ চঙলে। লাইশ্রম কোজিনগী লৈশাবী ভোম্বী মপোনগী য়ুম খোইরোম কেক্রুদা মচা মনা হুংপগী মতম থর লৈবছুদা উথি খঙনখি। ভোম্বীবু উবদা ভোমচৌগী থম্মোংই পুমনৌ,নৌই মথুম মরাং হৌই। ভোম্বীনা মাবু পাম্বা পামদবা, য়াবা য়াদবা, মুংশিবা মুংশিদবা করিমত্তা খঙদে; অদুবু মানদি ভোম্বীবু ভরং ভরং লাওবমখৈ পায়ে মুংশিরে। লৈকাইগী মচে মচন থরোদ', লেম্বীদা, থারিক্তা হায়বী খোংগীয়ু নোংমা কাংদনা হায়বদা মখোয় লৈশাবীশিংমু রাই চিয়ে—মাগী য়া ভোম্বীদা হায়রকবা ফাগী ভাহনা ভোক্লে য়া মাঙলে। মখোয়না মঙোন্দা "কায়রবোই, মাগী মুপা অমা লৈরবনি হায়বীরে।"

অদু কাওবা মহাক হুন্দে। ভোম্বীবু কোয়শেন শেম্মনা লৈরে। নোংমা মুংদাংবাই থারিকখোইদৈ হুমকপদা লৈরক মচান্দা ভোমচৌনা ভোম্বীবু থামখি। য়ায়া য়ানা মমায় ঙাংলি ঙাংলি মখোল নিক্লম্মা—

"ভোম্বী অমুক্তা ঙাইখো।"

"করিনো ভাদ?"

"য়া অমত্তা ........"

"করি য়ানো ........ হায়রো থেংগ্রে।"

"ভোম্বী.... মণিপুর চাংনা কোয়বা . "

"ভাদ! চাংন কোয়নীংল কোয়জো ঐ চংলে থেঙগ্রে।"

হায়রম্নগা ভোম্বী মপোনগী য়ুম অা পরপ পরপ চংখি। ভোমচৌ মমায় চিনিমুক ভাঙনা লেপুনা লৈহৌই। অথাপ্পদগী মাবু খিয়কপা মরুপশিংনা চঙশিল্লকুনা হংলখি—

"করি হায়রম্মী তোম্বীনা ?"

থৌবাল তুরেন্দা ইরুজবদা, লৈকাই লাই হুয়াওব্দা—কায়োক চৈং কাবা মতমদা, হোংনজবনি রা অমত্তা হায়রগে—মাগী পুরীংগী রা মাবু পামজবা সুংশিজবা ফোংদোকচগে হোংনজবনি—অচুবু ওমহুদনা অচুম তোকখ্রে—তোম্বীগী রাসিনা য়াম্না হেনমান্রে মাগী মমাগী রা অমত্তা চুম্না ভাঙবা ওমজদে।

গত্তি লৈরক্রুহুনা মমাম্নবা থাজিন্দুনা তোমচৌ মমাদা হায়হনখি –

"ইনে তোমচৌগীদমক লাইশ্রন তোম্বী হায়বীয়ু।"

তোমচৌ মমানা তোম্বী মন্দোন্দা রা থংই। তোম্বী মন্দোন্না মচে তোম্বী মমাদা তোমচৌগীদমক রা থংই। তোম্বীমমানা তোম্বী মপা মম্না চাওভলদা রা থংই। চাওভল মনাও চাওতোনগা রা তাম্নে হায়নৈ।

"নিমাই লৈরবদি তোম্বী লুহোংউ য়ারোই তোমচৌ মশক মতৌ থীদে, মপা মমা মচিন্তাক চাজবা ইমুংনি মন্দোনস্নু কেক্রুদা লৈ থর থুনা হোত্নদোকত্রসি।"

অসুম্না নিমাই বিরেন কায়োক্কী মাঙখিবা চহি ফারকপদা কেক্রুদগী তোমচৌ মমা মপানা রায়োইপোং পুরক্লে—বাক দান তৌনরে রা লোইনরে মথংগী পঞ্চমীদা লুহোংলগনি। তোমচৌগী হুরাওজবা থম থেংলে। মমাম্নবা মরুপ মপাং বার্তন চংখ্রে। মুডাইবা হুয়াঙবা রাথলগী ইরাং মমাম্নবা চাম্নবশিংদা কোইতম ভম্মী নোকই লাংই হুয়াওই।

তোম্বীগী রাদি করি ?

কায়োক মহাদেব থুরুম্বা চংখিবদগী নিমাই বিরেন হুমকখিদবা মফম খত্তদন্না মাঙখিবা মতুং থা কম্না চুম্না রা তাম্নে থম্নে-চাওভল চাওতোন মচৌন মনাও। চাওতোনগী মুগী লৈয়িক, বিরেন মমা থম্বাল রানি শামিমৈ কালামিমৈ থম্নে—কদাইদা লৈরমগনী মথোইগী মচা অনি নিমাই বিরেন—মথোইবু হিংলগথিগদ্রা অমুক হুমকখিগদ্রা—করম্বা কান্দা হুমকবা ? চহি ফারকপা ফাওম্না মথোইগী রা পাও অমত্তা তাক্রবদা মচাশিং অমুক হুমকপগী

আশা, হিংবগী আশা লোইনা থাদোকখ্রে। মচাশিখিবগী হৌনবী মগুম তৌবা য়ানখ্রে। ময়কসিদা তোম্বীবু হায়য়বগী মা লুহোং খোংদোংবগী মা মখোয়মু য়াওনা থয়খি ময়েপ ভাখি য়ানখি য়ায়োইপোৎ হৈজিংপোৎ লুহোংবগী মুমিং লেপখ্রে।

থাম্বিক তোম্বী অনৌদি কায়োক্লগী হুয়কপা মুমিত্তগী চানি থকনি থঙখিখ্রে। মচি মচিদা চপ চপ লেপ—য়াথলনা হা—কোচিন খুদোং ওনশিন গুং গুং কপ মতম লেম্নকখি লাকখিবা য়াই হুয়কখিবা য়াই হায়বগী আশাদা। চহি ফায়ক্লবদা থারিক্তি বিরেন হিংবগী আশা থাদোকখ্রে—মপা মমানা হায়ন শীংনবা মুপাদা লুহোংবা য়াখ্রে।

তোম্বীদি য়াথলনা মুংবংনরি। ময়ক নয়ক্তা মূকম মূকম শোল্লি—"ভা নিমাই নঙবু কদাইদনো। নহাক য়াওদনা কয়ম লৈদোগে?"

কেক্র, তোমচৌগী হায়ন-শীংনবা হৌরকপদগী হৌনা মমা মপা মখুয়া মন্দোন মনে মমাম্নবা পূম্বনা হংবদা, হায়বদা মানা ভস্তনা খুমখি "ঐ লুংহোংলোই ঐ লুহোংলোই।"

"করিনো নঙনা হায়রিসিবো" মমানা চংশিন্নুনা হংই।

"ঐ লুহোংলোই হায়বনে।"

"মুপা অসি ফন-ফৈ নশক মত্তৌ থীদে শাগে জাং কৈ, মচিঙাক চাজবা ইমুংনি--মথন্তা পোকপনি নঙনা হাই হমহুনা পানুনি করি ময়মগীনো নঙনা য়ানীংজিবসিবো?

"ঐ লুহোংবা পামজদে। মচা মুপীনা মপা মমাগী য়ুমদা লৈবসিবু তকয়া য়াদবয়া? নমা মপাগী লৌ ইংখোলদা মচা মুপীগী শরুক তকয়াও য়াওদবয়া ইয়া।"

"নিতোমা, মপা মমাগী য়ুমদা লৈবা য়াদে হায়বদি লৈত্তে অহুবু নিতোমগী লৈকয়দি লুহোংলবা মরা মপুয়োইবগী য়ুমদনি।"

"ঐদি ঐগোম্ব য়ুমসিদা অমুম লৈনি অতৌবা চৎলোই—ঐ লুহোংলোই।"

"লুহোংলরা যাদে, লুহোংবা যাববী মচানুপীবু লুহোংবিরবদি মপা মমাহু নোমোক তাই।"

"হোয়, লুহোংদবা যাদে হায়রগা তা নিমাইগা লুহোংবীয়ু।"

"করম্বা তা নিমাইনো কদাইদা লৈ কনাই মচানো ?"

"ঐখোই খুমাঙোন' মচা তা নিমাই খঙত্রবরা ?"

"নঙগী তা নিমাইছুদি চহি হেনগ্রে মাঙখিবা—শিগ্রে—হৌনবী লায় খোঁয়ম শোমাং কিংযাই ঙোঞে ; করম্বা হোংগদৌঙ্গিবা ? লৈরম্ব নচিন নৌপ্‌ানি—সমাজনা চংনবীনা যাদবা হাঙজোংবন মোমো থবকপু।"

"থাবিক্কা বিয়েনবু মুংশিজবদি যা যামদে ঐনা তা নিমাই মুংশিজবদা যা অতক যাম্নিবা করিগীনো ?"

"কৈনো ইবেম্মা ঙোঙম্মেদা, মায়হুবু কোন তোপবরা ? ইকাই-ইকি খঙত্রেনা ঙৌরিসিদে।"

"পুক্নীংগী যা শেংনা হাংদোকপবু ঙোঙম কায়বা মায় কোন তোগী হায়রবা হায়জসনু, মীগী মচীন মেনু ঙবরা ?"

"বঙবু হায়বীগে হৈ—লোনবা যাদে, মচীন মোপ্‌া লৌনবা চংনদে, সমাজনা যাদে হায়বনি।"

"লোন-লৈনগে হায়বৈ যা নত্তে। ঐনা হায়বদি লৈমিয়জগে হায়রনি মচীন মোপ্‌া লৈমিয়ববু তুম্মিন চামিয়ববু হৌনদবরা চংনদবরা।"

"হৌনদে হৌনদে চংনদে সমাজনা যাদে।"

"অছুদি পিশক পিক্লিঙৈদগী ঐখোই লৈমিয়রকই তুম্মিনরকই চামিয়রকই—মসিনা করিনো ?"

"পীক্লিঙৈ যানা অমনি। চাওরক্লবা লৈশা পাখঙ কায়ক্লবদি যাদেনে।"

"ইমা ঐদ্রি হায়রিসিনি। ঐ কনা অমত্তগা লুহোংজরোই লৈমিয়বা ভায়দি তা নিমাই নত্তনা অতৈগা লৈমিয়বা ওম্মোই।"

"মছু যাদেনে তোম্বী, মীনা নোরুগদবা সমাজনা য়াদবা চংনদবা হাঙজোংবন মোগদবা যাহু করিগী হায়রিনো ?"

"মীনা নোঙ্গবনা লুখরা, নচানা য়ানা কপ্পা কপ্পা লেনখনা কখরা ?"

"অদু নিমাইদি লেপ্লে হলক্লে শিপ্লে করম তৌবা তাই।"

"অদুনবু লুহোংজরোই হায়রিবনি। ঐগী পুক্নীংনদি থাজরি—মহাক শিঙ্গি লৈরি হল্লকখিগনি।"

"?কনো সিদে থাঙ ঈশিং চঙত্রেনা—"

হায়রগ' শাওদুনা মমাদু থোকপ্রে। লৈকাই মমাঙবা মরাম মঙোন্দগী হনবা মাপ। তিন্নবা লৈশাবী মৌনহা মমাংহুদা কেক্রুদা লুহোংবা য়ানবা থর থেম্নু হায়না মমামদু থাজিল্লকই

মখোয়না ফন-য়ায়া হায়রবসু থেরবসু তোম্বীগী পুক্নীং হো হনবা ঙমলমদে—তোমচৌখোইগী ইনাকখুনব মানা লৈরুহদা য়ুঙাইক্নগদবা কয়া মখোইনা হায়বদু মনানা তাদে। পুন্নমক তারগা মানা খুন্নকখি—

"ঐনা তা নিমাই য়ুংশিজবদা নখোয় মমায়া অশুক য়ায়া য়েৎপীন্নিবা করিগীনো? য়ুংশিবা হায়বসিবু হকতিন্নবা য়াওদ্রবদি শুকয়ামক য়াত্রবরা? ঐদি হকতিন্নবদা থোইনা পামজবা লৈতে। ঐনা পামজবদি ঐনা য়ুংশিজরিবা তা নিমাইগা মতম পূম্বদা লোয়নদুনতা লৈজবনি। মাগী মতুং ইনবনি—মাগী মতেং পাংবনি মানা য়ুঙাইনবা হোৎনবনি— মানা পাম্বা অদুতবু থিদুনা পীনবা হোৎনজবনি।"

"অদো তোম্বী সমাজনা য়াদেনে মচীন মৌপুা লৈমিন্নবা।"

"অঙাং ওইরিঙে শান্নমিন্নবা লৈমিন্নবা চামিন ভূমিন্নবদি সমাজনা য়াবি অদুগা চাওয়ক্লগনা করিগী য়াদ্রিবনো? হাওজোংবন্না য়ুংশিবব্ তোকহনবা ঙমরা?"

সমাজ মীনা শেম্বনি চৎনবা মীনা শেম্বনি প্রকৃতিগী থুৎশেম নত্তে। সমাজ চৎনবী পুন্নমক মীগী য়ুঙাইনবা নত্রা? ঐ মী অমনি সমাজসিদা লৈরিবা। ঐগী য়ুঙাইত্তনবা মাওনবা করিগী সমাজনা তৌদৌরিনো?

অওইবমক নিমাই তোম্বী য়ুংশিনজবা অশেংবা কখোকপা অমদি তৎন থানদনা লৈমিন্ননিংবগী অপাম্বা অসি মী অমগা অতোপ্পা অংগমী মরক্তা

লৈবা কল্লবা মরী অমনি অহুবু সমাজগী চৎনবীগী মিংয়েংদদি অকায়বনি--সমাজ অমস্তুং চৎনবীগী য়াংমদনি মরমদি নখোয় অনি মচীন মোপ্না থোক্নে। অহুবু চপ য়ুংনা লেপপ্রবদা মুংশিববু সমাজনা থিংবা ঙম্বরা? মমাম্নবা মচে মনেম পূম্বা মমা কুমহুনা লোইনা থোকখি।

ডাইহাক লৈয়গা চাওডল চৎলকুনা য়াম্না মুংশিনা ভোম্বীদা হায়রম্মী।

"ইপাগী ইবেম্মা ভোম্বী ঐবু মায় চোপহনগনু।"

ভোম্বী থুমদে তুমিন্না লৈ।

"ভোম্বী, ইপানা হায়রিশিনি য়া লোইপ্রবনি – বাকদান তৌপ্রবনি— হৈজিংপোৎ লুহোংবগী মুমিৎ লেপপ্রবনি। ইপাগী মায় খুহনগন্নুকো। নিঙোন পোকচবগী ঐখোয়গী ধর্মগী মতুং ইন্না মতীক চাবা মুপাদা লুহোং থোংদোংহনা কন্যা দান তৌবগী পুণ্যহ নপা ঐ ফংজগে। ঐনা নীংবসে থুগাইপ্লকো।"

"পাবা মপা মমাগী লৌ-ইংখোলদা মচা মুপী নিঙোনগী শরুক য়াও-দবরা? মপা মমাগী য়ুমদা নিঙোন্না লৈবসিবু ইন্না ময়াদবরা?"

"ইপাগী ইবেম্মা ধর্ম চৎনবী অমদি মহৌশাগী নিয়মা মুপীগীদি মমা মপুরোইবগী লৌ-ইংখোল সম্পতি অহু মাগীনু ওইরবনি, নিঙোন মপা মমাগীদি মচা নিঙোনবু দান তৌবা মতমদা ঙমজবা অউনপোৎ পীরিবহ মচানুপীগী সম্পতিনি।

'লুহোংরবদি নিঙোন্না মপা মমাগী য়ুমদা লৈবা য়াবা নত্রা?"

"হোয় লুহোংত্রিঙৈ মমা মপুরোইবগী য়ুমদা চৎত্রিকাওববুদি নিঙোন্না মপা মমাগী য়ুমদা লৈবদি নিয়মদা লৈগদবনি।"

"অহুদি পাবা ঐ লুহোংজরোই।"

"মহু য়াদেনে ইবেম্মা। ঐখোয়গী ধর্মগী অমদি চৎনবী অমসুং মহৌশাগী নিয়মা মচা নিঙোন্না অহানবা চাখুম থোকপা মতুংদা মতীক চাবা মুপাদা কন্যা দান তৌহনা লুহোংবীরবদি মপা মমা অহু চাখুম থোকপা মশীং

অহুপ চাই মপীংদা নোংমোক তাম্বিবনি। অহুনা ইবেম্মা ইপাবু মোমোক্তা তাবিদ্রী কল্লু- ইপানা হায়রবা ইল্লু ঐ থওই – মঙনা নবুং নিমাইবু হুংশিবা। অহুবু মচীন-মৌপ। লৌন-লৈনবা ধর্ম্ম অমম্বুং চংম্নবী কাম্বরা সমাজনা থাদবা থবক্নী। অহুম তৌরবদি নথোয় অনিমক হাওজোংবন মৌনি অহংগা মপা ঐ মমা, মথুম্না নম্দোন পূম্নমক সমাজনা লৈকোক্না লৈকাইনা ভিম্নবীরোই – ব্রহ্মসভানা মাংঙে হায়রহুনা ইথোকনি। সমাজনা লৈকোক লৈকাইনা ইথোকপা ভিম্নবিদবা হায়রবসে মীওইবনা থাগৎনা হিংবা ওইথোক্তবনি।

অমম্নোমদা নবুং নিমাইন্নু মকম থগুদনা মাগুখিবা চহি হেন্নে হিং-লম্নবদি পাও অমদি ভাবা ম্নাবগী মতম – আ হেনম্রে। শিম্রে হাবনা লোহ্নুনা শোরাং ফিবোম্ন লোইম্রে। শিম্নবা লৈখিদ্রবা হল্লক্লরোটদবা মী অমগীদমক কাম্নদবদা পগুথন খন্দুনা নপা নমাবু মায় থুহনগনু। ইপাগী ইবেম্মা লম হেনগনু ইপাবু চোপহনগনু।”

তোম্বী তুমিম্না লৈ ম্না ভাগুদে ; মম্নিত্তগী পি মতুম অনা অনি মথোঙদা তোপ তোপ তাই। অহবু মবুক্তদি থম্নি “তা নিমাইবু হেক উনবা মতমদা মাগী মতুং ইন্দুনা হেক্তা চংখিনি।”

মপা চাওভল চংম্রে। লৈকাইগী মচে মনেম মমাম্নবা শঙ্গু শঙ্গু লাক্তুনা অউনপোং লাগুথংপা লুহোংবগীদমক শেম শাবা হৌম্রে। মপা চাওভল অমম্বুং মতোন চাওতোম্না লুহোংবা মুমিং মৌত্রিফাও মাবু কুপশেন শেম্নহুনা লৈম্নম্মী।

তোম্বী ম্না-লান ভাগুখিদ্রে—লাইথিগুম লোয়নবীশিংনা ইন্দুনা থাংহুনা পুবগুম ওলহনবীংবা মায়কৈ ওলহনবগুম লৈম্রে। মুমিং থম্ননিগী তুংদা হুপো ময়ুম অম্না লৈকোক লৈকাইগী মী সার্ত্তন কংবা থগুন-চাম্নবা মরুপ মপাং ম্নম্নাম্নবা লৈশাবী পূম্নবা য়োমশিন্দুনা নর্দাইদা হাপ্তুনা অউনপোংশিং মাগু থাহ্নিনা তোম্বীবু থিনম্রে। চাওভল মতৈমনাও মোমোনি মোফটে। □

## ২৭

কায়োকী চহি অমগী মতুংদা : -

শ্রাংগোল অময়ম তোংলছ্না নিন্নাই বিয়েন ইর্বাবত মখোয় অহম অহুক অহুনবদা কাথা খুন্দগী পলেল তম্না লাকখি। নোংজাম্বুং তাম্বুং তৌরকপদা পলেল য়ৌরে। শগোলদগী কুমথক্না অহন্মক মৈতৈ লাগী মচাগা ব্রিটিশ ভেঙ্গোলগা লাম্ফেংনফম মৈতৈ অথোবা কন্নানা মরেমাকীদমক মথন্নাই কংখিবা মকম, লানফম, মপু হাজারীনা তাক্লবা লাইবক কংন্না খুরুম্লে। লাইবক থিবনা হৌনবা থওজবা মৈতৈ মচা থন্নবা হৌজিক য়েক্লবা ব্রিটিসনা মৈতৈগী নীংতম লানগী খুদম মুখংনবা হোংনবদা মক্তং পাংছ্না জঙ্গল উমং লৌবুক ওম্থোকপ্রে। লান তৌখিবগী খুদম লৈএ। অহম অহু পুক্লীংতনা ওইরবস্থ মৈতৈ পাথৌ নীংতম লান্দা থন্নাই কত্ত্রবশিংদা শ্রদ্ধাঞ্জলী কংলবা তুংদা তপ্না তপ্না চীংয়া লম্বীদা খোংজোম লমদম পাংখি।

মখোয় অহম লাওথেল চীংয়ারোমদা চত্তুনা খেব চীং তারগা খোংজোম তীর্থ য়ৌরে। প্রমিৎ হু'ইগৎলক্লে—মাজোল মথাই য়ৌরে।

মকোক মোয়া লাইবক কংনা তির্থ খুক্লজনগা তিথগী ঈশিংনা ঈক-মাইথজনগা অথোবশিংদা তর্পন কচ্চরে। বিয়েন মপাগী চুকমদা তপ্না তপ্না তর্পম কচ্চে। মখোয় অহন্মক নোহৌনা রাশক লৌখি—"নীংতম লান্দা থন্নাই কখোকচবা ওমজাপে।" মখোয় অহন্মক উকম লৈথা মকম অমদা কমছ্না চঙোম খোক্লুনা চাম্বিমে চানা চানা রাগী শাম্মী।

বিয়েনা ছাবরম্মী খোংজোমি লান মতুং চহি অমতাতন্তনবি অহন্ খোংজোম তিথগী লান তৌখিবগী খুদম মুংশিন্নকপা হোয়ে। নীংতম মণিপুরগীদমক মপা মপুনা কম্না য়ায়া কখোন্নবগী থওজবা মপা মপু মীয়াম

খজবা হৌন খজবা মৈতৈ মচা থরনা মকম অসিদা অতৈ মকম ইরে লৈত-যদৌনা লৌ নিনশিন ইংখোল শেমজিল্লক্লিসি কনানো ?"

"চুম্নী চহি অনিভা তাইরী ঐখোয়না তির্থ স্নান লাক্তবা—য়েংউ হায়না লৈরম্বা লানগী লানথোং ফুনজিন্দুনা লৌ খোইজিল্লম্মীসে কনা ওইরিদগে—

"মপা মপুগী ঈচং তাক্তবা কাওবুনিদনা নিমাই—মবুক খোকী তৌরিয়া কমাজা ইনশিন্দুনা তৌরিবনো ? অমুক্তং উনবা ফংলদি থীনা চৈরগা থুনমক মকমসি থাদোকউ হায়নি।"

"অনকপা খুনলিদা লৈরম্বা য়াই ইরাবোং -থিরুসিদো।"

"কৈ থিরুসি" হায়হনা মখোয় অহম চন্দ্রুনা মনাক নকপা খুন্দা চঙহনা থিরুই। হংনুবদা লৌ নিম্লিবা মুপাহুদি লৈরমদে থুনগী মীশিংনা হাযরকই—"নিপা অসি কাছায়দগীনি-বড়সাহেবনা মতোন্দা লমচু পীহনা লৌ উরিবনি। বড়সাহেবনা পীবনিনা কনাস্ম তাওবা তমদবনি।"

মখোয় অহয়া হায়রম্মী—"মুপাচু হল্লকপা মতমদা হাযয়ু—হাজারীনা হায়রকই মহাক লমচু থুনমক থাদোকদবনি—লান শোক্লকম লানকম মওং ইকায় কায়দনা থমলদবনি। মসি ইন্দ্রবনি ফত্ত-মুংদা খোকপা মশাগী দায়িনি।"

হায়রম্লগা মখোয় অহম শগোল তোংহনা খেবচাংলোমদা তম্না থুরুপ মচা খোহনা য়ারী শানা শানা চয়াংপাং লম্বীয়োমদা লাকখি।

খিরেংনা হায়খি—"হৌজিক ঐখোয় মৈতৈ ইশানা লৈতাকচরে—মৈতৈ ইশাই ইনিংথৌ পারে—ইনীং তত্রে—য়েক্লবা ফিরিঙ্গী তাহোকপগী নীংতম লান অমুক শোক্লবা কায়ত্রে। ঐখোয় য়ুম য়ুমদা হল্লগা তঙ তানা লৈবনা কয়ে নত্রা ?"

নিমাইনা থুমকই—"হোয়, ইশাগী মৈতৈ নিংথৌনা পাল্লবকিন্না ইপু হাজারীনা হায়বা রাজনৈতিক নীংতমদি ফংবগত্রে অদুবু য়েক্লবা ফিরিঙ্গীদি চংখ্রি—মনাকোইদুং ফংলাদ্রু থাদোক্ত্রি—মসিনা কয়ম্বা নীংতমনো ?"

"মানি ইপু হাজারীনা হায়রবহুনি সনা কোংলুং কংলা মৈতৈ ইপাদা লৈত্রিকাও ফিরিঙ্গীশিংনা চীং তম সাসন্দা খুংঙ্ফিংজিল্লিকাও মপূং ফানা নীংতম্বা কৌবা য়াদ্রি—ফিরিঙ্গীশিংসিনা করি তৌরিগে য়েংলগা মখোইবু তাম্বোকপগী লান তৌকম থোকপ্রা ? লান তৌকম থোক্লগনা করম তৌগদগে হায়রবহু মমুংতানা তপ্পা থন্নবা তাই।"—ইরাবতনা খুম্লকই—

"মখোয়বু তাম্বোক্লবা ইপু হাজারীনা তৌরিবসিদগী হেনবা কররম্বা মওং অমা থন্নীংঙাই লৈরিবগে ?" নিমাইনা হংলকই।

'ইপু হাজারীনসু হায়রবহুনি ঐখোয়না খোংজোমদা উপ্রে তোপ নোংমৈগী মনাঙদা থাঙ তানা কৈসু তৌবা ওয়দে। খুংলাইদি নোংমা নোংমা হেন্না হেন্না ফগংলক্লি। অহুনা মী হাংনবা খুংলাই য়েক্লবনা পায়রিবা অহুদগী হেন্না ফবা পায়রবদি কয়ম্না য়েক্লবগা লান তৌগনি"—ইরাবতনা খুম্লকই।

"চুমই, খুংলাইসু ফবা তাই অহুবু খুংলাই অফবহু লৈরসু শীজিন্নবা হৈত্রেদি কৈসু কায়রোই—অহুনা খুংলাইসু খোমজিনবা অহুগা মহুসু মওং চুন্না শীজিন্নবা তমখিবা তাই। মহু তৌনবা নীংতম লাগীসু হেনগংহনবা তাই। মসি মতম চঙবা য়ানি। অহুনা ইরাবতনা হায়রিবা য়াকমসে মুন্না থন্নদবা য়াদবা অমনি—" বিরেন্না বা পাংলকই।

"ইপু হাজারীনা হায়রবগুম নীংতম লান লেপ্পা য়াদ্রি। সামাজিক অনদি শেংমগী ফিভম নীংতয়বা থবক পায়থত্তবা য়াদ্রি--মীচম প্রজা অমগা অচৌ-অশাং অমদি ব্রহ্মায়চিংবগা সমাজদা শাথীনা থেন্নবা লৈরিবসি মুংথংপা সমাজগী মহুংদা অমোংপা লৈরিবা মতমগা চানদবা চংনবী মুংথংপা মহুগী লালহৌ অমা দরকার লৈরি। হৌজিক ফাও মুদানাই চংনরি—অসিগুম্বা সমাজগী মহুংগী ফওবা অমোংপসি লৌখোকপগী লাজং থুনমক পায়থংপা তাই।"

অতোপ্পা অমনা ইপু হাজারীনা তাকপী রকপা শেংপা চাখা য়াত্তবা মুন্নৈ কৈরৈ মুত্তাইবা—মসিদা মীপাল তাংবা ইনীংঙ্গা মসিনা খাঙ্গনী নক

অটৈবা নীংথৌবনী মখাগি। মসিগী নীংতম্বনা সামাজিক রাজনৈতিক নীংতম্ব অমুবনি লৈরকখনি অদুনা নাকল অসিদা নীংতম্বা অকনবা লাঙ্গং অমত্তনা ঐখোইগী মহাক্তা তৌগদবা ইথৌনি খল্লি ঐদি" ইহায়রক্না হায়রখি।

"মানি ইপু হাজারীনা হায়খিবা য়েক্লবনা লৈবাক অসিদা মরৈবাক নীংবা মচা পোক্লনরা ঐখোইগী ঈ তোংদা নীংতম্বগী ঈ শেমগৎপা লৈবাক অসিদা ফংবা চিঞ্জাক পুম্বা মুথৎলগা মখোয়না শেন্দা মীনাই ওইবগী রাখল পোকহনবা চিঞ্জাক পুশিল্লকুনা পিজবা তম্মীরনি ঐখোয়না মতুংদা হৈনখিতুনা ইশাগী মকয় অসিদা ফংবা চিঞ্জাকী মহাও কাওরকনি—নীংতম্বৈ রাখল মুংশিনি—চিঞ্জাকীদমক মখোইগী য়াকা য়েংদুনা মতেং ঙাইদুনা লৈগনি। মখোইনা পুরক্লবদা ঐখোয় মৈতৈ পুম্বা চরা হেন্দুনা শিনি - মখোই মপান তাংজবদি ছিংবা ওয়োই খনগনি—মীপান তাঙ্গনি নীংতম্বা লৈরোই। ঐখোইগী ইমাগী চিঞ্জাকী মহাও কাওখিবগা লোয়ননা নীংতম্বগী রাখল কাও মাঙখিনি—অতুনা মায়কৈ অশোমদা অকনবা লাঙ্গং দরকার লৈ মসিগীদমক কয়বা লাল্লোং তৌগনি!" নিমাইনা হংলকই—

"চুম্মী, মতুংগীদমক লৈবাক অসিদা শেংনবা ফি শানবা লশিং মরাং কায়না থোকহনবা চান থক্লবা মনা মশীং হরাই চেংরাই মরাং কায়না থোকহনবা, চহি চুপ্পা মণিপুরগী লৌবুক পুম্বা মনা মশীংতনা ঈশং শংনা হৌহনবা—চীংদা লশিং হৈয়া রাত্তনা থাবা উ য়োকপা থবক কয়া অসি পায়খৎপা তাবনি। ইপু হাজারীনা হায়বহৈনি--মণিপুরদা জিরিদগী উম্রুল ফোঙ্গান্দগী মাও কাওবদা পৃথিগী অইং অশা গুনা ফংই—নোং চীং ইতা তাদথদৈ মরাং কায়না তাবা মকম গুনা লৈ অতুনা পৃথিদা ফংলিবা মরু মরাং পাম্বী পুম্বা মকম অসিদা লোইনা থাবা য়াই- মরাং কায়না থোকমি মসি পাঙথোক্লবা অকনবা থবক পায়খৎলবদি শেংপা চাবা মুমলৈ কৈরৈগীদমক মীশাল তাংদনা মনীংতম্মা লৈবা ঙমগনি। মসি পায়খৎনবা ঐখোয় তত্তনা উবরগা ইপু হাজারীনা তাকপা মায়গেদা চঙশিনসি মতুংগীদমক নীংতম লাম্মী কয়া থোকহনরনি"—ইহায়রক্না হায়রম্লাই।

"করে অহুদি মাবকৈ অহম্মকী লাজং চঙনবা ঐখোয় তম্ভনা উমহুনা তৌগদবা থবক অহান অকোন নাইনা পারখৎনবা থয়সি। ঐখোয় চয়োল অমীদং পোথরগা থবকসি পারখৎনবা অমুক উনসি অহুগা তান চারবদি ইপু হাজারীগী পাওভাকস্তু লৌসি।" হায়না য়ানরগা মখোয় অহম চম্রাং-পাত্তগী য়ারাবুং লম্পাক ফাওহুনা লাক্লগা পাম্বোইবী উমংদা খুজু খুংলাই পুম্বা লোৎশিল্লে। চয়োল অনিগী তুং নিংথৌকাবা হুমিত্তা হুংদাংরাই উনসি হায়নরগা বিদাই তৌনহুনা ইরাবত্না ইম্ফাল তম্না; নিমাই বিয়েন্না য়াইরি-বোক তম্না শগোল থৌনল্লে।

মতম অহু হুমিদাংরাই ওইরক্লে। হুমিংনা নোংচুপ চীংদোন্দা তাই-হাক্তং লেপ মমায় নোংপোক ওন্না য়েং ইমা মণিপুর তম্পাকপু চঙলক্লীবা অহিং লাইরেম্বীদা শিয়নদবগী থৌরাংলকপা মতম অসিদা লুহোংবগী কন্যা অমা দলাইদা হাপ্রহুনা মমায়বী ময়ায়া কোয়শিন্দুনা কেক্ক তম্না থিল্লকপা অহু য়ারিবোক কৈথেল য়োরে। মুপা ময়ুম মুপী ময়ুম মী কয়া পরেং পরেং চৎলি— অউনপোৎ পুবা পাখঙ অঙাং পরেং অমা, অথেমপোৎ যাত্রা পুবী মৌনহা অমনা মাংদা থা মুপী পরেং অমস্তু দলাইগী মাঙদা চৎলি।

অথাম্লদা থৌবাল মায়কৈয়োমদগী শগোল তোংবা মুপা অনি অমস্তু কৈথেল অদোমদা লাকখি— মখোয় অনি য়েংলি—"কনানো কন্যা অসি।"

বিয়েন্না থুদোম্বী থিল্লহুনা হায়রকই—

"কন্যা অসি তোম্বীনিনে নিমাই।"

মখোয়অনি শগোলহু পয়প পয়প থৌজিল্লকই।

মতম অহু দলাই কৈথেন্দা থারগা কৈন্যানা কৈথেল লাইরেম্বী থুম্বা লোইহুনা দলাইদা অমুক কাথৎতুনা থোংকাপ মঙা তম্না চৎপা হৌরক্লে।

নিমাইনা কৌরকই—"তোম্বী ঐ লাক্লে।" তোম্বী দলাই থক্তগী মুম্না য়েংলকই। ময়াম পুম্বস্তু শগোল তোংবা অনিহুদা য়েংনরকই। অথঙবা কাওবুনা মখোয় অনিবু উবদা—"হাইমা নিমাই বিয়েন্নীনে।" তাঙৈ—

# ২৮

ইম্ফাল—১৯০৭—

ছঁয়রাবত য়াইস্কুলদা মনেবেম্মগীদা লৈছনা লাইরিক মখা তমথরম্মী। থিন্দনা মনেবেম্মগী মচানুপা অহন মখাইদুঙোগা মণিপুর য়াংম্দা লাইরিক তম্না চৎলুই। এন্ট্রেন্স পরিক্ষা থার' তুংদা মখাইবুঙোগা লোয়ননা ইম্ফাল খোয়রকথি মতমচু য়াম্শঙ মম্নুংবি। থাবল চোংবা য়েংবা চৎলম্মী য়াম্শং মঙানি চনবা অয়োইবা নুমিংকী নুংদাংদা।

য়াইস্কুলগী য়াম্বা খাইমগী সঙ্গাই শুনাংদা লৈশা-পাখঙ খুংকা খুংকা পায়নচুনা থাবল চোংলগী মমায়দা ঈশৈ হনবনা ঈশৈ হল্লি—মখায়া থুম্মী—

"হোরী হোরী বোলা"

"হে হোরী"

তসিনা লাইরেন লোংজাদা

পহোংগী শুমাং মখোবোম

বৃন্দাদেবী য়াবদা চন

শাবী শানৌ পূরনা

লীকলেংবশুম লেংছুনা

লৈয়েংবশুম লেংছুনা

হরিগী কোলোই শোনবসে

খরাইদু তাওনা শোনশিকো।

তা-হে চোংশিল্লো

শাবীগী খুত্তা শানৌনা পায়

শানৌগী খুত্তা শাবীনা পায়

মমা মমা চোংশিল্লো

ভা-হে চোংসিদো।

মণিপুর সনা লৈবাক্তা

ময়ম লমলেন থাংমৈবন্দা

লৈরাং কেতকীনা শাৎপগুম

মদোম পাংশোই শাৎলিবী

কনানো—হো কনানো ?

অতম্না ঈশৈ খুম্না খুম্না ভান চানা তপা, অমুক থুনা অমুক তনা, অমুক খোং-থাং হায়া চোংলম্মী। কনাগুম্না পাখঙ লৈশাবীনা য়াম্নী মতেক মতেক শাহুনা ঈশৈ খুম্বা লংলকপা মতমদা সজাই মাঙোন চোয়া কম্নিবা অহল লমন ভাবকনা লাওয়কই— "ফজ কজনা চোংউ—ঈশৈ খুম্মু।" মচু ভাবদা মমিং মনা তশিং তশিং য়ায়ী শারম্বা পাখঙ লৈশা পূম্বা পূম্না 'হোয়ী হোয়ী বোলা হায়রকপদা। "হে হোয়ী" হায়হুনা হেক খুম্মী।

সজাই মাঙোন্দা য়াখ্রা য়াইমা, মাগী লৈমশিং মচা সনা ইবেম্মশিং কম্নি সজাই গুমাংগী নোংচুপ থংবা নাকন্দা থাবলচোংবা য়াওরিবা লৈশাবী মৌনহাশিংগী মনা মবোক মনে মনম্মা পূম্বা পূম্না কমহুনা থাবল চোংবহু য়েংলি। খা অয়াং নোংপোক্ত থবল চোংবা য়াওনীংবা পাখং কয়া লৈশাবী কয়া অমদি ভাবক কয়া পরেং পরেং লেপই। সজাই গুমাংদা চোংবনিনা লমহেনবা অঙাওবা ঙাওশিন্নবা অমত্তা লমহেনবা ওয়দে—ঈংনা ফজনা চোংই য়েংবদা পুক্নীং হনা কৌজে।

ঈশৈ হুনবনা য়ায়বা কান্দা ঙাইহাক ঙাইহাক খুলোকী পুংলোন্দা বাসিগী ঈশৈগী ভান্দা অমুক চোংই। থাবল ঈংনা ফজনা চোংই—লাইরেন মথেক্কী মওংদা চোংই লাইরেল মথেক পুহুনা চোংবা মতমদা ওৎহৈদে হায়হুনা লৈশা পাখং খুদাং খুদাং চেৎনা চেৎনা পায়নৈ নাঙ্গোয়নবা। লাইরেল মথেক পুরিবীদো কনানো ? মূনরং ভৌনা য়াশি লৈবী চীংলেয়া কজবীনি। ইয়াবোঙনা মাবু য়েংলুবা মিংকম হোংবা য়াদে। মানম্ম ইয়াবোঙপু চিংনা চিংনা হয়ান হয়ান য়েংখি। কয়িগুম্বা কান্দা মিংয়া মরি

মিং চানকাই। মাগী মোয় খুত্থু পায়থনা লাইরেল মথেক পুমিবৈ ভাবক্লা কজৈ কজৈ থাগৎনৈ পূম্না চোংমিবৈ।

লাইরেল মথেক লোইত্থনা কোয়না চোংবা মতমদা ভাইহাক য়াম্না পোথাকয়বস্থ য়াশিনৈবী অমুক হন্না য়াওরবদা ইয়াবোংকী খুত্তা পায়রে—মনাক্তা লৈত্থনা পূম্না চোংমিরে। উসমক্তা ইয়াবোংকী পুক্লীং ঈরাং হৌরবনি খুৎকা খুৎকা পায়নত্থনা থাবল চোংলকপদদি আশাগী অয়াংবা খোঙথাং কন-য়াম্না হেন্না থাংজিনরে।

ভুমিং অত্থ য়াওশং মতানি চনবা মিকোন থাগোনবা ভুমিংনি। ওসিনা চহিহমগী থাবল চোংবগী অয়োইবা ভুমিংনি. ভুরেংদগীদি থাবল চোংমিন্নবা কংলয়োই শকা শক্তা উনবা য়া অমনি ভাংনবা ভামগ্রনি—ময়মদি মীকোন থাগোন্নবা মতুংদা থাবল অমুক চোংবা য়াদরে। চৎনবী অসি মতম অত্থদা য়াম্না চেকশিন্না ভারুরম্মী।

মিকোন থাগোনবা মতমদা থবাল চোংবদা য়াওরিবা পূম্বা চিথবা য়াজে মপান খোকপস্থ য়াদে- অত্থনা ইকোই কোয়না কম্মী—ইয়াবোংকা য়াশি নৈবীত্থগা থংননা কম্মী। ঈশৈ হনবনা মিকোন থাগোনবগী ঈশৈ হল্লি ময়াম্না খুম্মী -অহল ওইবা ভাবক্লা মমিং ইয়াচেন্না ভুংশিনা ভায়—

"হে থয়ায় মতামক
মিগা থান্না ভরুকমক
থয়াই নওবু কায়সে
মিরেল হামচৎনফয়োই।

অতস্থ হায়না ওকনা
লমলেন চৌঙ্গংহৎ লমকমদে
য়াকরৈ হিদা হাওনা
নৌয়েল খুত্তা শায়রগা
খুমু নৌথং তোয়ত্থনা

ছিরি ভোংদম কারবু
থরাই তম্না কারক্লে।

চীমুংছং তুংওইনরন্মী
তম্ মাতওইনরক্লে।
রাংবয়েন থানা চাওবগী
তাংলৌ মথুয়া খাদবু
চাংজৌ চেংনা থুরুমজৈ।

চুঙৌ তাংকক কংলন্মী
লৈরোং লাইদা কংলন্মী
সনা কোনম্বাই হন্নন্মী
লুপা তাঙ্গ থারন্মী
নাচুক খোংকৈ খিল্লন্মী
য়েম্না হুই চন্নম্মী
খোংমৈ খোংদোন খিংতন্মী
থরাই তম্না কারক্লে—

*　　*　　*

হে থরাই মঙামক
মিগা থানা তম্নকক
ছিরি ভোংদম লাক্লবু
থরাই অম্নুম লাকপনা
পম্বৌগী নিজেন তাকলা
রাকয়ৈ ছিবু থাংজিন্নে—
থুঙগী নৌরেন তানা
রাকয়ৈ ছিদা থল্লা

থবাই' খুজেং হাংজিলাক
য়াদি ভম্না পুরক্লে।
লীক্লাং মরী ভংকরোই।
মিরেল হামচংনকয়োই;
হে থবাই মঙামক
মিগা থানা তরুকমক
পম্বোগী খোজাস লানশিক্লে

শুরুনা চিংনা ষেংলখা
অশুমবু হাবনকই—
হে থবাষ মঙামক
মিগা থানা তরুকমক
পম্বোগী শুমাং মথোবুং
বুনা রাণী মথোঙদা
থবাষ নঙবু কোনপেকো।

থবাষ ঐনা য়ানিংদে
মিরেল ঐনা খোয়দাদে—
বুনা রাণী মথোঙদি
বুনা রাণী লৈবনা।
ঙমদাইজবা ঙমজরোই।
লমলেন ইচুম তাকমদা—
থবাষ নঙবু কোম্নগে
য়ানিংবয়া হায়বুনে?

থবাষ ঐনা য়ানিংদে
মিরেল ঐনা খোষদাদে—
লমলেন ইচুম তাকমদি

ভাইবঙ খোঙনেৎকম্নি
থরায় ঐনা কিজৈনে।
মাঙ্গোল ময়ায়দা কোল্লগে
থরায় নঙবু য়াবরা ?
থরায় ঐনা য়ানিংদে
মিরেল ঐনা খোয়দাদে—
লমলেন মাঙ্গোল ময়ায়দি
য়াঙ্গেন শুমজিৎ ভুজোম্বী
লমকেৎ লমহাইবী মহাক্লা
ক্ষেৎ ক্ষেৎ হাইরিবা মক্ষমনি
ভুকচৈনে য়েংনিংদে
থরায় ঐনা য়ানিংদে
মিরেল ঐনা খোয়দাদে।
খোঙজিন মপান্দা কোল্লগে
থরায় করম তৌবগে ?
খোঙজিন মপানগী লমদমদি
খোঙারেলগী লৈফমনি
মাই কিজৈ লৈনীংদে।
নিঙোন কাদা কোনগেদো
'ছুম্ন মাই য়ানীংদে
নিঙোন কাগী লমদমদি
য়াংদো চন্নরা খিবিকী
য়াকাফমদি মক্ষমনি
ইশৌ ইনিন তানিংদে।

ফমেন্দদি কোল্লগে
অহল লনন তিনক্ষমনি

মশোং চাওবা মফমনি
মিরেল ঐনা লৈনীংদে
থরায় ঐনা খোয়দাদে।

ইমা লৈমরেল মশ'ইকোন
লৈরোদনা অহুদে
অহুনা হেন্না কিজৈনে
ইনা লৈমরেল মহাক্তি
মাওশোক কাজাও য়'বিনি
ইতিক মন্তে ভমদাইবা।

লাইনীংথৌ সনামহীগী
মশ'ইকোন্দা কোল্লগে
থরায় করি হায়বগে?
শম্মোং নিংথৌ অপানবা
লুপা ভানে'ম খুদাবা
লাইনীংথৌ মাগা ঐহ'ক।
করম্না ভমদাইজগবা
মাই কিজৈ ভমজরোই।

মতুং তাবা শুরুনা
থরায় নডনা মম্বানীংদ্রবা
তাইবঙ থম্মোই লকান্নুং
ফিয়াং নাতৈ মাপন শুবা
খোয়দৌগী খা থংবদা
খুদোল মরি চৎলগা
পুথ্রী জাগোর অনিবু লৈবনি
অমনা সনাগী খম্বাল শাৎলিদো।

অমনা লূপাগী থম্বাল শাংলিদো।
লাইক্ত অনিসিগী ময়াদা
থরায় নঙবু কোল্লগে
মিরেলনা করি হায়বগে ?
থবায় ঐনা যানিংলে
মিরেল ঐনা খোয়দাবে
থরায়না হামফোইনফরোই
লিক্লাং মরী তম্বনা
শিঙেল মরাক চান্দনা
চারোল শুরোল তানবা
থরায় নঙবু কোল্লবনি
কু কু কু—হো কোল্লবনে।
অতুগী মতুং তাবদা
ইমা লৈমরেল শিদবী
সনাগী শোজৈ য়েংনা পায়
লূপাগী শোজৈ ওইনা পায়
শোরোল মপান থোক্লা লোন
কোল্লেদো—
হে থবায় নঙামক
মিগা থানা তরুকমক
থরায় হামফোইনফরোই
মিরেল হামচংনফরোই।

মিকোন থাগোনবা লোইরে। য়ুম য়ুমদা হল্লরে। রা ইঙাং ভাওদনা মিংকী ইঙ্গিংতনা ইরাবোত অমদি রাশি লৈবী থম্মোই থ.ম্মাই শিল্লখ্রে। □

* * * *

২৮ (১) মহেন্দ্রপ্রিয়বোক্ত — মচা হল্লক্লে শিংত্রে হায়বগী মুন্তাইবগা তোম্বীগী রাখোকই অৱাবগা চাওতোন লৈরিক অনিদি হায়ফম থঙদে-রাগত্রা মুন্তাইগত্রা ? চাওভল মহৈং মনাওদি নৈ হোরে মীমাঙফমলে। চাওতোন্দা হায়খি—"নচাদো চঙহনবা য়ারোই।" লৈকাই অহল লম্মা — "হৌনদবা লমচংনি হৌনদবা শাজংনি মখোয় অনি চঙহল্লবদি মাংলবনি লৈকাই ঐখোয়গা তিন্নরোই"

কেক্রুগী মুপা ময়ুম পাও তাবদা মৈহৌনা শাও—খুৎ লিংতুনা লাক চাওভলদা কৈফিয়ৎ তাদ্রে ব্রহ্মসভাদা রাকতুনা নিংথৌগী য়াথং লাও থোকখি। "নিমাই তোম্বী হাওজোংবন য়োগদবনি — মাংলে কনামত্তা তিন্নবা য়ারোই মখোইগা লৈমিন্নরম্বা চংজফম পিরম্বা মখোয়স্ত লোইনা মাংনি — লৈকাই কনা তিন্নবা য়ারোই।"

নিংথৌগী অকনবা য়াথং কিবনা নিমাই তোম্বী চঙজফম লৈত্রে মুমিং থর লোন্না লৈরিক্না চান থক্ক শেন্তুম পীতুনা খাঙলম্লগা মরক তিনবা য়াত্রবা নিমাই তোম্বী নোংমা অহিং মাঙাখ্রে — মণিপুর রাংমা য়োংত্রে হায়না লৈরিক চাওতোন লাইবক খুদেম শুনা খাঙখি।

মুমিং অত্তগী মুংদাং বিরেন ময়ুম চঙলুবদা মমা কম্না নাহুনা লৈরম্বা পেংনকুই। সনাজাওবা উবদা বিরেন খোইদৌ থীংনা শাওনীংখি মচা লাক্লে তাবদা থম্বাল অনাবদি খংহুন হন্দোক্লে। হরাওজরে। অদুবু বিরেনদি রা-লান ঙাংদে — মথং অয়ুক্তা থাবিক লূহোংখ্রে তাবদা বিরেন হায়ফম পঙদনা খোয়রাং খোয়শাওখি। মুমিং থর লৈরগা মমাগী অনাবা ফরবদা নোংমা অহিং অথেংবদা হৌগত্তুনা শগোল তোংতুনা চংখি — মুমিং অদুদগী থম্বালনা মচাবু অমুক উবা ফংখিদ্রে। □

* * *

২৮ (২) কামু থুম্লাকপগী পাও—

মুমিং অতুগী য়াইরিবোক কৈথেনগী থৌদোক অতু লৈবাক য়াথোক ওইবা থৌদোক অমা ওইগে। ধর্ম্ম অমদি চংনবা য়েক সলাই গোত্র লৌমবা য়াবা য়াদবগী অকনবা নিয়ম্মা মৈতৈ সমাজদা মতম ফনা মপাঙ্গল কনবা মতম ওইবনা চাওত্তোন লৈরিক মুংশিজরবা মচা নিমাইগী হাকন চণ্ডদা থৌনা যবা ওনখিগ্রে। তোম্বীগী মপা চাওভন্ন মীমাও ফম্নে খনবদা অশাওবগী নৈনা মশা পুম্বা চাকথেকখ্রে। সনা কোম্মুং ব্রহ্মসভাগী অকনবা হুকুম্মা নিমাই তোম্বীবু চংজফম পীরম্বা ইমুং ফাওবা হাওজোংবন য়োবগী ফিভম য়োরক্লবদা বিরেন মমা থম্বালনা মচা মুপাদা হায়খি—

"ইমাগী বিরেন নওন থওলিবহুনি নিংথৌগী মন ফক্লাংদা থেংননি মখোয় অনিবু ঐখোয়না ফন লৈহন্নহুনস্নু ঐখোয়গীসিদা কুইনা পম্বা অঙ্গোই অতোপ্পা মফম অমা য়েং নবা তৌ হায়য়।"

মখোয় অনিগী মরক্তা লৈরিবা মরী অদুবু মুম্না থওদিনবা মণিপুরী সমাজদা মতম অদুদা মী অমা ফাওবা লৈবমদে মরম অদুন মতম কুইনদগী থাজনরক্লবা মুপা মুপীগী মরী অদু নক্তুনা অতৈ ওইফন থোক্কে হায়বসি মখোয় অনিগী য়া মুম্না থওলবা বিরেন ফাওব পাক্তব ওয়মদে। অদুনা মমাবা হায়রকপা য়াহু লৌদবা ওমলমদে।

বিরেন্না হায়খি—"নিমাই নওনা হন্নক তৌম্বিদসে য়াম্না চুমদবনি।"

নিমাইনা খুমখি—মতু তৌদবা য়াদবনিদো বিরেন।

"অতবু য়াইরিবোক কৈথেল ময়াইদা মী তিনথংলকপা মতমদা মুপা ময়ুমদা থিল্লকপী কনা। অমবু নওনা দলাইদগী কোথরগা শগোল থক্তা থাঙ্গংতুনা চেল্লকপসি য়াম্না লানবদা লৈবাক য়াথোক ওইবা থবক্নি।"

"মতু তৌদবা য়াদবনি"

'নওনা থওলিবহুনি ঐদি মাবু উদনা লৈবা চমাদ মতু তৌহৌজ্রবদি মাবু অমুক হন্না উবা ফংলরোই—"

চান থক্ক থাক্তে লৌ উচ্চরগা ফৌ মতীক চানা থোক্লি ইংখোলদা চানবা ইনসাং মতীক চানা পারি অহুনা চান থক্ক লৈনবদা কনাগীম্ব মতেং লৌদে।"

"অত্ত এইরম্ব ফিরিঙ্গী সাহেবনা খোংজান লান্দা মৈতৈবু মায়পিবা পীহুনা কংলা লৌশিনথি রায়েন থৌদা নথেম্বনা ভৌরি হায়।"

"আদে ইংখোয়গী লৈবাক মণিপুর অসিবু ঐংখোয়গী ইশা গী ইনাংথৌ চরাচান্দ শিম্বাবে রায়েন থৌদা মানা তৌরে হায়বদাই। ইনি থৌ চুরাচান্দ মহারাজ নবসিংহ মাংগনি ইংখাইদি নবসিং এইগে এইনু কর্ত্তা ওইগে এইনু ইশাই ইনিংথৌন রায়েন থৌদাজবা ইশাগী লৈবাক রাজেশ্বরবা অসিদ নি তম্বা ওই দ্রুবা।"

"নহুন হায়রিছু তুশন্দি নাঙ্গু—আদে, ইপু হাজারী নহুনা হখিবা ওাই—অদুনা নহুনাহুনা তুং সাহেবনচিনা ফিরিঙ্গী সাহেব অহুম মবীদি লৈরি মাগ্লে

"হে থেংখোয় অহুং মরিত্তুদি ঐংখোয়গী খর লোইনা চংলগা কোক হেক হাব্রেক্লগা লৈইরেদনা।"

অহুম্বা রারী শন শংনথেম অনি শাগোল তোংলহুন থৌবাল হুরেল চইদম তুং ইম্না উমং রাম ফাওহুন চংলবা থোড লম্বী অহুদা কাম্বু তম্বা চংখিরম্মী

কাম্বু থুন হৈথদবা লম কিশি অহুমলোন রাংলিংইদেদা লৈবা শুক্রবা উমং অহু লাওরকপা মতমদা লৈশংগা চান্নদবা মঙং খর নিমাইনা উখি। হ্নারেক লানশুভদগী কাম্বু লানশুভ লাকা মতমদা মফম অহু শুক্রবা শাহি-চাবা ভিন নকুন অতৈ অমও লোইদবা মফম্ম ওসিদি মফম অসিদা মী কযামরুম লোম্বা থুংনবা মনীন নাইদনা হকং হন্দা চংপা কনানা চাক ইশিং থোংবা ইশিং হোনবা য়াও মুপী অভাং কয়াম্ব য়াওরি, অভাং কপ্পগী খোঙ্গেনম্ব মরক মরক্তা ভাই। উমং অসিগী মায়কৈ মরিদা পুংলাই পায়বা মীশেন খাঙবা কাংবুম্ব লৈবা মাগ্নি।

উমং অতুদা লম চামরোম চণ্ডশিল্লক্রবা মতমদা মাযকৈ মরিদগী তা-চুঙ পায়রবা পাখঙ তরারোম্না মখোয় অনিবু ক্রোম্বশিন্দুনা থংলি - তোম্বী কিবনা নীকই মখোইগী মরক্তগী অমনা য়াক্লপ তৌবা খোঞ্জেম্না হংলকই।

"নখোয় কনা কনানো ? কদাইদা চৎলিবনো ?"

"ঐখোয় য়াইরিপোক্তগীনি—কামু খুন্দা চৎলিবনি।"

"কামু খুন্দা কৈদৌবা চৎলিবনো।"

"ইপু চাওবা খুল্লকপা উনবা চৎপনি।"

"নখোয় অনি হৌজিক কামু খুন্দা চৎপা য়ারোই--হান্না লাকপা লম্বীদা মুপা নঙ হনখ্রো মুপী অতুনা ঐখোয়দা পীথোক্লম্মো।"

রাতু তাবদা তোম্বী কোকচাওবী ফুং কাই- নিমাই শগোলদগী খুৎলাই শংলগা নচীন থীনা ডাউলকপা মুপা অতুগী লাল্লুম চোমাই লৌশিরা খল্লকই। মমায় ডাউলকই -মখুৎমশা প্রেক প্রেক থেক্লকই। মিকুপ খর-দংগী মমুংদা খুদোংথিবা খর থোক্লকপা য়াবগী তাঞ্জা অসিমক্তা অথাম্বদগী খুল্লাকপনা লাওরকখি --

"ডাইখো পাখঙসা—কনানো মখোয়নো " হায়না হায়না মখোই মনাক তম্না চণ্ডশিল্লকখি - মখোয় অনিবু উরবদা খুল্লাকপনা কৌরকখি।

"ইবুঙো নিমাই নঙদি কদাইদা. কনানো মুপী মচাসিনা ?"

নিমাই তোম্বী শগোলদগী কুমথতুনা খুল্লাকপদা খুরুম্মী -"ইপু ঐখোই অনি ইপুখোয় খুন্দা লাকপনি।"

"নহাশা নখোয় হন্দোকখ্রো নখো নখো তৌজররো "মুংশিগ্রবা ইগুনি। নিমাই তোম্বানা হংখি "কামু খুন করি তৌরবগে ইপু খুল্লাকপখোই উমং অসিদা করম্না ?"

"মতুগী রা রায়া লৈ কোম্না রারী শাসি চৎসি চাক ঈশিং চাখোক-লুখিসি চৎসি। লমশাং চৎলকপদা রায়মনি।"

খুল্লাকপনা চিংতুনা মখোয় উমং অতুগী নোংপোকলোমদা খর লাম্বা চণ্ডশিল্লগা লৈবা মতম খর লেপ্পনবা শেম্বা টনানা কুপ্পা থাংপোক অমা যৌরে।

খুল্লাকপা চাওবনা—"ইবেম্মাথোই নবুং নিম্নাইখোই লাকইহে—চানথরুবা থর পুরকউ।"

খুল্লাকপগী মচানুপী অতোম্বী থোই তোম্বীগী লেঙ্গানি—ইনথংলকপগী ফজবা শক্তমনি। তপ্না মোং হাদনা পান আলু অরৌবা থর, চুগজাক অফুৎপা থর ঈশিং চফু অমগা পুথোরক্তুনা থম্মী। অরা মুঙাই পাও হংনরগা নিম'ই খুল্লাকপা রারী শারী তোম্বী থোই উমংগী অতোপ্পা মফমদা ফমতুনা পান আলু অরৌবা অফুৎপা য়েন্নতুনা চামিম্নে রারী রাতায় শারি। উমংগী ফজবতু য়েংলম্মী।

খুল্লাকপনা হায়রকই—"নুপামচা। নঙগ বিরেনগা চংখ্রবা মতুং মুমিং হুম্নীগী তুংদা সরকারগী সিফাইনা নপু হাজারীগী লানশংদা লান্দাখি—পু, তরা .হন্না কাওরব তুংদা সরকারগী সিফাই অয়াম্বা শিরবদা লেমহৌবা থর ক'য়তুনা চেনখি নপু হাজারীগী লাম্ম'না লাইকোং ফাওবা তান্নখি। মাগী নীংতম লাম্মীস্থ থর শিখি। অশিবা সরকারগী লাম্মী ২৭ থক থেংনৈ অহগী মতুংদা মৈতৈ মচা লাম্ম ২২ য়াওরম্মী মথোয়তু উরগা নপু হাজারী ও খোংনা কপখি মান হ য়খি—"ঐনা শোক্তরিবা নীংতম লান ইশা মৈতৈ মশেল হাংননব শোক্তবা নত্তে য়েক্তবা মলেছবু তান্থে'ক্তবা শোক্তবনি। মণিপুর নীংতমবা শোক্তবনি।"

শিপ্রবা লাম্মীশিংগী মফমদা মতীক চাবা ইকাইখুম্নবা উংলগা মশাগী লানশঙদা মাগী শিথুবা নীংতম লাম্মী তরেৎথক অতু পোংলোইতুনা শিবগী মঙম তৌরম্মী। তুংদা শিবরা য়েক্তবশিং মুন্না য়েংলুবদা অশিবশিংগী লক্তা অথেবা তোম্বাও মনাই, পোইলা মনাই, মৈনো মনাই, য়াওরম্মী। মখোই অতু সরকারগী মীচঙদা লৈবা তোম্বাও পোইলা মৈনোনা শেমগংখিবা নীংতম লাম্মী শাবা কাংবু অতুনি খঙখি।

তোম্বাও মীগী মথক্তা লমন খুম্বগীদি মুঙাইবা পোকই অতুবু মৈতৈইশা মশেন হাংনবা তাবা থৌদোক অসিদা নপু হাজারী মথরাই শোকখি। মাগী নীংতম লাম্মী লুচিংবশিংগী অথুব মীকম অমা ফমখি মতুদা ঐবুস্থ কৌরক্তুনা য়াওরুই। নপু হাজারীনা ঐঙোন্দা হায়খি—"ইতাও ঐখোয়গী লানশঙ

নৈফম সরকারনা খঙংগ্রু খিন্দনা সরকারগী অ'চোবা লান্মী তেংক্লাল থুংলবনি ঐখোয়দি লানশঙসি খাদোহুনা চংগ্রুগে। অচুগা ইতাওগী পুন্সি সরকারগী সিফাইগী মীওং মীনৈ শোয়দনা নংলনি। থর চেকশিনবীয়ু।

ঐনা খুমখি—ইতাও স্রাং রুম্মু ইনিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজ ঐখোইগী নিংথৌনি—ঐখোয় মাগী প্রজানি—মৈতৈ ইনিংথৌনা ৈ.তৈ মণিপুরী প্রজাবু ওং-নৈফম থোক্কে।

"অচুম অচুম ওইনমক সিফাইদি সিফাইনি থর অচুম চেকশিনবীয়ু।"

নীংতম লান্মী লুচিংবশিং মীফম অচুদা নপু হাজারীনা হায়খি—

"হন্দক্কী লানফমসিদা শিরিবা লান্মীশিং অয়াম্বনা মৈতৈ মণিপুরী ইশা ওইরবসু য়েক্লবনি—য়েক্লবা হাংপা দোষ লৈতে। ঐখোয়গী নীংতম লান য়েক্লবা ঃলেছ তাম্মোক্কুন' ইরৈবাক মণিপুর নীংতমহনবনি অচুবু অসিগুম্বা নীংতম লান অসিদা অশুক য়াম্বা ৈ.তৈ মণিপুরী মচাশিংন' শিবসি উরগা পুক্নীংদা মুংনাংবা পোকই। ঐখোয়গী নীংতম লান অসিন' ঐখোয় ইশেল অমগা অমগা হাংননবা তারক্লবদি অরাবগী মশক্কী।

মণীং য়ামজত্রবসু মৈতৈ মণিপুরী ঐখোয়গী লক্কুগী য়েক্লবা ওইরবসু মৈতৈ মনিপুরী অথৌবা নহা অমা শিখিবা. হাংখিবা হায়বসে মণিপুর লৈবাক্কী মৈতৈ মণিপুরী পুম্বগী ওইনদি অমাওবনি মহাম তাবনি, মৈতৈ মণিপুরী মমা অমগী মিক্তুগী পি শিন্থনবগী মরমনি। নীংতম লান্মী পাংথৌ পুম্বা তাবিয়ু মসি থোক্তুনবা করি উপাই তৌসিগে?"

"পাংথৌ লাঙ্গীংপুরেন অথৌবা! ঐখোয়দি অঙ্গা ইবুঙো নঙগী লমজিং মখাদা নীংতম লান তৌরিবনি নঙনা শুম ফৈ শুম তৌসি হায়বহুনা ঐখোয়গীদি অরেপ্পনি" মংখোয় পুম্বনা খুম্নকই।

মতম অসিদা নীংতম লান্মী মরক্তগী অমথক্কা চঙশিল্লকুনা খুরুম্নগা হংলকই—

"অঙ্গা লাঙ্গীংপুরেন অথৌবা ননাই ঐ রা অমত্তা হংজবা য়াগত্রা?"

"করিনো হায়য়ু তোম্মৈ?"

তে'ংমৈ য়াম্না থৌনা ফবা নীংতম লাম্মীনি। হাজারীগী নীংতম লাম্মী এইনা তুং ইল্লকপা চহি তরেং শুরক্লে। ঙসিগী লাম্দা শিংখ্রবা য়েক্লবা সরকারগী সিফাই অমগী মংক্তা ফংদুনা মতম খর কপ্পুরবা ভুংদা মবুক্লইংদা মুংনাংবগা লোয়ননা হল্লকপনি। শিরিবা সিফাই অদু মাগী ময়ম্বনি শ্রীযুক্ত চুরাচান্দ মহারাজগীদি সেবকনি। মানা হংখি—

'অম্ভা মণিপুরনা মনীংতম্বা হায়রসি মণিপুর ইশানা মণিপুর ইশাবু রাযেন পৌদাক্তবা নত্তবরা?"

"মানি রাযেন পৌনাক্তবনি মীগী মিথুং য়াওদনা।"

"নুমংস চহি অসিদগী মণিপুর লৈবাক অসি ইনিংথৌ চুরাচান্দ মহারাজদা সাহেবশিনা শিল্লরে হায়না লাওংথোকপ্রে। মণিপুর লৈবাক্তা মৈতৈশিংথোনা পামলে—মানা রাযেন থৌদাক্তরে মসিবু ইনীং তন্নবা নত্তবরা?"

"হোয মত্থু চুমদবা নত্তে অদুবু সাহেবশিংদি চংখিদ্রি—কংলা কোন্নুং ইনিংথৌদা শিন্নদ্রি লৈবাক লাম্মী সিফাই য়েক্নবা সাহেবকী মথুক্তা লৈরি"—

"অদুনকপু অজ্ঞা। চিন্দনা মথং মথং শিন্নরবপম্মু য়ারি। মথু ঐখোয় য়েংফম থোক্তবরা? নীংতম লান অসি মতম খর লেপফম থোক্তবরা?"

'হোয় নওগী রাজু শন্নবা হাবা য়ানি। ঐখোয় পুম্বা পুন্না অমুক্তং খম্নসি। হৌজিক অহানবা ঐখোয়না তৌগবা থবক্তি—ঐখোই মফম অসি থুনমক থাদোক্না অতোপ্পা মফম অদা চংপা তাই। সরকারগী সিফাই অমুক লাক্রিদ্রবদা চংদোকহৌরা তাই পুন্নক হুনা চংনবা শেম শাবো।"

অসি হায়রগা মখোই মাগী মাগী থুজু থুংলাই পুত্না লানশঙ থাদোকুনা চংখি। নপু হাজারীনা ঐঙোন্দা হায়বম্বদি মহাক কাথা নত্রগা য়াওলোক নত্রগা করোতম্পাক হৌখিনি হায়বম্মী।

নপু হাজারীখোয়না চংখিবা মুমিং অংগী মুংদাংদা সরকারগী সিফাই তেঙ্গান অনি চংশিল্লকুনা নপু হাজারীগী লানশঙদা লাম্তাখি—নোংমৈ মশীং কক্লনা কাপখি। লানশঙ মৈ থাখি। নপু হাজারীগী লানশঙদা মী অমা

ফাওবা ফংদ্রবদা মনাক নকপা অকোয়বদা লৈবা খুনশিংদা অমসুং নৈবা হৌরকখি —ঐখোই কাম্ খুন হাইজিল্লক্লক্রিবৈ মমাংদা খুঙ্গা অযাম্বা উমং-লেম্মদা চেন্নখ্রবনি ঐখোই কাম্ খুন তুম্না মৈ থাদোকখ্রে — খুঙ্গা খর লৈহৌবন্থ ফাহুনা পুখ্রে—মখোইগী অশিবা সিফাইশিংদুস্থ হোনখ্রে।

সরকারগী সিফাইদি লৈত্রে শত্রু খুন্দা হপ্লিনবদি উমজ্রি কিনবা খুঙ্গাশিং উমংদা হৌজিক ফবিরশিনি ঙরাং মুংদাং নপু হাজারীগী তুইনবা তবেং খুনগী নীংতম লাম্মী অম উমংসি ফাওহুন মথুন তাম্না চংপি-মানা হাযরম্মী নীংতম লানগী লানওং হোংলে মতৈ ইনিংথৌগী মথক্তুদি লান তৌববোই — নীংতম লাম্মী পুম্বা মাগী মাগী মথুন মযুম মযুমদা প্রজা মবক্তা লৈত্রনা দরকার লৈরিবা অতোপ্পা মখলগী নীংতম লান মথ চত্থখি মরক মবক্তা নপু হাজারী লাক্লুনা লানওং শিল্লনি হায়রম্মা অতৌগা নপুদি করো তম্পাক পাংখ্রে হায় নপু হাজারী উনবা ফংলরোই মখোই নযুমদা হনখ্রে।"

"ইপু খুল্লাকপা ঐখোইনিদি যুমদা হনবা য়াদ্রে— মতম খর ইপুগী খুনসিদা লৈজখিগে।"

"হৈ— লৈগে।"

* * *

২৮ (৩) চহি কয়ামুক্কী তুং ইন্থালদা —

অহানবা উনববদা লৈপুন এক্টবরদা বা কয়ামুক ভাওনকপা হাযনকবগী, নাপদা ভংলুবগী থোইনা দরকার লৈরমদে। লৈমসিঙ্গ কোম্পনি—লাইরিক লাইগু লৈবা মগুন লৈবা মচা মথাম্ব মপাম্বনি। য়াম্সিলৈবীগী ইঙ্গিত মতুং ইন্না মপাবুং মখ্যাখোয়দা হজংলনবা য়াগং থৌহল্লকখি। মনোরেম্মনা হজংলুই

নিংথেম সনা খুয়াখাদা—হুরাও হুরাও যাদিরকই। নিংথেম সনা য়াথং চাওনা লুহোং খোংদেং তৌদুনা ইরাবোৎ মমাক ইদুংঙো ওইরে— নিংথেমগী য়াথংনা লৈবাক রায়েন থেদা যাওরে মেন্নর ওইরে অকমুঙাই কেংলুপ্তা লৈরে। মতম খরদি মুঙাইবা সংসার অমদা লৈবাক্কী মপা মপা ওইবগী চাংথোকচবা অমগা লোয়ননা লৈগি।

চহি ২০ মুক্কী তুংদা লোংমা ইখত খংহৌদনা মুপা অমা লাকখি— কনানসু মশক খঙদবা মেন্নরগী মনাই মশল কয়াদা হায়জদুনা ইরাবোৎকা উনখি। মুপা অদুনা নীংশিংলখি অতুইগু খো জোম তির্থদা রাশরুখিবা।

মুমিৎ অদুগী মতুং ইকুই কুইদনা ইরাবোৎ সরকারগী ফম থাদোকখি। অচম্ব চবা ন'মত্ত চাবনা লৌমী শিম্নগী ফিভমদগীনা অকমুঙাই কোল্লুপ খ্বাইদগী থোইবনা নিংথেমগী কোল্লুপ ফাওবদা চংনরিবা চোলোন অরাবা মুঙাইনা, খংনবা চান্নবা, চিংবোন, কমল্লকপা, পুম্বা লোইনা উর খঙলবা ইরাবোৎ মচম প্রজাদা অঙম্বা অচৌ অশাংবা ওংনৈবা ধর্মগী মিংদা ব্রহ্মনশিংনা ব্রহ্মসভাগী মংংলা শোংবা হায়বা সনাক নিটি শিক্তিনদুনা মচম প্রজাবু ওং-নৈবা, রংনা মরু নয়াং কুমখৈ নোংমদুনা ফৌ চেং পুথোকচবা লৌমী শিম্নগী পোংথোক সমাজগী নিয়ম খরনা পুন্দুনা মখোয়গী নোংজুমন মতৌক চানা ফংদবা, পুথোকচরিবা ফৌ-চেং অদুফাও মরুক থন্না চাবা ফংজ-দবা অমদি মখোইগী ফিভম ফগাংহনবা ঙমদবা পুন্নক উরুবদা হাজারীনা হায়রম্বা সামাজিক অমদি আর্থিক অন্দোলন তৌবা দরকার লৈরে হায়বসি চপচানা লেপখি। মুমিৎ অদুদগী মণিপুরগী কোচিন কোয়া চতুনা মীয়ামগী রাখল হোংহন্নবা লৌমী শিম্নীগী ফংফম থোকপা হক ফংনবা সমাজগী ফত্তবা নিয়ম মুথংনবা অমদি শেংপা চাবা, যুমলৈ কৈরৈদ নীংতম্বা পুরক্লবা— অচৌ পীশক থাম্নদবা মান্নবা সমাজ পুরক্লবা অকনবা লাঞ্জং হৌখি। □

মমৈগী বা —

চহি কয়া হৌরে। মীতোপলক্তা কয়া রানা হিংলক্লে—অদুবু মখোয় অনিগী নুংশিনবদি লম য়েৌবিনি। কখোক্লবগী অয়োইবা খুদম হায়রবদি অনি শিনি। অমনা অনবু শুকথা থাদোক্লখিদে - মিগুম্মা নক্লখি। মখোয় অনিমক ঐখোই মৈতৈগী লৈজনা কুষ্টি অমদি হৌন লো৹৫ং কন্না থাজন্নবনি মখোয় অনিগী লক্তা হকতৗম্নবগী রাখল অমত্তা পোকখিদে খ্বাইনা থঙনবা লৌন লৈনবা হায়বত্তুদি নত্তে চুম্না থানদনা অমনা অমৈ মত্তং পাংন লৈমিন্নবনি। অমনা অমবু উনবদা লৈবা ওমদবগী রাতনি অণুম্না চন্না লৈবদা সমাজগী চংনবা কায়বা কৈদম লৈতে। অদুবু মীনদি থল্লি, থাকৈ অমসুং মমিংনা উবঙুম্না হায় —"মখোয় অনি লৈমিন্নবনদবু হকতাম্নদবা হৌনবরা — অমসু হৈনথংলক্লিবা পাকতনি অমসু মপূং ফানা ফজথংলক্লিনা মুশিনি।'

রাখলগী অশোন্নদনা থল্লবা মীওইবনি মীওইবা হায়বা অংসিনা পৃথিসিদা ওহক লৈরকপদগী লৈরক্লনা মুপা মুপীগী মরক্তা লৈবা রাখলগী অশোনবনি। অসিগুম্বা মীগী মরক্তা সিংন্না ত কন্সিমু চুমদে হায়বদি মপাল মরমদি মীগী ভিংসুং মী অগী রাখলগী মথা পোলি। অদুনা মখোই অনিগী মরক্তা লৈবিবা মগীদু মখোয অনিতন শোনা থহই অতৈদ থমদে। মখোম্মনা ফনা অশেংবা হায়বগুমসু কনানসু মদুবু থাজবোই মরমদি মখোয় খুদোংমক রাখল অত থননা ওমদে। মথা মথাগী পুক্লৈংগী মংও নতুং ইম্না রাখলসু অতম্না থম্লি

চহি কয় হৌরে মখোয় অনি অহল ওইরক্লে মণিপুরদা হনক্লে - মখোয়বু খঙবা মী অমা ফাওদ্রে। ইরাদোং বিরেন শিংরে—মণিপুরগী কিতম যায়া ওরে—নিংথৌ পানবা লৈইরে হাজোংবন লৈখিরে। মণিপুর

মণিপুর ভারতবর্ষ ওইরে। মখোইগী ময়ুম ইংখোলদা মশাগী শাগৈগী মী ফাওবা লৈরমদ্রে অতোপ্পা য়ুম্নাক্কী ওইখ্রে।

মীনা হায়নৈ অনি অসি অঙাওবা অঙাওবীনি, মতৈ মনাওনি মচান মোপ্পানি—অহল্লুকনাসু মখোই অনিসে কনানো করিনো অশেংবা শুকখঙ খঙদে। ভাবনা শান্থনা পঙহায় হায়বতনি অশেঙবদি মখোয় অনিতনা খঙই।

মখোয় অনিনা হায়নখি—"মতম অহৌ হৌজিক ওইরল্লবদি সমাজদা শক উতনা মীরক্তা অহুম লৈবা য়াররমগনি।"

অদুবু মখোয় অনিগী মবুক্ত রাৱোবা নীংবা খুদবা থুংবসু শুত্নরোইদবা রাকখি—'কবন্না কান্দা থেন খঙজবা অশেংবত্তু খ্বাই অতৈনা চপচানা খঙবীগদগে? মীওইবগী মরক্তা মসিবু শুকওইমক ওইরবোইদ্রা?" □

লোইরবা

